# ভারতকী ফুঙ্গাৱারী খরা



ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী

[illegible]

# ভারতকী ফুঙ্গাৱারী খরা

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী

লিম্হোইঙম্বী পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

# BHARATGEE PHUNGAWARI KHARA

A collection of folk tales of India by Ksh. Subadani,
Kwakeithel Moirangpurel Leikai Imphal, Tel. No. 2244012/
9856134546, First Published - August 2006
Rs. 150.

অহানবা ফোঙবা : আগষ্ট ২০০৬

লাইরিক মশিং : ১১০০

অফোঙবা : খোমদ্রাম য়াইফবনা লিম্ৰোইঙম্বী পব্লিকেসন্স ক্বাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকাই, ইম্ফালগীদমক্তা ফোঙজবা।

মখুম : থোইদিংজম তোম্বী সিংহ্

ফংফম : রাজেস বুক ষ্টোর অমদি অইবীগী য়ুম

মমল : লুপা ১৫০

নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস

(১) মাঙখ্রবা ঈশৈগী সুর (শৈরেং, ১৯৭৫), (২) নহাকপু ঐগী কনানো (ৱারীমচা, ১৯৭৮) (৩) লাইবক (নোভেল, ১৯৮২) (৪) নুংগী চিনবাল (ৱারীমচা, ১৯৮৭) (৫) পৃথিবীগী ফুঙ্গাৱারী খরা ( ১৯৯৪, ১৯৯৯) (৬) পিগী ৱারী (শৈরেং, ১৯৯৫) (৭) য়েনিংথানা লাকপদা (ৱারীমচা, ২০০০) (৮) প্রজাতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমগী ৱারী (২০০১), অঙাংগী সাহিত্যদা মনা ফংলবা (৯) অৱাং নোংপোক্কী ফুঙ্গাৱারী খরা (২০০২) (১০)ভারতকী ফুঙ্গাৱারী খরা (২০০৬) (ময়ামগী খুৎতা লাম্থোকচরবা)

# FOREWORD

The present book Bharatki Phungawari Khara (Some Folktales of India) written by Mrs. Ksh. Subadani, an established female writer of Manipuri is a collection of thirty six folktales including twenty three from the North-East region. The mainland India is represented in the west by Gujarat and Ujjain, in the east by Bengal and Bihar, in the north by Punjab and Uttar Pradesh, in the south by Tamilnadu, and near the centre by the Santals. The tales have entered into this collection via several related printed books available.

The present collection is primarily meant for the general readers for their information and pleasure, not for scholars hunting for tale-types and motifs demanding meticulous context-data and authenticity of the tale-sources. it may then be mentioned here that the writer in her venture to present a subtly readable, simple but fascinating collection of a few dozen interesting folktales widespread in the sub-continent has proved herself a good tale collector-translator.

This collection. wittingly or unwittingly, is well-variegated and well-documented. A number of animal tales. magic tales. religious tales. romantic tales. stupid ogre tales. jokes and anecdotes, and origin tales are included. The animal tales in this collection having animals as their principal characters are essentially entertaining and take the form of didactic moralizing fables. The numerous magic tales included give full expression to the distinctive features of such stories: transformation from human to animal and plant forms, the belief in multiple souls, and multiple communication channels between the living and the dead in dreams etc. The religious tales herein convey clear moral lessons, such as. performance of duty with good conscience, sincerity and devotion result in positive rewards whereas greed-motivated imitative behaviors result negatively; hospitality, generosity and helpfulness are always rewarded, and lack of moral values are always punished. The romantic tales (novelle) in this collection can be seen, in big frames in certain cases, in their realistic settings with

real heroic characters noted for their iron will, full emotion, valor, and hard work with an inclusion of incidents involving the marvelous or supernatural. Certain stories fall into the category of 'stupid-ogre' tales. In these tales a tiger in the role of 'ogre' is tricked into killing himself by jumping onto a board with pointed iron nails fixed, a snake is killed with the same powder it has with evil purpose offered to a bride, and the like. As jokes and anecdotes a number of numskull tales find their place in the collection. In these stories of the clever and the idiot the main function is humorous entertainment. The wise and unwise conducts and their corresponding rewards and punishments constitute the collected anecdotes and jests. As for the origin tales three stories about how specific things came to be are included in the present book. The first tells the origin of the specific sacred site of Kamakhya in Assam, the second depicts the origin of the world, the man and the environment, and the third of the origin of the Lepchas and their land.

The tales in the present collection bear apt renderings of the simple and delightfully picturesque imageries of the folk stories. Some of the tales are very short, some short and some long, some bear the imprints of myth, some have the impression of legends, the differing sizes and tones being pleasant variations to the readers. A good compromise between the *verbum e verbo* (word for word) and *sensum exprimere de sensu* (sense for sense) translations is another feather in the cap of the collection.

In the end, the purpose and functionality of the folktales collected in the present book cannot be ignored. And also, the informative value of the tales about the distinctive social customs practiced in the respective geographical areas cannot be overestimated. Every reader is expected to relish the flavor of each story in this collection.

July 28, 2006

**DR. O. IBOCHAOBA SINGH**
Professor in Folklore
Manipuri Department
Manipur University

# ৱারোল খরদং

অইবশিংনা অঙাংগী সাহিত্যদা থৱায় য়াওনা অঙাংগীদমক্তনি হায়দুনা লেপ্তুনা ইরকপসি ইয়াও য়াওদে । মপালগী লমদদি অইবা কয়া, পব্লিসর কয়া মরাং কাইনা লৈবনা পোখোক্তা কম্পিটিসন তৌবা হৌখ্রবসু ঐখোয়গী সিদদি ৱাকচিংগী নোংগুম্না থোক্লি অদুবু খরা ইরক্লিবা অসিবুদি পূক্লিং থৌগৎফম থোকই ।

মণিপুরদা লৈরিবা অঙাংগী সাহিত্যগী হিরমসিদা খরদং মেনখৎচবা ঙমগদ্রা খন্দুনা পৃথিবীগী লম লমগী ফুঙ্গাৱারীশিং লৌখৎচদুনা ইং ১৯৯৪ দা **পৃথিবীগী ফুঙ্গাৱারী খরা** লৌরেম্বম ইন্দিরাগা ইমিন্নদুনা ফোঙখি । মথংদা ইং ২০০২ দা **অৱাং নোংপোক্কী ফুঙ্গা ৱারী খরা** ফোঙখি । হন্দক ফোঙদোকচরিবা **ভারতকী ফুঙ্গাৱারী খরা** অসি ষ্টেট তরেৎকী ফোঙখিবা ফুঙ্গাৱারীশিং অদুসু য়াওরগা ভারতকী অতৈ লমশিংগা পুন্না ফোঙদোকচবনি ।

পৃথিবীদা লৈরিবা ফুঙ্গাৱারীশিং অসি লম অমগা লম অমগা মায় মান্নবা পান্না লৈ। মণিপুরগা ভারতকা অমদি পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংগা মান্নবা ৱারীশিং য়াম্না লৈ। ৱারীশিং অসি কমদৌনা মান্নরম্লীবনো হায়বদুদি থিজিনবা অমসুং নৈনরোইশিংগী খুৎতা থমজে । অদুবু অইবগী মায়কৈদগীদি মান্নবা ৱারীশিং য়াবিবমখে ইহবা তোৎনজে।

ফোঙর্জারিবা ফুঙ্গাৱারীশিং অসি **ষ্টর্লিং পব্লিসরনা** ফোঙলা ফোক টেলস ওফ ইন্দিয়াগী লাইবিকশিং অমদি অতৈ অতোপ্পা লাইরিকশিংদগী ৱারীগী মচাক লৌজরগা ইজর্বনি । লম অমগা লম অমগা খেন্নবগী মতুংইন্না ফিজেৎ-চাকচা, ধর্ম্ম, লাইনিং-লাইশোল, চৎনবী-নাৎনচিংবদা মান্নবা অমসুং খেন্নবা কয়া লৈ। ইরমদমগী ৱারীদা নত্তনা ভাবতকী অতৈ ষ্টেটশিংগী ৱারীশিংনা ঐখোয়দা করি প্রভাব পীবা ঙম্বগে হায়বদু লম লমগী ফুঙ্গাৱারীশিং অসি পারগা খঙবা ঙমগনি ।

ফুঙ্গাৱারীশিং অসিদা মখল কয়াগী ৱারীশিং-শা-ঙাগী, উচেক-ৱায়াগী, মীচমগী পূন্সিদগীনা ইনাকখুনবা ফাওবগী, ফত্ত লৌশিংগী, অরিবা মতমগী

হৌনা-লোনচৎশিং, চৎনবীশিং, ধর্ম্মগী, থাজনবীগী চাকচা য়ুথক্কী, ফিজেৎ-চাকচাগী ময়াম অমা য়াওরি । ভাবনা শাবা ৱারী কয়া য়াওরবসু ফুঙ্গাৱারীগী হৌরকফম অসি মীওইবগী সমাজ অসিমক্কি হায়বদা হায়মনবা থোক্তে । চিন্থাং য়ৈনা লাকপা ৱারী ওইরবসু ৱারীশিং অসিনা মাগী মাগী কাংলুপকী মশক তাকই ।

পঞ্চতন্ত্র অমসুং ফেরি টেলসকী ৱারী কয়াদি এলেক্ট্রোনিক মেডিয়াগী চেনেল কয়ামুক্তা পৃথিবী শিন থুংনা লেপ্তুনা শন্দোক্লি । অদুগা ফোক টেলসকী ৱারীশিং অসিদি মশিং য়াম্না লিক্লি । মায়কৈ অশোমদসু অঙাংশিংনা হেন্না পামগদবা মওংদা পুথোকপগী কান্নবা লৈগনি ।

লাইরিকসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা মরুপ মপাং কয়ানা পূক্নিং থৌগৎপিখিবা অমমমতা ওইনা মাংদি পঞ্জদ্রবসু সহযোগ পীবিরকখিবা পূম্নমক থাগৎচবা ফোঙদোকচরি । মখুমগী লাই য়েকপিরকখিবা শ্রীথোইদিংজম তোম্বি সিংহবুসু ইকায়খুম্নবা উৎচবগা লোয়নবা চিল্লবা মতম কয়া কাইথোকপীদু লাইরিক অসিগী মরমদা মমল য়াম্লবা ৱারোল খরা ইবিরকখিবা ডা. ওইনাম ইবোচৌবা সিংহ, প্রোফেসর ইন ফোকলোর, মণিপুরি দিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভরসিটি, কাঞ্চিপুরবু থাগৎচরি । অদুগা অথুবা মতমদা লাইরিক অসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা সুরেতা প্রেসকী ইচিন ইনাওশিংনা থবায় য়াওনা হোৎনবীবগী দমক অমুক্কসু নুংঙাইবা ফোঙদোকচবগা লোয়ননা পূম্নমকপু শুপচিন্না থাগৎচবা ফোঙদোকচরি ।

ইম্ফাল ২৫।৭।২০০৬ ইং। ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী

# অবো'মাদা

খঙই, অরোইবা পুংজা
নোংমদি শোয়দনা পাকনি হায়বা
অদুবু খঙবা ঙমদ্রিবদি অরোইবা মীকুপ্পুনি ।
থাজখিদে অবো'মা
নহাক্না অসুকে থুনা চৎখিগনি হায়বা
অদুনা নিংথৌই থম্মোয়সিদা চৈনা অমা
মকা ফোঙদনা ভুমিন
নহাক্কী হকচাংনা উৎ ওনখ্রবা তুংসিদা ।
ঙসি নহাক্কী চহীগী কুমওন্না পাকপসিদা
কাখোকচৈ নখুয়া থম্নাংদা
ভারতকী ফুঙ্গারারী খরা ।

# মনুংগী লমায়দা

# লাইরেম্বী কামাখ্যা

*অসামগী ফুঙ্গারারী*

গুহাটিদা লৈবা কামাখ্যা দেবীগী মন্দির অসি য়াম্না মমিং চৎলি। লম অসিদা লৈবা মীদা নত্তনা অরাপ্পদা লৈবা মী লিশিং কয়া কয়ানা নুমিৎ খুদিংগী লাই খুরুম্বা লাক্লরম্মী। থম্মোয় শেংনা লাইরেম্বী অসিবু নীংলবা মীওইশিং অদুগী অনীংবা পামজবশিং অদু হেক্তা পী হায়নৈ। মফম অসি অহানবদদি মী তাদবা লমহাং ওইনা লৈরম্মী।

মমাংঙৈগী মতমদা গারোশিং অসি মগুলেদা লৈরম্মী। মখোয়শিং অসি য়াম্না চাওখৎলম্মী। মখোয়না লৈননবগীদমক অচৌবা অব্রাংবা য়ূমশিং শারম্মী। মখোয়না লাইরেম্বী অমসুং লাইরেম্বগী লাইশঙনচিংবা শারম্মী। মখোয়গী লৈবাক অসি নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরম্মী।

গারোশিংগী মথক্তা য়েক্লবনা ইখঙ খঙহৌদনা লান্দারক্লম্মী। গারোশিংনা লৈজবী থাদুনা ঙাকথোক্লবা হোৎনরম্মী অদুবু য়েক্লবগী মীশিংনা য়াম্বা অমদি খুজু-খুৎলাই হেনখিবনা মায়থীরম্মী।

গারোগী মী খরদি সালরম মিথাইচক কৌবা লমদা খুন্দারম্মী। মখোয়গী মরক্তা নুনুই নানোখি কৌবা নোইনি মেচিক হায়নসু খঙনবা নুপী অমা য়াওরম্মী। মহাক্কী ফোজৌ কৌবা লাইরেম্বীগী মূর্ত্তি অমা লৈরম্মী। ফোজৌ হায়রিবা লাইরেম্বী অসি মীওইববু পোকহনবা, হে-লৈবু মপূং ফাহনবা লাইরেম্বীনি। মহাক্লা মূর্ত্তি অসি মকোক্তা পুদুনা চৎলম্মী।

মতম অদুদা অসামগী নিংথৌ লীলাসিংহনা পাল্লম্মী। নিংথৌ লীলাসিংহ অসুক্কী মতীক মবুক ফত্তবা অমদি তমথিবা নিংথৌনি। মহাক্লা গারোশিংবু শা-ষণ শীজিন্নবদৌনা শীজিন্নরম্মী। মঙোন্দা মীনুংশিগী ব্রাখল মচেৎ অমত্তা লৈরমদে। নিংথৌগী তমথিবা

মওং- মতৌ অসিদা গারোশিংনা খাঙদুনা লৈবা ঙস্লমদে। মখোয়না নিংথৌগী মায়োক্তা লান হৌরম্মী।

লানদুনা মখোয়গী হিংবগী পুন্সিদা অৱাবা ওইরম্মী। য়ূম-কৈ মাঙ তাক্লম্মী। চাননবা চীঞ্জাক লৈরমদে। লান্মীশিংগী অশিবা হকচাং তাদুনা লৈরম্মী। লান্মী কয়ামরুম্না ঈংনা খুন্দা-লৈতানা লৈননবগীদমক মফম থিবা কোইচৎ চৎলম্মী। নুনুই নানোখিসু মচাশিংগা লোয়ননা মফম অসিদগী নাম্থোক্কুনা চৎননবা শেম-শারম্মী। অঙাংশিংদুগা লোয়ননা নুনুইনা মকোক্তা মূর্ত্তিদু পুরদুনা চৎলম্মী। লমশাং চৎপদা অঙাংশিংদু চোকথরম্মী। অরাম-খৌরাংবনা মখোল হৌনা কপ্লম্মী। অঙাংশিংদু থেম্বা ওইনা মকোক্তা পুরিবা লাইরেম্বীগী মূর্ত্তিদু থারদুনা পোৎথারম্মী।

ঙাইহাক পোৎথারবা মতুংদা অমুক চৎননবা মূর্ত্তি অদু মকোক্তা থাঙ্গৎনবা হোৎনরম্মী অদুবু থন্লিবা মফম অদুদগী থাঙ্গৎপা ঙস্লমদে। মহাক্লা মূর্ত্তিদু থাঙ্গৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী অদুবু শুকঙম ঙস্লমদে। মমৈথঙদা মহাক্লা লাইরেম্বী অদু মফম অসিদা লৈনিংঙে হায়বা খঙলম্মী। মহাক্লা লাইরেম্বী অদুদা মফম অদুদা শাৎপা লৈ খরগা মানা পুজরকপা হামেং অমগা কত্তুনা পূজা তৌরম্মী। মফম অদুদা লাইরেম্বীগী মূর্ত্তি অদু থন্লগা মহাক্লা মচাশিংগা লোয়ননা চৎখিরম্মী।

নুনুই নানোখিনা থম্বা মফম অদুদা লাইরেম্বী ফোজৌনা লৈদুনা মহাকপু খুরুম্বা মী কয়ামরুম লাক্লরম্মী। গারোশিংনা মফম অসিবু সালরম মিথাইচক হায়না কৌরম্মী। গারো নত্তবা অতোপ্পা মীশিংনা মসিবু কামাখ্য হায়নসু কৌরম্মী। মফম অদু য়াম্না থুনা কামাখ্যা দেবী হায়না খঙনদুনা অসামগী মমিং চৎপা লাইরেম্বী অমা ওইরক্লম্মী। ❧

# জয়মালা

*অসামগী ফুঙ্গারারী*

জয়নাথ পুরিৎ অমনি। মহাক্কী ময়ূম চীংগী চীংখোং অমদা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা ঈশ্বরবু থাজবা ব্রাহ্মণ অমনি। মাগী নুপী জয়মালানা তরেঙদা লং নাইরম্মী। লংশিং অদু য়োন্দুনা ইমুংগী চান-থক্লবা পুবতা নত্তনা শা উচেক্কী মচীঞ্জাক ফাওবা হুল্লম্মী। লমলক্কী শা উচেকশিংগা মখোয়গা য়াম্না নুংশিননা লোয়নরম্মী। শাশিংদুনা মখোয়গীদমক্তা উহৈ-ৱাহৈ হেক্তুনা পুরক্লম্মী।

মখোয়গী নুংঙাইনা লৈবা পুন্সি অসিদা অৱাবগী লৈচিল থাংবা হৌরক্লম্মী। জয়নাথবু ইনাকখুনবা ব্রাহ্মাণ অমগী ধর্ম্মগী ওইবা থৌদাং অমা য়ানবা কৌরম্মী। ব্রাহ্মণ অসিগী মশক থীগ্নবী মচানুপী অমা লৈরম্মী। মহাক অস্নক্কী মতীক তনবতা নত্তনা মশাগী ওইজবসু য়াম্না ভাল্লম্মী। মমানন্দি মচানুপীগীদমক য়াম্না ৱাজরম্মী। মহাক্না জয়নাথপু ময়ানুপা ওইবা পামজরম্মী। অদুনা জয়নাথদা মচানুপীবু লুহোংনবা হায়জরম্মী।

জয়নাথনা অহানবদা লুহোংবগী ৱাফমদু য়ারমদে অদুবু ব্রাহ্মণীদুনা মপাগী লন-থুম লোইনমক অমত্তা খাক্তুনা পীগনি হায়বদুদা য়ারম্মী।

হৌনবী মতুংইন্না জয়নাথনা কন্যাগী শেৎননবা ফি-ৱোল, সনা লুপা, শঙ্গোম অফম্বা, চিনি, ঙানচিংবা পুরক্লম্মী। লুহোংবগী থৌরম অদু পাঙথোক্লবা শেম-শারম্মী। জয়নাথ মশামক ব্রাহ্মণ অমা ওইবা মরম্না লুহোংবগী যজ্ঞগী অশেংবা মৈদু হৈনৌগী শীংদুনা চুখৎলম্মী। মৈদা চেং-থোইদিং, লৈ ঘীনচিংবদু কৎলম্মী। পুরিৎনা জয়নাথগী মখুৎকা কন্যাগী মখুৎকা কুশ মনানা পুল্লম্মী অদুগা মন্ত্র থিরম্মী। লুহোঙবা লোয়রবা মতুংদা কন্যাদু জয়নাথগী খাঙপোকশঙদা থিল্লম্মী। জয়মালাদি মাগী নুংশিজরবা মপুরোইবনা অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংবদা মথ্বায়

য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাক খাঙবা ঙমদনা কপ্লম্মী।

নুমিৎ খরগী তুংদা জয়নাথকী খাংপোকশঙ অদুগী মনাক্তা ফজরবা মথোল অহুমগী চাউরবা য়ুম অমা শারম্মী। য়ুমদুদা মীনাই-মীশন সন্ত্রিনচিংবা থম্লম্মী। জয়মালাগী মপুরোইবনা মঙোন্দা নুংশিরম্বদু অতোনবী অদুদা পুল্লপ লূপখিবদুদা থম্মোয় কায়রম্মী।

জয়নাথনা মাগী নুপী অহল জয়মালাগা উন্নবা অদু অতোনবীদুনা শুকয়া য়ারমদে। জয়মালানা মপুরোইবা উননবগীদমক তুরেলদগী ঈশিং শোকপা লাক্লম্মী। ঈশিং শোকফম অসিদা মখোয় অনী উন্নরম্মী। নুমিৎতুগী নুমিদাংৱাইরমদা অতোনবীগী মীনাইনা জয়মালাগী চান-থক্লবা চেং-চাক খরা প্লেটতা হাপ্তুনা পীরক্লম্মী। জয়মালানা পুরক্লিবা পোৎ-চৈশিংদু অমত্তা চারমদে। মপুরোইবনা লুহোঙখিবা নুমিৎতগী শাশিংনা পুরকপা উহৈ-ৱাহৈশিংদু চাদুনা লেপ্লম্মী। মাগীদমক পীরকপা চেং হৱাইশিংদু পুরদুনা উমংদা লাক্লম্মী অদুগা শা উচেকশিংদা পীজরম্মী। তুরেল তোর্ব্বান্দা ফমদুনা মাগী অৱাবা থৌদোকশিংদু নীংশিং-নীংশিংনা লেপ্পা লৈতবা পি শিন্থরম্মী। পিগী পিরিকশিংদু তুরেলগী ঈশিংদা তিনখিরম্মী।

শাশিংগী লুচিংবা শামু নিংথৌ অমনা মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা য়াম্না তোয়না লাক্তুনা তুরেলসিগী ঈশিং হেক হেক থক্লম্মী। অদুগা শামুশিং অদু তুরেলসিদসু কূমদুনা হেক হেক শান্নরে। নোংমা নুমিদাংৱাইরম শামু নিংথৌ অসিনা তুরেলসিগী ঈশিং থকপদা থুম থাকপদৌনা ইয়াক য়াক্লম্মী। শামুনা মাগী লোয়নরকপশিংদুদা নহানমখে থকপা ঈশিংগা ঙসিগা মহাও মান্নদে করিগীনো হংলম্মী। লোয়নরকপা শামু অমনা খুন্নম্মী –

"ইনিংথৌ, মশক ফজরবী নুপী অমনা নুমিদাংৱাইরম খূদিংগী তুরেলসিগী তোর্ব্বান্দা ফমদুনা মপি তানা কপলম্মী। মাগী মীৎকী পিশিং অদুনা তুরেলগী ঈশিংদা তাবদগী মহাও য়াওদ্রিবনি।"

ৱারীসি তাবদগী শামু নিংথৌনা নুপীদুনা লৈরিবা মায়কৈরোমদা য়েংলম্মী। নুপীদুনা ঈশিং পুনদু মকোক্তা পুরদুনা মখূৎনা সনাগী ঝারি পায়রদুনা খাঙপোকশঙ তম্না হল্লক্লম্মী। শামু নিংথৌনা নুপীদুগী লম্বী

থৎলদুনা হায়রম্মী—"নহাক্কী অব্রাবা ব্রারী ঐহাক তারে, পৃথিবীদা লৈরিবা অদুক ফত্তবা নুপাদুগা লৈমিন্নগদবগী শরুক ঐহাক্কী মহারাণী ওইনা শামুশিংগী লৈফমদা লৈরুরসি।"

জয়মালানা হায়রিবদু য়ারমদে। মহাক্না ব্রাখল অমত্তা খনবা নংদ্রিবৈঙদা ইখঙ খঙহৌদনা তুরেলগী ঈথক্না য়েবগী মখোলগুম্বা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা লাক্কুনা মাগী অপীকপা খাংপোকশঙ অদুগা অতোনবী অদুগী অচৌবা য়ূমদুগা হুমদোকখিরম্মী। মহাক্না ইঙক ঙক্না লোম্থোক্কবীগুম লৈরিবৈঙদা শামু নিংথৌ অদুনা মহাকপু মনাতোন্না থাঙ্গৎতুনা মনঙ্গনদা তোংহল্লম্মী।

শামুশিং অদুনা জয়মালাবু পুরদুনা অশুকপা উমং কয়া ফাওদুনা লাক্লম্মী। লাক্লিবা মফমশিং অদু হৈনম লৈনমগী মনম্না শীল্লম্মী। মখোয়না নুমিৎ তরেৎনি চৎলবা মতুংদা ভূটান চীংগী চীংখোঙদা শামু নিংথৌগী লৈফম য়ৌরম্মী।

শামু নিংথৌগী কোনুংদা থারিবা সিংহাসন অদু শামু ময়ানা শাবা সিংহাসন ওইরম্মী। শামু নিংথৌনা জয়মালাবু সিংহাসন অদুদা ফমহল্লম্মী। মশক ফজরবী নুপীদুনা সিংহাসনদুদা ফম্বদু সনাগী লাইথীবিগুম্লম্মী। শামু লীশিং অমরোম্না অনৌবা মহারাণী অদুগী মমাঙদা খুরু-খুদক কুল্লদুনা খোংলম্মী। শামু নিংথৌনা নুপীদু মকোক্তা থাঙ্গৎলম্মী। ঙহাক্কী মনুংদা শামু শঙ্গুশিং অদুদগী মিত্রংগুমনা ঈশিং কাপথোরক্লম্মী। ঈশিংদু ফাওদুনা শামু নিংথৌদু চৎলম্মী। কাপথোরকপা ঈশিংগী মচুশিং অদু তরেৎ শুরম্মী। ঈশিংদু পাত্র তরেৎতা য়ারম্মী। পাত্র তরেৎকী ঈশিংদু নুপীদুগী মকোক্তা হৈথরম্মী। ঙহাক্কী মতুংদা নুপীদু মশক-ফজরবী শামু অমোম ওল্লক্লম্মী। মকোক্তা পুরিবা চফু অদুনা লাইবক্কী শরুক ওইরগা সনাগী ঝারী অদুনা মনাতোন ওইরম্মী। শামু নিংথৌ অদুনা ময়ামদা লাউথোক্লম্মী, "হৌজিক্তি ঐখোয় মাবু ঙাক-শেল্লগনি, মাগী ব্রাশিং ঐখোয়না ইনগনি।"

অসুম্না শামুগী লৈবাক্কুদা শামু মহারাণী অদুনা শামু শঙ্গুশিং অদুবু লুচিংদুনা লৈখিরম্মী।

# তেজিমোলা

*অসামগী ফুঙ্গারারী*

**মমাংঙৈদা অসামদা লল্লোনবা নুপা অমগী তেজিমোলা কৌবী মচানুপী অমা লৈরম্মী। তেজিমোলানা য়াম্না পীক্লিঙৈদা মমা কায়নখিবনা মমাতোন্না মাবু য়োক্লম্মী। মমাতোনদুদি মচা অমত্তা পোক্লমদে। ইমুংদুদা অঙাং অমত্তা লৈতবনা মপানদি মচানুপীদুবু য়াম্না লুনা তৌজরম্মী অদুবু মমাতোন্নদি শুকনুং নুংশিরমদে। মপুরোইবগী মমাঙদদি মমাতোন্দুনা তেজিমোলাবু লুনা তৌশিন্নরম্মী।**

তেজিমোলাগী মপা লল্লোন-ইতিক তৌবনা যূম য়াম্না কুইনা হেক হেক থাদোক্কুনা চৎলম্মী। লম্বী-থোংগী ফিভমসু য়াম্না ফৎলমদে। পোৎ পুথোক-পুশিন তৌবদা ষণগাড়ী নত্ত্রগা মী নেক্লম্মী। ঈশিংগী খোংচৎতসু পোৎ মুনবা ঈশিংগী ডাকু কয়ামরুম লৈবনা খুদোংথীনিংঙাই ওইরম্মী। মপানা মথন্তা পোকচবী মচানুপীদু মতম শাংনা হুন্দোক্লগা লল্লোনবা চৎপদু নুংঙাইজরমদে। অদুবু তঙাইফদনা শেল তানবা চত্তবা য়াদবনিনা মমাতোন্দা মচানুপীদুবু চেকশিন্না শিন্নরন্নগা চৎখিরম্মী।

মপানা চৎখ্রবা মতুংদা মমাতোন্না মচানুপীদুবু শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নবা য়ারনি হায়দুনা হরাওরম্মী। মহাক্না মচানুপীদু লৈশাবী ফাদুনা লুহোংবা তারবদি অউনপোৎ য়াম্না উনবিগনি অদুগা, করিগুম্বা মহাক্না শিরবদি পৈশা অমত্তা তিংলরোই অদুনা লৈজবা শেলশিংদু মমাগী নাক্তা থাবা য়ারগনি খল্লম্মী। অদুনা মহাক্না তেজিমোলাবু হাৎপা পান্নম্মী।

**মপানা ময়ূম থাদোক্কুনা চৎখিবা নুমিত্তগী মমাতোন্না মচানুপীগী মরালতা থিরম্মী। ইচম-চম্বা করিগুম্বা অমা শোয়বগীসু তমথিনা ফুবীরম্মী। মমাতোন্না তৌ হায়রিবা থবক্কুগী মায়োক্তা তেজিমোলানা করিমত্তা হায়জবা ঙন্নমদে।**

তেজিমোলাগী লুনা তিন্নবী মমান্নবী অমগী লুহোংবা থোক্লম্মী। মমান্নবীদুনদি মহাকপু অসূক্কী মতীক লাকহননিংলম্মী। অদুবু কমদৌনা চৎকদগে, মমাতোন্না করি হায়রক্কদগে হায়না মথ্বায় ব্রারম্মী।

তেজিমোলানা লুহোংবা চৎকে হায়বদু মমাতোন্না য়ারম্মী। মহাক্না মচানুপীদুনা লুহোংবা চৎপদা করম্বা ফীজোল শেৎহনসিগে হায়না খল্লম্মী। তেজিমোলাদি মমাতোন্না লুহোংবা চৎলু হায়দুনা হরাও হরাও হায়রকপদুদা ঙক্লম্মী। মমাতোন্না হায়রম্মী, "লুহোংবা লাকপদা নুপীশিংনা ফজ-ফজরবা ফিরোল শেৎতুনা লাক্কনি। নহাক্কীসু লুহোংবদা শেৎন-ইন্নবা ফিরোল অহনবা লৈ। হৌজিক্তগী হৌনা শেৎতুনা চৎশ্রবদি মোংকনি অদুনা লুহোঙফমদা ওইনা শেৎলুচো। ফিশিংসি ঐহাক ফজনা য়োমশিনবীরগে।"

মমাতোন্দুনা ফিশিংদু য়াম্না চেকশিন্না য়োমশিল্লম্মী অদুগা অয়োম্বা মরক্তুদা উচি অমগা মৈতান খরগা হাপচিল্লম্মী।

তেজিমোলানা লুহোঙগদৌরিবী মমান্নবীদুগী ময়ূম য়ৌরবদা ফি ময়োমদু য়াম্না খৌরাংনা হাংদোক্লম্মী। মহাক্না লুহোংবা লাকপা নুপীশিংনা শেৎলকপা ফীজোলদগী মহাক্কীনা খ্বাইদগী ফজগনি হায়না খল্লম্মী। অদুবু ওম্লোকপনি মাগী নীংজরম্বা পুম্নমক্তু কায়রম্মী। লীৎননবা ফুরিৎ, শেৎননবা ফিরোলশিং মচেৎ-মচেৎ শেগায়রম্মী অদুগা মৈনসু মফম খরা চাক্তুনা উৎ ওল্লম্মী। মহাক শিবনা ফরে খল্লম্মী। মহাক্না ফুগনবী, চৈগনবী মমাতোন্দুদা করি হায়রুগদগে খনবদা খাঙবা ঙমদনা লাউনা কপথোরক্লম্মী। মমান্নবীদুসু শেগায়বা ফিদু উবদা ঙক্লম্মী। মমান্নবীদুনা ময়ূমদগী ফিরোল পীদুনা লুহোংবদু য়াওরম্মী।

তেজিমোলানা ময়ূমদা হল্লকপদা মমাতোন্দুনা ফিরোলশিংদু কমদৌবগে ফজবরা হংলম্মী। মহাক কিবনা পাউখুম অমত্তা পীবা ঙম্নমদে। কিনা কিনা ফি ময়োমদু থম্লম্মী। মমাতোন্দুনা ফিদু য়েংলগা চৈবত্তা নত্তনা মীনুংশি মচেৎ অমত্তা য়াওদনা ফূরম্মী। ফূবদু খক্তনা পেন্দ্রদুনা ফৌ শুনবা ডেঙ্গিগী মনাক্তা পুরম্মী। তেজিমোলাবু ডেঙ্গিদগী

ফৌদু খোমজিলহল্লগা মখূৎ য়েৎ ওই অনীমক লৈজবী থাদুনা ডেঙ্গি নেৎতুনা শুদৎলম্মী। তেজিমোলা খাঙবা ঙমদনা কপ্লম্মী। অদুবু মমাতোন্দুনা অমুক্কসু ওইথংবা মখোঙদুনা চেংদু খোমজিনগদবনি হায়রম্মী অদুগা ওইথংবা মখোঙদুসু শুদৎলম্মী। য়েৎথংবা মখোঙদুসু নমদুনা অমুক খোমজিনহন্দুনা শুদৎলম্মী। মখোঙ মখূৎ লোয়না শুদৎপিরবা তেজিমোলা ও খোংনা কপ্লম্মী। অনাবগী চৈনা খাঙবা ঙমদ্রিবা মরক্তুদা মমাতোন্দু মহাক্কী মকোক্তু ডেঙ্গি মখুলদুদা নমশিন্দুনা শুগাইরম্মী। উপায় লৈত্রবা পোত্তংবী মচানুপীদু হাৎতোক্লগা ফৌশুখোঙদুদা ফুমজিল্লম্মী।

য়ুম্লোম্নবশিংনা তেজিমোলাবু উদবদুদা কদায়দা চৎখিবগে হংবদা মমাতোন্দুনা মমান্নবীগী য়ূমদা চৎখি হায়দুনা খুন্নম্মী।

নোংমা অহল ওইরবী নুপী অমখক্লা তেজিমোলাগী মমাতোন্দা মাইরেল হৌব্রা হংলম্মী। মমাতোন্দুনা মাইরেলগা অমত্তা হৌদে হায়না খুন্নম্মী। অদুবু হনুবীদুনা মহাকপু মাগী ইংখোলদা চৎলুসি হায়দুনা পুরম্মী। মহাক্লা তেজিমোলা ফুমখিবা মফমদুদা মাইরেল পাম্বী অমা হৌরম্বদু উবদা কিবনা তাইফেৎ তাইরম্মী। মহাক্লা তেজিমোলা ফুমখিবা নুমিৎ অদুদগী ফৌশুখোংদুদা অমুক্তা চঙখিদ্রবনি। মহাক্লা মাইরেল পাম্বী অদুদা শোক্লমদে অদুবু হনুবীদুদি মহাক্লা অপাম্বা মাইরেলমখৈ হেকখো হায়রম্মী।

হনুবীদুনা মাইরেলদু হেক্কে হেক তৌবগা মাইরেল পাম্বীদুনা "ঐবু হেকপীগনু ইমা, ঐ তেজিমোলানি। ঐগী বাবা লৈত্রিঙৈদা ইমাতোম্না ঐবু হাৎতোক্লগা মফমসিদা ফুমজিল্লম্বনি" হায়রম্মী। মদু তাবদা হনুবীদু মথ্বায় শোক্লম্মী। মহাক্লা মমাতোন্দুদা মহাক্লা তৌরিবসি করিনো হায়না হঙলম্মী। মাইরেলনা হায়বা ৱাবু মৱা লৌবা য়াবা নত্তে হায়দুনা মমাতোন্দুনা মাইরেল পাম্বীদু মরু য়াওনা ফুক্তোক্লগা লাক্তুনা লংথোকখিরম্মী।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নোংমা ষনশেনহা কাংবু খরনা তেজিমোলাগী মমাতোন্দা নোবাব হৌব্রা হংলম্মী। মহাক্না মাগী ইংখোলদদি নোবাব হৌদে খুন্নম্মী। ষনশেন্নহাশিং অদুনদি মাগী ইংখোলদা নোবাব হৌই হায়দুনা পুরক্লম্মী। মহাক্না মাইরেল পাম্বী হুন্দোকখিবা মফমদুদা নোবাব হৌরিবদু উরম্মী। মহাক্না ষনশেন্নহাশিং অদুদা হেকনীংবা নোবাব মখৈ হেকউ হায়রম্মী।

ষনশেন্নহাশিং অদুনা নোবাব হেক্কে হায়দুনা পাম্বীদুদা পায়বদা নোবাব পাম্বীদুনা– "ইবুংখোয়, পাল্লিবা নোবাবশিং অসি হেকপিগনু। ঐহাক তেজিমোলানি। ইমাতোন্না ঐবু শিরসনু হায়দুনা মফম অসিদা লাক্কুনা লংথোরক্লিবনি" হায়রম্মী।

মদু তাবদা ষনশেনহাশিং অদুনা নোবাব পাম্বীনা হায়রিবসি অচুম্বরা হায়না হংলম্মী অদুগা পাল্লিবা নোবাবশিং অদুসু অমত্তা হেক্রুরোই হায়দুনা হনখিরম্মী।

মখোয়না চৎখ্রবা মতুংদা মমাতোন্দুনা নোবাব পাম্বীদু ককথৎলম্মী অদুদগী মশাশিং অদুনা তুরেলদা থাদখিরম্মী।

মতম খরা লৈরগা তেজিমোলাগী মপাদু ময়ূমদা হল্লক্লম্মী। মহাক্না ময়ূমলোম পাংনা হি হোন্দুনা লাকপদা তুরেলদা ফজখ্রবা থরো পাম্বী অমা শাৎলিবদু উরম্মী। মহাক্না থরোদু মচানুপী তেজিমোলাগীদমক হেক্কে নীংলম্মী। থরোদু হেক্কে হেক তৌবগা থরোদুনা মথ্বায় ব্রানা হায়রম্মী–"বাবা, বাবানা ঐবু হেকপীগনু ঐ তেজিমোলানি। ইমাতোন্না ঐবু শিরসনু হায়দুনা হুন্দোরক্লিবনি।"

হায়রিবা ব্রাফমদু অচুম্বরা হায়বা মপাদুনা খঙনিংদুনা ওইথংবা মখূৎতা পানা মনা মচেৎ খরা থন্নম্মী অদুগা মচেৎ খরনা শায়রম্মী। য়েৎথংবা মখূৎতা অচাপোৎ খরা থন্নগা হায়রম্মী– "নহাক্না ঐগী ইচানুপী তেজিমোলা ওইরবদি উচেক ওন্দুনা ঐগী ওইথংবা খুবাক্তগী ক্কা মনাসি চারো লাও, ইচা নত্ত্রগনা য়েৎথংবা খূবাক্তগী অচাপোৎসি চারো লাউ।"

য়াম্না থুনমক থরোদগী উচেক ওন্দুনা ওইথংবা খূবাক্তগী ক্বা মনাদু চারম্মী। মহাক্না উচেক্তু ময়ূমদা পুরম্মী অদুগা লুপাগী পোন অমদা থম্লম্মী। মহাক্না ময়ূম য়ৌরবদা মমাতোন্দা মচানুপী কদায়দা চৎখ্রবগে হংলম্মী। তেজিমোলাদি মমান্নবীগী মনাক্তা চৎখি হায়দুনা খুম্লম্মী। পূম্নমক খঙলবা মপাদুনা গমছা অমা পায়রদুনা উচেক্তুদা– "নহাক্না ঐগী ইচানুপী তেজিমোলা ওইরবদি মী ওন্দুনা গমছা অসি শেৎলু" হায়দুনা উচেক্তুগী মনাক্তা থম্লম্মী।

থুনমক উচেক্তুনা মী ওল্লক্তুনা পোন্দুদগী থোরক্লম্মী অদুগা গমছা অদু শেৎলম্মী। মপানা মচানুপীদুবু নুংশিনা মথাদা কোনশিনবিরম্মী। মবুক ফত্তবা মমাতোন অদু মপানা ময়ূমদগী তাম্থোকখিরম্মী। মমাতোন লৈত্রবা মতুংদা মপা মচা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী।

# চিম্বু

*অরুনাচলগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা খুঙ্গং অমদা চিম্বু কৌবা য়াম্না লাইরবা নুপামচা অমা লৈরম্মী। মাগী মরি-মতানচিংবা কনামত্তা লৈরমদে। মহাক্না ঙা ফারম্মী। ফারকপা ঙাশিংদু খুঙ্গংগী মীশিংদগী চান্ন-থরুবা, ফিরোলগা ওন্নরম্মী।

নোংমা মহাক্না ঙা ফারুবা হল্লকপদা কৈ অচৌবা অমা থেঙনরম্মী। কৈদুনা মঙোন্দা চোঙশিল্লক্কদবদু উবদা মহাক্না লাউরম্মী, "হে ঈশ্বর, নঙদি পূম্নমক্কী মপুনি। কনামত্তা নঙগী মীৎয়েংদগী নাম্থোকপা ঙমদে। ঐহাক্তি পুন্সিগী চাংয়েং কয়া অমসুং জ্ঞান ফংননবা হিংনীংলি। অদুবু মসিনা নহাক্কী অনিংবা ওইরবদি ঐহাক শিবা তাবনি, ব্রাকৎনীংঙাই করিসু লৈজদে।"

ব্রাহৈশিংসি হায়বা হেক লোইবগা মহাক্না লৈমায়দা ওল্লম্মী। কৈ অদুদি অশেংবা কৈ নত্তে, ঈশ্বরনা (চানগে) মহাকপু চাংয়েংবা লাকপনি। চিম্বুগী ব্রাঙাংদুদা পেল্লদুনা অশেংবা মশক্তু উৎলদুনা হায়রম্মী, "ঐহাক নঙবু পেল্লে। নহাক্না অসুম্না ব্রানা পুন্সি লেনগদবগী শরুক ইনাকখুনবা অমগী য়ূমদা থবক তৌদুনা শেল তাল্লু, নুংঙাইনা লৈয়ু।"

চিম্বুনা খুন্নম্মী, "ইমানা শিরমদাইদা নপাঙ্গলনা শূ-নোমদুনা চানবা তানগদবনি, ভিক্ষা নিরোইদবনি, মীনাই ওইবা থবক শুরোইদবনি, নথন্তা হোৎনজদুনা চানবা তানগদবনি হায়রম্মী।" অদুনা হৌজিক ফাওবা ইমাগী পাউতাক ইল্লি।

চিম্বুগী ব্রাদু তাবদা ঈশ্বরদু পেল্লম্মী। মহাক্না চিম্বুগী মকোক্তা মখূৎ থন্নদুনা হায়রম্মী, "নহাক শোয়দনা নুংঙাইগনি।"

ৱাহৈশিংসি হায়রন্নগা ঈশ্বরদু মাঙখিরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্না নুপামচাদুদা খুঙ্গংগী মীশিংনা মহাক্কী মরমদা হংলবদি মখোয়দা করিমত্তা হায়দোক্কনবা হায়রম্মী।

চিম্বুদু চমম্নরম্মী। মহাক্না মাগী খাংপোকশঙদা হেক থুংলবগা মীয়াম্না মাবু তরাম্না ওকপা লাক্লম্মী। মহাক্না পূম্নমক্কু করম্না থোক্লিবনো হায়বা খঙলমদে।

মীশিংনা মাবু সনানা পীক থনবা কোনুং অমদা পুরম্মী। মখোয়না মহাকপু লৈগী য়ুম অমদা পুশিল্লম্মী। অহিংদু নুংঙাইনা চা-থক্কুনা জগোয় ঈশৈ তৌদুনা লেল্লম্মী।

খুঙ্গংগী মীশিংদুনা মেজিক্কুম্না থোক্লিবা পুন্নমক্কু উবদা চমম্নরম্মী। মথংগী নুমিত্তা মখোয়না অঙকপদু পুথোক্লবা মীফম অমা কৌরম্মী। মীফমদুদা নুপামচাদু হাৎপগী দরকার লৈরবফাওবদা থোক্লিবা পুম্বদুগী মরুদু পুথোক্কদবনি হায়না লেপ্পরম্মী। নুপামচাদুবু কৌদুনা ৱাহং কয়া হংলম্মী।

নুপামচাদুনা খুম্লম্মী, ''ঐহাক্না নখোয়দগী ঙা য়োনবদগী ফংলকপা তঙ্খাই অমা শীজিন্নে, তঙ্খাই অমনা তূংশিল্লি। তূংশিল্লিবদুনা কোনুং অসি শারিবনি অদুগা মীশিংসিসু থবক তৌহল্লিবনি।

মীশিংদুনা মহাক্না হায়রিবদু থাজরমদে। দণ্ডি পীবা ওইনা মহাকপু খুঙ্গং থাদোক্কুনা চৎখিনবা হায়রম্মী।

চিম্বুনা য়ানিংদবা ৱাহৈ মচেৎ অমত্তা হায়দনা য়ুমদু থাদোক্কুনা চৎলম্মী। মহাক চৎখিবদা মীনাইশিংদু কপ্লম্মী। মখোয়না কপ কপ্পুনা চিম্বুগী মতুংইন্নরম্মী। মখোয়না হেক চৎখিবগা কোনুংদু লেঙবা হৌরক্লম্মী। পোৎ-চৈ খুদিংমক চিম্বুগী মতূং ইন্নরম্মী।

চিম্বুনা য়ুমগী মীনাইশিংদু মহাকপু মতোমতা থাদোক্লম্নবা অদুগা মখোয় হনখিনবা হায়রম্মী। মখোয় য়ারম্মী অদুবু খ্বাইদগী ঙকপা অমনা নুমিৎ হুমনিগী মতুংদা কোনুংদু মাঙখিরম্মী, মীনাইশিংদুসু মাঙখিরম্মী।

চিম্বুনা অসুম চৎলকপনা খুঙ্গং অমদা থুংলম্মী। খুঙ্গংগী অঙাংশিংনা শেগায়বা ফি মচেৎ অমা মুন্নবদু উবদা হংলম্মী, "অঙাংশা, কৈদৌবগী নখোয়না অসুক শেগায়বা ফি মচেৎসি মুন্নরিবনো ?"

অঙাংশিংদুনা হায়রম্মী, "নহাক খঙবরা ? পৃথিবীগী মী অমতনা ফিসিগী মনুংদা মকোক লোৎখ্রবদি মহাকপু উবা ফংলোই।" মদু তাবদা চিম্বুনা ফিদু পুরগে হায়না লেপ্লম্মী। মহাক্না অঙাংশিংদুদা হায়রম্মী, "নখোয় খরা লাপ্না চৎথোকউ অদুগা পরেংশানা লেপ্লু। ঐহাক্না ফিসি হেক হায়বগা নখোয় চেনবা হৌগদবনি। ঐহাকপু ইহান হান্না শোকপা মীদুদা ফিসি পীগনি।"

অঙাংশিংদুনা হায়রিবদু য়ারম্মী। মখোয়না খরা লাপ্না চৎথোক্লগা পরেং শানা লেপ্লম্মী।

চিম্বুসু খরা লাপ্না চৎথোক্লম্মী। মহাক্না মকোক্তু ফিনুংদা লোৎলম্মী। কনামত্তনা মহাকপু উবা ফংলমদে। মহাক্না মফমদু থাদোক্তুনা অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা চৎলম্মী।

নুমিৎ নিনি হুমনিগী তুংদা মহাক্না খুঙ্গং অমদা থুংলম্মী। অঙাং খরনা গোরবু (উনা শাবা কপ) অমা মুন্নদুনা খৎনরম্মী। মহাক্না গোরবুদুনা করি কান্নবগে হংবদা অঙাংশিংদুনা খুন্নম্মী, "নহাক্না করিগুম্বা অমত্তং চানীংলকপদা গোরবুসি চামথোক্লগা অপাম্বা পোৎতু হায়য়ু। মথন্তা থোকচরক্লগনি।"

মদু তাবদা চরা হেল্লম্বা চিম্বুদু হরাওরম্মী। মহাক্না মমাংদা হায়খিবগুম পরেং শানা লেপ্পু হায়রম্মী।

অঙাংশিংদু হন্দোকখিরম্মী। মহাক্না মকোত্তু ফিদুনা কুপশিল্লম্মী অদুগা কপতুনা ফি অমদা য়োমশিল্লম্মী। কনামত্তনা মহাকপু উবা ফংলমদে। মহাক অতোপ্পা মফম অমদা খোঙশাল্লম্মী।

নুমিৎ খরনি চৎলবা মতুংদা মহাক খুঙ্গং অমদা থুংলম্মী। খুঙ্গংদুগী মীশিংনা মহাক্কা চপ মান্নবা নুপামচা অমবু মখোয়গী নিংথৌ ওইহনবা পান্নম্মী। থুনমক খুঙ্গংগী মীয়াম্না মহাকপু কোয়শিল্লম্মী অদুগা

নিংথৌ ওইবীনবা হায়রম্মী। মহাক্না হায়রিবদু য়ারমদে অদুগী মহুত্তা হনুবী অমগা লৈমিন্নবা চৎলম্মী।

কপতুগী মতেংনা হনুবীদুগা নুংঙায়না লৈরম্মী। কপতুগী ৱারী হনুবীদুনা হায়দোক্লীংলম্মী। নোংমদি হায়দোক্লীংবনা খাঙবা ঙমদদুনা অরোনবদু খুঙ্গংগী নুপী অমদা হায়রম্মী।

কপতুগী মরম খুঙ্গংদুগী নহা অনীখক্না খঙবদগী হুরান্নবা থৌরাং তৌরম্মী। মখোয়না অহিং অথেঙবদা য়ূমদুদা তূমিন্না চঙদুনা কপতু হুরাল্লম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা চিঙ্গুনা কপতু থিবা ফংদ্রবদা হনুবীদুগা মাগা য়াম্না ৱারম্মী। অদুবু তৌরিবা পুম্নমক্কু হনুবীদুননি হায়বসি মহাক্না খজিক্কফাও খল্লমদে। মহাক্না কপতু থিগে খল্লদুনা য়ূমদুদগী থোরক্লম্মী।

চিঙ্গুনা মকোক্কু মেজিক্কী ফিনুংদা লোৎলম্মী অদুগা য়ূম খূদিং চঙদুনা থিরম্মী। কনামত্তনা মহাকপু উরমদে।

য়ূম অমদা কপ হুরানবা নহা অনীদু কপতুদগী থোকহনবা শা, ঙা, অথুম অহাওনচিংবা ময়ামদু চাদুনা লৈরম্মী। লৈবাক্তা লৈরিবা কপতু চিঙ্গুনা লৌখৎলম্মী। কপতু অহাঙবা নুংশিৎতা মাঙখিবা উবদা য়ূমদুদা ভূত লৈরে হায়দুনা নহা অনীদু কিদুনা চেনখিরম্মী। কপতু অমুক হন্না ফংবদা মহাক য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না খুঙ্গংদু থাদোক্লম্মী।

মহাক্না নোংজু-নুংশা খাক্তনা নুমিৎ খরনি চৎলবা মতুংদা অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা থুংলম্মী। মফমদুদা নুপামচা খরগা নুপীমচা খরগা থৌরী মতৎ অমগা য়োৎচৈ অনীখক্কা মখোয় মশেল অমগা অমগা মুন্নদুনা লৈরম্মী। মহাক্না মখোয় করিগী খৎনরিবনো হংবদা মখোয়না হায়রম্মী, "নহাক্না থৌরীসিদা হেক হায়বদা পোৎ অমা হেক্তা পুনশিনগনি। অদুগা য়োৎচৈ অনীসিদা হায়বদনা হেক্তা ফূগনি। য়োৎচৈ অনীসি কয়ামুক য়াম্না শাথিবগে হায়ববু মীনা উবা ফংদবা ভূত ফাওবা হাৎপা ঙমগনি।"

মমাঙদা অতৈ অঙাংশিংদা হায়বগুম্না চিঙ্গুনা অঙাংশিংদুদা পরেং শানা লেপ্পুনা লমজেল চেল্লক্লবা হায়রম্মী। নুপামচা নুপীমচাশিংদুনা

পরেং শানা লেপ্পবা চৎখ্রিভৈদা চিম্বুনা মাগী মকোক্তু মেজিক্কী ফিনুংদা লোৎলম্মী। কনামত্তনা মহাকপু উবা ফংলমদে। মহাক্না থৌরীগা চৈদুগা পুদুনা অতোপ্পা লম অমদা খোঙশাল্লম্মী।

মহাক্না লম অমদা থুংলম্মী। লমদুগী নিংথৌদু হিংচাবা অমনা ওইরম্মী। মহাক্না মী চাদুনা লৈরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী মী অমা মহাক্কী চাকথাক্কী মপুন্সি মাঙলম্মী। মীশিংনা মাবু হাৎনবা হোৎনরম্মী অদুবু ঙম্লমদে। চিম্বুনা মসি তাবদা চাকথাক্কী পালি তারিবা মীদুগী মহুত্তু মহাক চৎকে হায়রম্মী।

মীশিংনা মহাকপু হিংচাবগী মনাক্তা চত্তনবা হায়রম্মী অদুবু মহাক্না য়াদদুনা হিংচাবদুনা লাক্লগা মী চারবা য়ূমদুদা চৎলম্মী।

মথং নোংঙানবগী অয়ুক্তা হিংচাবদুনা লিনগী শক্তম লৌরদুনা য়ূমদুদা চঙলক্লম্মী। লিনদুনা থোঙজিল হেক য়ৌরকপদা চিম্বুনা মেজিক্কী থৌরীদুদা লিনদু পুন্নবা হায়রম্মী। লিনদুগা থৌরীদুগা শাথিনা খৎনরম্মী। লিনদুনা থৌরীদু মতৎ মতৎ থদৎলম্মী অদুদগী থৌরীদুনা লিনদুসু ইকোয় কোয়না পুনশিল্লম্মী। চিম্বুনা য়োৎচৈ অনীদুদা ফূ হায়বদা লিনদু শিদ্রিফাওবা ফূরম্মী। লিনদু হিংচাবা ওত্থোরক্লম্মী। মীয়াম্না মকক মকক ককথৎলম্মী অদুগা লমদুদগী য়াম্না লাপ্না মফম অমদা হুন্দোক্লম্মী।

মীয়াম্না চিম্বুবু কোনুংদা য়াম্না নুংশিনা পুরম্মী। মখোয়না মহাকপু সিংহাসন্দা থাঙ্গৎতুনা নিংথৌ ওইহল্লম্মী। চিম্বু লুহোংলম্মী। লমদুগী মীশিংদু চিম্বুনা লুচিংদুনা য়াম্না নুংঙাইনা পানখিরম্মী।

# পঙমা অমসুং পঙলম

*অরুনাচল ফুম্মারারা*

পঙমাগা পঙলমগা হৌমিন-কামিন্নরকপা মমান্নবীনি। মখোয় অনী য়াম্না লূনা তিন্নৈ। মশক-মতৌসু চঙখোন্না ফজে। শিংবসু য়াম্না শিংই। তৌবতবু মখোয় অনীমক খৌ (গোইতর) পোম্বনা মরম ওইদুনা নুপাশিংনদি মখোয়গী নুপী ওইনা লৌবা পান্নমদে; অদুগা মতমদুগী মীশিংনা খৌ পোম্বসি করম্বা হীদাক্লা ফগদগে হায়বসু কনামত্তনা খঙলমদে। মখোয় অনীনা মথ্বায় য়াম্না নুঙায়তনা মখোয়গী পূক্লিংগী পোৎলুমদু ফোঙদোক্লরদুনা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা হেক হেক ফন্নরম্মী।

নোংমদি পঙমানা মথন্তা তোর্ব্বান্দা ফন্নিঙৈদা নুপা অমনা অতোপ্পা অমদা হায়বা ব্রা তারম্মী। নুপাদুনা হায়রম্মী, ‘‘ঈশ্বরগী শেংলবা মফম মফমশিংদা তীর্থ চৎতুনা ঈশ্বরবু খুরুমজরবদি হকচাংদা নৈবা অনাবা খূদিংমক ফবা ঙম্মী, কোকপা ঙম্মী অদুনা তীর্থ চৎপনা খ্বাইদগী অফবনি।’’

পঙমানা মদু তাবদগী মহাকসু চৎকে খল্লম্মী। অদুনা অয়ুক্তগী হৌনা চৎননবগীদমক দরকার ওইগদবা পোৎ-চৈ পূন্নমক হাপচিন্দুনা থন্নরম্মী। মহাক্লা য়েনখোঙ অহানবদা হৌগৎতুনা ময়ূমদগী থোরক্লম্মী। চৎলিবা খোঙচৎসিগী মরম কনামত্তদা হায়দোক্লমদে।

মহাক্লা অসুম চৎলকপনা তুরেল অমগী মনাক য়ৌরম্মী। তুরেলদুদা কূন্নদুনা বুম্ববু কৌদুনা খুরুন্নম্মী। মহাক্লা খুরুম্বা লোইরগা অমুক চৎলম্মী। লম্বীদা বৌদ্ধ লম্বোইবা অমা থেংনরম্মী। মাগী মখোঙ শোক্লা খুরুন্নদুনা মানা চৎলিবা খোঙচৎতুগী ব্রারী পীরম্মী অদুগা মাবু আশীর্ব্বাদ পীবিনবা হায়জরম্মী। লম্বোইবা লাইনিংবদুনা হায়রম্মী, ‘‘মফম অসিদগী চৎখ্রগা তুরেল অমা থেংনগনি। নহাক্লা তুরেলদুদা

## পঙমা অমসুং পঙলম



মুন্না য়েংশিল্লবদি অমুবা পোৎশক অমনা অসুম ঈশিং মনুংদা চংখিবা উগনি। মদুবু উরবদি ফত্তবা খুদম্নি হায়বা খঙগদবনি। নয়ূমদা থুনমক হনগদবনি। অদুগা করিগুম্বা অমত্তা উবা ফংদ্রবদি ঈশিংদু খুজোক অহুম থক্কনি অদুগা নখোঙনা তুরেল অদু লাম্হোক্কদবনি। তুরেল লাম্হোরক্তুনা ময়াই য়ৌরকপদা খঙহৌদনা ঈশিংগী ঈপোম্না খ্বাঙদা য়েরক্কনি। মতমদুদা বুদ্ধগী মিং অহুমলক শোন্দুনা চৎলু। ইরাই লাইনা নহাক্না তুরেলদু লাম্হোক্তুনা তোবর্বান য়ৌগনি।

ব্রাফমদু তাবদা পঙমাদু হরাওরম্মী। মহাক্না নুংঙাইবগী মঙ মঙজরম্মী। লমশাং চৎলকপগী অরাম-খৌরাংবা পূম্নমক কাউথোক্লম্মী। অসুম চৎলকপনা অচৌবা উপাম্বী অমা থেঙনরম্মী। নুমিদাংদুমদি উপাম্বী অদুগী মখাদা লেক্কে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না মৈ অমা থাঙ্গৎলম্মী অদুগা নুমিৎতুমগী ওইনা অচাপোৎ খরা চাদুনা চরা নোংখন্নরম্মী। মফাং-মফাংবা ব্রাখল কয়ানা তূম্বা য়ারমদে। অহীং ইচিক হুল্লক্লবা নোংয়াই চবুক লোল্লক্লবা মতমদুদা মহাক্না নুপী অমনা অতোপ্পা নুপী অমদা ব্রা হায়বগী খোঞ্জেল অমা তারম্মী। খোঞ্জেলদুদা—

"নহাক মফম অসিদা কৈদৌরিবনো ? করিগী অসুক থেঙনা লৈরিবনো ? নোংঙানদ্রিঙৈসিদা ঐখোয়না করিনো অমা নত্তুগা অমা ফাহৌরসি। থুরো চৎনবা তৌরসি।"

নুপী অমদুনা পাউখুম পীরকই, "ঙসি অহিং ঐগী য়ুমদা মশক-মতৌ চঙখোল্লবী অমা লৈররে অদুনা ঐ ঙসিদি চৎলরোই । নহাক চৎখ্রো।"

মদু তাবদা পঙমানা মানা লৈরিবা মফম অদু লাইফত্তবী অমগী লৈফমনি হায়বা খঙলম্মী অদুনা মহাক শোয়দনা শিরগনি হায়না খল্লম্মী। মহাক্না মথ্বায় য়াম্না ব্রানা মাবু অমুক্তা কনবিয়ু হায়দুনা বুদ্ধবু কৌদুনা খুরুম্নম্মী। মহাক্না তৌরুরিবা থবকশিং অদুগী ইকায়বা নংদুনা লৈগদবগী শরুক শিখিবনা হেন্না ফৈ হায়না খল্লম্মী। অসুম অসুম থেঙজিল্লকপগা লোয়ননা মহাক তূমনিংবা ফাওরম্মী, তূমথখিরম্মী।

মহাক্না মঙদা মহাকসি নিংথৌমচানুপী ওইরম্মী। মহাক্কী লুহোংবগী থৌরম পাঙথোক্লম্মী। বৌদ্ধ পুরোহিত অমনা মহাক্কী লুহোংবগী মন্ত্র থীরম্মী।

মহাক্না বরগী য়ুমদা মমান্নবী ময়াম্না কোয়শিন্দুনা হরাওনা ফম্নম্মী। বরগী মপানা মঙোন্দা অফ-অফবা পাউতাক কয়াসু পীরম্মী। খঙহৌদনা মহাক মীকপ থোক্লম্মী। মহাক্না হৌগৎলকপদা মহাক্না তূমখিবা উখাদুমক ওইরম্মী। মহাক্না ঙাইহাক্কী মমাংদা নিংথৌমচানুপী অমা ওইনা ফজবা ফিরোল শেৎ চাদুনা নুংঙাইনা হৌজিক্তা লৈরম্বদু মঙনি হায়বা খঙলক্লম্মী। মাগী অৱাবা নুংঙাইতবা ময়াম অদু খল্লুবদা নুংঙাইতবনা থল্লম্মী। মহাক্না ফুম্বংননা অসুম ফম্বনদি কান্নররোই খল্লদুনা ঈশিং থিবা চৎলম্মী। ঈশিংখোঙ অমা থেঙনরদুনা মমায় মমীৎ তাথোক্লবা ঈশিংদা মমায় লূকথরকপদা মাগী খৌরীদা চাউনা খৌপোম্বদু উবা ফংলমদে। মহাক্না মখূৎনা মাদুনা য়েংবদসু থেংনরমদে। ঙরাং তুন্নিবৈঙদা লাইফত্তবী অদুনা অপোম্বদু লৌথোকপিরমগনি হায়না খল্লম্মী। মহাক অসুক্কী মতীক হরাওরম্মী। মীকুপ অমফাও পন্থরমদনা থুনমক ময়ূমদা চৎনীংলম্মী।

তশেংনমক্তি পঙমানা তুন্নিবৈঙদা লাইফত্তবী অদুনা মাগী চাউনা খৌপোম্বদু অহাউবা অথোৎপা চীঞ্জাক অমা ওইবা য়াই হায়না খন্দুনা ককথৎলগা লৌথোক্লুবনি। মহাক্না অহিংচূপ্পা অমা য়ানা চীক্লুনা চানবা হোৎনবদা মচেৎ অমফাও চীকপা ঙম্নমদে। অয়ুক্তা মকক মকক কক্লবা হোৎনবদা মচেৎ অমফাও ককপা ঙম্নমদে। শীংজংনা ককপা ফাওবা চঙলরোই হায়বা খঙবদা লাইফত্তবীদু অসুক্কী মতীক শাউনিংলম্মী। মহাক্না পঙমাদু লৈরিবরা হায়না য়েংলকপদদি চৎখিরমলে। নুমিৎতুমা মহাক চরা হেল্লম্মী।

পঙমানা হান্না লাকপা লম্বীদুদা লাক্লম্মী। লমশাং লাকপগী চোকথবা অৱাবা অমত্তা ফাওরমদে। মাগী পূক্লিংদু নুংঙাইবনা পীক থল্লম্মী। ময়ূম য়ৌনিংবনা খোঙথাং য়াংনা চৎপোই চেনবোই তৌনা লাকপনা নুমিদাংৱাইরমদা ময়ূম য়ৌরম্মী।

খুঙ্গংগী মীশিংনা পঙমাগী খৌ পোম্বদু উদবদুদা কমদৌননো হায়না ঙক্লম্মী। মাবু পঙমা নত্ত্রবরা হায়না খল্লম্মী। মানা ময়ূম য়ৌরবদা ময়ামদা মাগী থোকখিবা ব্রারী পূম্বা লীরম্মী। ব্রারীদু তাবদা মখোয় য়াম্না হরাওরম্মী।

পঙমাগী মরুপ পঙলমনা মাগী মরূপকী লাইবক ফবা ব্রারীদু তাবদা নুঙাইবগা লোয়ননা কল্লকপসু ফাওরম্মী। পঙমানা ব্রারী পূম্নমক্তু অমত্তা চীৎথদনা লীরবা মতুংদা মহাকসু পঙমাগুম্না তীর্থ চৎকে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না অয়ুক অমা ময়ূম থাদোক্তুনা মাগী মরুপ্না তাকপা লম্বীদুদা লাক্লম্মী। মহাক্না, পঙমানা তূমখিবা উপাম্বীদুগী মখাদা তূম্লম্মী। ঙসি অহিংসিদা লাইফত্তবী অদুনা মাগী অপোম্বদু লৌথোকপিদুনা মাগী মরূপ্তুগী হেম্না ফজবী নুপী অমা মথং নোংঙানবদদি ওইরগনি খন্দুনা হরাওনা তূমথখিরম্মী। মহাক্না অয়ুক য়াহৌরকপদা মাগী মশাসি ঈরুম লুম্বগুম্বা অমা ফাওরম্মী। মহাক্না মাগী অপোম্বদু লৈত্রবরা হায়দুনা মখূৎনা মাদুনা য়েংবদা মফম কায়দনা লৈরম্মী। মানা মঙকসি ঈরুম লূম্মী হায়দুনা ঙকশমগী তুংলোমদা মাদুনা য়েংবদা অতোপ্পা খৌ পোম্বগী চাউনা পোমথোকপা অমসু থেঙনরম্মী। মহাক্না তূম্লিঁঙৈদা লাইফত্তবী অদুনা পঙমাদগী চাগে হায়দুনা লৌথোকপা অপোম্বা অদু পঙলমগী তুংলোমথংবা শরুক্তা হাপচিনখিবনি। পঙলমদু মাগী অপোম্বদু ফগদ্রা হায়না খল্লুববু হেম্না লাইবক থীবা অমা ওইখ্রে। মহাক্না খাঙবা ঙমদনা ও-খোঙনা কপ্লম্মী অদুগা মাগী লাইবক থীরবা মপোকপু হুম্না হুম্না নিন্দা তৌরম্মী। ❧

# নোঙ্লুকপা অমসুং চাউথোক্তবা

*মিজোরামগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা লিয়ান্দো অমসুং থালসিএল কৌবা য়াম্না লাইরবা মচীল-মনাও অনীখক লৈরম্মী। খুঙ্গং অদুগী লুচিংবদুনা মচীল-মনাওবু লাইরৈ হায়দুনা উশিংৎপিরমদে।

নোংমা খুঙ্গংদুদা লৈবা মী পূম্নমক উমংদা শা-তানবা চৎলম্মী। মদুদা খুলদুগী নহা অহল খাক্তনা য়াওরম্মী। খুলদুগী লুচিংবা অমসুং ইনাকখুনবশিংদুনা মাঙজিল থারগা মচীল-মনাওদুনা মমৈদা চৎলম্মী।

উমং তান্না চৎপগী লম্বীদা তুরেল অমা লৈরম্মী। তুরেলদুদা অপীকপা থোং অমদি শাবা উরম্মী। মখোয় লোইনমক থোংদু লাল্লগা চৎলম্মী অদুবু মচীল-মনাও অনীদুদি থোং অসি করিনা শাবনো হায়না খল্লম্মী।

থোং অদু লানবগী লেঙবদুদা মচীল-মনাও অনীদুনা লাল্লিবদু থোং নত্তে তুমলিবা লাইরেল (পাইথোন) মপৈ অমগী মনঙ্গলনি হায়বা খঙলম্মী। লাইরেলগী মনঙ্গল অসিদি য়াম্না শাংই। লেঙদবা পোৎ অমগা মান্নে। মচীল-মনাও অনীদুনা লাকমিন্নরিবশিংদুদা থুনা লাল্লু মসিদি থোং নত্তে লাইরেলগী মনঙ্গলনি হায়রম্মী।

লাকমিন্নরিবশিংদুনা লাম্থোকখ্রবা মতুংদা মচীল-মনাও অনীদুনা লাইরেলদু মকক কয়ামরুম থোক্লা ককথৎলম্মী অদুগা চাকখাউদু লৌথোক্লম্মী। চাকখাউদু পুদুনা ময়ূমদা লাক্লম্মী। ময়ূম য়ৌরগা চাকখাউদু ককথৎলম্মী। মনুংদা সনা মণি-মুক্তানচিংবা য়াওরম্মী। তশেংনমক্তি লাইরেলদি মী চায় নত্রুগা য়োৎলি অদুনা য়াওরম্লিবশিংসি সনা লুপা শিবী নুপী খরা শোয়দনা চারমগনি হায়না মচীল-মনাওনা খল্লম্মী।

সনাশিং অদু মখোয়না য়াম্না চেকশিন্না থন্নল্মী। ময়াম্বা অহল লিয়ান্দোনা খুলদুগী লুচিংবা অদুগী মচানুপী অহলগা নুংশিনরম্মী। লুচিংবা অদুনা মচানুপীদু লাইরবা নুপাদুদা লুহোংবা পান্নমদে। মহাক্না কন্যাগীদমক অচৌবা শেনফম অমা নুপাময়ূমদা তাল্লম্মী। কন্যাগী মপানদি নুপা ময়ুমনা পৈশা পীবা ঙম্লোই হায়না খল্লম্মী। অদুগা খুলদুগী চৎনবী অমা ওইনা নুপা ময়ুমদগী নুপী ময়ুম্না পৈশা লৌবা অসি চৎনরম্মী।

লিয়ান্দোনা চেকশিন্না থমখ্রিবা সনাশিং অদুদগী খরা লৌথোক্লুনা নুপী ময়ূমদা থিল্লম্মী। মী খূদিংমক্না মখোয়না পুরক্লিবা সনাশিং অদু উবদা ঙক্লম্মী তৌইগুম্বসুং মচীল-মনাওগী অরোনবা অদুদি কনাসু খঙলমদে।

নুমিৎ খরগী তুংদা মচীল-মনাও অনীদুনা অহল ওইরবা শকখঙদবা নুপা অমা তূমফম শেমদুনা মপান্দা তূন্নম্বা থেঙনরম্মী। মখোয়না শকখঙদবদু ময়ূমদা কৌশিন্দুনা অহিং লেকহল্লম্মী। চাক ঈশিং পীজদুনা নীংথিনা সেবা তৌরম্মী। অহল অদুনা মখোয়গী থম্মোয় শেংবা সেবা অমসুং নোল্লুকপদুদা পেল্লম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা অহলদুনা চৎলমদাইদা হায়রম্মী, "ঐহাক নখোয়না লৈরিবা খুলসিগা হেক য়ূমলোন্নন্না লৈরিবা খুলসিগী লুচিংবনি। নখোয়না শংলবদি নোংমা তাঞ্জা চাবা অমদা কোয়থোরকউ। ঐগী মিং লেসিয়া কৌই।"

অহলদু চৎখ্রবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা মচীল-মনাও অনীদুনা লেসিয়াগী ময়ূমদা চৎলম্মী। মখোয়বু উবদা লেসিয়ানা তরাম্না ওক্লম্মী। অরৈবা পুথোক্লুনা চামিন্নরম্মী। মখোয়না চৎলমদাইদা অহলদুনা মিথুন অমোম অমা খুদোল ওইনা পীরম্মী। মচীল-মনাওনা অহলদুবু থাগৎপা ফোঙদোক্লদুনা মিথুন অমোমদু পুরগা লাক্লম্মী।

মিথুন অমোম অদু থা খুদিংগী মচা পোক্লকপদুদা মচীল-মনাওদু য়াম্না ঙক্লম্মী। ইকুই কুইদনা মখোয়গী মিথুন শঙ্গু অমা লৈরম্মী। মিথুনশিং

অদু ষনগুম্না মমল লৈরম্মী। মিথুনশিং অদু য়োম্হোক্তুনা মচীল-মনাও অনী অদু য়াম্না নুংঙাইরম্মী।

মখোয়না ইনাক খুনগৎলকপা অদুদা খুলদুগী লুচিংবদুনা মচানুপী য়াইমদু লিয়ান্দোগী মনাও থালসিএলদা থাজনীংলম্মী। থালসিএলনদি য়াম্না থোইচৎ-ব্রাংচৎনবা লুচিংবদুগী মচানুপীদু লৌবা পান্নমদে অদুবু ময়াম্বদুনদি লুহোংবদু য়ারম্মী। মনাওনুপানা য়ানিংদ্রবসু য়ানিংদনা ময়াম্বগী য়াথং ঙাক্তুনা লুহোংলম্মী অমসুং নুংঙাইনা পানখিরম্মী।

# লৈশাবী অমসুং কৈ-মী

*মিজোরামগী ফুঙ্গাৱারী*

মিজোরামদা লৈবা পাৱিশিংগী থাজনবী অমা লৈরম্মী। শা খরনা মীগী শক্লোন লৌদুনা মীগা তোৎন-তিন্নরম্মী অদুগা করিগুম্বা মতমদা শা ওন্দুনা উমংদা লৈরম্মী।

পাৱিগী ইনখৎলক্লিবী লৈশাবী অমগা কৈ-মীগা খঙনরম্মী। নুপীমচাসিনদি মহাক কনানো খঙলমদে। মখোয় অনী উ খোমজিনবা, য়েনশাং নাপী অমদি চাবা য়াবা লৈগী মপালশিং হেকপদা য়াম্না তোয়না উনরম্মী। নুপীমচাসিনসু নুপাসিবু নুংশিরম্মী। মহাক্না নুপাসিবু পুদুনা মাগী খুলদা লাকমিন্নরম্মী। নুপীমচাসিগী মমা মপানসু নুপাসি কৈ-মীনি হায়বা খঙলমদে।

নোংমা লৈশাবীসিগা নুপাসিগা উমংদা উ খোমজিল্লিঙৈদা খরা লাপ্পা মফম অমদা শজিনা খোঙবা মখোল অমা তারম্মী। নুপাদুনা মহাক অশ্বাইফাওবদং চৎলুখিগে য়াম্না থুনা হল্লক্কে হায়রম্লগা চৎখিরম্মী।

মহাক্না খরা চৎলবা মতুংদা কৈ ওল্লম্মী। কৈদুনা শজিদুবু তান্নদুনা ফারম্মী অদুগা মচেৎ মচেৎ শেৎতুনা চারম্মী। চাবা ঙমদবশিং অদু হুন্দোক্তুনা থম্লম্মী। কৈদুনা অমুক মী ওল্লদুনা লৈশাবীদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। থুমনখিদুনা মহাক্না মচীনবান অদু ঈশিংদা চামথোকপা কাউরম্মী। লৈশাবীদুনা নুপাদুগী মচীনবান্দা ঈ পক্লীবদু উরম্মী। মহাক্না কৈ-মী ওইরম্বা য়াই হায়না চিংনরম্মী অদুবু করিগুম্বা অমত্তা পাউহংবা তৌদনা নুপাদুদা চৎলগে হায়রম্লগা ময়ূমদা হনখিরম্মী।

লৈশাবী অদুনা চৎখিবদুদা কৈ-মী অদুনা মপূক্লিংদা মওল মওল খল্লম্মী। চিংনবসু পোক্লম্মী। মহাক্না ঈশিং খৌরাংলক্লদুনা ঈশিং-খোং

অমগী মনাক্তা চৎলম্মী। মহাক্না ঈশিং থক্কে হায়দুনা হেক নোঙ্থরকপদা মশাগী মমি অদু ঈশিংদা উরম্মী। মহাক্কী মমায়দা মচীনবান্দা ঈ পক্লিবদু উবদা লৈশাবীদুনা মহাকপু কৈ-মীনি হায়না চিংনখ্রে অদুনা মহাক্না খুলগী মীশিংদা হায়দোক্লুবা য়াই হায়না চিংনরম্মী। থিন্দনা মহাক্না নুপীদুবু হাৎননবা তান্নরম্মী।

লৈশাবীদু অসুক্কী মতিক শিংলম্মী। মহাক্না নুপাদু শোয়দনা হল্লক্কনি হায়বা খঙলম্মী। লম্বী চৎনা চৎনা মহাক্না অথৌবা থাঙ্গোল অমা ফি মনুংদা পুরম্মী। খুলদুগী ওইবা কনাগুম্বা মী অমনা অরানবা অমা তৌরবদি মীদুগী ফমফম অমা তোঙান্না লৈ। ফমফম অদুদা নুপীদুনা ফমদুনা লৈরম্মী। নুপাদুনা মাগী মতুংদা য়াম্না চেকশিন্না তান্নরক্লিবদু নুপীদুনা উরম্মী। মনাক য়ৌরক্লবদা নুপাদুনা কৈ ওন্দুনা নুপীদু হাৎলগে হায়না চোংশিল্লম্মী। নুপীদুনা ফি মনুংদগী অথৌবা থাঙ্গোলদুনা কৈদুগী মবুক্তা থুম্না থিংজিল্লম্মী। কৈদু ঙাইহাক চৈনা খাঙলম্নগা শিরম্মী।

# পৃখ্রি অমসুং য়োং

*মিজোরামগী ফুঙ্গারারী*

শওম শঙ্গু অমনা তরু তরুবা পৃখ্রি অমা থেংনরম্মী। পৃখ্রিদুগী ঈশিংদু অসুঙ্কী মতীক লূরম্মী। শওম মকোক অদুনা পৃখ্রি অদু মহাক্কী ওইনা তোঙাম্না থম্বা পাম্লম্মী। মহাক্না য়োং অমদা পৃখ্রি অদুগী ঈশিং অদু কনামত্তনা থক্তনবা ঙাক-শেল্লু হায়রম্মী।

শওমদু চীঞ্জাক থিবা চৎলম্মী। য়োংদুনা পৃখ্রিদু শেন্নদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা শজি অমা লাক্লগা ঈশিংদু থক্কে তৌরম্মী। য়োংদুনা শজিদুদা হায়রম্মী, "মসি খুড়া শওমগী পৃখ্রিনি। করিগুম্বা নহাক্না ঐনা হায়বা তাদদুনা থক্লবদি নহাকপু হাৎপীগনি।"

মদু তাবদা শজিদু কিরদুনা চেনখিরম্মী। ঙাইহাক্কী মতুংদা শওম লাবা অমসু ঈশিংদু থকপা লাক্লম্মী। মঙোন্দসু য়োংদুনা ব্রাফমদু খঙহনবদগী শওমদু চৎখিরম্মী।

শওমদু চৎখ্রবা মতুংদা কৈ অমমুক লাক্লম্মী। মঙোন্দসু য়োংদুনা ঈশিংদু থকপা য়ারোই হায়রম্মী অদুবু কৈদুদি করিসু নাচুংদনা ঈশিংদু থক্লম্মী। তাঞ্জা অদুদা শওমদু ফজরবা শজি অমা পুদুনা লাক্লম্মী। কৈদুনা ঈশিং থক্লম্বদু উবদা শাউরদুনা কৈদুগা খৎনরম্মী। মখোয় অনী অমনা অমবু মায়থীবা পীবা ঙম্লমদে। মখোয়না অঙম্বা চীংমায় অমদা কাখৎলম্মী। অদুগা লৈজবী থাদুনা অকনবা লাম্হেংদু চৎথরম্মী। মখোয় অনী ব্রাইনবা লাক্ল-ফানবদা চীংমায়দগী ওস্থদুনা চীংখাদা তারম্মী। মখোয় অনীমক মকোক য়ৈশিন্দুনা শিরম্মী।

কুম্মৈ য়েংলিবা য়োংদুদি অকনবা অনীনা শিবদুদা হরাওরম্মী। মহাক্কীদমক্তদি থা অমগী হাউরবা চীঞ্জাক শওমদুনা পীবিরে।

# হরাতা কুনব্রর

*অসামগী ফুঙ্গারারী*

মচীল-মনাও তরুক্কী মনুংদা হরাতা কুনব্রারনা খ্বাইদগী অতোনবনি। মহাক্তি থবক অমত্তা তৌবা পান্নমদে। জঙ্গলগী ফজবা অঙকপা ময়ামসিদা মাগী পূক্নিং লুপ্লম্মী। মহাক্না ময়াম্বশিংনা থবক শূবা চৎখ্রগা হল্লক্ত্রিবা ফাওবা লম্নক্কী শওম শজিনচিংবা তাল্লম্মী (শা তাল্লম্মী)। মহাক্কী থবক শূনিংদবা মতৌদুদা ময়াম্বশিংনা মপাদা ব্রাকৎলম্মী।

মপানা মচাশিংদুগী ব্রাকৎভু তারবা মতুংদা মচাশিংদুনা মাবু কয়ামুক য়াম্না নুংশিবগে হায়বদু খঙদোকপা পান্নম্মী। অদুনা নোংমদি মহাক্না মচানুপা অহলদু কৌশিল্লদুনা হংলম্মী, ''ইপাগী ইবুংঙো, ইপানা অহল ওইরক্লবদা নঙনা ইপাবু কমদৌনা থাক্কদগে ?''

মচানুপানা খুন্নম্মী, ''বাবা, ঐনা ঐখোয়গী খুঙ্গংগী লুচিংবা ওইগনি। মীটিং তৌগনি। খুঞ্জাশিংনা চেং থুমোক থুমোক, বা, য়ুনচিংবা ঐগীদমক খুদোলপোৎ ওইনা পুরক্কনি। পুরক্লিবশিং অসিদগী ঐনা বাবাগীদমক চেং অমসুং য়ু দরকার লৈবা খুদিংমক পুরক্কনি।'' মচাগী ব্রাদু ভাবদা মপাদু হরাওজরম্মী।

অদুদগী মপানা মচানুপা অহলদা হংখিবা ব্রাহং অদুগা চপমান্না মচানুপা য়াইমদা হংলম্মী। মচানুপানা, ''বাবা ঐদি থাঙশাবা ওইগনি। ঐনা মখল মখলগী থাঙ শাগনি। অশাবশিংদু য়োন্দুনা পৈশা তানগনি। অদুদগী ঐনা বাবাগীদমক ক্বা, ক্বামনা, শঙ্গোম চেংপাক্লচিংবা লৈগনি।'' পাউখুমদুদা মপাদু পেঞ্জরম্মী।

মপানা অহুমশুবা মচাদু কৌশিল্লদুনা মহাক্না অহল ওইরক্লবা মপাবু কমদৌনা মতেং পাংগদগে হংলম্মী। মচানুপানা খুন্নম্মী, ''নুমিৎ

চুপ্পা থবক শুগনি। অমুনবা ফৌশিং খাওগনি। ফৌ তাইথোক্তুনা পৈশা ফংগনি। ফংলিবা পৈশাশিং অসিদগী বাবাগী অব্রাৎপা অমত্তা লৈরোই।" মচাগী পাউখুমদু তাবদা মপাদু হরাওজরম্মী।

মরিশুবা মচানুপাদা হান্নগী ব্রাহংদুমক হংবদা খুন্নম্মী, "বাবা, ঐদি ইনাকখুনবা নুপা অমগীদা থবক শূদুনা মাগী পেন্নবা তৌগনি। মহাক্না ঐঙোন্দা অফবা চীঞ্জাক অমসুং লৈননবা মফম পীগনি। ঐগী লৈজরিবশিং অদুদগী বাবাগী শরুক পীরক্কনি।" ব্রাদু তাবদা মপাদু মীকুপমুক তূমিন্না লৈরম্মী।

মঙাশুবা মচানুপাদা ব্রাহংদুমক অমুক হংলম্মী। মচানুপানা খুন্নম্মী, "ঐনা কনাগুম্বা অমগী মখাদা থবক শূগনি। মদুদগী ফংলকপা পৈশাদুনা বাবাবু থাক্কনি।" মদু তাবদা মপাদু হোয় মায়গী পাউখুম অমত্তা পীদনা তুমিন্না লৈরম্মী।

অদুদগী মপাদুনা মচানুপা অতোনবা হরাতাদা মহাক্না অহল ওইরক্লবদা মপাবু করম্না য়েংশিনগদগে হংলম্মী। তরুকশুবা মচানুপা হরাতানা চাউথোক্না খুন্নম্মী, "বাবা, ঐদি ইয়াম্বশিংনা তৌবা অদুম হায়না তৌগে হায়না খন্দে। ঐহাক্কী য়াম্না চাউবা আশা লৈজে। ঐনা নুমিৎকী মচানুপী লুহোঙদুনা লৌগনি। মপাইবুংঙো নিংথৌগী লৈবাক্কুগী তঙ্খায় অমদি ঐগী শুরুক ফংগনি। ঐনা ফংলিবা লমদুগী মপু ওইনা বাবাবু সিংহাসন্দা ফমহনগনি। ঐনা ঐগী খোংলোয়শিংদা সনাগী চফুদগী ঈশিং পুরক্লবা য়াথং তৌগনি। মখোয়না বাবাগী খোঙ খূৎ ঈশিং অসিনা হামগনি।"

মচানুপা অতোনবগী ব্রাদু তাবদা মপাদু লোম্থোক্তবগুম লৈরম্মী। ময়াম্বশিংনা মাগী ওইবা য়ারোইদবা ব্রাদুদা শাউরম্মী। মপা মচা ব্রারী শান্নবদু লোইশিল্লম্মী।

মথংগী নুমিৎতা মহৌশাগী মতৌগুম হরাতা কুনব্রনা শা তানবা চৎলম্মী। মপানা ময়াম্বশিংগা লোয়ননা লবুক্তা থবক শূবা চৎলম্মী।

মখোয়না থবক শূরিঙৈদা ময়াম্বশিংদুনা মপাদা মনাওনুপা অতোনবদু থবক্তি শূনিংদনা ওইরোইদবা থবক্তা ৱাজাও ঙাংই হায়দুনা তন্নরম্মী। থবক্তি অমত্তা শূদ্রবা কান্নদ্রবা মাবু ঐখোয়না ৱানা থবক শূরগা করিগী মাবু পীজগদৌরিবনো হায়রম্মী। মপাসু ময়াম্বশিংনা হায়রিবদু য়ারম্মী।

থবক শূবা লোইরবা মতুংদা মখোয়না লৈবাক্কী চফুদগী য়ু হৈ হৈদুনা থকপা হৌরম্মী। য়ুদুনা অহল ওইরবা মপাদুদা ফত্তবগী ৱাখল পোকহল্লম্মী। মহাক্না মচা মঙাগা লোয়ননা মচানুপা হরাতাবু লন্নক্কী শাথিরবা শওম লৈবা মফমদা শা তানবা চঙহনসি হায়দুনা লৌতূনরম্মী। অসুম্না খন্নরবা মতুংদা মখোয় তূম্বা চঙলম্মী।

মখোয়না লোন্না ঙাংন শান্নবা ৱারীদু হরাতাগী মতৈমা অহলনা তারম্মী। মহাক্না হরাতাবু মাগা হেক পোকমিন্নবা মপ্পাগুম্না নুংশিরম্মী। মহাক্না মনাওনুপা অদুবু খুদোংথিবা অদুদগী করম্না কনসিগে হায়বা ৱাখলসিদা তূম্বা য়ারমদে।

মথংগী নুমিৎতা হরাতাগী মপা অমসুং ময়াম্বশিংনা লন্নক্তা চৎখ্রিঙৈদা হরাতানা মতৈমগী মনাক্তা মানা হাৎপা লন্নক্কী উচেক খরা পুদুনা লাক্লম্মী। মতৈমনা মাবু য়াম্না নুংশিনা চাক পীজরম্মী। চাক চাবগী অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা মখোয়না ৱারী হেক হেক শান্নরম্মী অদুবু ঙসিদি, মতৈমদু তূমিন্না লৈরম্মী। খজাই চোন্না পি শিন্তরম্মী। মতৈমনা পি তাবদু উবদা কৈদৌরগে হংলম্মী। মতৈমনা মঙোন্দা মপা অমদি ময়াম্বশিংগা শান্নখিবা ৱারীদু তন্নরম্মী। ৱারীদু তারবা মতুংদা হরাতানা মতৈমদা মাগীদমক্তা করিমত্তা ৱারুগনু, কনামত্তনা মহাকপু হাৎপা ঙম্লোই হায়রম্মী। মখোয়না চৎখ্রবা মতুংদা ঐহাক্না য়ুমথক্তা লৈতুম তরুকখক লংখৎলক্কনি। করিগুম্বা লৈতুম লংখৎলকপগী মখোলসি তাদ্রবদি ঐহাক শিরে হায়না খঙবিরো হায়রম্মী।

নুমিদাংৱাইরমদা মপানা হরাতাবু কৌরদুনা হায়রম্মী, "ইবুংঙো ঐখোয়না লন্নক্কী অঙাওবা ওকশিং অসি ঙাকথোকপা ঙমদ্রে। মখোয়না

যৌ মখৈ লোইনা চাথোক্লে। ঙসি নুমিদাংদি নহাক চত্নুনা খরা য়েংশিল্লুচো।"

হরাতানা চাক তোক্লবা মতুংদা মাগী লীরুং তেল পুদুনা লবুক্তা চৎলম্মী। মহাক্না পুরুই পান্বীগী মরু খরা পুরম্মী। মরুশিংদু খোক্তোক্লুনা অঙাঙবা মহী লৌরম্মী। মহাক্না লফু পান্বী অমা মরু য়াওনা ফুক্তোক্লুনা মীগী মূর্তি অমা শারম্মী। মূর্তি অদুদা অহোবা মখুল অমা হুৎলগা মদুদা পুরুই মরুগী অঙাংবা মহিশিংদু হৈজিল্লম্মী অদুগা অঙৌবা ফি অমনা মশাদু থুংনবা কূপ্লম্মী। কনাগুম্বনা য়েংবদদি মী মান্না উরম্মী।

অহিংদা হরাতাগী মপা অমসুংময়াম্বশিংদু তা অমমম পায়রদুনা জঙ্গলদা লাক্লম্মী। মখোয়না মফমদু য়ৌরবদা মপানা মচানুপা অহলদুদা হায়রম্মী, "হৌজিক্তি নখোয়গী নপাঙ্গল নথৌনানা হরাতাবু হাৎলো।"

মচানুপা অহলদুনা লফু মনাক্তা চঙশিল্লম্মী। মহাক্না খঙলেপ লেপ্লুনা মহাক্কী মনাওনুপানা তূমদুনা লৈরিবদু উরম্মী। মহাক্না মপাদা মহাক্কী ইতোন তোনবা তূমজরিবা মনাওনুপাদু হাৎপা ঙম্লোই হায়রম্মী। মপানা অমুক মচা মরিদুদা হাৎননবা হায়বদসু মচাশিংদুনা অমত্তা য়ারমদে। মপানা শাউরদুনা নপাং পাঙদনা অকবা শানিংবশা, মী অমা হাৎপগী থৌনাসু লৈতবা হায়রদুনা মপাঙ্গল পূম্নমক পুথোক্লুনা মী শানা হাপ্লিবা লফুদুদা তা অদুনা থিল্লম্মী। পুরুই মরুগী ই মানবা অঙাঙবা মহীদুনা অঙৌবা ফিদু পম্লুপ লুপ্লম্মী। মদু উবদা মপানা চাউথোক্লা হায়রম্মী, "হৌজিক্তি মহাক ইঙাঙ পাক্তক্লনা শিরেদো। রাজাও ঙাংবা মহাক হৌজিক্তি নুমিৎকী মচানুপী লুহোংঙেদনা।"

"নহাক্না হায়রিবদু করিনো ?" হরাতা কুনবারগী খোঞ্জেল লাক্লম্মী। মখোয় খংপ্রেক খঙলম্মী। মসি শোয়দনা হরাতাগী থরায় ওইরমগনি হায়না নীংলম্মী। মখোয় কিবনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা মখোয়গী লৌতাংশঙদু য়ৌননবা চেল্লম্মী। মফমদুদা মখোয় অহিংদুমা লেল্লম্মী।

নোং ঙাল্লগা মখোয় ময়ূমদা লাক্লম্মী। মখোয়না চাক চারবা মতুংদা মহৌশাগুম থবক শূবা চৎলম্মী। মখোয় লৈরম্মরোই হায়বা তাঞ্জাদুদা হরাতানা লৈতুম তরুকখক য়ূমথক্তা লংখৎলম্মী। মখোলদু তাবদগী মতৈমদু মপান্দা থোরক্লম্মী অমসুং হরাতাগা লোয়ননা ইমুংদা চঙমিন্নরক্লম্মী। মতৈমনা মাগী চানবা চাক পুথোক্তুনা পীজরম্মী। চাবা লোইরবদা হরাতানা মতৈমদা য়েক্লবনা পীক থন্না লৈরবা ইমুংসিদা লৈররোই, অতোপ্পা মফম অমদা চৎখ্রগে অদুনা মাগী অচাপোৎ খরা য়োম্বিয়ু হায়রম্মী।

মনাওনুপানা হায়রিবদু মতৈমনা য়ারম্মী অদুম ওইনমক চৎখিগদবা অদুগীদমক য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাক্না মনাওনুপাগীদমক য়ামনা নুংশিনা অচাপোৎ য়োম্বিরম্মী। কায়নরমদাই মতমদা হরাতানা মতৈমদা হায়রম্মী, "ঐনা করিগুম্বা শিদ্রবদি হল্লক্কনি। ঐহাক্না য়ূমথক্তা লৈতুম তরুক হুল্লকপগী মখোল তারবদি ঐহাক লাক্লে খঙবিয়ু অদুগা ফম্লনবা চৌকিশিংদু তরু তনাম্না থম্বীরম্মু।"

চৎলমদাইদা মতৈমগা মখোয় অনী কপমিন্নরম্মী অদুদগী হরাতানা লীরুং তেন পুদুনা চৎখিরম্মী। হরাতানা ময়ূম থাদোক্তুনা য়াম্না থাপ্না লাক্লম্মী। মহাক্না ৱারদুনা খাঙপোকশঙ অমগী মনাক তান্না চঙশিল্লম্মী। ইমুংদুদা মী কনা কনা লৈগে হায়দুনা কৌরম্মী।

"ঐহাকপু কৌবিনবা কনাসু লৈতে অদুবু কৌরক্লিবা নহাকপু কনানো ?" হায়দুনা মনুংদগী খুন্নরক্লম্মী। হরাতানা হায়রম্মী, "মপান্দা অমুক্তা থোকপিরকউ অদুগা লাক্লিবসি কনানো হায়দুনা অমুক্তা য়েংবিয়ু।"

অহল ওইরবী নুপীদু থোরক্লম্মী। মহাক্কী শেৎলিবা ফিরোল অমসুং ঙৌরবা শন্নাংশিং অদু উবদা মহাকপু লন্নক্তা শাৎপী থৌশাবিদ্রবা লৈগুম্না উরম্মী। হরাতানা মহাকপু উবদা নুংশিবা পোক্লম্মী।

হনুবীদুনা হায়রম্মী, "ঐহাক্তি অহল ওইরে, য়াম্নসু লাইরৈ

অদুগা ঐহাক্কী কনাসু লৈত্রে। নহাক্কা মফমসিদা কৈদৌবা লাকপনো ?”

হরাতানা খুল্লম্মী, “অবোক, ঐ নঙগা লোয়ননা লৈরগনি ”

হায়রিবদু হনুবী অদুনা থাজরমদে অদুনা হায়রম্মী, “নহাক নিংথৌ ওইরমগনি। করিগীদমক্তা জঙ্গল অসিদা অহল ওইরবী চাকনিবী ঐগা লৈগদৌরিবনো ?”

হরাতানা মোমোন নোক্লদুনা “ঐনা নিংথৌ ওইবফাও নহাক্কী ননাক্তা লৈগনি।”

মহাক্কী মগুগুম্বা য়েংবদা চূং-ফিরাল চাবা নুপামচাদুনা হায়রিবদুদা হরাওজরম্মী। হনুবীদুনা মহাক্কী অচীকপা পুন্সিদুগীদমক ব্রাজরম্মী।

নোংমা অয়ুক অমা হনুবীদুনা হরাতাদা হায়রম্মী, “ঐহাক নিংথৌগীদা ভিক্ষা চৎলুগে, ফৌশিংদু নুংশাদা ফৌদোক্লম্মু অদুগা তুরেলদা ঈরুজৌ। অদুবু তুরেলগী ঈচেল হঙ্গৎনা চেনবা অদোমদদি চৎলনু।”

হরাতানা ফৌশিংদু ফৌদোক্লম্লগা তুরেলদা ঈরুজবা চৎলম্মী। মহাক্লা মবোক্লা চৎলন্ হায়বা মফমদুদা করিগুম্বা অঙকপা খরা লৈরমগনি হায়না খল্লম্মী। মহাক মফমদুদা চৎনিংবনা লাঙতক্লরম্মী। মহাক্লা মফমদুদা চৎলম্মা অদগা শিরি থাক থাক নাইনা শেম্লিবা ঈরুজফমদু থেঙনরম্মী। মফমদুদা মহাক্ল কুমথদুনা ঈশিং মনুংদা লৈরিবা মনাগী অমসুং লুপাগী চফুশিংদু থেংনরম্মী।

হরাতানা ময়ুমদা হল্লক্লগা মবোক্তা মহাক্লা থেংনরকপশিংদু তল্লম্মী। হায়বা ইন্দবগীদমক মবোক্লা চৈরম্মী। অদুবু হরাতানা মনা উরক্লিবা খূদিংমক্তুগী ব্রারী লীবিনবা তকশিল্লম্মী। মহাক্লা তকমনবদগী ব্রারীদু লীদবা ঙল্লমদে। মহাক্লা হায়রম্মী, “ঘাট অদু বরিটি বিচার (বিরাট পুরী নিংথৌগী ঈরুজফম) কৌই। নিংথৌগী মচানুপী তরুক্লা

মফম অসিদা নুতিগী লাক্তুনা ঈরুজরম্মী। ঐনা নঙোন্দা খঙহল্লিবসিনি মফমদুদা অমুক হন্না চঙলুরগনু।” অদুবু হরাতাদি মফম অদুদা চত্তুনা নিংথৌমচানুপীশিং অদু য়েংলুগে হায়না লেপ্লম্মী।

মথংগী নুমিৎতা মবোক্তুনা হেক চৎখিবগা মহাক্না ঘাটতুগী মনাক্তা লোৎতুনা লৈরম্মী। নুংশাসু য়াক্লা শারম্মী। অতিয়াদা মখোল অমা তাই হায়দুনা য়েংখৎলম্মী। মশক ফজখ্রবী মশা পানবী হেলোয় তরুকখক স্বর্গদগী পাইথরক্লম্মী। মখোয় তরুকমক মচীল-মনাও ঙাক্তনি। মখোয়গী মশাশিং অদু নুংশানা য়ৈবদা মঙাল নাইনা তথক তথক্লম্মী। তুরেলগী তোবর্বান য়ৌরক্লবদা মফিশিংদু লৌথোক্তুনা ঈশিংদা চোংথরম্মী। ফনা কুইনা মখোয় ঈশিংদা ঈরোইদুনা শান্নরম্মী।

থেঙজিল্লক্লবদা মচে অহলদুনা মখোয়না তৌগদবা থবক য়াম্না লৈহৌরি মমা মপানা চৈরন্নগনি হায়দুনা ঈশিংদগী কাখৎলম্মী। মখোয়গী মফিশিংদু শেৎচিন্দুনা অতিয়াদা পাইখৎখিরম্মী। মখোয় তরুক্কী মনুংদা ইতোন তোনবী অদুনা খ্বাইদগী মশক ফজরম্মী। হরাতানা মখোয়বু উরিবমখে য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক্না মখোয় তরুক্কী মনুংদা অমদি লুহোংদুনা লৌবা পান্নম্মী। ময়ূমদা হল্লক্লবদা মহাক্না মবোক্তা মহাক্কী অপাম্বদু ফোঙদোক্লম্মী। মবোক্না “মখোয়দু হেল্লোই নত্তে, নুমিৎকী মচানুপীশিংনি। নঙদি লাইসু নত্তে মীনিনা করম্না মখোয়গা লুহোংগদগে ?”

হরাতানা মবোক্না হায়রিবদু য়ারমদে। মহাক্না উপায় অমা নত্ত্রগা অমা তৌদুনা নুমিৎকী মচানুপীদু লুহোংবা পান্নম্মী। মহাক্না মবোক্তা কন্না তকশিল্লম্মী। হরাতানা কন্না তকমনবদুদা মবোক্তুনা হায়রম্মী, নহাক্না নুমিৎকী মচানুপীদুবু লুহোংবা পান্নবদি অরুবা থবক কয়া পাঙথোকপা তাই অদুবু নহাক্তি য়াম্না তল্লি। করম্না থবকশিং অসি পাঙথোক্কদৌরিবনো ?

“অরুবা থবক ওইরবসু খুদিংমক পাঙথোকপা ঙমগনি” হরাতানা খুন্নম্মী।

মবোক্না হায়রম্মী, "নহাক্কী অহানবা নথৌদি তুরেল মপান্দা লৈরিবা অশুকপা জঙ্গল অদু কোকথোক্কদবনি।"

হরাতানা অয়ুক অঙনবদা কপিলি তুরেলগী তোর্ব্বান্দা লাক্লম্মী। অদুগা উ -ব্রাশিং অদু য়াম্থৎতুনা তরু তরুহল্লম্মী। মহাক্না অকংবা উনা-ব্রানাশিংদু মৈ থাদোক্লম্মী। মৈ থাদোক্কুনা উৎওল্লবা মরক্কুদা চুজাক মরু তাবা উরম্মী। মহাক্না চূ, লফূ অমসুং মখল কয়ামরুমগী লৈ-শু থারম্মী। অসুম্না ফজনা শেল্লবা মফম অসিবু ঝুম হায়না কৌরম্মী।

হরাতানা কোইরিবা ইংখোল অসি অসুক্কী মতীক ফজরম্মী। লৈকোলদা থরো থম্বাল, সনারৈনচিংবা লৈ কয়ানা ফূগায়না শাৎলম্মী। চূজাক পাম্বীশিংদু নীংথিনা চুজাক পাল্লম্মী। হৈকোল লৈকোল খূদিংমক্তা মহৈ মরোং নীংথিনা পাল্লম্মী।

নিংথৌমচানুপীশিংদু মহৌশাগী মতৌগুম তুরেলদুদা ঈরুজবা লাক্লম্মী। ঙাইহাক ঈরোইদুনা শান্নরবা মতুংদা ঈশিংদগী কাখৎতুনা হরাতাগী হৈকোলদু য়েংবা লাক্লম্মী। মখোয়না হৈকোল অসি কনাগী ওইরিদৌনো হায়না ব্রারী শান্নরম্মী। মখোয়না অসুক ফজবা হৈকোলদি মমাঙদা অমুক্তসু উখিদ্রি হায়রম্মী। ঙাইহাক হৈকোল লৈকোলশিংদু য়েংলবা মতুংদা মখোয়না অভিয়াদা পাইখৎখিরম্মী। হরাতানা ময়ূমদা হল্লক্কুনা মবোক্তা ব্রারীশিংদু তন্নম্মী, অমসুং মথংদা করি অমুক তৌগদগে হংলম্মী। মবোক্না জঙ্গলদুদা খাঙপোকশঙ মচা অমা শাউ হায়রম্মী।

হরাতানা খাঙপোকশঙদু শারবা মতুংদা নুপীদু লৌবা য়াগদবা কয়াম ব্রাৎলিবগে হংলম্মী। মবোক্না মকোক হায়দুনা হৌজিক্তি য়াদ্রি, তৌগদবা থবক খরা ব্রাৎলি। ব্রা য়ান্দুনা বাঁশী অমা শাউ হায়রম্মী। হরাতানা হায়রিবদুমক তৌরম্মী।

উহৈশিংদুনা মুল্লক্কবদা মবোক্না মঙোন্দা হৈকোলদা ঙাকশেন্নবগীদমক বাঁশী খোঙদুনা লৈয়ু হায়রম্মী। হরাতানা মদুমক তৌরম্মী। লৈগী লৈনাশিং, উনা-ব্রানাশিংনা হায়-হুম্বদু য়েংবদা অসুক্কী মতীক ফজরম্মী। নিংথৌমচানুপীশিংদু থুংলবগা ঈশিংদা চোংথদুনা

শান্নরম্মী। ঙাইহাক ঈরোইদুনা শান্নরবা মতুংদা মচে অহলদুনা হল্লসি হায়রম্মী। হরাতানা মাগী বাঁশীদু খোঙলম্মী। নিংথৌমচানুপীশিংদু বাঁশীগী মখোলদুদা শুঙ্কৎলম্মী। মচে অহলনা বাঁশী খোঙলিবসি হৈকোলদুগী মপু ওইরমগনি হায়রম্মী। মখোয়না মফম অদুদা চত্তুনা লৈ হেক্রুসি হায়রম্মী। মখোয়না মফমদুদা লাক্লগা মহাকপু কনানো হায়দুনা হংলম্মী। হরাতানা ‘‘ঐ হরাতা কুনৱারনি’’ হায়না খুন্নম্মী। মখোয়না লৈ খরা হেক্কে হায়বদা হরাতানা হরাওনা হেকউ হায়রম্মী। মখোয়না অপাম্বা লৈ কয়ামরুম হেক্লগা চৎখিরম্মী।

হরাতানা যুমদা হল্লক্লবদা মবোক্না মঙোন্দা নুমিৎকী মচানুপীশিংদুগা ৱারী শান্নরবরা হংলম্মী। হারাতানা থোকখিবা ময়ামদু তম্নম্মী। মবোক্না মরু লুকথদুনা ৱাখল তৌরম্মী। ঙাইহাক ৱাখল খল্লবা মতুংদা লংজিল অমা ফংলদুনা হায়রম্মী, ‘‘হয়েংদি মখোয়গী মরুওইবা থৌদোক অমা থোকই। মখোয়না ঈরুজফম ঘাটসিদা লাক্লিঁৈদা নহাক্না লোৎতুনা লৈয়ু। মখোয় তরুক্কী মনুংদা ইতোন তোনবী অদু নঙনা লুহোংউ অতৈদি লুহোংলবা ঙাক্তনি। ইতোন তোনবীদু নুংশিৎকী মচানুপাগা লুহোংনবা তৌরিবনি। মহাক্না লুহোংবা অসিগীদমক খুদোলপোৎ কয়া নুমিৎকী মফমদা থারক্কনি। নুপীশিংদুনা তুরেলদা ঈরুজনবগীদমক মফি লৌথোক্তুনা থমগনি। থমফম অদু নহাক্না মুন্না খঙজিলহৌ। মখোয়না তুরেলদা চোংথখ্রবদা ইতোন তোনবী নুপী অদুগী মফিদু পুদুনা চেল্লকউ। মফিদু য়াওদ্রবদি পাইবা ঙন্নরোই। মচে অহল অদুনা নঙোন্দা মনাওনুপীগী মফি মাঙখরে নহাক্না খঙলবদি অমুক্তা থিবিয়ু হায়রক্কনি। মদুদা নহাক্না নখোয় ময়ামগী মনুংদা অমা লুহোংগে য়ারবদি ফীদু পিগে হায়য়ু।’’

মথংগী নুমিৎতা হরাতানা কাপিলি তুরেলগী তোর্বান্দা কোম অমা তৌরম্মী অদুগা কোমদুগী মনুংদা লোৎতুনা লৈরম্মী।

নুংখিলগী মতমদা নিংথৌমচানুপীশিং অদু পাইরক্লম্মী। তোর্বান্দা মখোয়গী মফিশিং অদু থম্নম্নগা ঈশিংদা চোংথখিরম্মী।

মখোয়না ঈশিংদা শান্নরিঙৈদা হরাতানা ইতোন তোনবী নিংথৌ মচানুপীদুগী মফিশিং অদু লোম্না পুদুনা মবোক্কী মনাক তান্না চেল্লম্মী অদুগা মবোক্পা শেৎপা ফি-রোলশিং অদুনা হান্নগী থমফমদুদা থম্লম্মী। অদুগা মহাক্না মাগী খাংপোকশঙ অদুদা ফমদুনা বাঁশী খোংলম্মী। নিংথৌমচানুপী তরুক্কুনা বাঁশী মখোল তাবদা হরাতাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মখোয় মাগী বাঁশী মখোলদুনা পুমশুম শুম্লম্মী। ফনা কুইনা ফমদোক্কুনা ঈশৈ তারবা মতুংদা মচে অহলদুনা থেঙলে চৎনবা তৌরসি হায়দুনা হৌগৎলক্লম্মী। মখোয়না তোর্ব্বান্দা চত্তুনা মফিশিংদু হোংলগা হরাতাগী লৈকোলদুদগী লৈ হেক্লগা পাইখিরম্মী। অদুবু অরাবদি ইতোন তোনবী অদুগীদি মফি লৈরমদদুনা পাইবা ঙম্লমদে। মাগী মফিগী মহুত্তা লৈরম্লীবা ফিজোল অদু শেৎপনদি পাইবা য়ারমদে। মহাক্না পাইবা ঙমদদুনা কপ্লম্মী। কপ্পগী মখোল তাবদগী মচেশিংদু পাইথরক্লম্মী। মচে অহলনা হরাতাদা মনাওনুপীগী মফি লৈরমদবগী ব্রারীদু তৌরম্মী অমসুং কমদৌনা ফংগদগে হংলম্মী।

হরাতানা মখোয়গী মনুংদা অমা নাগা লুহোংসি হায়বা য়ারবদি ফিশিংদু কোইথি থিদুনা পুথোরক্লে হায়রম্মী। মচে অহলদুনা মখোয়দি লুহোংলবা ঙাক্তনি কমদৌনা নহাক্না অমুক লুহোংগদৌরিবনো হায়রম্মী।

হরাতানা মোমোন নোক্লদুনা মনাওনুপী অতোনবীগী মফিদু পীরগে মহাকপু পীয়ু হায়রম্মী।

মচে মঙাদুনা মনাওনুপীদু হারাতাদা লুহোংনবা হায়রম্মী। মনাওনুপীদু কপ্লম্মী। মহাক্না মাদি নুংশিৎকী মচানুপাদা লুহোংনবা হায়ন-শীংনবা লোইদুনা ব্রারোইপোৎ পুখ্রবনি কমদৌনা হোঙগদৌরিবনো হায়রম্মী।

''অদুবু হৌজিক ফাওবদি নহাক নুংশিৎকী মমৌ ওইদ্রি অদুনা হরাতাগা লুহোংবা করিসু কায়দে। অতিয়াদা য়েংউ, নুমিৎ তারক্লে ঐখোয় হল্লগে। শা-ষনশিংনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈবতা নত্তনা ইমা পাবুংনসু ঐখোয়না থেঙলফাও লাক্তবগীদমক খোয়রাংলমগনি।

ঐখোয়না নঙবু হরাতাগী নুপী ওইনা নুংঙাইনা পালহনবীয়ু হায়না ঈশ্বর খুরুমজরি। ঐখোয় নুংতিগী মফমসিদা ঈরুজবা লাক্কনি, নঙবু কৈদৌনুংদা কাউথোক্লোই” হায়না মচেশিংদুনা থেমজিনবীরম্মী।

মনাওনুপীদুনা মচেশিংনা হায়রিবদু ইল্লগে অদুবু মহাক্তি শকখঙদবা লমদুদা শকখঙদবা নুপা অমগা মখোয় কনাসু উদনা লৈমিন্নহৌরগনি হায়দুনা হীক হীক কপথোরকলম্মী। মচেশিংদুসু নুংঙাইতনা কপ্লম্মী। হরাতাদা মনাওনুপীদুবু তাথি-তাওইনা তৌবীদনবা শিন্নরল্লগা চৎখিরম্মী। থেংজিল্লক্লবদা হরাতানা নুমিৎকী মচানুপীদুবু পুদুনা য়ূমদা হল্লক্লম্মী।

হরাতাদু মথ্বায় য়াম্না হরাওজরম্মী মহাক্লা জঙ্গলদগী শজি শওম্ন চিংবা কয়া তান্দুনা পুরক্লম্মী। মকক মকক কক্লগা অকংবশিং অদু পরেং শানা লেংশিল্লগা য়ান্দুনা থন্নম্মী। মহাক্তি শাগী অথোৎপা শদোং য়াম্না পান্নম্মী।

নোংমা হরাতানা মবোক্তা মহাক ময়ূমদা চৎনিংবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লম্মী। মবোক্নদি মঙোন্দা মহাক্কী নুপী অসি য়ূমসিদা লৈবদা মথ্বায় ইনুং নুংঙাইত্রি অদুনা মতম খরগা লৈখো হায়রম্মী। হরাতানদি লুহোংবা চহী ফারে হায়রসু মবোক্লা য়াদবদগী লৈথবা তারম্মী। মহাক্লা থবক য়াম্না কন্না শূ নোন্নম্মী মাগী ফৌ য়াম্না থোক্লম্মী, মহৈ মরোংসু মরাংকাইনা লোক্লম্মী। মহাক্লা মাগী মপা অমসুং ময়াম্বশিংগী মমাঙদা মচা অমসুং মাগী নুপীবু পুনীংলম্মী। মহাক্লা মবোক্তা মতম খরা লৈথরবা মতুংদা ময়ূমদা হনবা য়ারগদ্রা হংলম্মী। মবোক্নদি মঙোন্দা মাগী নুপী অসি মপাগী মনাক্তা হনগে হায়না মপূক্নিংদা খল্লি হায়রম্মী। অদুম ওইনমক হরাতানদি মাগী নুপীদা ময়ূম চৎসি হায়রম্মী। মাগী নুপীনা হায়রিবদু য়ারম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা মবোক্তগী কায়ন-বিদায় লৌদুনা খোংশাল্লম্মী। মখোয়না অশম্বা লম্বেল থিদুনা চীং অমুক কা অমুক কুম তৌদুনা লাক্লম্মী। হারাতাগী নুপী অদু মচাদুগা লোয়ননা চৎপদুদা অঙম্বা চীংদু কারম্মী।

চীংথক্তা মখোয়না উচেক অমা থেংনরম্মী। উচেক্কুনা মখোয়গী লম্বেলদু মশা ফন্দোক্কুনা থৎলম্মী। উচেক্কুগী মচীন্দুনা লৈবাক্তা থিনজিনলিবদু হৱাতানা লৌথোক্লবা হোৎনরম্মী অদুবু ঙম্নমদে। উপায় লৈত্রদুনা মহাক্না মাগী তেনদু কাপ্লম্মী। উচেক্কু তেনগী চৈনাখোলদুনা শিরম্মী। মখোয়না অমুক চৎপা হৌরম্মী অদুবু য়াম্না শাংনা চৎপা য়ারমদে মরমদি অমুবা নুংগী চেকপল অমা উরম্মী। করম্না লাম্থোক্কদগে হায়দুনা মনাক নকশিল্লুবদদি চেকপল ওইরমদ্রে। শওম শঙ্গু অমনা মচীন্না লৈবাক্তা হন্দুনা লৈরম্লে। শওমশিং অদুগী মচীন্না লৈবাক্তা হনবা অদুনা চীংগী চীংমাইদু নীক্লম্মী।

হৱাতানা অচৌবা শওম অমা হাৎতুনা ময়ূমদা অচৌবা চাক্লেন অমা চাক্লনবা পুরম্মী। মহাক্না নুমিদাংৱাইরমদা ময়ূম য়ৌরম্মী। মহাক্না লৈতুম তরুকখক য়ূমথক্তা লংখৎলম্মী। মতৈমনা লৈতুম লংলকপগী মখোলদু তাবদা মনাওনুপা লাক্লে হায়বা খঙদুনা উগী চৌকীশিং অদু কম্থোক্কুনা শিৎ-নালহল্লম্লগা হৱাতা লাক্লে হায়দুনা মপান্দা চেম্থোরক্লম্মী। হৱাতানা অশিবা শওমদু মরেংজুমদা থোঙ্গৎলদুনা নুপী অমসুং মচাগা লোয়নননা চঙলক্লম্মী। মতৈমনা মখোয়বু উবদা য়াম্না হৱাওরম্মী। মতৈমনা মখোয়দা চাননবা অমসুং থক্লনবা য়ু পীরম্মী। ময়াম্বশিং অদুসু মনাওনুপাবু অমুক হন্না উবদুদা হৱাওরম্মী।

হৱাতাগী নুপীনা কাদুগী ময়াইদা ফম্লম্মী। মহাক্কী কুচুদু অসুক্কী মতীক ফজরম্মী মদুদি কাদু মাগী মায়থোংদুনা পুমঙাল ঙাল্লম্মী। মাগী মঙালদুদা কনামত্তা মাবু কুইনা য়েংবা ঙম্নমদে। মাগী মশাদগী মঙাল থোক্লম্মী। মদু উবদা ময়াম্বশিংদু ঙক্লম্মী। মনাওনুপানা নুমিৎকী মচানুপীদুবু লুহোংদুনা লৌরবরা খল্লম্মী। মহাক্না পুরক্লিবা চাউরবা শওম অদুসু মখোয় কনামত্তনা মখূৎ নাম্মতনা থাঙ্গৎতুনা পুরকপা ঙম্লোই। চাউরবা শওমদু মকক মকক ককথৎতুনা য়াইরম্মী। মতৈমনা চান-থক্লবা শিল-লাংলম্মী। য়ূমসিদা ময়াম্বশিংনা কৈদৌঙৈদসু অসিগুম্বা চাক্লেন অমা চাখিদ্রি। মখোয় হৱাওনা ঈশৈ শক্কুনা জগোই শারম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা থুঙ্গংগী মীশিংনা হরাতাদু মাগী নুপী অমসুং মচাগা লোয়ননা হল্লক্লে হায়বগী পাউদু তারম্মী অমসুং মখোয়বু য়েংবা লাক্লম্মী।

হরাতানা মাগী নুপীগী হুরাল্লকপা ফিরোল অমদি শিননবা লৈতেংশিং অদু ৱা অমগা পাননা কিরগা য়ূমথক্কী অৱাংবা য়াংলেন্দুদা থল্লম্মী। অয়ুক্তগীনা নুংথিল ফাওবা য়েংবা লাকপা মরী-মতাশিং অমদি লৈকায়গী মীশিং অসুম অসুম হেনগৎলম্মী। মখোয়না মাগী মাগী মোৎ ফোঙদোক্লরদুনা অসুক ফজবা মঙাল নাইবা নুপীসি লাইগী মচা ওইরমগনি হায়নরম্মী। মখোয়না ঙাংনরিবদু তারদুনা হরাতাগী নুপীনা তপ্লপ্না হায়রম্মী, "ঐনা ফজরিবা অসিদি শরুক খরদনি, ঐগী ইপানা থোনবীবা ফিজোলদু শেৎলবদি কয়াম ফজগনি।" লাক্লিবা অহল ওইরবী নুপীশিংদুনা মহাক্কী ফজবা ফিজোলদু শেৎলবদি পোমশাৎনবা লৈরাংগুম উরগনি, মদু শেৎতুনা ফজবদু অমুক্তা য়েংসি হায়রম্মী।

মকুবোক্লা মাগী ফজবা ফিরোলশিং অদু শেৎহন্দবগীদমক মচানুপাবু শাউরম্মী অমসুং ফিশিংদু কদায়দা লৈবগে হংলম্মী। হরাতাগী নুপীনা ফি থমফমদু মকুবোক্তা তাক্লম্মী। মকুবোক্লা য়ূমথক কাদুনা ফিশিংদু লৌথরগা পীরম্মী। মমৌনুপীনা ফিরোলশিং শেৎচিল্লি অমসুং য়েংবদা অসুক্কী মতীক ফজরম্মী। মতমদুদা হরাতাদি তুরেলদা চৎখ্রি।

নুপীদু অসুম অসুম ৱাংখৎখিদুনা অতিয়া তম্না পাইখিরম্মী। হরাতানা হল্লকপা মতমদদি মাগী নুপীনা অতিয়াদা পায়রিবদু উরম্মী। মহাক মথ্বায় য়াম্না ৱারম্মী। মাগী নুপীনা মহাক অমুক হন্না হল্লকখিগনি করিমত্তা ৱারুনু হায়দুনা থেমজিল্লম্মী। মাগীদমক হরাতানা নুমিৎ কয়ানিরোম কপ্লম্মী অদুবু মাগী নুপীদুদি অমুক হন্না লাক্লমদে। নোংমদি মহাক্লা মচানুপা অদু পোরদুনা অহল ওইরবী মবোক অদুগী মনাক্তা মাগী অৱাবসি মতেং পাংবীনবা চৎলম্মী।

মহাক্লা মবোক্কী মনাক য়ৌরবদা মচাদু থারদুনা কপ্লম্মী। মবোক্লা মানা কপ্লিবদু মরমদু খঙলম্মী। মহাক্লা হায়রম্মী, নুমিৎকী

মচানুপী অদুদি পৃথিবী অসিদা কমদৌনা লৈনিংগদগে ? নহাক্না মাবু করম্না ফংগদগে, নঙদি মাদৌনা অতিয়াদা পাইবসু হৈতে।

মবোক্তুনা মঙোন্দা চান-থক্লবা পীরম্মী অদুবু মহাক্তি চাবদি লায়রদনা শোকপা ফাওবা শোক্লমদে। মাগী মতৌদুদা মবোক্তু নুংঙাইরমদে। করম্না মাগী মতেং পাংসিগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না হরাতাদা হায়রম্মী, "নুংশিৎকী মচানুপানা মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা বিরাট পুরিদা নুপীদু লুহোংবা লাক্কনি। মহাক্না লাক্লিঙৈগী মমাঙদা মাগী শামুশিংদু তুরেলসিদা ঈরুজবা লাক্কনি। নচাগা লোয়ননা নঙনা লুমদুনা লৈয়ু। ঈরুজবা লোইদুনা হল্লমদাইদা নহাক্না থুনমক নচা পোশিল্লগা শামুগী মমৈদা কন্না লৈজবী থাদুনা তাহৌদনবা য়াল্লু। শামুনা শাউদুনা খোংলক্লবদি নুমিৎকী লৈবাক্তা নহাক্কী নুপী লৈহৌই হায়য়ু। মদু তাবদা শামুদু তূমিন্না লৈখিগনি অমসুং নহাকপু স্বর্গদা পুবিগনি। নুমিৎকী লৈবাক অদুদি অঙকপা মফম অমনি মফমদুদা নহাক্না সনাগী উপাম্বীশিং, লুপাগী লৈশিং, শঙ্গোম্না ঈশিং ওইনা চেনবা তুরেলশিং লোয়ননা তুরেলগী তোর্ব্বান, ঘাটশিং মণি মুক্তাশিং উবা ফংগনি। নুমিৎয়ুংবা মতুংদা নহাক্কী নুপীগী লোয়নবীশিংনা ঈশিং শোকপা লাক্কনি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা অমদা হেক্তা নহাক্কী নচাগী ঈশিং খরা পীয়ু হায়য়ু। মখোয়না চফুদগী ঈশিং পীগে হায়দুনা হৈথরকপদা নহাক্না কনাসু উহন্দনা নহাক্কী খূদোপ্তু হাপচিল্লু।" অদুগী মতুংদগী করি থৌদোক থোক্লগনি হায়বদু ঐঙোন্দা তম্মু হায়রম্লগা নোকফেৎ তৌনা মবোক্তুনা চাকশঙদা চঙখিরম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা হরাতানা কাপিলি তুরেলগী তোর্ব্বান্দা লোৎতুনা লৈরম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্না অকনবা নোংলৈ নুংশিৎকী মখোল অমসুং লৈচিল মপৈ অমা উরম্মী। অদুগদি মদু ঙাইহাক্কী মনুংদা নুমিৎকী শামু মপৈ অমা তোর্ব্বান্দা থুংবা ওইরম্লে। হরাতানা, মবোক্না তাক্লকপগী মতুংইন্না মচাগা লোয়ননা শামুগী মমৈদা য়াল্লম্মী। শামু অদু শাউরমদে। থুনমক শামুদু নুমিৎকী লৈবাক য়ৌরম্মী। হরাতানা শামুগী মমৈদু থাদোক্লদুনা অনকপা মফম অমদা লোৎতুনা লৈরম্মী।

নুমিৎ অদু বিরাটপুরিগী য়াম্না হরাও-নুংঙাইবা নুমিৎ ওইরম্মী। নিংথৌনা মচানুপাগীদমক নুমিৎকী মচানুপীগা লুহোঙনবগীদমক হায়বা নুমিৎকী লৈবাক্তা লাক্লম্মী। নুমিৎনা মখোয়না লাকপগী মরম হংলম্মী। নুংশিৎ নিংথৌনা খুম্লম্মী, "ঐহাক্কী নুপীদু অহল ওইরে অদুনা নহাক্কী নচানুপী অদুবু ইমৌ ওইদুনা মনেমগী মতেং পাংনবা হায়বা লাক্লিবনি।"

নুমিৎনা চীংলেম্না নোল্লুক্লা হায়রম্মী, "ঐগী ইচানুপী অসিদি য়ূমগী থবক তৌবা করিমত্তা হৈতে, ফিশা-লোনশাসু হৈতে।" নুংশিৎনা থবক হৈত্রবসু মখোয় তম্বীজগে হায়রম্মী। নুমিৎনা মাগী মহারানীদা লুহোংবদু মচানুপীগী অয়াবা লৌরুনবা হায়রম্মী। লুহোংগদৌরিবী কন্যাগী অয়াবা লৌদ্রবদি কনামত্তা নমফুদা লুহোংনরমদে অদুনা মচানুপীগী অয়াবগী পাউ লাক্লিবফাও নুপাময়ূমনা পুরকপা পোৎচৈ য়ুনচিংবা অদু অমত্তা শোক্লমদে। লুহোংবগী অয়াবদু নুমিৎকী মচানুপীনা মরু লূকথদুনা হোয় মায় হায়বগী পাউখুম অমত্তা পীরমদে। মমা মহারানীনা হঞ্জিল-হঞ্জিল লুহোংবদু মশানা য়ারবরা হংলম্মী। পাউখুম পীবগী মহুত্তা হৌনা কপথোরক্লম্মী। মহারাণীদু ইঙক ঙক্লম্মী।

নুমিৎনা পাল্লিবা লমদুগী চৎনবী অমা লৈরম্মী। লুহোংগদৌরিবী কন্যা অদুনা হয়েং লুহোংগনি হায়বগী ঙসিগী নুমিদাংদা ভুরেলগী ঈশিংনা ঈরুজগদবনি। লোয়নবীশিংনা শোক্লকপা ঈশিং চফুদুনা নুমিৎকী মচানুপীগী কোকথক্তা চাইথবদা হরাতাগী খুদোপ অদু মখোং ময়াদা তারক্লম্মী। নিংথৌমচানুপীদুনা খুদোপ্তু খুনগৎলম্মী অমসুং মদু মাগী নুপাগী খূদোপ্নি হায়বা খঙলম্মী। অসুক য়াম্না থাপ্না মহাক্না কমদৌনা লাক্লিবনো হায়দুনা ঙক্লম্মী। মহাকসি কয়াদা থৌনাফবা নুপানো, কয়াদা কন-থৌখ্রবনো? মফম অসিদা মহাক্না লাকপদা কয়াদা কপখ্রবা। মহাক্না মচা অমসুং মপুরোইববু কয়াদা কুইনা উনরুদ্রবনো ? মহাক্না খূদোপ য়াওরকপা ঈশিং পুরকপী নুপীদুবু কৌশিন্দুনা খূদোপ্তু করম্না য়াওরক্লিবনো হংলম্মী। নুপীদুনা ৱারী খূদিংমক্কু তম্লম্মী। ৱারীদু তাবদা নিংথৌ মচানুপীদুনা নুপাদুবু থুনমক পুশিল্লক্লবা য়াথং তৌরম্মী।

নিংথৌমচানুপীগী মনাক্তা হরাতাবু পুশিল্লক্লম্মী। হরাতানা মচাদু পোদুনা লাক্লম্মী। মহাক্না মনঙ্গনদগী মচাদু হেক থাবগা মমাগী মনাক্তা চেনশিনখিরম্মী। নিংথৌমচানুপীদুনা মচানুপাদুবু চেৎনা কোন্দুনা কপ্লম্মী।

নুমিৎনা তৌরিবা পুন্নমক্তু উরম্মী। মচানুপীনা লুহোংবা য়াদ্রিবগী মরমদু খঙলম্মী। মচানুপা অমা লৈরবা মচানুপী অসিবু নুংশিৎ নিংথৌগী মচানুপাদা লুহোংনবা হোৎনরিবসি কয়াদা তৌহৈদ্রবনো খল্লম্মী। অদুনা মহাক্না নুংশিৎ নিংথৌদা হায়রম্মী, "অদোম্না হৌজিক থোক্লিবা থৌদোক খূদিংমকসি নুংঙাইতবা অমত্তা পোকপীদনা লেঙবিরো।"

নুংশিৎ নিংথৌদু য়াম্না শাউরম্মী। মহাক্না অসুম্না ইকাইবা নংবা অসিদি খাঙবা ঙম্রমদে। অদুম ওইনমক নুমিৎনা নুংশিৎ নিংথৌদগীদি শক্তি লৈবা হেল্লম্মী। নুংশিৎনা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ তৌহন্দুনা, অচৌবা উ-ব্রা কয়া তুহল্লম্নগা চৎখিরম্মী। অদুবু নোংলৈ নুংশিৎ অদুদি ঙহাক তৌরম্নগা লেপখিরম্মী।

ময়ানুপাদুনা অহানবা ওইনা মহাক্কী মমাঙদা লাক্লম্মী। মফমদুদা অচৌবা চাক্লেন অমা লাঙলম্মী। নুমিদাংদা হরাতাগী নুপীনা নুপী অদুগা হরাতানা নুপা ময়ূমদা (অতোপ্পা মফম অমদা নুপা ময়ুম ওইহনবা) লৈরম্মী। মাগী ফিজোল অদু মাগী নুপীগীদা থারম্মী। মসি মখোয়গী চৎনবীনি। মহাক্কী নুপীনা ফিরোলশিং অদু ফমুংদা থম্নম্মী অদুগা মহাক্না মচা কোন্দুনা তূম্নম্মী।

লুহোংলবা মতুংদা হরাতানা মকুবোক্কী ময়ূমদা লৈরম্মী। মহাক্না য়াম্না কন্না থবক শুরম্মী। ফৌসু য়াম্না লোক্লম্মী। চহী অহুম হৌখিরম্মী। পুকৈ তরানিথোই মহৈ মরোংশিংনা পীক থল্লম্মী। হৌজিক্তি মহাক ময়ূমদা চৎনীংলম্মী। নোংমা মহাক্না মাগী নুপীদা হায়রম্মী, "উচেকশিংদসু মাগী মাগী মকোন্দা লৈ। ঐখোয়সু ঐখোয়গী ইরমদা (লৈবাক্তা) হন্দুনা ফজরবা য়ূম শাদুনা ইচাশিংগা লোয়ননা লৈরুরসি। ইচাশিংসু মচীল মনাওশিংগা লোয়ননা শান্নদুনা লৈগনি। ঐহাক্না থবক

কন্না শূদুনা নখোয় পূম্নমকপু থাক্কনি।” হরাতাগী নুপীনা মমাদা মপুরোইবনা ময়ূমদা হননিংবগী ৱাফমদু হৌদোক্লম্মী।

মমানা মচানুপীবু মথাদা নুংশিনা কোনশিল্লদুনা হায়রম্মী, “ঐনা নঙবু মফম অসিদা লৈয়ু হায়না নমফু তৌরোই। নুপীদি মপুরোইবনা লৈবা মফমদা লৈগদবনি। ঐনা নঙোন্দা করি পীগনি। সনা, লুপা নত্তুগা মীনাই পাম্ব্রা ?”

হরাতানা নিংথৌ অমসুং মহারানীনা লৈরিবা মফমদুদা লাক্লম্মী। মহাক্না কনাগুম্বা অমত্তদগী খুদোলপোৎ অমত্তা লৌরোই, পুম্নমক ঐঙোন্দা লৈ, ঐনা তানগনি। ঐনা ঐগী নুপী নত্তনা অতৈ করিসু লৌজরোই হায়রম্মী।

শামু অমা লাক্লম্মী। মী তোংনবা ফমফম অদু সনাগী ফিদা থারম্মী। নিংথৌগী মনাইশিংনা লমজিংলম্মী। হরাতানা মচাদু পোশিল্লম্মী অদুগা মাগী নুপীগা লোয়ননা ফম্মিন্নরম্মী। নুমিৎ নীনিগী মতুংদা মখোয় ময়ূম য়ৌরম্মী। মহাক্না লৈবাক্তুগী নিংথৌ ওইরম্মী মাগী লৈবাক্তু অসুক্কী মতীক চাওখৎলম্মী। মখোয় য়াম্না নুংঙাইনা পাল্লম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা নিংথৌ ওইগে হায়না মঙখিবা মঙদু মপূং ফারম্মী। ❧

# পূকচেল ফত্তবা মীনাই

*অসামগী ফুঙ্গারারী*

ব্রাহ্মণ অমনা মহাক্কী মীনাইনুপা অমগা লোয়ননা মনেমবোক্কী ময়ূমদা চৎলম্মী। ব্রাহ্মণদুনা চৎনবী অমা ওইনা মনেমবোক্কী চাননবা লফোই খরা অথুম-অহাওগা কোন্ননা লৈরম্মী। মহাক্না পোৎচৈশিংদু বাসকেট অমদা হাপ্লগা মীনাইদুদা পুহল্লম্মী। মহাক্না মীনাইদুদা হায়রম্মী, "ঐহাক্না মাঙদা চৎলবসু নহাক্না তুংদা করি তৌরিবগে হায়বদু লোইনা উগনি অদুনা লফোইশিং অসি চাথোক্কনু" হায়রল্লগা মাঙ থাগৎখিরম্মী।

খরা চৎলবা মতুংদা মীনাইদু অরাম-খৌরাংলম্মী। মহাক্না ব্রাহ্মণগী মতুংদা লফোইশিং অদু শেৎল-শেৎলগা লোইনা চাথোক্লম্মী।

ব্রাহ্মণদুনা হন্না য়েংথোরকপদা লফোইশিং অদু বাসকেটতুদা য়াওদবা উরদুনা য়াম্না শাউনা লফোইশিংদু কদাইদা চৎখ্রে হংলম্মী। মীনাইদুনা করিমত্তা খঙদবা শারদুনা খুল্লম্মী, "নহাক্নদি নঙগী তুংদা তৌরিবা খূদিংমক উগনি হায়বিরে, অদুদা ঐদি লফোইশিং অসি ইফোং ফোংনা চাবনি। চারিঙৈদদি ব্রাহৈ অমতা হায়বিদ্রগা করিগী অসুক য়াম্না শাউবিরিবনো ?"

ব্রাহ্মণদু মখা তানা ব্রা অমত্তা হায়রকখিদ্রে। অয়ুক্তগী লাকপদুনা নুংথিল ওইরক্লম্মী। চাক চানবগীদমক মখোয়না মফম অমদা থুংলম্মী। ঙা খরসু পুরক্লম্মী। মীনাইদুগী মখূৎ চাদবদগী ব্রাহ্মণদুনা চাক্তু থোংলম্মী। মহাক্না মীনাইদুগী ঙা অমা হাপ্লগা অরেম্বদুনা মাগী ওইরম্মী। মখোয়না চাক চারিঙৈদা মীনাইদুনা ব্রাহ্মণদুদা ঙাসি মথন্তা ঈরোইবরা নত্ত্রগা শঙ্গু শঙ্গু ঈরোইবরা হংলম্মী। ব্রাহ্মণদুনা ঙাদি শঙ্গু শঙ্গু ঈরোই হায়না খুল্লম্মী। মদু তাবদা মীনাইদুনা থুনমক মাগী ঙা শরুক্তু ব্রাহ্মণগী তেঙ্গোৎতুদা হাপ্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "ঐগী ঙাসিসু পুম্না লৈসনু।"

মীনাইদুনা শোক্লককপদুদা ব্রাহ্মণদু চাক চাবা খুদম্তা তোক্লম্মী। মীনাইদুনা মথন্তা ঙাশিংদু য়াম্না হরাওনা চারম্মী। ব্রাহ্মণদুদি চাক্তু চাদ্রবনিনা নুমিৎ চূপ্পদুমা য়াম্না লাম্না শাউনিংনা লেলম্মী।

লম্বেলদা মখোয়না সিমুল পাম্বী খরা হৌবা উরম্মী। মীনাইদুনা পাম্বীশিং অসি করি পাম্বীনো হায়না হংবদা ব্রাহ্মণদুনা সারমোল পাম্বীশিংনি হায়রম্মী। মীনাইদুনা উ পাম্বীশিং অসিদি সারমোল কৌদে হিমোলু কৌই করিগুম্বা লাল্লম্লবদি অচুম্বদুনা চৈ মঙা মঙা ফূনসি হায়রম্মী। লম্বীদা মখোয়না ষনশেম্নহা খরা থেংনবদুদা মীনাইদুনা উপাম্বীশিং অদুগী মমিং করি কৌবগে হংলম্মী। ষনশেম্নহাশিং অদুদি লাইরিক হৈরমদে। মখোয়না উ পাম্বী অদুগী মমিং হিমোলু কৌই হায়না খুম্লম্মী। মীনাইদুনা ব্রাহ্মণদুদা চৈ মঙা ফূরম্মী।

মথংগী নুমিৎতা হামেং শঙ্গু অমমুক থেংনরম্মী। মীনাইদুনা মখোয়শিং অসি করি শানো হায়না হংবদা ব্রাহ্মণদুনা চাগনি হায়না খুম্লম্মী। মীনাইদুনদি মখোয়শিং অসি চাগ নত্তে চাগলিনি হায়দুনা ব্রাহ্মণদুদা চৈ মঙা অমগা অমুক ফূরম্মী।

মথংগী নুমিৎতা মখোয়না উরোক শঙ্গু অমগা অমুক থেংনরম্মী। মীনাইদুনা ব্রাহ্মণদুদা করি উচেক্লো হংলম্মী। ব্রাহ্মণদুনা বোগতি হায়বা উচেক্তুনি খুম্লম্মী। মীনাইদুনা নহাক্তি করিমত্তা খঙদে মখোয়শিং অসিদি বোগুলি হায়বা উচেক্তুনি হায়রম্মী অদুগা নহাক্লা লানবগীদমক চৈ মঙা অমগা অমুক কনবা তারে হায়দুনা কল্লম্মী।

ব্রাহ্মণদুনা মীনাইদুগী মতৌদুদা মথ্বায় নুংঙাইরমদে, শাউনিংলম্মী। ব্রাহ্মণদুগী মনেমবোক্কী ময়ূম য়ৌগদবা খরা ৱাৎলিঙৈদা থেংদোকখিদুনা নুমিদাংদুমা মখোয় মীগী ময়ূমদা লেক্লম্মী। ব্রাহ্মণদু য়াম্না চোকথরম্মী। মহাক্লা মীনাইদুদা মাগী চাননবা খরা য়ূম্বুদুদগী পুরক্লবা থাখিরম্মী। মীনাইদুনা য়ূম্বুদুদা ঙানু থোংনবা হায়রম্মী। (অসামদদি অখন্নবা অতিথি নত্ত্রগা মচানুপাগুম্বদা ঙানু থোংবা পীজনৈ।)

ঙানু অদু থোংলিঙৈদা মীনাইদুনা লোন্না লফূগী উৎ থাকচিল্লম্মী। কাছারীশিংনা লফূগী উৎ অসি থুম ওইনা শীজিন্নরম্মী।

ব্রাহ্মণ অদু চাক য়াম্না লাল্লম্মী। মহাক্না অথোংবা য়েনশাংদুদা অয়াকপা মহাও অমা ফাওরবসু ভূমিন্না চাক্কু চারম্মী। মীনাইদুনা মঙোন্দা নমথাক খরা তৌরে হায়না চিংনরম্মী। মহাকপু মতম খুদিংমক্তা ওৎলিবা নুংঙাইহন্দ্রিবা অসিগীদমক লমন শিংগে হায়না মপূক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লম্মী।

ব্রাহ্মণদুনা মনাওনুপাদা অশাংবা চিঠি অমা ইরম্মী অদুগা মদু পীরুনবা মীনাইদু থাখিরম্মী। মীনাইদু লাইরিক হৈরমদে অদুমওইনমক মহাক্না চিঠিদুদা ইরমগদবশিংদু চিংনরম্মী। মহাক্না লম্বীদা থেংনবা নুপা অমদা চিঠিদু পাহল্লম্মী। চিঠিদুদা মীনাইনুপাদু হাৎতোকউ হায়দুনা মনাওনুপাদুদা ইরম্মী। মদু তাবদগী শিংকুপ শানা শেগায়রগা অতোপ্পা অমা নুপাদুদা ইহল্লম্মী। মদুদা মনাওনুপাগী মচানুপী অদু চিঠি পুরগা লাকপা নুপাসিদা লুহোংউ হায়দুনা ইরম্মী। অদুগা মহাক্তি (ব্রাহ্মণ) অচিনবা অমদগী লুহোংবদু লাকপা ঙম্নরোই অদুনা মহাক্কী অনীংবসি খূদক্তা পাঙথোকউ হায়না ইরম্মী।

মীনাইদুনা চিঠি অদু ব্রাহ্মণগী মনাওনুপাদুদা পীরম্মী। মহাক্না ময়াম্বনা হায়রক্লিবা য়াথং অসি পাঙথোক্লীংলমদে, অদুমওইনমক ময়াম্বগী ব্রাসু ইন্দবদি ঙম্নমদে। মহাক্কী মচানুপী অদু মীনাইদুদা লুহোংলম্মী।

থা খরগী মতুংদা ব্রাহ্মণ অদুনা মনাওনুপাগী ময়ূমদা লাক্লম্মী। মহাক্না মীনাই অদু মনাওনুপানা শোয়দনা হাৎতোক্লম্লগনি হায়না খল্লম্মী অদুবু মীনাইদুনা মনাওনুপাগী মচানুপী লৌদুনা লৈরম্বদুদা ঙক্লম্মী। মহাক্না মীনাইদুবু অহিংদুদা হাৎকে হায়না চপ-য়ুংনা খল্লম্মী।

মনাওনুপাগী মচানুপীদুনা মাগী মপুরোইবদু মপলনা হাৎকদৌরে হায়বা খঙবদগী অতোপ্পা মফম অমদা অহিংদুমা লেকউনবা হায়রম্মী।

মহাক্না মপুরোইবদুদা মহাক্কী অতেবা ষন্নাউ মচাদু মখোঙ পুনশিল্লগা মচীন্দুনা খোংদনবা ফাজিল্লগা মাগী ফমুংদা থম্লবা হায়রম্মী।

ব্রাহ্মণদুনা অহিংদা মচানুপীগী কাদা লোম্না লাক্লম্মী। মহাক্না ফমুংদা লৈরিবা ষন্নাউদুবু মীনাইদুনি হায়না খন্দুনা হাৎতোক্লম্মী। মথং নোংঙানবগী অয়ুক্তদি মাগী অরানবদু খঙজরম্মী। মহাক ব্রাহ্মণ অমনি অদুনা ব্রাহ্মণনা ষন হাৎপা অসি পাপনি হায়না খল্লম্মী। পাপ অসিদগী কোক্লনবা থৌদোক্তু কনামত্তা হায়দোক্তনা মীশিংবু চাক পীজনবা বার্ত্তন তৌরম্মী।

মহাক্না মনাওনুপাগী মচানুপী লৌদুনা ময়ানুপা থোক্লবা মাগী মীনাইসিদা অশিবা ষন্নাউদু ইংখোলদা ফুল্লুনবা হায়রম্মী। মীনাইদুনা ষন্নাউদু মশামখৈ ফুমজিল্লগা মমৈদুদি মথক্তা থম্লম্মী।

চাক চাননবা অতিথি ময়াম লাক্লম্মী। অতিথিশিংদু চাক চাননবগী ফমথরকপদা মীনাইদুনা ইংখোলদা চেনশিনখিরম্মী অদুগা ফুমলিবা ষন্নাও মচাদুগী মমৈদু পায়দুনা চিংলম্মী। মহাক্না ব্রাহ্মণনা ষন্নাউ অসি হাৎপা নত্তে, মসিগীদমক ময়াম্বু চাক পীজবসু নত্তে হায়রম্মী।

লাক্লিবা অতিথিশিংদু য়াম্না শাউরম্মী। চাক্তু চাদনা হৌগৎনরম্মী। মখোয়না মীনম্বা ব্রাহ্মণ, ষন হাৎপা ব্রাহ্মণ হায়না লাউ লাউরগা চৎখিরম্মী।

# অপঙগী লাইবক

*মণিপুরগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা য়াম্না পঙবা য়াম্নসু লাইরবা থেম্বুং কৌবা লৌমী অমা লৈরম্মী। মানা নুংতিগী লবুক্তা মাগী লৌদু য়েংশিনবা চৎলম্মী। ফৌনানা লেঙ লেঙ চত্তুনা ফৌনা জুম জুম চরোং চরোং পানবদু উবদা লৌমীদুনা কুমসিদি ফৌ য়াম্না থোক্লনি হায়না হরাওজরম্মী। নুংশাগী মৈশাদা ব্রানা থবক শূরুবদু সনামচুগী ফৌগী চরোংদু উবদা অব্রাবা পূম্বা কোক্লম্মী।

নোংমদি মানা লবুক্তা লাকপদা মাগী ফৌদু শা-ষম্না চাথোকখিবগী মফম ইতাক তাক্লদনা খরনা ইনৈ নৈখায়রদনা লৈবদু থেঙনরম্মী। মদু উবদা শাউমনখিদুনা লৌমীদু মথং নোংঙানবদা ঙস্তা লাক্লম্মী। মদুদসু অমুক্কা হেন্না চাথোক্নুনা নৈখাইবা হেল্লমলে। অয়ুক নুংথিলদদি চাদ্রদুনা নুমিদাংদদা চারিবা শাশি করম্বা শানো খঙদদি খঙলগে হায়দুনা অহিং লেক্লগে খল্লম্মী। মহাক্লা নুংঙাইতনা লাকপদু উবদা মাগী নুপীনা কৈদৌরবগে হংলম্মী। লৌদা তৌহৌরিবা ময়ামদুগী ৱারী লীরম্মী। ফৌ য়াম্না লোক্লনি হায়না হরাওরুববু দশা তারে হায়দুনা লৌমীদু কপ্নীং কপ্নীং তৌরম্মী।

চাউবীনা মপুরোইবগী য়াম্না নুংঙাইতবা মতৌদু উবদা মানা হেন্না থৱায় শোক্লদুনা নুমিদাংদদা চারিবা শাদু মশক খঙননবা লবুক্তা অহিং লেক্লুরো মহাক ঙস্তানা চাক থোংলগে হায়দুনা চাকখুম চঙখিরম্মী।

থেম্বুংনা লবুক্তা লেক্লুনবা ঙস্তা লাক্লে। ফৌনা পুমঙাং ঙাংনা মুল্লকপসিদা উচেক-ৱায়া কয়াসু চাবা লাকই। থেম্বুংনা চৈ অমা পায়দুনা তাম্লোকই, লাউই— হোয় য়া য়ায়া, হো য়া য়ায়া। নুমিৎসু ময়ূম চঙলক্লে। মহাক্লা লৌরি ময়াদা লুমদুনা লৈরে। মমশিল্লক্লবা অদুদদি উচেকশিংসু

মকোন মকোন্দা চঙনখ্রে। ট্রীক ট্রাক খোঙলম্বা ময়ামদু উন ৱাইমুক চীকখ্রে।

খরা থেঙজিল্লক্লবা অদুদদি থেম্বুংনা শ্রো শ্রো লাউবগী মখোল অমা তারে। কদোমদগীনো হায়দুনা থেম্বুংনা কোয়লৈ-লৈদুনা য়েংই। প্রেক প্রেক শায়বগুমসু তৌই। লৌরিদুদু তপ্পা তপ্পা শহুম তাখিনি মতাগুম শেৎলিবা খুদৈদু অমুক্কা হেন্না তাখৎলদুনা মখোল তারিবা অদোমদা চঙশিল্লি। খরা চৎলগা শামু অঙৌবা অমনা অমুনবা ফৌ ময়াম চাথোকইবদু উরে। খঙগনিদো ঙসিদি হেক্তা ফারগা লোইরে। হুম মাঙলোমদা চৎলবদি মাবু উবদা চেনখিনি অদুনা তুংলোমদগী লোন্না হেক্তা চৎলগে অদুগা খুদুংগী মখোঙদা কোল্লুরগে হায়দুনা তাপ কোল্লুরে। শামুদু খঙপ্রেক খংদুনা খোঙই অদুগা অতিয়ারোমদা পাইখৎলক্লে।

থেম্বুংনা হায়মা ! হায়মা ! করিনো শামু অঙৌবা অসিদি অতিয়ারোমদা পাইখৎলক্লে চেৎনা কোন্দ্রবদি তাহৌরনি হায়দুনা চেৎনা কোল্লে। কিসু কিরে পাখৎপা অমসু য়াওরে। মখাদা য়েংথখিবদা মখাগী পোৎশিং উ-ৱা, য়ূম্নচিংবা অমত্তা উরক্লে। থেম্বুংনা করি মতৌনো ঙসিসিবো পূক্লিংদা মওল মওল খল্লিদৈদা শামুদু খঙলেপ লেপখ্রে। মহাকপু লৈমায়দা তপ্পা থমলে। সোরারেল হায়বদু ওইরমাল্লে ওহ্নোক্লা ফজখ্রবা মফমসিদা থম্বীরল্লগা শামু অঙৌবদু চঙখ্রে।

মহাকপু থম্বীরল্লিবা মফম অদুদা থোঙঙাকপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না অহিংবা তাইবঙ মী অমা শামুগা লোয়ননা লাকপদু উবদা ঙক্লদুনা মহাকপু তাইবঙ মীরা খোইয়ুম লাইরা করিগী মফম অসিদা লাক্লিবনো হায়দুনা হংলম্মী।

থেম্বুংনা খুল্লম্মী, "ঐহাক তাইবঙ মীনি। শামু অঙৌবসিনা ঐগী লৌ চাথোকখিবদগী শাউমনখিদুনা লোন্না লুম্মগা মাগী মখোঙ কোন্দুনা ফারুবদগী পাইখৎলক্লুনা মফমসি য়ৌরক্লিবনি।"

"অদুদি লাইনিংথৌ সোরারেলগী সনা নাক্তা চঙদুনা ৱাফমদু

হঙ্গৎলুরসি লাকও হায়দুনা থেম্বুংবু পুরগা চৎলম্মী।"

থেম্বুংনা খল্লি, লাইনিংথৌ সোরারেল হায়বদু ওইবা তারে পুন্নং লংনা সিংহাসন মথক্তা ফম্লিবসি, ওস্থোক্লা ফজরেদা ! মমল য়াম্ন-য়াম্নবা সনা লুপাসু য়াম্না শি, শেৎলিবা ফিজোলশিং অসিসু লংত্রিক লংনা পুমঙাল ঙাল্লি।

থোঙঙাকপনা লাইনিংথৌ সোরারেলদা খুরুম্নদুনা নুপাদুনা লাকপগী ব্রাফমদু হঙ্গৎলম্মী।

লাইনিংথৌ সোরারেলনা মাগী ব্রাফমদু মুন্না তারবা মতুংদা হায়রকই, "নঙগী লৌ শামুনা চাথোকখিবগী মমল ওইনা ঐনা নঙোন্দা সনা খাঙেন, লুপা খাউজাউ পীগনি। নপূক্লিংদা লৌ চাথোকখ্রে হায়দুনা করিমত্তা নুংঙাইতবা তৌরুনুকো।" অদুগা মনাইশিংদা য়াথং তৌরকই, "কনা লৈ, সনা লুপা খাউজাউ খাউজাউ পুরকউ।"

সনাশিংদু পুরক্লবা মতুংদা লাইনিংথৌ সোরারেলনা হায়রকই, "তারবরা নুপা, ঐনা পীরিবা সনা লুপাশিংসিনা নঙ নুংঙাইনা পাঞ্জরুরোকো।"

থেম্বুংদি সনাশিংদু লৌশিল্লগা মচি লেঙদনা লেপ্পুনা লৈখ্রে।

মানা চৎতবদু উবদা লাইনিংথৌনা ঙক্লদুনা কৈদৌরে হায়না হংবদা পোৎশিং অসিবু কমদৌনা পুরগা মীরমলেন্দা চৎকদগে হায়দুনা কপ্পীং কপ্পীং তৌরক্লে।

"চুম্মিনে, নথন্তদি কমদৌনা চৎকনি। তারিবরা শামু অঙৌবা ! নুপাসি অমুক্তা মীরমলেন্দা থিনবিরুচো।"

"অদুদি লাইনিংথৌ ননাই অমুক চৎচরগে।" থেম্বুংনা নিংথৌদা খুরম্মী ।

"শামু মথক্তা নীংথিজনা তোংলগা চৎলুকো, কম্না কোম্লুকো। চৎলো চৎলো।"

থেম্বুংনা সনা লুপাগা কোন্নবা শামু তোংলগা লাকপদু কয়াদি থুনা ময়ূম য়ৌরকখ্রে। শামু অসিসু ওম্মোক্লা শিংখ্রবা শামুনি। য়ূম ফাওবা খঙমাল্লে মাঙ্গোলদা থম্বীরম্লগা পাইখ্রে। ইস ! য়ামখ্রেদা সনাশিংসিদি ! চাউবীনা উরবদি ওম্মোক্লা হরাওজরনি।

থেম্বুংনা মাগী নুপী কৌথোক্তুনা সনাশিংদু থাংজিল্লে। চাউবীনা হরাওখিবদি অঙকপনি, ঙাইহাক্তুদা মফাং-মফাংবা ৱাখল কয়ামুক্লি। মথম্মোয়দা লাইনিংথৌ সোরারেলবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎলি। চহী চুপ্পা কায় কায়দুনা চারফাও লোইবা নাইররোই খনজৈ।

থেম্বুংনা অসুক থুনা নুংঙাইখৎলকপসিদা লৈকায়গী মী খরদি কল্লক খম্বনবা য়াওরম্মী। লৈকায়দুদা য়াম্না শিংবা নুপা অমখক্তি ময়ূমদা চৎতুনা থেম্বুংনা নুংঙাইখৎলকপগী মরমদু কুপ্না হংলম্মী। সোরারেলনা পীরকপা সনা লুপাশিংদুগী মরমদা থেম্বুংনা ৱারী পূম্নমক অমত্তা চীৎথদনা লীরম্মী।

ৱারী পূম্নমক তারবা মতুং অশিংবা নুপাদুনা হায়রকই, "ইতাওদি পৈশা পায়রবনিনা ফৌ থম্নবা অচৌবা কৈ-গা য়াম্না শারে। য়াম্না থুনা ইনাক খুনবা মী অমা ওইরে। অদুবু ইতাওদা হংনিংবা অমদি-শামুদুবু নুংতিগী লাকপ্রা ?"

"লাক্লমগনি ইতাও অদুবু নুমিৎতুগী মতুংদগীদি অমুক হন্না য়েংলুদ্রে।"

"অদুবু ইতাও অমুক্তদি য়েংমিন্নরুসি করিগুম্বা লাক্লবদি ইতাওগা ঐগা মখোঙদু কোন্দুনা সোরারেলগী মনাক্তা চৎমিন্নরুসি মদুদা পীরকপা সনা লুপাদু তঙ্খাই য়েন্নসি।"

"ইতাওনা চৎসি মহায়রবনীনা হয়েং চৎলসি ঙসিদি ঐগী থবক ওইনা লোইশিল্লগে।"

মথংগী নুমিৎতা থেম্বুংগা মতাও চাউবগা লবুক্তা চৎলে। ফনা কুইনা লৌরীদা লুমদুনা শামুদু লাকপা ঙাইরে। লাকমন্দ্রদুনা হল্লসি হায়না থল্লকান্দা শ্রো শ্রো লাউবগী মখোল অমা তারক্লে। লৈরে হায়দুনা শামু মনাক তান্না তপ্না চঙলক্লে। থেম্বুংনা, "তুমিন লৈয়ুকো ইতাও ৱা ঙাংগনু

পাইখৎখিনিকো? তুংলোমদগী হেক্তা কোল্লগে। তস কোল্লেদনা ! ইতাও নঙসু ঐগী খ্বাংসিদা হেক্তা কোল্লকউ। শামুসি পাইবা হৌরেকো ইতাও।" হায়রকই।

চাউবনা খুল্লকই, "য়াম্না ব্রাংনা পাইখৎলক্লে, ইতাও লৈচিলগা থেংনরমাল্লে, ঈং ঈং লাউইহে।"

"চেৎনা পায়য়ু ইতাও।"

"ঐদি নিংথম্বনা লোইরে, নুংশিৎ য়াম্না শীৎলমাল্লে। সোরারেল য়ৌগদবা কয়াম ব্রাৎলিবগে।"

"য়ৌরনি ইতাও, ফনা ব্রাংনা পাইরক্লে।"

"ইতাও, ইতাওদা পীরকপা সনা-লুপাদুবু কয়াম য়ামবা জাৎনো ?"

"য়ামখ্রজাৎনি ইতাও, খাঙেন খাঙেন খাউজাউ খাউজাউনি।"

"অদুবু কয়াম য়াম্বনো হায়বা নঙগী খাঙেন খাউজাউদুদি অমুক্তা উদ্রিবনিনা খঙদে, খূৎ তম্মুনে।"

"য়ামপ্ৰপোৎনিনে য়েংউসে, শুকমুক য়াম্না..."

খূৎ থাদোক্লগা তম্বদুদা মখাদা খংতা তারকই। চাউবনা পাখৎনা ইস ! ইতাও কমদৌনি শোয়রেদনা শিবা তারেদো । মখাদা পাইথরেনে। খঙহৌদনা লৈমায়দা দুপ লাউনা তারকই। চাউবনা মখা থংলগা থেম্বুংনা মথক থংদুনা তারক্লে। শাফূদু কনমনখিবনা চাউবদু "অয়ো ইমা !" হায়রগা লৈমায়দা ফর ফর ওল্লে। চৈনা খাঙবা ঙল্লক্তরে। থেম্বুংনা ইতাও ইতাও হায়না কৌবদা খুল্লক্তরে। অরোইবা স্বর হোনখরে।

থেম্বুংনা মতাওবু হন্না হন্না কৌবদা খুম্মক্তবা অদুদি শিরমালে হায়না খন্দুনা খুলগী মীশিং তাকপা চৎলে।

লৈকায় ময়াম চঙদুনা চাউববু পোৎলোইরে। অপঙবা থেম্বুংদি মরায়বক্তা নুংঙাইজৌ হায়না তল্লকপনিনা লাইনিংথৌ সোরারেলনা পীরকপা সনা লুপা ময়ামদুগা নুংঙাই- য়াইফনা পানখি।

# ইনাকখুনবগী লাইব্রা

*মণিপুরগী ফুঙ্গারারী*

থায়না মমাংঙৈদা য়াম্না লাইরবা লুখ্রাবী মমা মচা লৈরম্মী। মমা লুখ্রাবীনা থবক ব্রানা শূদুনা মচানুপাদু লাইরিক তমহল্লম্মী। লৈকাইগী অহল লমনশিংনদি লুখ্রাবী মমামচাবু নোক্লুরম্মী। লাইরিক তম্নগা করিবু কান্নদোইনো ব্রানা লাইরিক তমগদৌবগী শরুকপুদি লৌউবনা, ইংখোল কোইবনা হেন্না ফৈ হায়রম্মী। অদুবু ফনমক য়াম্না নোক্লদুনসু, ফৈ ফত্তে তর্ক তৌনরবসু মমামচানা নীংখিবা ফিরেপ্পুদি হোংলমদে। অমুক্তংদি নুংঙাই-য়াইফনা পানগে হায়বসি মমামচাগী ব্রাখল ওইরম্মী।

লাইরিক তম্বা লোইরদুনা লুখ্রাবী মচাদু ময়ূমদা হল্লক্লম্মী। মহাক্না কমদৌরগা নুংঙাই-য়াইফবা মী অমা ওইবা ঙমগদগে, করি থবক তৌগদগে হায়না নুমিৎচুপ্পাখন্দুনতা লৈরম্মী। মমৈথঙদা খনবমখৈ খল্লগা ব্রাখল অমা লাক্লম্মী। মহাক্না খল্লিবা নীংলিবা অদুমক তৌরগে হায়না চপয়ুংনা খল্লম্মী। মহাক্না নিংথৌদা দরখাষ্ট অমা থারম্মী।

ইকায়খুম্নজরিবা লাইনিংথৌ ইবুংঙো,

ঐহাক লাইরবা লুখ্রাবী অমগী মথন্তা পোকচবা মচানুপানি। লাইরিক-লাইশু অমদি থাং-তানচিংবগী বিদ্যাসু তম্বা লোইজরে। ঐহাক্না লাইনিংথৌগী মফমদা ব্রাফম অমত্তং হঙ্গৎচরি মদুদি ইরমদমসিদা লাইরবা ময়াম পীকথন্না লৈরি। অমুক্তংদি ঐহাক্না লাইরবা প্রজাশিং অসিদা ইনাকখুনবগী লাইব্রা অমত্তং পীজবা পাম্মী। লাইনিংথৌগী য়াথং লৈরগদি ঐহাক লাইব্রা অদু তাকচগে।লাইনিংথৌনা ঐবু কুবিয়ু।

ইতি

মাইরেম্বম মাইমু

চাইরেল

চিঠি অসি নিংথৌনা হেক ফংবগা অঙম-অথৌ মন্ত্রিনচিংবা ময়াম কৌখৎতুনা সভাদা পুথোক্লুনা খন্ন-নৈনরম্মী। নিংথৌনা কমদৌনা লাইরবা ময়ামসিবু ইনাকখুলহনবা ঙমগদৌরিবনো ? ইনাকখুনবা তরানা লাইরবা অমা শৌগৎপা ঙমদে হায়বগী প্রমাণ লৈরিবনি অদুগা করিসু লৈত্তবা লুখ্রাবী মচা মানা নিংথৌ ঐবু শীংনরক্লিবরা ? ঐবু উশিৎ-থওইদদুনা তৌরিবরা ? কনা লৈ ! লুখ্রাবী মচাদু কৌখৎলকউ নিংথৌ ঐগী ইতিক খঙহনগে ?

মন্ত্রীনা খুন্নকই, "অমুক্তা তপথবীখিসি সনা ইবুংঙো, লুখ্রাবী মচা মাগীসু অনীংবা করিগুম্বা অমা মরৈজরমগনি। মানা ইনাক খুলহনগদৌরিবদু কমদৌননো হংখিসি। মরমদু হংলবা মতুংদা পীফম থোকপা দণ্ডিসু পীসি। সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু।"

অঙম্বা ময়াম্না লাউনরকই, "চুমই চুমই ইপু মন্ত্রীনা হায়রিবসি, লুখ্রাবী মচাদু অমক্তং কৌখৎলগা মচীল হংবনা ফৈ।"

নিংথৌনা লুখ্রাবী মচাদু হৌজিমক কৌখৎলকউ হায়দুনা মনাই অনী থাখিরম্মী।

শোমদা নিংথৌগী মনাই অনীনা লুখ্রাবী মচাগী ময়ূমদা থুংলরবদা নিংথৌগী ব্রাফমদু হায়রম্মী। মমা লুখ্রাবীদুনদি মচানুপাবু চৎহন্নীংলমদে অদুবু মচানুপাদুনা মমাদা করিমত্তা নুংশা থীবিরুনু ঐহাক নিংথৌগী মনাক্তা চত্তবা য়াদে। নিংথৌগী হুকুম ইন্দ্রবদি অহকপা দণ্ডি ফংগদৌরিবনি হায়রন্নগা চৎখিরম্মী।

মচানুপানা কোনুং চৎখ্রিবদু মমানা করি থোক্লগবা খন্দুনা নুংশা থিদুনা লৈহৌরম্মী।

কোনুং য়ৌরবদা মনাই অনীদুনা নিংথৌগী মনাক্তা পুশিল্লম্মী। নিংথৌনা নুপাদুবু মুন্না য়েংলগা হায়রম্মী, "নহাক্লা ঐগী লাইরবা প্রজা ময়াম্বু ইনাক খুলহন্নবা লাইব্রা পীগে হায়বদু ?"

"মানি লাইনিংথৌ।" মাইমুনা খুরুখুদক কূন্দুনা হঙ্গৎচরম্মী।

নিংথৌনা ঙংদুনা হায়রম্মী, "করিগুম্বা নঙনা লাইরবশিংসিবু ইনাক খুলহন্নবা ঙমগ্রবদি অঙাং ওলহনগদবনি খঙলবরা ?"

লাইনিংথৌগী য়াঙ্কং ইকোক নোল্লা লৌজরি তৌবত্তবু লাইব্রা

অসি তাবিদ্রিঙৈগী মমাঙদা লাইনিংথৌনা ব্রাফম অমত্তংদি য়াবিয়ু।”

“করম্বা ব্রাফমনো ?”

“লমদমসিগী প্রজা খুদিংমক্না ননাই ঐঙোন্দা শিকি অমমমতা খায়হনবিয়ু। মদুগী মতুংদা লাইব্রা অদু তাকচরগে।”

নিংথৌনা মাগী প্রজা খুদিংমক্তা শগোল পাউ চেন্দুনা শিকি অমমম খায়ননবা পাউ চেন্থোক্লম্মী। থীন্দনা মথংগী নোংঙানবদা পৈশাশিংদু পুদুনা লাক্লম্মী।

নিংথৌনা প্রজা ময়ামদগী খোমগৎপা পৈশাশিংদু লাইরবা নুপাদুদা খূৎশিন্নরম্মী। নুপাদুনা ফজরবা য়ূম অমা পৈশাশিংদুদগী শারম্মী। শাবা লোইরবা মতুংদা কোনুংদা লাক্তুনা নিংথৌদা হঙ্গৎচরম্মী, “লাইনিংথৌ, লাইরবা ননাইনা লাইব্রাদু তাকচরগে প্রজাশিংবু কৌখৎপীরো ?”

নিংথৌগী য়াথং ফংবদগী মায়কৈ মরিমক্কী প্রজাশিং শুনা তিল্লম্মী। লাইরবা নুপাদুনা ময়াম মমাঙদা লেপখৎলদুনা হায়রম্মী, “ঐগী নুংশিরবা ইপা ইমা শক্লবা অহল-লমন, লাইগুরু, ইচে-ইচল, ইয়াম্বা-ইনাওশিংগী মফমদা ঙসি ঐনা তাকচগদৌরিবা লাইব্রা অসিদি ইচম চম্বনি। ঙসি করিসু লৈতবা লাইরপ্রবা ঐহাক লৈবাক প্রজা ময়াম্না খায়গৎপীদুনা পীবা শেনফম অদুনা ফজরবা য়ূম অমা শাবতা নত্তনা শেন্থোক লম্বীসু ওইবা শিনফম অমসু পাঞ্জরে। ঐহাক্কী ইমুংদা নত্তনা মী কয়া অমা শেন্থোক লম্বী পীজবা ঙমজরে। অসুম্না ময়াম্না মানা ঙম্বা শিন্থাদা শিনবাংবীরবদি হিংবদা খুদোংচাদবা লৈরোই, নুংঙাইবা ইমুং শোয়দনা ওইগনি। মসিখক্তনি ঐনা ময়ামদা তাকচগদৌরিবা লাইব্রাদি।”

মাইমুনা ময়াম মমাঙদগী থোরক্তুনা নিংথৌগী মফমদা খুরুখুদক কূম্না খুরুমদুনা হায়জরকই, “লাইনিংথৌ ইবুংঙো, ননাইদা পীবিগদবা দণ্ড লৈরবদি পীবিনবা ইকোক নোঞ্জরি।”

মাইমুগী লৌশিংদুদা নিংথৌনা কোনখৎপীরদুনা দণ্ড পীবগী মহুত্তা অচৌবা ফম অমা পীরম্মী। লাইরবা মাইমু মমামচা য়াম্না নুংঙাইনা পানখিরম্মী।

# লাইখি

*মণিপুরগী ফুঙ্গারারী*

থায়না মমাংঙৈদা মমামপা অনীগী মথন্তা পোকচবী মচানুপী তম্ফালৈমা কৌবী অমা লৈরম্মী। মহাক্না য়ূম্লোনবা মমান্নবীশিংনা লাইখি শান্নবদু উবদা মাগীসু অমা লৈবিয়ু হায়দুনা মমাদা তক্লরম্মী। মচাগী নিংঙাইদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা লাইখি অমা লৈরম্মী।

তম্ফালৈমনা মতম অয়াম্বদা লাইখিদুগা শান্নরম্মী তূম্বদসু কোল্লগা তূম্মী, চাবদসু মাগী শরুক তন্নম্মী। লৈশাবী ফারফাও লাইখিদুবু সুকথা থাদোক্লমদে।

চুং-ফিরাল চানা ফজবী তম্ফাবু মমৌ ওইননবগী অহল লমন কয়ানা হায়বা লাক্লম্মী। মমা মপা অনীনা মচানুপীবু লুনা তৌগদবা মীওই য়েংদুনা অহল মশেল হায়না শীংনদুনা লুহোংনবা ব্রা লেপ্লম্মী। লুহোংবগী নুমিৎ নকশিল্লক্লবদা তম্ফানা মাগী লাইখি অদুবু করম্না হুন্দোক্কুনা চৎকদগে হায়না ব্রাজরম্মী।

নোংমা অহিং অমগী মঙলান্দা লাইখি অদুনা হায়রম্মী, "তম্ফা নঙনা ঐগীদমক য়াম্না ব্রাবিরে, ঐবু নহাক্না নীংলিবা নুংশিবীরিবা অসিগীদমক নতেং পাংজগদবদি পীক্লবা ককচেং-খোয়া উচেক-ব্রায়াশিংনা ঙাংনবা মরোলপূম্বা খঙবা ঙম্বা ওইজরো। অদুগা ঐহাক্তি নঙনা নয়ূম পানবদা য়াওবা য়াদবনিনা লফু মখোঙদা ফুমজিনবিয়ু।" অসুম্না তাক্লন্নবা মতুংদা মঙফাওনরম্মী।

মঙদা তাক্লম্বগী মতুংইনা তম্ফানা লাইখিদুবু লফু মখোঙ তানা পুরম্মী। মহাক্না লাইখিদুদা ব্রারৌনুকো ইতা, নহাক্না তাক্লম্বগী মতুংইনা তৌরিবনি হায়না মপি তানা কপ্তুনা লাইখিদু ফুমজিল্লম্মী।

লুহোংলবা মতুংদা তম্ফালৈমা ইমুংগী অকুপ-অতা ৱাইশিং-ৱাইরমনচিংবা তৌরম্মী। মরক মরক্তা ককচেং-খোয়াশিংনা ঙাংনবা ৱা তাবদা নোক্লীংবসু য়াওরম্মী। লাইথিনা মঙদা হায়রম্বা ৱাশিংদু শোয়দরে হায়না খল্লম্মী।

নোংমা তম্ফালৈমনা চাক থোংবা লোইরদুনা ময়াম পীজখ্রবা মতুংদা মহাক্না চারিঙৈদা ককচেং অমনা চাক মরু অমা মকোন তানা পুনবা হোৎনরম্মী। চাক অদু লৈবাক্তা নপশিন্দুনা লৈবদগী পুবা ঙমদ্রদুনা মমান্নবা ককচেং অমা হৌরদুনা পুমিন্নসি হায়বদু তাবদা নোক্লীংলম্মী। তম্ফানা তিল-কাঙ ককচেংনচিংবা উরগা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদুদা মনেমবোক্লদি মমৌনুপীদু ছোনো চুবরা হায়না খল্লম্মী। অসুম্না তোয়না মতৌশিল্লকপা অসিদদি মনেমদু নোংম নোংমগী চিংনবা হেনগৎলম্মী।

নোংমসু তম্ফানা থবক ইনখাং তৌরিঙৈদা ক্বাক অমনা উপাল অমদা তোংলদুনা, “ভুরেলদা মী অশিবা অমা তাউরক্লে। মখূত্তা য়ুবী খুদোপ য়াইওইবা অমা শিবনি লৌরু” হায়না খোঙলম্মী। তম্ফানা মদু তাবদা পুন অমা পায়দুনা ভুরেলদা ঈশিং শোকপা চৎলম্মী। মী অশিবা অমা তাউরকপদু উরদুনা মনাক্তা চঙশিল্লগা য়েংবদা য়ুবী খুদোপ অমা শিবদু উরম্মী। ক্বাক্লা হায়বদু শোয়দ্রে হায়দুনা খুদোপ অদু লৌথোক্লবা হোৎনরম্মী। অশিবা মীগী পোমখৎলবা হকচাং ওইবনা খুদোপ্তু ইরায় লায়না লৌথোকপা ঙল্লমদে। মনেম্মা মমৌদু ঈশিং শোকপা চৎখিবদু কুইমল্লি হায়দুনা য়েংবা লাকপদা মমৌনা তৌরিবদু লাপ্না উরম্মী। মী অশিবা চাগদৌরিমাল্লে খন্দুনা মকুবোক্তা তাকপা লাক্লম্মী। মকুবোকসু মনেম্মা তন্নিবা পাউদু অচুম্বরা হায়দুনা য়েংবা লাক্লম্মী। তম্ফানা খুদোপ্তু লৌথোকপা য়াদদুনা কম্না মুকথোক-মুকশিন তৌদুনা লৌথোক্লবা হোৎনবদু উবদা মনেম্মা হায়রিবা ৱাদু চুন্রে হায়না থাজরম্মী।

তম্ফানা খুদোপ্তু লৌথোক্লবা মতুংদা ঈশিং পুন্দু পুদুনা কারক্লম্মী। ময়ূম য়ৌবগা মনেম মকু অমদি মপুরোইবনা মাবু ঙাওরবনি হায়দুনা থৌরীনা পুন্দুনা নিংথৌগী মনাক্তা পুরম্মী।

তম্ফানদি মহাক ঙাওদে হায়জরম্মী। নিংথৌনা মহাক্কী চঙখোনবা, নুংশিবা মতৌদু উবদা মহাক্কী তালোয় ওইনা লৌশিল্লম্মী। নুপা অদুগীনা লৈশাবী অমা লুহোংবিরম্মী।

নুমিৎ খরগী তুংদা নিংথৌগী শঙ্গায় মমাঙদা হৌবা হৈনৌদা কাক্লা তোঙলদুনা অহুম্নক খোংলম্মী। মদু তাবদা তম্ফালৈমনা নিংথৌদা হৈনৌ পাম্বী মখোঙদা মণি মতুম লৈরে তৌদুনা য়েংবিয়ু হায়রম্মী।

নিংথৌনা হায়রিবদু চুম্বরা য়েংগে হায়দুনা মনাই কৌরগা তৌহনবদা মণি মতুমদু লৈরম্মী। নিংথৌনা মাগী নুপীদুবু তিল-কাং, উচেক-ব্রায়া, ককচেংনচিংবগী মরোল খঙবা মগুণ লৈবা মীনি হায়না খন্দুনা য়াম্না লুনা তৌদুনা নুংঙাইনা পানখিরম্মী।

# মীনম্বা ঙাংবা

*মেঘলায়াগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা চীং অমদা কৈ অমনে ওক অমনে নুপা অমনে লৈরম্মী। নুপাদু কৈদুগা য়াম্না চান্নরম্মী। কৈদুনদি ওকতু য়াম্না চানিংলম্মী। নোংমদি কৈদুনা ওকতু তম্না লাক্লবা চোংশিল্লম্মী। ওকতু চাউবতা নত্তনা মপাঙ্গলসু কল্লম্মী। অয়ুক্তা লৈওল্লগা নুংথিল নুমিৎচুপ্পা অমা নুংশাদা ফৌবদগী মশাদু লৈখোম্না থানা কৃপ্তুনা লৈরম্মী। লৈখোম থানা তৈরবা ওকতুগী উনশাদু কৈদুনা চীকপা ঙল্লমদে। ওকতুনা মতম পূম্নমক্তা কৈদুদগী ঙাকথোক্লবা শেমশাদুনা লৈরম্মী।

কৈদুনা ওকতু হাৎপা ঙমদ্রবদা মাগী মরূপ নুপাদুদা করম্না ওকতু হাৎপা ঙমগদগে হংলম্মী। নুপাদুনা ঙাইহাক ব্রাখল খল্লবা মতুংদা হায়রম্মী, “অয়ুক অঙনবদা ওক্লা লৈওল্লিঙৈ মতমদা নহাক্লা লান্দারবদি ইরায় লায়না হাৎপা ঙমগনি।”

নুপাদুনা তাক্লকপগী মতুংইন্না কৈদুনা ঙস্তানা ওকতুনা লৈওল্লিঙৈদা লাক্লম্মী, অদুগা লাক্লুনা হাৎলম্মী। ওকতু হাৎলবা মতুংদা কৈদুনা নুপাদুগী মনাক্তা নুংঙাইবা পাউদু পুদুনা লাক্লম্মী।

পাউসি তাবদা নুপাদুনা ওক্কী শদোংদু মথন্তগী ওইবা পান্নম্মী। মহাক্লা তিঙ্খং পানবা উগী উশা অমা য়ান্দুনা মশা হিদোক্লম্মী অদুগা ওকতু কিশিল্লম্মী। চৈদুগী নাকল নাকলদু লেংবান্দা হাপকৎলবদা নুপাদুনা কৈদুদা হায়রম্মী, “ঐখোয়না ওকসি পুবদা লেংবান নারে হায়দুনা লাউখোংদুনা তৌরবদি ওক্কী শাদোংদু খারক্কনি। ঐখোয়না অসুক ব্রানা পুরগা শাসিবু খাহল্লবদি কান্নদরে।” কৈদু নুপাদুনা হায়রিবমখে য়ারম্মী।

ওক হাৎলিবা মফমদুদগী নুপাদুনা লৈরিবা মফমদু য়াম্না লাপ্লম্মী।

ওক পুল্লিবা চৈদু কৈদুগা নুপাদুগগী মরেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা পুবদা নুপাদু য়াম্না ব্রারম্মী। মহাক্না কৈদুদা হায়রম্মী, "নহাক করিমত্তা ব্রাই হায়রক্কনু অদুম চৎলু।"

কৈদুসু মখোয়না পুরিবা শাদু খারক্কনি হায়বগী অকিবা লৈবদগী ব্রারবসু ব্রানা অরূম্বা পোৎ পুবগী চৈনাদু খাঙলম্মী। অদুবু মমৈথংদদি ব্রাবা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লক্কুনা আহ হায়না লাউদুনা লেংবান্দা পুরিবা চৈদু হুন্দোকখিরম্মী। নুপাদুনা কৈদুদা ওক্কী শদোংশিং অদু লোইনা খারগনি হায়না শাউজিন্নরম্মী।

ময়ূম য়ৌরবদা নুপাদুনা ওকতু মকক মকক কক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা কৈদুদা মনীং মমাঙ হোবা ব্রাগী উতোং অমা পীদুনা ঈশিং শোকহনবা থাখিরম্মী। নাগাশিংদি বালটিন নত্ত্রগা পুনগুম্বদা ঈশিং শোক্লদে। মখোয়না ব্রাগী উতোংশিং মখুম খুমজিন্দুনা ঈশিং শোক্লম্মী। মখোয় অয়াম্বনা অব্রাংবা চীংশিংদা লৈবা মরম্না পুম্রি নত্ত্রগা গুহানচিংবা অমত্তা তৌদুনা লৈরমদে। মখোয়না লৌখোং নত্ত্রগা লোকতগী ঈশিং য়াম্না লাপ্না শোক্লম্মী। অসুম্না উতোংশিংদা ঈশিং শোক্কুনা অরাপ্পা মফমদা ঈশিং শোকপা চৎলম্মী।

কৈদুনা ঈশিং শোকপা চৎখ্রিঙৈদা নুপাদুনা ওক্কী শদোংদু খরা লোৎশিন্দুনা থল্লম্মী। মহাক্না উহৈ মরু খরা ওক্কী শদোংশিংদুদা তোৎশিন্নরম্মী। মহাক্কী চাননবা শদোং খরনা চৈদা য়াইদুনা চান্নবা পাত্রদুগী মনীং মখা ইথং থংনা থল্লম্মী অদুগা কৈদু হল্লকপা ঙাইরম্মী।

কৈদুনা উতোংদু ঈশিং শোক্লগা লাকপদা মনীং মমাঙ হোবা উতোংনীনা খরা চৎলগা ঈশিং অমত্তা য়াওরমদ্রে। অসুম্না ঈশিংদু শোকপা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্মী। কয়ারক হন্না হঙ্গৎ-হন্দা ঈশিং শোকপা চৎপদুদা উপাম্বী অমদা খুনুনা তোংলদুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা হায়রকপদু তারম্মী, কৈনা মনীং মমাঙ হোবা উতোং অমদা ঈশিং শোক্লি অদুগা মাগী মরূপ্না ওক্কী শদোং উমংদা লোৎপা চৎলি।

খুনুনা হায়বদু তাবদগী কৈদুনা উতোংদু হুন্দোকখিরম্মী অদুগা

মরূপ্তুগী ময়ূমদু তাম্না লাক্লম্মী।

কৈদুনা হল্লক্লবদা মাগী মরূপ্তুগা লোয়ননা অখাবা মরূ তোংশিন্দুনা য়াইরবা ওকশাদু চাবা হৌরম্মী। চারিঙৈদা মরূপ্তুনা হায়রম্মী, "নহাক্না ঐনা হায়বা ইন্দবদগী ওকশা অসি খারিবনি। খারবা ওকশা অদু মখা তানা চানীংলমদে। হৌজিক্তি অখাবা ওকশাশিং অসি কৈদৌরুখিনি।" অসুম্না হায়রদুনা নুপাদুনা থাংনা পাত্রদুগী মনীংদা লোৎতুনা থমখিবা ওকশাদু মকক মকক কক্তুনা চাবা হৌরম্মী। মাগী মরূপ্না য়াম্না হাওনা চাবদু উবদা কৈদুনা মাগী পাত্রদগী ওকশাদু লৌরগা চারম্মী। মাগী ওকশানা খারমদবদু উবদা মরূপ্তুনা মঙোন্দা নমথাক তৌরে হায়বদু খঙলম্মী। কৈদুনা নুপাদুদা শাউনা চোংশিল্লম্মী। নুপাদু কিরদুনা চেল্লম্মী। মহাক্না কৈদুবু করম্না মাঙহনগদগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না গুহা অমগী মনাক য়ৌরম্মী। মদুদা চঙলদুনা মহাক্না গুহাদুবু ঙাকশেনবা শারদুনা লৈরম্মী।

কৈদুনা মহাকপু থিরম্মী। লোৎলিবদু উরদুনা ঙংলগা হায়রম্মী, "পাঙদবা নুপা অমগুম্না নহাক্না গুহা অসিদা লোৎলিবরা ? হৌজিক্তি নহাক শিবগীদমক শেম শারো ?

কৈদুনা হায়রকপদু তাবদা নুপাদুনা মহাক্কী থৌওংশিংদু কনামত্তদসু হায়দোক্তনা করম্না খঙলিবনো হায়দনা ঙক্লম্মী। অদুমকপু হায়রম্মী, "ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা গুহা মনুংদা থমলিবা শাশিং অসি য়েংশিল্লু হায়বদগী য়েংশিল্লিবনি। গুহাসিগী মনুংদা শা য়াম্না হিংদুনা লৈরি। মদু তাবদা কৈদুনা শাশিং অদু য়েংনিংবা পোক্লম্মী। মহাক্কী মরূপ্না মঙোন্দা অচৌবা নমথাক অমা তৌরে হায়বদুদি খঙদবনা শাশিং অদু য়েংগে হায়রম্মী।

নুপাদুনা হৈশিংনা হায়রম্মী, "ঐগী বাবাদগী শাশিং অসি য়েংবগী অয়াবা পীরক্লবদি ঐনা হেক্তা য়েংহনবা য়াদে।"

কৈদুনা নুপাদুদা অয়াবা লৌবিনবা তকশিল্লম্মী। কৈদুনা

হায়জরক্লিবদু নুপাদুনা য়াদবা ঙমদবা শাদুনা মহাক্না গুহাদুগী অতোপ্পা নাকল অমদা চৎলগা খোঞ্জেল হৌনা ঙাংদুনা মপাদা হংলম্মী, "বাবা, ঐগী মরূপ কৈনা গুহা মনুংদা লৈরিবা শা ময়াম অসি অমুক্তা য়েংগে হায়রি। য়েংহল্লু হায়বরা ?"

অদুদগী মহাক্না মপাগী মখোল অমুক শারদুনা খুন্নম্মী, "ইচানুপা, শাশিং অসি য়েংগে হায়রবদি গুহা মনুংদা চোংশিল্লক্রবদি উবা ফংগনি।"

খুন্নক্লিবা পাউখুমদু তাবদা কৈদুনা খল্লম্মী, "নুপাদুনা মাগী মনাক য়ৌরক্তিবৈঙে মমাঙদা মহাক্না গুহাদা চোংশিল্লবদি শা অমা হাৎতুনা চাবা য়াগনি। অসুম্না খল্লদুনা গুহা মনুংদুদা চোংশিল্লম্মী। গুহা মনুংদুদদি করিমত্তা লৈরমদে। লাইবক ফবনা গুহাদু লুরমদবা মরম্না কৈদুনা ব্রানা হোৎনদুনা খুদোংথীনিংঙাই ওইবা মফমদুদগী কাখৎলম্মী। কৈদুনা হৌজিক্তি মঙোন্দা নমথাক তৌরিবসি মাগী মরূপ্তুননি হায়বা খঙলম্মী। গুহাদগী নাম্থোক্লবা মতুংদদি মাগী মরূপ্তু থিবা চৎলম্মী।

গুহাদুদগী পংলাপ লাপ্তুনা নুপাদুনা খোই মহুম শাবা উপাম্বী অমগী মখাদা ফন্নম্মী।

কৈদুনা নুপাদুগী মনাক তম্না লাক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "নমথাক তৌদুনা অমুক্তি নাম্থোক্লবসু হন্না হন্না নমথাক তৌদুনা নাম্থোক্কনি হায়বদি খল্লুরনু।"

কৈদুনা হায়রিবদু খঙশিন্নদবা শারদুনা নুপাদুনা হায়রম্মী, "নহাক্না ঐবু চাবা পান্নবসু ঐনা নঙোন্দা ব্রা খরা হায়খিগে। ঐহাক্তি চিক্যা হায়রিবা নিংথৌ অদুগী য়াথং ঙাক্তুনা মফম অসিদা লৈরিবনি।" মাঙদা উরিবা খোইমহুম অদুদা খূদোম্বী থিল্লদুনা মহাক্না হায়রম্মী, "মসিদা য়াম্থরিবা পোৎশক অসিদা কনাগুম্বনা য়েংউরবা নত্রগা ফূরুরবদি মহাক্না চানীং চানীংবা শা-ঙা চাবা ফংগনি। অদুনা ঐনা মসিবু ঙাক-শেন্দুনা লৈরিবনি।

মদু তাবদা কৈদুনা মমাঙদা খোকখিবা থৌদোক ময়ামদু লোইনা

কাউথোক্লম্মী। শাদু চানীংমনখিবনা মহাক্লা হায়খিবা ব্রাশিংদু লোইনা কাউথোকখিদুনা মাবু ঙাকপীয়ু হায়জরম্মী।

নমথাক তৌবা মরূপ্তুনদি তৌশিন্নরদুনা চিক্যাদগী য়াথং অমা লৌখিগে হায়দুনা খরা লাপ্পা চৎলম্মী অদুগা লাউনা কৈদু তাননবা হায়রম্মী, "নঙনা শাদু চাবা পান্নবদি য়াম্থরিবা অদুদা লৈজবী থাদুনা ফূজিল্লু।"

মদু তাবদা কৈদুনা খোই মহুমদু তম্না চোংখৎতুনা ফুজিল্লম্মী। খোই ময়াম পাইথোরক্তুনা কৈদুদা চীক্লম্মী। খোই ময়ামদুদগী কন্ননবা কোইচেল চেল্লম্মী। অপঙবা কৈদুনা নুপাদুগী নমথাক্তু খঙলম্মী। মানা শাউগৎলক্তুনা মাগী মরূপ্তু হাৎনবা কোইথি থিরম্মী।

তাল্লকসিদা নুপাসিনা খরা লাপ্পা মফম অমদা লৈরগা অপাকপা ফাল অমদা মতোনতুম্বা য়োৎপীনা মথক্লোমদা থমহল্লগা পাক্লা য়েশিন্দুনা থল্লম্মী। কৈদুনা মহাকপু উবদা ঙংলদুনা হায়রম্মী, "নমথাক তৌবা পাঙদবা নুপা, ওকশা চাবগী মহুত্তা ঙসিদি নঙগী শদোংদু চারগদবনি।"

নুপাদুনা হায়রম্মী, "ঐবু চাদ্রিঙৈগী মমাঙদা ৱা অমত্তা হায়খিগে । পৃথিবীসিদা মী কয়ামরুম লৈ। লৈরিবশিং অদুগী মনুংদা তমথিবা খরা য়াওরবসু মী খুদিংমক্তুদি তমথিবা নত্তে। নহাক নত্তনা অতোপ্পা কৈ অমা কৈদৌঙৈদসু মরূপ ওইনা লোয়নরক্ত্রি অদুগা কনাদসু মীনম্বা ঙাংলক্ত্রি। ঐহাক্তি জগৎপু শেম্বীবা মপুনা হায়রম্বগী মতুংইন্না মচীল তুমখৎতুনা লৈরিবা ফালসি শেমদুনা লৈরিবনি। ঈশ্বরনা হায়রকপা ৱাফমদু ইন্দবা ঙমদে। অদুনা নহাক্লা ঐবু চাগে হায়বগী ৱাফমদু ঈশ্বরদা হায়রুখিগে অদুগা ঐঙোন্দা কিহল্লিবা ইকাইবা পীরিবা ময়ামদু লোইনা হায়দোক্তুনা দণ্ডি পীহনগে।"

জগৎপু শেম্বীবা মপুদা মানা হায়খিবা ৱাশিংদু লোইনা হায়দোকউগনি হায়বদু তাবদা কৈদু কিরম্মী। মহাক্লা মানা হায়খিবা ময়ামদু ঙাকপিয়ু হায়জরম্মী।

কৈদুগী মবূক ফারবা মতুংদা নুপাদুনা হায়রম্মী, ‘‘কনাগুম্বা অমনা ফাল অসিদা অমুক্তংবু ফন্নবদি মহাক্না পাইদুনা য়েক্লবা ফাবা ঙম্বতা নত্তনা অরোৎপা য়েক্লবা ফাওবা ফাবা ঙম্মী। মীকুপ অমদা মহাক্না য়ৌনিংবা লম য়ৌবা ঙম্মী।’’

অরাপ্পদা লৈবা মী ফাওবা ফাবা ঙম্মী, অরোৎপা শা ফাওবা ইরায় লায়না ফাবা ঙম্মী হায়বসি তাবদা ফালসিদা ফন্নবদি ইচম চম্বা অমদি ওইররোই হায়না কৈদুনা খল্লম্মী। মানা চানীংবা চাবা ফংলগনি হায়বসিদা নুংঙাইবা পোকচরম্মী। মসিদগী মহাক্না হায়খি ঙাংখিবশিংদু ঙাকপিয়ু হায়জরদুনা উপাক মথক্তুদা চোংখৎলম্মী। মহাক্না হেক ফমথবগা মচীল তুম্বা য়োৎপীশিংদুনা মশাদা থিন্দুনা ঈহিং-নাইহিং শারম্মী। অরেঙ খূদিংগী ঈ থোক্লম্মী। মহাক হৌগৎতুনা লেঙবা ঙম্নমদে।

কৈদু অরাম-খৌরাংলম্মী। নুপাদুনা হু য়াওবা ঈশিং পীথক্লম্মী। ঈশিংদু থকপা হেক লোইবগা কৈদু খনাও অমদি পূক চাক্তুনা শিরম্মী। কৈদু শিরবা মতুংদা নুপাদু ময়ূমদা হল্লক্লম্মী অদুগা ওকশাদুগা লোয়ননা অহাওবা চাক্লেন অমা শিল্লম্মী।

# হৈশিংবা সিংফো

*মেঘলায়াগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা সিংফো কৌবা নুপা অমা লৈরম্মী। মাগী ইরোই অমা লৈরম্মী। ইরোইসিনা নিংথৌগী ইংখোলদা চঙদুনা মহৈ-মরোং নেৎথত্তুনা মাঙ-তাকহল্লম্মী। নিংথৌনা সিংফো কৌরদুনা মাগী ইরোইদু হাৎতোক্লগনি হায়রম্মী।

সিংফোনা খুন্নম্মী, "ঐগী ইরোইদু হাৎলবদি ঐঙোন্দা ইরোইগী মউনদু পীবিরকউ।"

নিংথৌনা ইরোইদু হাৎলবা মতুংদা সিংফোদা মউনদু পীরক্লম্মী। সিংফোনা মউনদু কংহন্দুনা য়াম্না চেকশিন্না থন্নম্মী।

নোংমা সিংফোনা ইরোইগী অকংবা মউনদু পুরদুনা চৎলম্মী। মহাক্না ইরোই মউনদু উখা অমদা থন্নগা অন্নাংবা উপাল অমদা কারম্মী।

মায়কৈ অদোমদা মমীৎ তাঙবা অমগা না পঙবা অমগা লাক্লম্মী। মখোয় অনী অদুগী মরক্তা পৈশা খরগী খৎনরম্মী। সিংফোনা উথক্তা তৌরিবশিং অদু তূমিন্না য়েংলম্মী। মনা পঙবা নুপাদুনা মমীৎ তাঙবদুদা ইরোই মউন্না কনবদা অরাঙবা মখোল অমা তারম্মী। মদু তাবদা কিরদুনা চেল্লম্মী। মমীৎ তাঙবদুনা খঙহৌদনা চেনবদু উবদা মনা পঙবদুসু মাগী বেগতু হন্দোক্লন্নগা চেল্লম্মী। সিংফোনা উদগী কূমথরক্লগা পৈশাদু পুদুনা লাক্লম্মী।

মহাক্না পৈশাদু পুদুনা নিংথৌদা হায়রম্মী, "ইনিংথৌনা ঐগী ইরোই হাৎতুনা ইরোই মউন পীরকপদগী ইরোই মউন য়োন্দুনা শেল য়াম্না ফংলে।"

ইরোই মউন য়োন্দুনা শেল ফংই হায়বদু তাবদগী নিংথৌনা মাগী

ইরোইমখে লোইনা হাৎতোক্কুনা মউনশিংদু কংহল্লগা য়োম্লনবা থারম্মী অদুবু কনামত্তনা ইরোই মউন অদু লৈবিরমদে।

সিংফোনা অচৌবা নমথাক অমা নিংথৌদা তৌরম্মী।

নিংথৌগী মনাইশিংনা সিংফোবু ফারম্মী অদুগা অচৌবা শারং অমদা হাপচিল্লগা য়াম্না লুবা পুখ্রি অমগী মনাক্তা হৌবা উ পাম্বী অমদা য়ানশিন্দুনা থম্লম্মী। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা উশা অদু তেক্কুনা মহাক শোয়দনা শিরগনি হায়না খন্নরম্মী।

অসুম্না সিংফোদু শারং মনুংদা য়ান্দুনা লৈরিঙৈদা শগোল তোংবা নুপা অমা মাইকৈ অদোমদা লাক্লম্মী। মহাক্না মী য়াওবা শারং অমা য়ান্দুনা লৈবদু উবদা ঙক্লম্মী অদুগা তৌরিবদু করিগীনো হংলম্মী।

সিংফোনা নুপাদুদা য়াম্না হৈশিংনা হায়রম্মী, ''মহাক্কী লৈবাক্কী মীশিংনা মহাকপু নিংথৌ ওইহনবা পাম্মী মদুদা মহাক্না য়াদবদগী ময়াম্না শারং মনুংদা হাপচিন্দুনা থম্লিবনি। নহাক্না ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা নিংথৌ ওইয়ু অদুগা ঐনা নঙগী শগোলদু থৌদুনা চৎখ্রগে।'' নিংথৌ ওইনিংবদগী নুপাদু শারং মনুংদা চঙলম্মী।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নিংথৌগী মনাইশিংনা শারং পুল্লিবা থৌরীদু ককথৎলম্মী। শকখঙদবা নুপাদু ঈশিংদা ঈরাক্লদুনা শিরম্মী।

নিংথৌগী মনাইদুনা শারংদু ককথৎতুনা ঈশিংদা থাদখ্রবা মতুংদা সিংফোনা নিংথৌগী মনাক্তা লাক্কুনা হায়রম্মী, ''ইনিংথৌগী মনাইশিংনা ঐবু ঈশিং অথেনবদা হুন্থবিবদগী ঐ সুপ্নগী শগোল অমখক্তং ফংলে, করিগুম্বা অরুবা ঈশিংদা হুন্থরম্লবদি শগোল য়াম্না ফংগদবনি।

সিংফোনা হায়রিবদু নিংথৌনা থাজরম্মী। নিংথৌনা অচৌবা শারং কয়ামরুম শাহল্লম্মী। শারংশিং অদুদা নিংথৌগা লোয়ননা অঙম-অথৌ কয়ামরুম শারং মনুংদা চঙলম্মী। সিংফোনা শারংশিং অদু ঈশিং খ্বাইদগী লুবা মপাদা য়ালহল্লম্মী অদুগা মহাক্না থৌরীশিংদু ককথৎলম্মী। মখোয় লোইনমক ঈরাক্লদুনা শিরম্মী।

নিংথৌনা শিরবা মতুংদা সিংফোনা নিংথৌ ওইরম্মী।

# সনা অমসুং মণি-মুক্তাগী লমদম

*মেঘলায়াগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা য়াম্না মপূকচেল্ ফত্তবা, মীরুবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না নুতিগী খোমজিন্দুনা থল্লিবা উৎশিং অদু য়োনবা চৎকদৌরিবনি হায়দুনা খঙন-চানবা য়ূমলোন কৈরোন্নবশিং অদুদা হায়রম্মী।

মহাক্না উৎতু পুরদুনা অসুম লমশাং লাকপদা ব্রারদুনা লল্লোনবা নুপা অমগী ময়ূমদা অহিং অমা লেক্লুনবা চঙজফম লৌরম্মী। নুপাদুনসু অহিং অমা লেকপদু য়ারম্মী অদুগা মানা পুরক্লিবা উৎ বোড়াদুদি শঙ্গোলদা থম্নবা হায়রম্মী। উৎ মপুদুনা মাগী উৎতু শঙ্গোলদা থন্নবদি ষন্না লোইনা চাথোকখ্রগনি, অদুনা উৎ য়োনবদা ফংগদবা পৈশাশিংদু অমত্তা ফংলরোই হায়না মথ্বায় ব্রাবা উৎলম্মী।

ষন্না উৎ চায় হায়বসি অমুক্তা তাদবনিনা লল্লোনবা নুপাদুদি য়ানিংলমদে অদুনা করিগুম্বা মাগী উৎতু যন্নবু চারবদি চারল্লিবা ষনমখৈ লোইনা পুজখো হায়রম্মী।

লল্লোনবা নুপা অদুগী চাউরাক্না ষন চাম-য়াংখৈরোম লৈরম্মী। মহাক্না উৎ বোড়াদু ষনশেন্নবদুদা শঙ্গোলদা থম্মু হায়রম্মী।

নুমিদাংগী চাক চারবা মতুংদা উৎ মপূদু ঙস্তানা তূম্বা চঙলম্মী। নোংয়াই মতুং মী লোইনা তূম্না হীপ্লখ্রবা মতুংদা নুপাদু তূমিন্না হৌগৎলক্তুনা শঙ্গোলদা চঙলম্মী। মহাক্না মশা-মঊ ফবা ষন নিফুখক খন্দুনা মখোয়গী মচীনশিংদুদা উৎতু তৈশিল্লম্মী অদুগা ফমুং চঙদুনা অমুক হন্না হীপ্লম্মী।

অয়ুক য়াহৌরকপদা মহাক্না ষন শেন্নবা নুপাদুদা মাগী উৎ বোড়াদু লৈরিবরা হায়না হংলম্মী। ষনশেন্নবা অদুনা শঙ্গোলদা চঙদুনা উৎতু

য়েংলুবদা অমত্তা লৈরমদ্রে অদুগা ষন অয়াম্বদি মচীন্দা উৎ পক্কুনা লৈহৌই হায়না খুন্নম্মী। পাউ অসি লল্লোনবা নুপা অদুদসু তন্নম্মী। ষন্না উৎ চায় হায়বা পাউসি তাবদা ইঙক ঙক্লম্মী। মহাক মশামক লাক্কুনা হায়রিবা পাউসি অচুম্বরা হায়দুনা শঙ্গোলদা চঙদুনা য়েংবদা ষনশিং অদুগী মচীনবান্দা উৎ পক্কুনা লৈবদু উরে। হায়নখিবগী মতুংইন্না উৎ তৈবা ষনমখৈ পুরো হায়রম্মী। নুপাদুনা ষন নিফু মশিং থিদুনা হরাওনা হোইরগা পুরম্মী।

মহাক্লা ষন ময়ামদু হোইরগা ময়ূমদা লাকপদুদা মীশিংনা মঙোন্দা যনশিং অদু কদায়দগীনো হংলম্মী। মানা মখোয়দা উৎতু য়োল্লগা ষনশিং অসি লৈরকপনি। করিগুম্বা মহাক্লা উৎ য়াম্না পুরম্বা তারবদি হেন্না লৈরক্কদবনি হায়রম্মী। মখোয়না উৎতু মথং লাকপদদি য়াম্না পুরকখো হায়হৌই হায়না তন্নম্মী।

মহাক্লা হায়বদুদা থাজরদুনা মীশিংদুনা ময়ূম ময়ূমদা শীং থাদুনা উৎ য়াম্না খোমজিল্লম্মী অদুগা কৈথেলদা চৎতুনা য়োননবা পুরম্মী। মখোয়না পোৎ লৈবা লাকপশিংদা উৎ পান্নবদি উৎ লৈবা য়াগনি হায়দুনা কৌশিল্লম্মী অদূবু মীশিং অদুনদি লৈবগী মহুৎতা নোক্লবিরম্মী। য়ূমদা ভারিদা লৈবা উৎতুবু য়োল্লি হায়বরা অঙাওবা হায়দুনা চৈবিরম্মী।

মীয়াম্না নোক্লবিরকপা চৈবিরকপদুদা ইকায়বনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা উৎশিং অদু লোইনা হুন্দোক্লম্লগা মখোয়দা পাউতাক পীরকপা নুপাদু হাৎলুনি হায়দুনা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী।

মখোয়না ময়ূম হেক য়ৌবগা নুপাদু কোইথি থিদুনা ফারম্মী অদুগা থোইদোক্লা মরৈ য়েৎনবা তৌদনা শারং মনুংদা হাপচিল্লগা তুরেল মপান্দা থম্লম্মী। অদুগা মখোয়না চাক্লেন অমা চাননবা থৌরাং তৌরম্মী। চাক চারবা মতুংদা মখোয়না শারংদু তুরেলদা থাদগদৌরিবনি।

তুরেল মপালদু অয়াম্বা মতমদা মী য়াম্না তিল্লম্মী। নুপা অমা শগোল ময়াম হোইরদুনা তুরেল তোর্ব্বান্দুদা চৎলম্মী। মহাক্লা শারং

মনুংদা মী লৈবদু উবদা ইঙক ঙক্রদুনা করিগী শারং মনুংদা লৈরিবনো হংলম্মী। নুপাদুনা খুন্নম্মী, "সনা ঙাক্তগী লৈফম লম অমা লৈ, মদুদা চৎলিবনি। পৃথিবী অসিদদি সনা হায়বসিনা শগোল শামুদগী হেন্না মমল য়াম্মী অদুনা সনাগী লৈফম অসিদা চৎলগা সনা য়াম্না পুথোরক্লবদি মহাক ইনাকখুনবা মী অমা ওইরগনি। মীনাই-মীশন ময়াম থমদুনা নুংঙাইনা পুন্সি লেনবা য়ারগনি। ইচা-ইশু ফাওবা লনথুম য়াম্না লৈরবনিনা ৱাবা অমত্তা নংঙরোই।" মহাক্না অমুক্তসু মখা তারদুনা শগোল শেন্নবদুদা হায়রম্মী, "নহাক্না করিগুম্বা সনা পান্নবদি নুমিৎ খরদং ঙাইয়ু ঐহাক শোয়দনা পুরক্লগা পীগে।"

মদু তাবদা নুপাদুনা খল্লম্মী, "মাগী শগোল ময়ামসি নুপাদুদা পীথোকখ্রগা মহাক ওইনা চৎলবদি মহাক্না সনা লুপা ময়াম পুরক্কনি। মদু য়োল্লবদি পৈশা অসুক্কী মতীক পায়রগনি। মীনাই-মীশন থমদুনা মাগী নুপীগা লোয়নননা নুংঙাইনা পুন্সি লেনবা য়ারগনি। মহাক্কী চৎনীংবগী চাংদু অসুম হেনগৎলম্মী অদুনা শারং মনুংদা লৈরিবা নুপাদ্দা মহাক্কী শগোল ময়ামসি লৌবিরো সনাগী লমদমদুদা মহাক ওইনা চৎলগে হায়রম্মী।

অহানবদা মহাক্না হায়রিবদু য়ারমদে অদুবু অসুম অসুম থেঙথরক্লবদি অফবা ওইরোই। মহাক্কী শারংদু ঈশিংদা লংথখিদুনা শিবা য়াই। ঈশ্বরনা নুপা অসি মাগী পুন্সিবু কনবিনবা থাবিরকপা ওইরমগনি হায়না খল্লদুনা হায়রিবদু য়ারম্মী। মহাক্না শগোল শেন্নবদুদা শারংগী থোঙদু হাংদোক্লবা হায়রম্মী। থোঙদু হেক হাংদোকপগা নুপাদু থোরক্লম্মী অদুগা শগোল শেন্নবদুনা মনুং চঙলম্মী। মহাক্না থোঙদু চেৎনা লোনশিল্লদুনা হায়রম্মী, "মফম অসিদা মী ময়াম অমা লাক্কনি। মখোয়দা শারং অসি য়াম্না লুবা ঈশিংদা থাদবিয়ু হায়য়ু।"

ৱাহৈশিংসি হায়রম্নগা নুপাদুদি শগোল ময়ামদুগা লোয়নননা চৎখিরম্মী। চাক চাবা লোইরবা মতুংদা মীশিং অদুনা তুরেল মপানদুদা

লাক্লম্মী। মখোয়শিংদু উবদা শারং মনুংদগী নুপাদুনা মখোয়বু কৌরদুনা মহাকপু য়াম্না লুবা ঈশিংদা থাদবিয়ু হায়রম্মী।

হান্নদগী শাউদুনা লৈরিবা মীশিং অদুনা মহাক্না হায়বদু তাশিন্নরমদে। মখোয়না চুমদ্রিং লাক্কুনা শারংদু থাঙ্গৎতুনা তুরেল ময়ায়দা লংথরন্নগা চৎখিরম্মী। মরাইবক থিরবা শগোল শেন্নবদু ঈশিংদা ঈরাক্ল দুনা শিরম্মী।

শারং হুন্থরুবা মীশিং অদুদি মবুক ফত্তবা নুপাদু মানা তৌজরুবা কম্মগী ফলনা শিগ্রে হায়দুনা মপূক্লিং হরাওরম্মী। মখোয়গী ব্রাখলনা কৈদৌঙৈদসু শারং মনুংগী নুপাদু অতোপ্পনি হায়না খল্লুবা ঙমদে।

চহী অমরোম হৌখিরম্মী। মবূক ফত্তবা নুপাদুদি অতোপ্পা লম অমদা শগোলদু শেন্নদুনা লৈরম্মী। চহী অমরোম হেল্লক্লবা অদুদদি নুপাদু ময়ূমদা হল্লক্লম্মী।

শারংদা হাপ্তুনা তুরেলদা লংথখ্রবা নুপাদুনা অমুক হিঙ্গৎলক্কুনা লাকপদুদা মীশিং অদু ইঙক ঙক্লম্মী। মহাক্না অমুক মখোয়দা লমন খুন্নক্কদ্রা হায়দুনা মাবু তুরেলদা লংথবদা য়াওরুবা মীশিং অদুদি কিরম্মী।

নুপা অদুনা শগোল শঙ্গু অমগা লোয়ননা ময়ূমদা হল্লক্লবা মতুংদা মখোয়বু কৌরদুনা হায়রম্মী, ‘‘নখোয়না ঐবু খরা থেনবা জগাদা লংথবীরমদুনা শগোলগী লমদমক য়ৌরক্লে। হেন্না লুবা ঈশিংদা লংথরন্নবদি শগোলদা নত্তনা অতৈ শা-যন ময়াম অমা পুরক্লমগদবনি।’’

মীশিং অদুনা য়াম্না খঙনিংবগা লোয়ননা থেংনরকপা ব্রারী পূম্নমক লীবিনবা হায়জরম্মী। ময়াম্না য়াম্না তানিংনা খৌরাংনবদুদা মহাক্না হায়রম্মী, ‘‘শগোলগী লমদু য়াম্না ফজবা লমনি অদুগা শামু য়াম্না লৈবা লমদুদি শগোলগী লমদগী নোংমা চৎলগা লৈ। সনাগী লমনা নুমিৎ নিনিগুম্বা চৎলগা লৈ অদুগা মণি-মুক্তাগী লমদুদি নুমিৎ মাপলনিগুম্বা চঙগনি। কনাগুম্বনা শগোলগী লমদগী অতৈ অতোপ্পা লমদা চৎকে হায়রবদি মী অমত্তনদি চৎপা ঙম্মোই অদুবু নখোয়না খরা লায়না চৎকে হায়রবদি মী খরা য়াম্না চৎতুনা হেন্না লুবা ঈশিংদা হুন্থরবদি খরা

থুনা য়ৌবা য়াগনি। ঈশিং মনুংদা চৎপগী খোঙচৎ অসি অহানবদদি য়াম্না ৱাগনি অদুগা হল্লকপগী খোঙচৎতি অসুক্কী মতীক নুংঙাইৱনি খুদোংথীবা অমত্তা লৈররোই।”

ৱারীসি তাবদা মখোয়শিংদু মণি-মুক্তাগী লমদমদুদা চৎকে হায়না লেপ্লম্মী। মখোয়না ময়ূমদা হনখ্রগা মখোয় মখোয়গী নুপী অমদি ইমুং-মনুংগী মীশিংগা ৱা তান্নরম্মী। নুপীশিং অদুনদি নুপাদুনা হান্নসু নমথাক তৌখ্রবনিনা হন্দকমুকসু তৌরকপা ওইরমগনি অদুনা মানা হায়রকপদু ইন্দবনা ফৈ হায়রম্মী। মখোয়না মাগী মাগী নুপীশিংনা হায়রিবা ৱাদু য়ারমদে। মখোয়না শারংশিং শারম্মী অদুগা য়াম্না লুবা তুরেলগী ঈশিংদুদা লংথৌ হায়দুনা মাগী মাগী নুপীশিংদা হুকুম তৌরম্মী। মখোয়বু লংথদ্রিঙৈগী মমাঙদা মখোয় মখোয়গী নুপীশিংদা মখোয় মণি-মুক্তাগা লোয়ননা য়াম্না থুনা লাক্কনি হায়দুনা পাউমেল্লম্মী। নুপীশিংদুনা শারংশিংদু তুরেলদা লংথরন্নবা মতুংদা ময়ূম ময়ূমদা হল্লক্রম্মী।

নুমিৎ কয়ানিরোম হৌখিরম্মী। নুমিৎতগী থা, থাদগী চহী মথং মথং ওল্লক্রম্মী অদুবু মখোয়গী নুপাশিং অদুদি হল্লকপা কৌবা লৈতরে। ঙাইনা ঙাইনা মতম্না অসুমক চৎখি। মমৈথংদদি মখোয়না নুপাদুগী মনাক্তা লাক্রম্মী। মখোয়না নুপাদুদা মখোয়গী মপুরোইবশিংদু করম কান্দা লাক্কদগে হায়না হংলম্মী। নুপাদুনা হায়রম্মী, “শগোল শামুগী লমদমদুদগী পাক হেক্তা লাকপা য়ারোই। মখোয়না অপাম-পামদ কয়াসু খন্দোক-খঞ্জিন তৌরমগনি অদুগা সনা অমসুং মণি-মুক্তাগী লমদম অদু য়ৌরগদি মখোয়না মাগী মাগী নুপীফাওবা কাউথোক্কুনা মফম অদুদা নুংঙাইনা লৈথোক্লমগনি। মখোয় য়ূমদা হল্লক্কবা য়াই।”

ৱাফমসি তারবা মতুংদা নুপীশিং অদু ময়ূম ময়ূমদা হন্দুনা মপুরোইববু শোয়দনা লাকখিগনি হায়বগী আশাদা লৈরম্মী। অদুবু ঙাইনা ঙাইনা চহী ফনা য়াম্না চৎপ্রবসু লাকপা কৌবদি লৈখিদ্রে।

মখোয়না নুপাদুগী মনাক্তা হঞ্জিল হঞ্জিল চৎতুনা মখোয়গী মপুরোইবশিং অদু করম্বা মতমদা হল্লক্কদগে অশেংবা অমা হায়বিরো হায়দুনা তকশিল্লম্মী।

নুপাদুনা হায়রম্মী, "পৃথিবীসিদা লৈরিবা মী অমত্তনা ঈশিংদা শারং মনুংদা তোংলগা শগোল শামু, সনা-লুপা, মণি-মুক্তাগী লমদা চৎপা য়াবা নত্তে। মখোয়দি শোয়দনা ঈশিংদা ঈরাক্লদুনা শিবা তাবনি। নখোয়নসু করাম চাউবদগী সনা-লুপা মীহৌবদগী নখোয় নখোয়গী নুপাবু তুরেলদা লংথখ্রে।"

ব্রাফমসি তাবদগী নুপীশিংদু জ্ঞান লাক্লম্মী। মখোয়গী অপঙবদুনা মরম ওইদুনা মপুরোইববুসু হাৎলবনি হায়বসিদা ও-খোংনা কপ্লম্মী। মখোয় তৌফম অমত্তা খঙলমদে।

মবুক লুবা নুপাদুনা মাগী পুন্সিদা থেংনবা য়েক্লবশিং অদুবুদি মরুফংনা মাঙহন্দুনা নুংঙাইনা পাল্লম্মী। মরায়বক থীবী, মপুরোইবা শেৎনরবী নুপীশিংদু মাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মখোয়বু মাগী নুপী ওইনা লৌশিনবীদুনা পূন্না লন থুম কয়াগী মপু ওইদুনা পানমিন্নরম্মী। ❦

# লুহোংগদৌরিবা বর অমসুং লিন

***মধ্যপ্রদেশগী ফুঙ্গারারী***

মমাংঙৈদা লাইরবা লৌমী অমা লৈরম্মী। কুম অমা চাক তাংবা থোকপদগী লৌমীদু মাগী নুপীগা লোয়ননা ময়ূম থাদোক্তুনা চৎলম্মী। লম্বীদা মচানুপা অমসু পোক্লম্মী।

মখোয়না অচৌবা সহর অমদা থুংলম্মী। মফমদুদা লৌমীদুনা থবক কন্না শুদুনা পৈশা তাল্লম্মী।

মখোয়না মতম খরা থবক শুদুনা পৈশা তাল্লবা মতুংদা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী অদুগা লৌ-শিং খরগসু লৈশিল্লম্মী। নোং মতীক চানা চুবদগী ফৌথোকসু হেল্লম্মী।

লৌমীদুনা খল্লম্মী, "ইচানুপানা ঐবু অফবা লাইবক অমা ওইহল্লে। ঐনা মাবু ইনাকখুনবা ইমুং অমগী মচানুপীগা লুহোঙবিগনি। অদু ওইরবদি মহাক শোয়দনা নুংঙাই য়াইফবা মী হায়বদু ওইরগনি।"

খরা লাপ্লা খুল অমদা মহাক্লা জাতি মান্নবা জমিন্দার অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মচানুপীদু মচানুপাগীদমক হায়জরম্মী।

জমিন্দার অদুনসু মচানুপাদু উবদা মচানুপী থাজবদু য়ারম্মী। অদুবু লাইবক থীবদি মচানুপাদু লুহোংদ্রিঙৈদা মপাদু শিরম্মী।

জমিন্দার অদুনা ঙাই-শেল ওইগদৌরিবা লৌমীদু শিরে তাবদা মথ্বায় নুংঙাইরমদে। মহাক্লা নুপামচাদু মখোয়গা লোয়ননা লৈমিন্নবা পান্নম্মী অদুবু মহাক্কী নুপীনদি পান্নমদে। মহাক্লা হায়রম্মী, "মচানুপীদু লুহোংলবা মতুংদা নুপাময়ুমদা পুথিসনু। পৃথিবীদা অফবা নুপীগুম্বা মরূপ্তি মফম কদায়দসু লৈতে।"

জমিন্দার অদুনা মী থারক্লুনা নুপামচাদু মাগী মচানুপীবু লুহোংনবা কৌরম্মী। মমানা মচানুপাবু খ্বাইদগী ফজবা ফি-রোল শেৎহন্দুনা শগোল অমা পীরগা নুপীমচাদু লুহোংদুনা পুরক্লবা থারম্মী। নুপাদুনা শগোল থৌদুনা লমশাং লাকপগী ব্রারদুনা জঙ্গলদা পোথারম্মী। মহাক্না মনাক নক্না খৈরোই অমগা লিন অমগা লাক্লবা উরম্মী। মদু উবদা নুপাদুনা মপানা হায়খিবা ব্রা অমা নীংশিংলক্লম্মী। কনাগুম্বা অনী খৎনরক্লবদি নিয়ম চুম্না খামদোক্লবা হোৎনগদবনি। মসিদগী মহাক্না খৎনবদু খাম্নবা হোৎনরম্মী। খৈরোই অদুনা লিনদু চোংশিন চোংশিন্দুনা চীকপদু উবদা চৈ অমনা কন্না খামদোক্লম্মী অদুবু খৈরোই অদুনদি হনবা লৈরমদে। নুপাদুনা শাউরদুনা মাগী থাংশাংদু পুথোরক্লুনা খৈরোইদু হাৎলম্মী।

মহাক্না খরা চৎলগা মাগী মতুংদা লিনদুনা তান্নরকপদু উরম্মী। নুপাদুনা হায়রম্মী, ‘‘ঐনা নঙবু খৈরোইদগী কনবিরে অদুগা করিগীদমক্তা ঐগী ইতুংদা অমুক তান্নরক্লিবনো ?’’

‘‘অচুম্বনি, নহাক্না ঐবু কনবিরে অদুবু ঐদি নহাকপু চীক্লুনা হাৎতবা য়াদে।’’

‘‘করি হায়বা !’’ নুপাদুনা ঙক্না হায়রম্মী, ‘‘নহাক্কী ফনবা তৌরুবগীদমক ফত্তবনা লমন খুম্বা তারবা !’’

লিনদুনা হায়রম্মী, ‘‘মসিগী মতাং অসিদদি ঐখোয়গা ময়ামগী চৎনবীগা মান্নদবা চৎনবী অমা লৈ। ঐখোয়গীদি অফবা তৌরুবগী ফল ফত্তবনা হল্লি।’’

নুপাদুগা লিলদুগা অব্রাই-অখুম তৌদুনা মরৈ য়েৎনরম্মী অদুবু নুপাদুনা হায়রিবদু লিনদুনা য়ারমদে।

নুপাদুনা হায়রম্মী, ‘‘ফরে, ঐঙোন্দা ঐগী থবক পাঙথোক্লবা নুমিৎ নিপালনিগী মতম পীয়ু। ঐনা থবক্তু পাঙথোকপা লোইরগা নহাক্কী নাক্তা লাক্কনি।’’

হায়রিবদু লিনদুনা য়ারম্মী। অদুদগী বর ওইগদৌরিবা নুপাদুনা লুহোংগদৌরিবা নুপীদুগী ময়ুমদা চৎলম্মী।

নুপীময়ূম য়ৌরবদা মকুবোক অমদি মনেমবোক ওইগদৌরিবশিং অদুনা তরাম তরাম ওক্লম্মী অমসুং নুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী অদুবু নুপাদুদি হরাওবা ইপোক পোক্লমদে।

নুপাদুগী মায়থোংগী নুংঙাইতবা মমি অদুদি লোৎপা ঙম্লমদে অদুনা মনেমবোক মকুবোক ওইগদৌরিবদুনা, "কৈদৌরবগে, করি নুংঙাইতবা লৈবগে" হায়না হংলম্মী।

নুপাদুনা কৈসু তৌদে হায়বা ইশম শম্বা পাউখুমসি নত্তনা মখা তারমদে। লুহোংগদৌরিবা কন্যা অদুনসু মঙোন্দা শাউনিংবা নুংঙাইতবা লৈব্রা হায়না হংলম্মী। অদুবু নুপাদুনদি পাউখুম অমত্তা পীরমদে।

নুপীদুগা নুপাদুগা লুহোংলে। নুমিৎ নিপালনি শুরকপা নুমিৎতুদা নুপাদুনা মাগী নুপীদা ময়ূমদা চৎসি হায়রম্মী।

মমা মপানা মচানুপীগীদমক্তা অউনপোৎ পীরম্মী। মখোয়না ষনগাড়ী অমা তোংলদুনা ময়ূম পাংনা খোঙশাল্লম্মী।

মখোয়না লম্বীদু ফনা শাংনা লাক্লবা মতুংদা নুপাদুনা মাগী নুপী অমদি লোয়নবশিং অদুদা হায়রম্মী, "হৌজিক্তি নখোয় নয়ূমলোমদা হল্লো, ঐহাক্কী শিবগী অরোইবা মীকুপ্তু লাক্লে।"

নুপীদুনা হায়রম্মী, "নহাক শিরবদি ঐসু শোয়দনা শিগনি। ঐহাক নহাক য়াওদনা হিংবা ঙম্লোই।"

অদুদগী নুপাদুনা নুপীদুগা লোয়ননা লিনগা হায়নখিবা মফমদুদা লাক্লম্মী। মহাক্না লাউরদুনা হায়রম্মী, "হো লিন, ঐনা ঐগী থবক পাঙথোক্লগা শোয়দনা লাক্কনি হায়না ৱাশকখিবদো লাক্লে। নহাক্কী অনীংবা অপাম্বদো পাঙথোক্লরো।"

মপুরোইবগী ৱাহৈসি তাবদা নুপীদু মীপাইরম্মী। মহাক্না ষনগাড়ীদগী কূমথদুনা মপুরোইবগী মনাক্তা লেপ্লম্মী।

থুনমক লিননা কাম্বগী মখোল অমা তারম্মী। চাউরবা মখুল অমদগী লিনদু থোরক্লম্মী অদুগা নুপাদুবু চীক্লনবা শেম শারম্মী।

নুপীদুনা লিনদুদা মুন্না য়েংলদুনা হায়রম্মী, "নহাক্না ঐগী ইপুরোইবগী পুন্সি লোইশীনবিগদৌরিবা করিগীনো ?"

লিনদুনা নুপীদুদা মাগী মপুরোইবনা মহাকপু খৈরোইদগী কনবিখিবগী ৱারীদু লীরম্মী অদুগা হায়রম্মী, "ঐখোয়গী লৈবাক্কী চৎনবীদা অফবগী ফল ফত্তবনা হনগদবনি হায়না লৈ।"

নুপীদুনা হায়রম্মী, "অঙকপা চৎনবীনি অফবা তৌবগীদমক ফত্তবনা লমন খুন্বগী চৎনবী অসিদি অমুক্তা তাদ্রি। কমদৌনা চৎনবী অসি ওইরক্লিবনো ?"

"য়েংউ অরাংবা উপাম্বী মঙা অসি" লিনদুনা হায়রম্মী, "চৎলু মখোঙদা হংলু।"

নুপীদুনা হৌরিবা উশিংদুগী মনাক্তা চৎলম্মী অমসুং ময়ায়থংবা উদূদা, লিনদা হংখিবা ৱাহংদুমক হংলম্মী।

উপাম্বীদুনা খুন্নম্মী, "য়েংউ ঐখোয় মঙামক সিসম পাম্বী ঙাক্তনি। ঐখোয় তরুক শুরম্মী, অহুম অহুম জুরানি। তরুকশুবা উপাম্বী অদূগী অরাওবা মখুল অমা লৈরম্মী।

নোংমা কুইরবগী মমাংদা হুরানবা অমা যূম অমদা লুট চংলম্মী। মীশিংনা মাবু খঙলক্কুনা তান্নরম্মী। মহক্না লৈজবী থাদুনা চেল্লম্মী। চেন্না চেন্না মীয়াম হুপ্পা মাবু তান্নরম্মী। মমৈথংদা মহাক ঐখোয়গী ইনাক য়ৌরক্লম্মী। নুমিদাংদু থাবলসু য়াম্না ফরম্মী। মহাক্না মখুল য়াম্না লাওনা হোবা সিসম পাম্বীদু উরম্মী অমসুং মদুগী মনুংদা চঙদুনা লোৎলম্মী। মাবু তান্নরকপশিং অদুনা মাগী মনাক নকশিল্লক্লবদা মহাক্না হায়রম্মী, "হে উপাম্বী, নহাক্না অমুক্তদি ঐবু কনবিয়ু।"

উপাম্বীদুনা মাগী অহোবা মখুল অদু তপ্পা তপ্পা খুমজিল্লম্মী অমসুং মহাকপু খুদোংথিবা অদুদগী কনবিরম্মী। হুরানবদু তান্নরক্লিবা মীশিং অদুনা চৎপ্রবা মতুংদা উপাম্বীদুগী অহোবা মখুলদু হাংদোরক্লম্মী।

হুরানবদু চৎখিরম্মী অদুবু মাগী মশাদা চাচন্দনগী নুংশিবা মনম নম্লরম্মী। মহাক্লা অতোপ্পা লম অমা ফাওদুনা লাকপদা নুপা অমনা মাগী মনাক্তা লেপ্লদুনা হংলম্মী, "নহাক্কী নশাদা চাইরিবা চাচন্দনগী নুংশিবা মনম অসি কদায়দা ফংবগে ?"

হুরানবদুনা হায়রম্মী, "ঐদি ঐগী ইশাদা নুংশিবা মনম চেনবা থাউ অমত্তা চাইশিন্দে।"

"নত্তে, নঙোন্দা নম্লিবা মনম অসিবু নহাক্লা অমত্তা নমদে হায়রিবা করিগীনো ? ঐঙোন্দা থাউদু পীয়ু ঐহাক পৈশা পীদুনা লৈগে।"

হুরানবদুনা হায়রম্মী, "ঐনা ঈশ্বরবু পন্দুনা ৱাশক্লিবসিনি ঐহাক্লা মনম নুংশিবা পোৎ অমত্তা শীজিন্নদে।"

শকখঙদবা নুপাদুনা লমদুগী নিংথৌগী মনাক্তা চৎলম্মী। মহাক্লা নিংথৌদা অঙকপা নুংশিবা মনম চেনবা নুপাদুগী মরমদা হায়রম্মী, "ইনিংথৌনা মঙোন্দা হংলবদি অশেংবদু শোয়দনা হায়দোরক্কনি।"

নিংথৌনা নুপাদুবু পুরক্লুবা য়াথং তৌরম্মী অমসুং নুংশিবা মনমদু কদায়দগী ফংবগে হায়বদু তাক্লুবা হায়রম্মী। হুরানবদুনদি নিংথৌদা নুংশিবা মনম চেনবা থাউ (পরফ্যুম) অমত্তা শীজিনদে হায়না খুম্লম্মী অদুবু নিংথৌদুনদি থাজরমদে।

নিংথৌনা হায়রম্মী, "নহাক্লা নশানা য়ানিংনা পোৎতু পীরবদি ঐনা মনা পীগনি, অদুগা করিগুম্বা লোৎশিন্দুনা পীদ্রবদি শিবগী দন্দি পীগনি।"

হুরানবদু শিবগী দন্দি পীগনি তাবদা কিরম্মী। মহাক্লা মাবু হাৎপিদনবগীদমক অহোবা উপাম্বী অদুগী মনুংদা লোৎলুবগী ৱারীদু শীরম্মী অমসুং উপাম্বীদুগী মনুংদা হৌরম্বা চা-চন্দন পাম্বীনা হৌরম্বগী ৱারীদুসু ময়েক শেংনা হায়রম্মী।

নিংথৌনা হায়রম্মী, "চৎসি চা-চন্দন মনুংদা হৌই হায়রিবা অঙকপা উপাম্বী অদু য়েংলুসি।"

মখোয়না মফমদু য়ৌরবদা নিংথৌনা মাগী লোয়নবশিং অদুদা উপাম্বীদু য়াম্মুৎলগা কোনুংদা পুরক্লুবা য়াথং তৌরম্মী।

সিসম পাম্বীদুনা য়াথংদু তাবদা কপ্লদুনা হায়রম্মী, "নুপা অমগী পুন্সি কনবিরুবগীদমক ঐহাকপু দন্দি পীগদৌরিবা করিগীনো ? অফবা তৌরুবগী লমনবু ফত্তবনা শিংগদৌরিবা করিগীনো ?"

নুপীদুনা ৱারীদু তারবা মতুংদা মপুরোইবগী মনাক্তা লাক্লম্মী।

লিনদুনা নুপীদুদা হায়রম্মী, " নহাক্না উপাম্বীগী ৱারী অদু তারবা নত্ত্রা ? অফবা তৌবগীদমক ফত্তবনা লমন খুমগদবনি হায়বা নিংথৌদগী তমহৌবা চৎনবী অসে নহাকসু হৌজিক্তি য়ানিংলরিনি।"

ৱারী অদুদি অচুম্বনি হায়বা নুপীদুসু য়ানিংলম্মী। অদুবু লিনদুনা মপুরোইববু হাৎলগে হায়না চঙশিল্লকপদুদদি নুপীদুনা মীপাইবগা লোয়ননা হায়রম্মী, "নঙনা ইপুরোইববু হাৎপা পান্নবদি ঐবু হান্না হাৎলু।"

লিনদুনা হায়রম্মী, "নঙদি ঐগীদমক্তা অফবা অমত্তসু তৌদনা ঐনা কৈদৌবগী হাৎকদৌরিবনো ?"

"নহাক্না ইপুরোইববু হাৎপা পান্নবদি ঐবুসু হাৎকদবনি। নহাক নশামক্না হায়রি, ঐহাক্না নঙগীদমক অফবা অমত্তা তৌখিদে অদুবু ঐহাক্না ইপুরোইবগদি (লুহোংলবা নুপা নুপী) হকচাং তঙ্খায় অমমমনি অদুনা ঐহাক হাৎতনা করিগী ঐগী হকচাং তঙ্খায় ওইরিবা ইপুরোইবদমক হাৎপা পান্নিবনো ?"

নুপীদুনা হায়রিবা ৱাদুদা অচুম্বা খরা য়াওরিবদু লিলদুনা খঙলম্মী অদুম ওইনমক মহাক্না নুপাদুবুদি হাৎপা পান্নম্মী। লিনদুনা মাগী মখুলদা চঙখিরম্মী অদুগা মেজিক্কী গুলি অনীথক পুরদুনা থোরক্লম্মী।

লিনদুনা হায়রম্মী, ‘‘গুলি অনীসি লৌ, নপুরোইবা শিরবা মতুংদা নচানুপা অনী পোক্কনি।’’

নুপীদুনা গুলিদু লৌরম্মী অদুগা হায়রম্মী, ‘‘ঐনা গুলি অনীসি লৌরনি অদুগা ইচানুপা অনী পোক্লনি অদুবু ইপুরোইবা শিখ্রগা অঙাং পোক্লবনিনা অফবা মিংচৎতি ফংলরোই।’’

লিনদুনা খুন্নক্লম্মী, ‘‘মদুদি করিসু লৈতবা ৱানি। অদুম ওইনমক নুপীদুনা মাগী অফবা অমত্তসু তৌদনা করিগী দন্দি পীগদৌরিবনো হায়না অমুক খল্লম্মী।’’ ঙহাক খল্লবা মতুংদা হায়রম্মী, ‘‘ঙাইখো’’ অসি হায়রগা মহাক মকোলদা চংখিরম্মী।

মহাক্না গুলি অনী অমুক পুরক্নুনা নুপীদুদা পীরম্মী অদুগা হায়রম্মী, ‘‘করিগুম্বা য়ূমলোন্নবনা নহাক্কী ফত্তবা ৱা ঙাংলক্রবদি ঐনা পীরিবা অহুমশুবা গুলি অসিনা নহাক্কী নচাদুগী মকোক্তা তপ্না তপ্না তৈয়ু। মদুদা পাউদর মকূপ তারক্কনি, মকূপ্তুনা হেক তাখিবগা লোইননা উৎ ওল্লক্কনি।’’

নুপীদুনা অহানবগী গুলি অনী অদু মাগী বেগ মনুংদা হাপচিল্লম্মী অদুগা অহুমশুবা গুলি অদুনা মখূৎনা পায়রদুনা করিমত্তা খঙদবা শারদুনা, ‘‘অসুম্না তৈগদরা হায়দুনা লিনগী মকোক্তা মখূৎ থমদুনা মাগী খূৎশাশিং অদুনা তক্লম্মী। পাউদর মকুপ খরা লিনগী মকোক্কুদা তাখিরম্মী। খুদক্তা লিন অদু মৈ ওইনা চাক্লম্মী অমসুং অশাংবা মশাদু থুংনা উৎ ওল্লম্মী।

নুপীদুনা মপুরোইবদা ওনশিল্লদুনা হায়রম্মী, ‘‘অফবগী মনা ফত্তবা ওইনা পীবা হায়বসি চুম্বা নত্তে। অফবগী মহৈ অফবা ফংগদবনি। লিনদুনা ফত্তবা তৌবা পাম্মী অমসুং ফত্তবগী মনা ওইনা মাগী পুন্সি লোমখ্রে।’’

মখোয় য়াম্না হরাওনাময়ূম তান্না চৎলম্মী অমসুং য়াম্না নুংঙাইনা লৈখিরম্মী। ■

# নুংশিবনা ওনখ্রবা নোঙথাং

*ত্রিপুরাগী ফুঙ্গারারী*

নোংথি-নোংমঙবা নোংথাঙ কৃপ্লকপা মতমদা ত্রিপুরাগী নুপী নুপা অমদি ইনখৎলক্লিবা নহাশিংনা অতিয়াদা খুদোম্বী থিল্লদুনা হায়, "য়েংউ য়েংউ স্বর্গগী লম্বীদা নাগুরাইগা নাখপিলীগা চৎমিন্নরিবসে।" মখোয় অনীগী নুংশি ব্রারী অসে ত্রিপুরাগী ইমুংশিংদা চীম্থাং য়ৈনা লীনৈ।

চমপ্রাই সরদারনা চীংগী খুঙ্গং অমদা মাগী নুপী খুলুমতিগা লৈরম্মী। মখোয়গী মচানুপা নাগুরাই মপাঙ্গল কনবা, মশক মতৌ ফজবা নুপানি। মহাক থোইদোক হেনদোক্লা মৃক্লা শান্নবদা মমিং চৎলম্মী। সহরদা হেক হেক শান্নবদসু মহাক্লা মকোক ওইদুনা সরকারনা মঙোন্দা মনা ওইনা লুপা ২০ (কুন) পীরম্মী। নহা ওইনা য়াম্না মমিং চৎপা শান্নরোই অমনি।

নোংমা খুলুমতিগা মচানুপাগা লবুক্তা থবক শূরিঙৈদা খুলুমতিনা ঈরুজরুগে হায়দুনা তুরেলদা লাক্লম্মী। মহাক্লা ঈশিংগী ঈরৈদা ইনখৎলক্লিবী নুপীমচা অমগী হকচাং উবদা পাখৎতুনা মচানুপা নাগুবু থুনা লাকউ হায়দুনা কৌরম্মী। মমাগী য়াম্না পাখৎনা কৌবা মীকৌদু তাবদা নুংশা থীবা অমগা লোয়ননা কৈদৌরবনো হায়দুনা চেল্লক্লম্মী। মমানা তুরেল ময়ায়দা তাউদুনা লৈরিবা হকচাংদুদা খুদোম্বী থিল্লম্মী। ঈশিংগী ঈরৈসু অসুক্কী মতীক কল্লম্মী। নাগুরাইনা কল্লবা ঈরৈদুদা চোংথদুনা ঈরোইরগা নুপীদু তপ্না তপ্না চিংদুনা পুরক্লম্মী। তোর্ব্বান য়ৌরবদা নুপীদু ফৈবম্লনা পমখৎতুনা মমাগী মনাক্তা থন্নম্মী। খুলুমতিনা নুপীমচা অমা ঈশিংদা তাওদুনা লৈরে হায়না লাউবদা খুঙ্গংগী মীশিংসু তারদুনা মফম অদুদা লাক্লম্মী। মখোয়না নুপীমচা অদু উবদা শিরে হায়রম্মী, খরনদি শিদে হায়দুনা মরৈ য়েংলম্মী। অদুবু কনামত্তনা

কৈদৌরগা ফগদগে হায়বদুদি থন্নরমদে। নাগুরাইদি নুপীমচাদু থন্নন্নগা করিমত্তা হায়রমদনা চৎখিরম্মী। মহাক্না ৱা অনীথক পুরক্লগা শগাই শারগা নুপীদু হিপহল্লগা ময়ূম তান্না নুপামচা খরগা লোয়ননা পুরম্মী। মহাক্না অনাবগী লাইওং কয়ামরুম খঙবা ওঝা (মাগীনা মখুড়া থোকপা) চাদরাই সার্দারবু কৌরম্মী। চাদরাই চাক চাদুনা লৈরম্বদগী পাউদু তাবদা মফি শেৎচিল্লগা মাগী হীদাক-লাংথক হাপ্পা বেগতু পায়দুনা লাক্লম্মী। মহাক্না ময়াদু ফাক্তোক্তুনা মখূৎ পায়দুনা ঈশিংদু তারক্লবা হোৎনরম্মী। নুপীমচাদুগী ময়াদগী ঈশিং কামথোরক্লম্মী। কংখৎলম্বা মবুক ময়েং তারক্লম্মী। মাবু নীংথিজনা পোৎথাহন্নবা অদুগা মীয়ামশিং অদুসু লাংদনবা হায়রম্মী। মাইবদুনা হীদাক খরসু নাগুরাইগী মমামপাদা শিন্নরম্মী অদুগা খরা কুইনা পোৎথাহন্নবসু হায়রম্মী।

খুলদুগী মীশিংনা লৈশাবীদু কনাগী মচা মশূনো, করম্বা খুলদা লৈবা মীনো, মমিংনা করি কৌবনো হায়বা কনামত্তনা খঙলমদে। মথন্তা শিজগে তৌবরা, ঈরুজবদা নত্তগা ঈরোইবদা ঈরাক্লবরা নত্তগা লাকমিন্নবশিংনা মাবু হুন্দোক্লম্বরা ? পাউখুম ফংদ্রবসু লোইবা নাইদবা ৱাহং ময়ামদুদি অমগী মথংদা অমা হংনদুনা ৱারী পংশাদ শান্নরম্মী।

খুলুমতিগী মচানুপী অমত্তা লৈরমদে অদুনা মহাক্না কনবীরিবা নুপীমচা অদুবু য়াম্না নুংশিরম্মী। মচানিংঙোল অমত্তং লৈজরবদি হায়না খল্লকপদু ঈশ্বরনা উবিরমাল্লে হায়না খল্লম্মী। অদুবু ঙক্লিবদি লৈশাবী অদু কনাগী মচা মশূনো হায়না হংবদা মহাক্কী কনাসু লৈত্রে হায়বা নত্তনা অতৈ পাউখুম অমত্তা নুপীমচা অদুদগীদি লাক্ত্রে। নুপীমচাদুনা মপূক্লিং নুংশিনা কপ্পকপদা খুলুমতিনা মতম্বাক্তন চিংশিন্দুনা নুংশিনা নাউকোল্লম্মী। নুপীদুগী মমিং নাথপিলী হায়না কৌরম্মী। চমপ্রাই সর্দার, চাদরি অমসুং অহল ওইরবা কয়ানা নুপীদুগী মরি মতা কনা লৈবগে হায়না থিরম্মী অদুবু করিগুম্বা লিথুন অমত্তা ফংলমদে। ইমুংদুগী মীশিংনা নাথপিলীবু য়াম্না নুনা তৌরম্মী। মহাক্না ইমুংদুগী মীৎকী মণি ওইররে।

খুঙ্গংগী লৈশাবীশিংনা থৌনাফবা নাগুরাইনা নাথপিলীবু

কনবীখিবগী ব্রারীদু অমনা অমদা লীনরম্মী। নাখপিলিগী ফজবা মশক্তু উরুবা খুদিংমকপু শুমহৎলম্মী। নাগুরাইনসু নাখপিলীবু নুংশিরম্মী অদুবু মকা ফোংনদি হায়রমদে। নাখপিলীগী থম্মোয়দসু নাগুরাইগী নুংশিবদু চেৎনা কোন্দুনা থমথ্রবনি।

অয়াম্বা মতমদা নাগুরাইদি কোক্তা ফি মচা অমা য়েৎকল্লি। লবুক্তা থবক শূবদসু ফি অদুমক য়েৎলি। মখোয়না থবক শূবা চৎখ্রিঙৈদা নাখপিলীনা মথক্তা য়ূম শঙদুনা লৈহৌই। থবক শূফমদগী নাগুরাইনা য়ূমদা চান-থক্লবা লৌরুগে হায়দুনা হেক হেক লাক্লম্মী। নাখপিলীনা মাগী য়ু থক্লবা ব্রানা শাবা উতোংদু খূৎথেংননা পীরম্মী।

নোংমা খুলগী নুপামচা নুপীমচাশিংনা জঙ্গলদা ব্রাগী উতোংশিং খোমজিনবা চৎলম্মী। (চীংগী লমদদি চীংমীশিংনা ব্রাগী উতোংশিং য়াম্না শীজিন্নৈ) নুপীশিংনা অশুকপা জঙ্গলদা চৎতুনা অথৌবা শীংজংনা ব্রাশিং য়াল্লি অদুগা মকক মকক ককথৎলি। নুপীশিংনা অককপশিংদু খোমজিন্নগা থুমোক্তা হাপচিল্লি। নাগুরাইগা নাখপিলীগসু ময়াম চৎপদা য়াওরকই। নাগুরাইগী কোক্তা য়েৎলিবা ফিদু করিগুম্বা নাম্থরক্লবসু নত্ত্রগা কোম্লবসু নাখপিলীনা হেক হেক য়েৎপি।

জঙ্গলদু পাখং লৈশাবীনা পীক থল্লম্মী। নুতিগীদি মখোয় অসুম্না চৎপা নত্তে। অখননবা নুমিৎ অমদা অসুম্না পুল্লপ পুল্লপ চৎলি। লৈশাবীশিং অদুনা চীংদা হৌবা উহৈশিং অমদি অতৈ চাবা য়াবা পোৎলম কয়াসু হেক্লম্মী। মখোয় অমগা অমগা অসুক্কী মতীক নুংশিন্নরম্মী। মখোয়না হরাওনা খুনুং ঈশৈ কয়া অব্রায়-অখুম তৌনদুনা শক্লম্মী। মখোয় মশেল পাউখোঙ চন্নদুনা ফাগী-জুগাই তৌনদুনা হরাওনা লৈরম্মী।

লৈশা পাখং ময়াম লাঙদুনা মাগী মাগী থবকশিংদুসু কন্না তৌনরিঙৈদা নাখপিলীনা 'নাগুদা, নাগুদা', হায়না হৌনা য়াম্না পাখৎনা লাউরম্মী। নাগুরাইনা মাবু কৌবদু তারদুনা নাখপিলীগী মনাক্তা লাকপদা অচৌবা লিন অমনা নাখপিলী তম্না লাকপদু উরম্মী। নাখপিলীদি মশাদু

কিখিবনা থক থক নীক্লম্মী। নাগুরাইনা ৱা অমত্তা ঙাংদনা লিনদু করম্বা জাগাদা পায়রগা মঙোন্দসু চীক্তনবা হোৎনগদগে হায়না মীকুপমুক খল্লবা মতুংদা মকোক ময়াদা কন্না লৈজবী থাদুনা পায়শিল্লম্মী। চাউরবা লিনদুনা নাগুরাইগী মশাদা মমৈগী শরুকশিং অদুনা য়েৎশিল্লক্লম্মী।

মীয়ামদু চেনশিল্লক্তুনা নাগুরাইগা লিনদুগা অচৌবা লানফম অমগুম থৱায় খূবাক্তা হাপ্তুনা লানথেংনবদু য়েংলম্মী। নাগুনা খূৎপায় চেৎনা পায়খিবনা লিনগী মকোক্তু লেঙবা ফাওবা ঙন্নমদে। মহাক্লা য়াম্না হৈ-শিংনা মশাপূম্বা য়েৎখ্রবা লিনদু মখূৎ নামদুনা অথৌবা শীংজংদু পায়রদুনা মতূপ কয়া থোক্লা কক্লম্মী। মাগী মশাপূম্বা ঈনা পূন্নুপ লূপ্নম্মী।

চাউরবা লিন অদুবু নাগুরাইনা মকক মকক কক্তুনা হাৎপা অদুদা নাখপিলীদি য়েংবদা কিখিবনা ৱান্থগে ভৌরম্মী। মহাক্লা মশাদা পক্লিবা ঈ ময়ামদু ঈফুৎকী ঈশিংদা চামথোক্লম্মী। মখোয় ময়াম হরাওনা হল্লকমিন্নরম্মী।

নাগুরাইগী মখুড়া চাদরাইনা উনাদগী শেম্বা হীদাক-লাংথক পীরক্তুনা অশোকপা মশাশিংদু তৈরম্মী, থকসু থক্লম্মী অদুগা য়ূমদা শেম্বা অশেংবা য়ুদুসু পীথক্লম্মী।

নাখপিলীগা মচানুপা নাগুরাইগা অসুক্কী মতীক থম্মোয় তিন্ননা নুংশিনৈ হায়বসি মপা মমাসু হায়ফেৎ খঙলম্মী। মখোয়গী মওং মতৌশিংদু মমানা কূপ্না শেন্নরম্মী। নাখপিলীবু নাগুরাইগী মমানা মচানুপীগুম্না নুংশিবনিনা মমৌ ওইনা লৌশিনবদা পামদবা অমত্তা লৈরমদে। অদুমকপু মচা অমসুং নাখপিলীগী মচীন্দগী পাউখুম অমত্তং তাবা পান্নম্মী মরমদি মখোয় সমাজদা নূপীবু নমদুনা লৌবগী ৱাফম লৈরমদে।

নাগুরাইগী মমানা নাখপিলীবু মমৌ ওইজরগে হায়বা ৱাফমদুদি মহাক্লা হান্না পামদুনা লৈরবনি অদুগীসু মথক্তা মপা মমা শক্লা লৈজরবনিনা ৱাফমদু হায়রকপদা মখোঙ শোক্লা খুরুন্নম্মী। খুলগী

মীশিংসু নাগুরাইগা নাখপিলীগা লুহোংলনি হায়বা ব্রাফমদু তাবদা হরাওরম্মী। মখোয়না য়ূমদা লাক্কুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লম্মী।

লুহোংবগী নুমিৎ অদু খুলগী পুরোহিতকা তান্নদুনা অফবা নুমিৎ অমা লেপ্লম্মী। লুহোংবসিগীদমক চান-থক্লবা কয়ামরুম লাঙলম্মী। অরাপ-অরাপ্পদা লৈখিবা মরূপ-মপাং মরী-মতাশিংদসু বার্ত্তন থাখিরম্মী।

লুহোংবা নুমিৎতু য়ৌরক্লম্মী। ত্রিপুরাগী নুপী নুপা, অঙাং অহল অয়াম্বা লুহোংবগী থৌরম অদু য়াওবা লাক্লম্মী। নুমিৎ হুমনিরোমগী মমাঙদা খুঞ্জা ময়াম লাক্কুনা লুহোংফম অদু শেম-শাদুনা মখল কয়াগী মচু মচুনা লৈতেংলম্মী। বর কন্যাগী লুহোংফম অদু প্লেটফোর্ম শাদুনা অসুক্কী মতীক নান্না, ফজনা থম্লম্মী। জগোই ঈশৈসু চৎথরম্মী। খরনা চান-থক্লবশিংদু য়েংশিল্লম্মী। উতোং চাকসু থোংলম্মী। লুহোংদ্রিবা পাখং লৈশা কাঙবুসু মখোয় মখোয়গী থম্মোয়গী ব্রা কয়াসু ফোঙদোক্লে।

কন্যনা কা অমদা মমান্নবী ময়ামগা লোয়ননা হরাওনা লৈরি। মাবু ময়াম্না শমজিদা লৈপরেংগা থেৎপিদুনা কেবিরম্মী।

চমপ্রাই সরদার অমসুং খুলুমতিগী মরী-মতা অরাপ্পা অমসুং অনকপদগী কয়াসু থুংলরে। চমপ্রাই সরদারগী মখুড়া জুমিয়াসু লাক্লে। মহাকসি অহানবগী নুপী শিখ্রবা মতুংদা অতোনবী অমুক থিবনি। অতোনবী অসিদি ঈশৌ য়াম্না কনবী নুপীনি। লম য়াম্না লাপ্নবনিনা চৎথোক-চৎশিন তোয়না তৌনদে।

জুমিয়ানা পান্দাশিংগী মনাক্তা ফম্লম্মী অদুগা মহাক্কী নুপীনা থোং-থাকপগী থবক য়াওশিল্লিবা নুপীশিংদুগী মনাক্তা চঙলম্মী অদুগা মখোয়গী মচানুপীনা কন্যাগী মনাক্তা চঙলম্মী। কন্যাগী মশক্তু হেক উবগা মহাক্তি মশক খঙলদুনা কাদুদগী তুমিন থোকখ্রগা মমাগী মনাক্তা চৎলম্মী। মহাক্লা লুহোংগদৌরিবা নুপীদু মাগী মচেদুনি, তুরেলদা চোংথদুনা শিরুরনি হায়না চৎখিবা, মখোয়নদি তুরেলদা চোংথদুনা শিখ্রে হায়না

খনবদুনি হায়রম্মী। পাউদু তাবদা মমাদু কাদুদা লাক্লম্মী অদুগা মখয়াৎ চীক্লদুনা খুলুমতিদা নুপীসি লুহোংবা য়াবা নুপী নত্তে, মরী-মতা, মচীল-মনাও থোক্লে হায়রম্মী।

পাউদু তাবদা লুহোংগদৌরিবী কন্যাদুনা মাগী লৈতেং পূম্নমক লৌথোক্লগা কাচিন্দা চঙদুনা খাঙবা ঙমদনা হিক হিক কপ্লম্মী। মহাক্লা ফত্তবী মমাতোনগা লৈমিন্নগদবগী শরুক শিজরগে হায়দুনা তুরেলদা চোংথবদা নাগুরাইনা কনবিরকপনি। হৌজিক মহাক কৈদৌগদগে? খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লে।

নাগুরাইগী মমা মপানা জুমিয়াবু থম্মোয়দা শাউনিংলম্মী। মহাক্লা নাগুরাই অমসুং নাখপিলীবু গোত্র অমত্তগী মচানিনা লুহোংবা য়াদে হায়রকপদা লুহোংবদু কায়রম্মী।

লুহোংবা য়াররোই হায়রিবা পাউ অসি বর ওইরিবা নাগুরাইনা তাবদা ওন্থোক্লা নুঙাইরমদে। ময়াম মমাঙদা ইকাই-নুংশি য়ান্নরম্মী। লুহোংবগীদমক মমায়দা কেননবগী তৈশিল্লিবা পূম্নমক মুৎথলম্মী। মহাক করি তৌগদগে খনফম খঙলমদে। লুহোংবা লাকপা মীশিংসু মহৈ মহৈ হন্নখিরম্মী। জুমিয়া, মাগী নুপী অমদি মচাশিংদমক ঙায়হৌরম্মী। জুমিয়াগী নুপীনা নাখপিলীগী ফত্তবা ৱা জাৎ জাৎ হায়জিল্লম্মী। মথন্তা শিজরগে হায়না চৎখ্রবা লাক্ল-ফানবা ঙমদবী ফৎখিদ্রবী নুপীনি হায়দুনা ময়ামদা কোয়লাউ-লাউনা ৱারী শারম্মী। মানা লীরিবা অশেন্বা ৱারী ময়ামদু নাখপিলীদি নোংমতা মখোয়গী মরমদা ফত্তবা ৱা অমত্তা হায়রক্ত্রি। মাগী মচীনবান নোংমত্তসু ইমুং-মনুংগী ৱাদ চীনবান লেঙলক্ত্রি।

নুমিৎ তারক্লে। অথোংবা ওক কনানসু চানদ্রে। অথোংবা য়েনশাংনা পাত্রদা তুমিন্না খুৎথেংনদনা লৈরে। কনাসু চাক চানদ্রে, চিন্তা পুদুনা লৈরে। নাখপিলীগী মমান্নবশিং নুংঙাইতনা চৎখ্রে। থাজদবা, অঙকপা ৱাখলনা অমুক্তসু শাজিল্লুদবা থবক অমা থোরকপদা খুলুমতিদু থম্মোয় শোক্লম্মী। মঙোন্দা নাখপিলীনা নমথাক তৌরে হায়না খল্লম্মী।

নুমিদাংদু নাখপিলী তুম্বা য়ারমদে। অতৎপা লৈত্রবা পিশিংনা মোন চোৎলম্মী। অপোকপী মমা লৈজরম্নবদি মহাক্না অসুক ব্বারম্নোই হায়না খল্লম্মী। খঙহৌদনা নাখপিলীগী খূৎতা কনানো অমনা পায়রক্লম্মী। হন্না য়েংথোক্লুবদা নাগুরাই ওইরম্মী। নাগুরাইনা হায়রম্মী, “নখা, ঐখোয় মফম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রসি, কনাসু খঙলোইদবা মফমদা লৈক্নরসি। ঐনা নঙগী পুন্সি অনীরক কল্লক্লবনি। ঐবুসু নহাক্না কল্লু, ঐনা হায়রিবসিদা নহাক্না য়াদবা তারবদি ঐহাক ইথন্তা শিজ্জরগনি। অদুনা ঐহাক্কা লোয়ননা চৎলসি।”

নাগুরাইনা হায়রিবদুদা নখানা য়াদবা ঙম্নমদে। অহিংদুদা মখোয় অনী চেল্লক্লে। থা, থব্বানমিচাক্না মখোয়গী লম্বেলবু তাক্লদুনা লাক্লে। অসুকপা উমং কয়া ফাওরক্লে, চীং কয়া লাল্লক্লে। নোংঙাল্লক্লবদা মখোয়না অতোপ্পা জঙ্গল অমা থেংনরম্মী। মখোয়না মফম অদুদা হৌবা উহৈ-ব্রাহৈ খরা হেক্তুনা চারম্মী অদুগা ঈশিং খরা থকচিল্লগা অমুক খোঙশাল্লম্মী। মখোয়না নুমিৎ হুমনিরোম খোঙনা চৎলবা মতুংদা খুল অমদা থুংলম্মী। খুলদুগী লুচিংবদু উন্নরম্মী। মখোয়না মফম অসিদা লৈনবা হায়জরম্মী। লুচিংবদুনা য়াবিরদুনা য়ূম মচা অমা শারগা মফমদুদা লৈমিন্নরম্মী। কনামত্তনা মখোয়দা কদায়দগী লাকপনো হায়বনচিংবা ব্রাহং অমত্তা হংবা খোৎপা তৌরমদে।

নাগুরাইগী চুং-ফিরাল চাবা শাবান লোয়ননা মশা মঊ ফবা অমদি নাখপিলীগী মবুক-মপাউ ফবদুনা খুলগী মীশিংনা অসুক্কী মতীক নুংশিরম্মী। মখোয়গা লোয়ননা থবক শূমিন্নরম্মী। মখোয় ময়াম ফাগী তৌনদুনা, জগোই শাদুনা ঈশৈ শক্তুনা য়াম্না নুংঙাইনা লেল্লম্মী।

নাগুরাইগী মমা মপানা অয়ুক য়াহৌরকপদা মচানুপাগা নাখপিলীগা লৈরমদবদু উবদা মখোয় শিবা নত্ত্রগা চেনখিবা ওইরমগনি হায়না খন্নরম্মী। জুমিয়া অমসুং নুপীনদি অব্রাবা খুদোংথীবা থৌদোক অসি মখোয়না থোকহল্লম্মাল্লে হায়দুনা নুংঙাইতবা পোক্লম্মী। মখোয়সু নোংমদুমা লৈরম্নগা ময়ুমদা চৎখিরম্মী। নাগুরাইগী মমা মপা অব্রা

ঈপাক্তা ঈরাক্লরম্মী। মফম খূদিং থিবদা মচাবু থিবা খঙলমদে। মচাগী মশক উরক্রবদা মমাদি কপ্তুনতা লেল্লম্মী।

থা কয়া চৎখিরম্মী। চম্প্রাই সরদারগী য়ুম অদু মচা হেক লৈতঙৈদগীদি লৈহাও চেন্দবা লমগা চপ মান্নরম্মী। ওইরক্লিবা অৱাবগী মৈরি অসি নাখপিলী লাকপদগী মহাক্লা থোকহল্লিবনি খন্দুনা মঙোন্দা তাইনরম্মী। মহাকপু অসুক্কী মতীক ৱারৌরম্মী।

চাদরাইগী মচানুপী পাপ্তী চহী অনীগী মতুংদা লুহোংলম্মী। কন্যাদুনা নুপা ময়ূমদা চৎপদু য়াম্না লাপ্লা মরম্না নুমিৎ হুম্নি চঙলম্মী। নুপী ময়ূমগী নুপা মরিনা লুহোঙবদু থিল্লম্মী। মখোয়না নুপা ময়ূমগী য়ূম য়ৌদ্রিঙৈদা লম্বীদা ফজরবা অপিকপা য়ূম অমা উরম্মী। য়ূমদু কনাগীনো হায়না হংবদা চহী অনীমুক্কী মমাঙদা নুপা অমগা নুপী অমগা লাক্লুনা মফম অসিদা লৈখিবনি হায়না খুল্লম্মী। পাপ্তীবু থিল্লকপা নুপাশিং অসিনা য়ূমদু নাগুরাই অমসুং নাখপিলীগী ওইরম্বা য়াই হায়না চিংনরম্মী। মখোয়না নুপা ময়ূমদা তেক্ত কায়দনা থুংলম্মী। মখোয়না অহিং অদুমা লেক্লবা মতুংদা মথং নোংঙানবগী অয়ুক্কী চাকলেন অমা চারবা মতুংদা কায়নরম্মী। মখোয়না হল্লকপদা য়ূমদুদা চঙদুনা নাগুরাই লৈবরা লৈতবরা খঙনিংদুনা চঙলম্মী। মখোয়না নাগুরাইগা নাখপিলীগা য়াম্না নুংশিননা লৈবদু উরম্মী। মখোয়না নাগুরাইগীদমক্তা মমা মপানা ৱাজবা ময়ামদু তন্নম্মী। মখোয়গা লোয়ননা হনখ্রসি হায়রম্মী। নাগুরাইনা মমা মপাগী নুংশিবদু কাউবা ঙমদে অদুবু মখোয়দি ময়ূমদা হল্লরোই মাগী অৱাবা মপাউ কয়া মমা মপাদা তম্বীনবা হায়জরম্মী। মহাক্তি নাখপিলীবু থাদোকপা ঙমলোই, মহাক য়াওদনা হিংবা ঙমলোই হায়রম্মী।

নুপাশিংদু চৎখিরম্মী। মখোয়না নাগুরাইগী মমা মপাদা মখোয়না পাপ্তী থিনবগী লম্বীদা নাগুরাইগা নাখপিলীগা থেংনরকই হায়না তন্নম্মী। মচাবু থেংনরকই লৈহৌই হায়বা পাউদু তাবদা অহল ওইশিল্লক্লবা মমা

মপাদু মচাবু উন্ননীংবনা ঙাইঙমলমদে। মখোয়না থুনমক মচাগী মনাক্তা অখঙবা নুপা অনীনা লমজিংদুনা চৎলম্মী।

নাগুরাইনা মমা মপাবু উবদা মখোঙ শোক্লা খুরুমদুনা কপ্লম্মী। মপানা হায়রম্মী, "নাগু, ঐখোয় নহাকপু লৌবা লাক্লিবনি। নহাক য়াওদনা ঐখোয় লৈবা ঙমদে। নমাদি মতম পূম্নমক্তা কপ্পুনতা লৈবনি। ঐখোয়না নখোয় অনীবু লুহোংবা পাম্মী। লুহোংনবা হোৎনরিবদুনি। নাখপিলীবু ইচাগুম্না নুংশি অদুবু মহাক্তি ইখুড়াগী মচা ওইরগ্নে। ঐখোয়গা গোত্র তিন্নরগ্নে অদুনা ঐখোয়না নঙবু অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংবা পাম্মী। নাখপিলীবু লৌবা তারবদি ঈশ্বরনা ঐখোয়দা দন্দি পীরকপা য়াই। নহাক্লা ঐখোয়দা দোষ ভৌগনু, ব্রারৌগনু। য়াদদনা তৌবনি।"

নাগুরাইগী মপাগী ব্রাহে অসি অচুম্বা ওইরবসু নাখপিলীগী মফমদদি অচৌবা বোম অমা থাদরকপগা চপ মান্নখরে। মহাক নাগুরাই য়াওদনা হিংবা ঙম্লোই। মহাক্কী পুন্সি নাগুরাইনা কনবিখিবনি, হৌজিক্তি মাগী থব্রায় হকচাং মহাক্কীদমক্তনি।

মপানা হায়রিবা ব্রাদু ঙাইহাক খল্লবা মতুংদা হায়রম্মী, "বাবা, লাইবক্লা তম্বা লম্বীদুদা চৎলগে। ঈশ্বরবু ঐহাক্লা ব্রারৌদে, নুংঙাইতবসু পোক্তে অদুবু ঐহাক য়ূমদদি হল্লরোই। অতোপ্পা কনা অমত্তগসু লুহোংলরোই। নাখপিলী য়াওদনা নচা হিংবা ঙমলোই। মহাকপু লৈত্রবদি ঐহাক নোংমগী মনুংদা শিগনি অদুনা বাবা হনবীরো, নচাবু আশির্ব্বাদ পীনবিরম্মু।"

খুলুমতিনা মচাবু পুননবা হোৎনরম্মী। মহাক্লা কপ্পুনা মমাগা লোয়ননা লৈরুনবা তকশিল্লম্মী। মহাক্লা নাখপিলীদা মচানুপা নাগুরাইগুম্না কন-থৌবা অফবা, মাগা মান্নবা নুপা অমদা লুহোংবিগনি মচানুপাবু থাদোকপিয়ু হায়রম্মী।

নাখপিলীদি হায়রিবদুদা কপ্পা নত্তনা পাউখুম পীজবা ঙমলমদে।

নাগুরাইনা মমাদা নাখবু থাদোকপা ঙমলোই হন্না হন্না হায়রম্মী।

মচানুপাগী ব্রাঙাংদুদা মমানা শাউরদুনা পূম্নমক অসি নাখপিলীনা থোকহনবা ঙাক্তনি। মহাক ফৎখিদ্রবী হিংচাবী, মচাবু চাথোকপা নুপীনি অদুনা মহাক্তি শিখিবনা মতীক চাই হায়রম্মী।

নাখ তৌফম খঙলমদে। কপ্পা নত্তনা উপায় লৈরমদে। লাইবক থীরবী মপোকপু হম্না হম্না নিন্দা তৌরম্মী। মহাক্না খুলুমতিগী মখোঙ শোক্লা হায়জরম্মী, "ইমা ঐদি ঐবু পোকপী ইমা মশক খঙজহৌদে। নহাক থেংনবা মীকুপ্তা ইমানি হায়না খঞ্জরুই। হৌজিক্তি ইমাগী নুংশিবদু লৈত্রবনিনা ইমাগী অপাম্বগী মতুংইন্না নচা শোয়দনা শিজরগনি। ঐবু আশির্ব্বাদ পীবিয়ু। মথংগী মপোক্তদি নচানুপা নাগুরাইবু অমুক হন্না ঐগী ইপুরোইবা ওইনা ফংজগে।"

ব্রাহৈশিংসি হায়রন্নগা নাখনা চীংগী চিংমায়দা খোংলৈ থুনা চেনখিরম্মী।

নাগুরাইনা নাখগী ব্রাহৈশিং লোইনমক তাহৌরমদে অদুবু অরোইবগী ব্রাহে অদুমদি তাহৌরম্মী। নাখনা চেনখিবা মফমদুদা মহাকসু তান্নরম্মী। চীংগী চীংমায়দগী য়েংথখিবদা অরুবা লোকখা উরম্মী। নাগুনা নাখবু কৌরা-কৌরদুনা ঙাইখো হায়দুনা তান্নরম্মী। মমা মপানা লাকপা ঙমলোইদবা য়াম্না লাপ্পা মফম অমদা মখোয় চৎখ্রসি, নহাক মীকুপ অমত্তা লেপখো নহাক য়াওদনা নাগুনা লৈবা ঙমলোই হায়দুনা লাউর লাউরদুনা তান্নরম্মী। নাখনা লেপ্পা লৈতনা চেল্লম্মী। মহাক্না খুন্নম্মী, "হে নুংশিরবা ঐগী থব্রায়, ঐখোয় অনী নুংশিবগী অমাঙ-অতা লৈত্রবা মফম অদুদা চৎলসি, লৈমিন্নরুরসি।" অসি হায়রগা মহাক্না মখূৎ তিংথোক্লম্মী অদুগা অঙম্বা চীংমায়দুদগী চোংথরক্লম্মী। অদুবু অঙকপা থৌদোক অমা ওইরম্মী। নাখপিলী মখাদা তাবগী মহুৎতা মথক্রোমদা পাইখৎলম্মী। নাগুরাইসু নাখপিলীবু কৌরদুনা চোংথরম্মী অদুবু মহাকসু মথক্রোমদা পাইখৎলম্মী। মখোয় অনীমক মীগী শক্রোন হোংদোক্নুনা মঙাল (নোংথাঙ) ওইরম্মী অদুগা অমুবা লৈচিল মরক্তা চঙখিরম্মী। খঙহৌদনা অতিয়াদা নোংথাঙ কূপ্নম্মী। মমা মপা অমদি খুঞ্জাশিংনা

অঙকপা থৌদোক অদু উরম্মী। নাগুগী মমানা মথবাক্তা খুদুম শুরদুনা কপ্না কপ্না লাউরম্মী, ‘‘ইমাগী ইবুংঙো নাগু, ইমাগী ইবেমা নাখ, নখোয় লাক্লো হল্লক্লো, ইমানা ব্রাহে অমত্তসু হায়ররোই নখোয়গী অপাম্বদু তৌরগে। হল্লক্লো লাক্লো।’’

অদুবু অমুক্তং হৌনা অতিয়া নীংখায়না নোংখাক্লকপগী খোন্থাংদু নত্তনা মখোয় অনীদি অমুক হন্না উখিদ্রে। নাগুরাইগী মমাদি খাঙবা ঙমদনা ওন-থোইনা কপ্লক্লে।

ঙসি ফাওবদা অতিয়াদা নোং খাক্লবা, নোংথাঙ কূপ্লবদি ত্রিপুরাগী মীশিংনা নাগুরাই অমসুং নাখপিলীবু হেক্তা নীংশিংলকই। মখোয় অনীগী চেৎনা পুনখ্রবা নুংশি- লীপুন্দু কনামত্তনা কাউবা ঙমদে। ঙসি ফাওবদা নীংশিংদুনা লৈরি।

# টুইচোং তুরেল

*ত্রিপুরাগী ফুঙ্গারারী*

টুইচোংগী নুঙেই হায়বা মনাওনুপী অমা লৈরম্মী। নোংমা নুংশা শাবা নুমিৎ অমদা মচীল-মনাও অনীদু চীংদা চৎলম্মী। নুংশা শামনবদুদা মনাওনুপীদু ঈশিং য়াম্না খৌরাংলম্মী। মচেনা মফমসিদদি ঈশিং লৈতে, চীংথক্তগী হেক হেক চেন্থরকপা ঈশিংদুসু খ্রক খ্রক কংলে। মনাওনুপীদুনা ঈশিং খৌরাংবদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা ঈশিং পীয়ু হায়দুনা কপ্লম্মী। মচেনা হায়রম্মী, "নঙগা ঐগা কায়নবগা ঈশিং ফংদবগা করম্বনা হেন্না পাম্মী।"

মনাওনুপীদুনা ঈশিং ফংদ্রবদি খৌরাংবনা মহাক শিরগনি হায়রম্মী।

মচেদু মনাওনুপীগীদমক ব্রারম্মী। মহাক্না ঈশিং ফংহনবীয়ু হায়দুনা লাই খুরুম্লম্মী। খঙহৌদনা মঙোন্দগী অচৌবা তুরেল অমা ওস্থোরক্লুনা মফম অদুগী চীংদু ফাওদুনা ঈশিং চেল্লম্মী। মনাওনুপীদুনা ঈশিংদু পেন্না থক্লম্মী।

তুরেলগী ঈশিং অদুনা বাঙ্গলাদেশতা লৈবা চিট্টাগোংগী খ্বাইদগী চাউবা তুরেল কোরুওপুলিদা তারম্মী। নিংথৌনা কোনুং ফাওনা খঙহৌদনা লাকপা তুরেলদু উবদা ঙক্লম্মী। নিংথৌনা খঙনিংবগা লোয়নননা তুরেলগী হৌরকফম থিহল্লম্মী। মনাইশিংদুনা তুরেলগী হৌরকফম অদুদা টুইচোংগী মনাওনুপী নুঙেইনা মচে ঙাইদুনা লৈবদু উরম্মী। মখোয়না নুপীমচাদুবু চিট্টাগোং নিংথৌগী মনাক্তা পুরক্লম্মী। মশক মতৌ ফজবী নুপীমচাদু উবদা নিংথৌনা মাবু মাগী তালোয় ওইনা লৌরম্মী।

খরা লৈরগা নুপীদু মচানুপা অমা পোক্লম্মী। নিংথৌগী মহারানী

অহল অদুগীদি মচা অমত্তা পোক্লমদে অদুনা মচানুপা পোকপা মনাওনুপীদু নিংথৌনা লুনা তৌথ্রগনি হায়দুনা অঙাংদু টুইচোং তুরেলদা হুস্থখিরম্মী। মসিগী মতুংদসু মনাওনুপীদু মচানুপা মথং মথং তরুক পোক্লম্মী। পোক্লিবা অঙাং খুদিংমক মহারানী অদুনা অতোনবী অদুবু কিহন্দুনা তুরেলদা হুস্থখিরম্মী। টুইচোং তুরেলনা অঙাংশিং অদুবু কনবিদুনা য়োকপীরম্মী। মখোয় তরেৎমক টুইচোংগী মীৎয়েং মখাদা চাউরক্লম্মী।

নোংমা টুইচোংনা মখোয়শিং অদু কনাগী মচানো কমদৌনা য়োকখিবনো হায়বদুগী ব্রারী লিরম্মী। মহাক্না মখোয়বু নিংথৌগী কোনুংদা চৎলুনবা হায়রম্মী।

নুপামচাশিংদুনা নিংথৌগী কোনুংদা চৎলম্মী। মখোয়না কোনুংগী য়ূমথক্তা চোং ফন্দুনা জগোই শারম্মী। নিংথৌনা মখোয় ময়াম্না লাওবগী মখোলদু তাবদা কৌথরম্মী।

নিংথৌনা, "মখোয়দা নখোয় কনানো ? করিগীদমক্তা কোনুংগী য়ূমথক্তা চোং ফন্দুনা জগোই শারিবনো" হংলম্মী।

খ্বাইদগী ইহল হনবা মচানুপাদুনা খুন্নম্মী, "ঐখোয় নহাক্কী নচাশিংনি অদুনা ঐখোয়না ইপাগী কোনুংগী য়ূমথক্তা জগোই শারিবনি।"

"নখোয় ঐঙোন্দা মীনম্বা ঙাংলিবা করিগীনো, নখোয়না করি খঙদুনা ব্রাফমশিং অদু হায়রিবনো ? মীনম্বা ঙাংবা মী অমত্তা লেম্না থারোই।"

নিংথৌনা হায়রিবদুদা নুপামচাশিংদু করিমত্তা কিরমদে। মখোয় তরেৎমকপু মহারানী অহলনা টুইচোং তুরেলদা লংথখিবগী ব্রারী লীরম্মী। নিংথৌনা ব্রারীদু তাবদা মহারানী অহলদু কৌরম্মী।

মহারানী অহলদা নিংথৌনা ব্রারীশিং অদু লীদুনা অচুম্বরা হংবদা মহারানীনা মশানা তৌজরুবা মরালদু য়াজরম্মী। মরালদুগীদমক মহারানী অহলদু অঙাং ওলহল্লম্মী। নুঙেইনা মহারানী মকোক ওইদুনা মচাশিংগা লোয়ননা য়াম্না নুংশিননা, নুংঙাইনা পাল্লম্মী।

## লাইবক

*ত্রিপুরাগী ফুঙ্গারারী*

নিংথৌ অমগী মচানুপী অমা পোক্লম্মী। পোক্লবা মতুং তরুক্নি শুবগী ইপান থাবগী নুমিদাংদা অংঙাংনা লৈরিবা কাগী থোঙদা ঙাকশেন্দুনা নিংথৌনা লৈরম্মী। নোংয়াই মতুংদা কনাগুম্বা অমা লাক্লম্মী। মহাক্না নিংথৌনা থোং ঙাক্তুনা লৈরিবদু লৈতনবা অমদি ইমুংদা চঙলক্লবা হায়রম্মী। নিংথৌনা মঙোন্দা মহাকপু কনানো হায়না হংলম্মী। মহাক্না খুম্লম্মী, ''ঐ মীওইবগী ভাগ্য বিধাতা ইবা ভাগ্য পুরুষ হায়বদুনি। ঐনা অঙাংগী মরাইবক্তা মাগী তুংদা থোক্লগদবশিং অদু ইবা লাক্লিবনি'' হায়রগা ইমুং চঙলকলম্মী।

নিংথৌনা মচানুপীগী তুংদা থোক্লগদৌরিবশিং অদু খঙবা পাম্লম্মী। মহাক্না ভাগ্য পুরুষতা মচানুপীগী মরাইবক্তা ইরিবশিং অদু হায়বিনবা হায়জরম্মী। ভাগ্য পুরুষনদি হায়দোকউ হায়বা য়ারমদে। নিংথৌনা হঞ্জিল হঞ্জিল হায়বিয়ু হায়না তকশিল্লক্লবদা হায়রম্মী, ''ঐনা মচানুপীগী অব্রাবা ব্রারীসি হায়দোকপা পামদে।''

''অব্রাবা ব্রারী ওইরবসু হায়দোকপীয়ু'', নিংথৌদা তকশিল্লম্মী।

ভাগ্য পুরুষনা খুম্লম্মী, ''মদুদা ঐগী হায়নিংঙাই লৈতে। ঐদি শুপ্নগী কলম থাঙ্গৎপদনি। কলমবু লেঙহন্দুনা ইরিবদি ভগবাননি।

নিংথৌ মচানুপীগী মরাইবক্তা ইরিবশিং অদু খঙবা পাম্লম্মী। নিংথৌনা হায়জমল্লবা অদুদা ভাগ্যপুরুষনা হায়রম্মী, ''মহাক্কী মচানুপী অসি অশিবা মীগা লুহোংগনি অদুগা য়াম্না চীকপা কোনুং অমদা লৈগনি।''

ব্রাদু তাবদা নিংথৌদু থুকৎলম্মী। মাগী মায়থোং অব্রাবনা

কাথেক্লম্মী। অদুবু ব্রাফম অসিদি মহাক্না কনামত্তদা হায়দোক্লমদে। অঙাং অদু নোংমা নোংমগী চাউরক্কুনা লৈশাবী ফারক্লম্মী। নিংথৌগী ইমুং কয়ামরুম্না মহাকপু পীয়ু হায়দুনা হায়বা লাক্লম্মী। অদুবু মচানুপীগী মরাইবক খঙলবা নিংথৌনা করম্না পীথোক্কুনা ব্রা লোইশিন্নরুগনি। মমৈথঙদা নিংথৌনা লাইবক্তা তম্বদু থোক্লসনু হায়না লেপ্লম্মী।

নিংথৌনা মচানুপীদু পুদুনা অরাপ্পা লমদা চৎলম্মী। মখোয়না তুরেল কয়া, সহর কয়া, উমং কয়া ফাওদুনা চৎলম্মী। মখোয়না অসুম চৎলকপনা উমং অমগী ময়াইদা থৌশাবিবা মান্দ্রবা কোনুং অমা উরম্মী। কোনুংদুগী মমাঙদা থরো থম্বাল পীক থন্না শাৎপা অচৌবা পুখ্রি অমসু লৈরম্মী। মখোয়না পুখ্রী অদুগী মপান্দা ফন্নম্মী। নিংথৌ মচানুপীনা অঈংবা ঈশিংদু উবদা নুংঙাইবা পোক্লম্মী। নিংথৌদি লমশাং কয়া লান্না লাকপদুনা অরাম-খৌরাংবা ফাওরম্মী। মহাক্না মচানুপীদুবু মফম অদুদা লেঙদনা লৈননবা হায়রন্নগা উমংদগী উহৈ খরা হেকপা চৎখিরম্মী।

নিংথৌনা চৎখ্রবা মতুংদা মচানুপীদুনা কোনুংদু য়েংবা পান্নম্মী। মহাক্না মফমদুদা মী লৈবগী শউম অমত্তা তাবা ফংলমদে। থোঙশিং অদুসু লোইনা লোন্দুনা লৈবা উরম্মী। মহাক্না থোঙদু নমদুনা য়েংবা মতমদা হাংদোকপা ঙম্নমদে। মরিশুবা থোঙদু নমদুনা য়েংবদদি মথন্তা হাংদোকচরম্মী। মহাক্না মনুংদা হেক চঙলকপগা থোঙদু মথন্তা লোনশিনখিরম্মী। মহাক্না ইঙক ঙক্না থোঙদু হাংদোক্লবা হোৎনরম্মী অদুবু অরেম্বা তারম্মী। মহাক্না কা মনুংদা চঙলক্লবা মতুংদা মখল কয়ামরুমগী উহৈ-ব্রাহৈশিং, থক্লবা ঈশিংনচিংবা মীনা চাননবগীদমক শেম শাদুনা থম্বদু উরম্মী।

মহাক্না অহানবা কাদুদা মশক-মতৌ ফজরবা নহা অমা ফমুংদা লৈবদু উরম্মী। মুন্না য়েংশিল্লবা মতুংদা নুপা অদু অশিবা মীনি হায়বা খঙলম্মী। মহাক্না কাদুদগী থুনমক থোরক্লম্মী অদুগা মপাল থোক্লবা থোঙলোম তম্না চেনশিল্লম্মী। মহাক্না থোঙদু হম্না হম্না হাংদোক্লবা হোৎনরম্মী অদুবু হাংদোকপা শুকঙম ঙম্নমদে। মমৈথঙদদি মহাক

মপাবুং মহারাজ কৌদুনা কপ্লম্মী।

ঙহাক লৈরবা মতুংদা নিংথৌদু হল্লক্লম্মী। মহাক্না মচানুপীদু লৈবা উদবদুদা কোইকৌ কৌরম্মী। মচানুপীদুনা কা মনুংদগী মহাক থোঙ হাংদোকপা ঙমদদুনা লৈরে হায়না খুন্নক্লম্মী। অদুগা কা মনুং অসিদা নিংথৌ মচানুপা মানবা নহা ওইরিবা নুপা অমগী অশিবা হকচাং অমসু লৈ। মফম অসিদা চান-থক্লবা পোৎসু মরাং-কায়না লৈ অদুবু মীদি কনামত্তা লৈতে। মদু তাবদা নিংথৌনা মচানুপীগী মরায়বক্তা থোক্লগদবশিংদু খঙলম্মী।

নিংথৌনা মচানুপীদা হায়রম্মী, ''মদু নঙগী নরায়বক্তা তমখ্রবনি। মফম অদুদা অদুমক লৈরো, ইপা হল্লগে। নিংথৌনা মচানুপী উরিমখৈ য়েংনা য়েংনা কপ-কপ্তুনা চৎখিরম্মী। মচানুপীনা মপাবুংবু কৌদুনা হাংদোকপা ঙমদ্রবা কা মনুংদুদা কপ্লম্মী।

নিংথৌ মচানুপীদু তৌফম খঙলমদে। মহাক্না অশিবা হকচাং অদু পায়দুনা য়েংবা মতমদা অপুন্বা হকচাং ওইরমদে। মহাক্না অশিবা হকচাং অদুবু ঈরুজবিরম্মী অদুগা নুতিগী অনৌ অনৌবা ফি হোংবিরম্মী। অসুম্না তৌবা অসিদা মহাক্না অশিবা হকচাং অদুবু করিমত্তা কিরমদে।

নুমিৎ কয়ানিরোম হৌখিরম্মী। নিংথৌ মচানুপা অসি লাইগী শাপ অমদগী অকক্লবা মতম খরা শিদুনা লৈবনি। মাগী পুন্সি অসি নিংথৌ মচানুপী অমগী নুংশিবা অমসুং সেবাদগী অমুক হল্লকখিগনি হায়বসি মাগী মরায়বক্তা তন্নক্লবনি।

নোংমা অয়ুক অমা নিংথৌগী মচানুপী অসিনা অশিবা হকচাং অসি ঈরুজবিরিঙৈদা ইখং-খংহৌদনা মমীৎ পাঙথোরক্লম্মী। মশক-মতৌ ফজখ্রবা লাইরেম্বী মানবী নুপী অমনা মাবু সেবা তৌদুনা ঈরুজবিরম্বদুদা ঙক্লম্মী। নিংথৌ মচানুপানা মাগী মখূৎ তিংথোরক্লম্মী। মখোয় অনী অমনা অমবু উবদা নুংশিরম্মী।

খঙহৌদনা কোনুংদা অনৌবা পুন্সি অমা হল্লক্লম্মী। উপাম্বীশিংদা

উচেকশিংনা ঈশৈ শক্লম্মী। লৈপালদা লৈশিংনা হরাও-মথোই কানা হায় হুন্নম্মী। মখোয় অনীমক নিংথৌ মচানুপীগী কোনুংদা লাক্লম্মী। অহল ওইরবা নিংথৌ অমসুং মহারানীনা মচানুপীবু উবদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মখোয় অনী লুহোঙলম্মী।

মীওইবগী লাইবক্তা তমখ্রবদু থাদোকপা য়াদনা মখোয় য়াম্না নুংঙাইনা লেলম্মী।

# মৈখেৎ উপু

*টামিলনাদুগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মাগী মচা অমত্তা লৈরমদে অদুনা নুংঙিগী লাইশংঙদা চত্তুনা মখল খুদিংমক্কী পূজা তৌরম্মী। অসুম্না কূইনা পূজা তৌরবা মতুংদা মচানুপী অমা পোক্লম্মী। পাঞ্জিনদি নুপীমচা অসি মশাগী চহী তরানিপাল শুবদা লান্মী অমদা লুহোংগনি হায়রম্মী। নিংথৌনদি মচানুপীদু লান্মীদা লুহোংবদি পান্নমদে। অদুনা মাবু গার্দ ময়াম্না শঙলদুনা তোঙান্না অচীকপা মফম অমদা থন্নম্মী।

নোংমা লান্মী অমনা সহর মনুংদা চঙলম্মী। মহাক্না মাগী য়ুনিফোর্ম(লান্মীগী ফিজেৎ) শেৎলদুনা সহর শিন-থুংনা চৎলম্মী। মহাক্না থাঙ অমসু য়েপশিল্লদুনা ঈশৈ ঙংল-ঙংলদুনা চৎলম্মী।

নোংমা অহল ওইরবী নুপী অমনা মাবু য়েংলদুনা হায়রম্মী, ''নহাক্না সনানা পীক থনবা বেগ অমা পান্নবদি ফংবা য়াগনি। লান্মী অদুনা লাঙতক্লনা হংলম্মী, ''সনাশিং অদু কদায়দা ফংগদগে ?''

নুপীদুনা হায়রম্মী, ''সনাদু পান্নবদি সনা ফংনবা ৱারীদু লীগে চেকশিন্না তাও।''

লান্মীদু মানা হায়রিবদু য়ারম্মী অমসুং য়াম্না খৌরাংনা ৱারীদু তারম্মী।

নুপীদুনা হায়রম্মী, ''লৈবাক অসিগী ঙমখৈগী মতাইদা খোংনাং পাম্বী অমা হৌবনি। মদুগী মনাক্তা চৎলু। মদুদা অহোবা মখুল অমা লৈবনি। মখুল অদুদা চঙউ। মনুংদুদা নঙনা য়াম্না ফজবা কোনুং অমা থেংনগনি। কোনুং মনুংদুদা অচৌবা কা অমা লৈরমগনি। মদুদা চম্প্রাগুম্না চাউনা মমিৎ পানবা হূই অমা উগী বোক্স অমগী মথক্তা লেপ্পুনা লৈবা উগনি। হূই অদুনা নঙবু হেক উবদা চীক্কনি। অদুনা নঙনা চীক্তনবা ঐনা পীরিবা ফিসিনা মমায়দা কূপশিল্লু। মদুদগীদি হূইদুনা

নঙোন্দা করিমত্তা তৌরক্লরোই। নহাক্লা হূইদুবু মখাদা থাংথরগা উপুদু হাংদোকউ। উপুদুদা য়াওরব্বা শেলয়েক (চান্দি) শিং অদু নহাক্লা পান্নিবমখৈ লৌরো অদুগা হূইদু হান্নগী মফমদুদা থম্বিরো। অদুদগী অমুক চৎলগা অতোপ্পা কা অমদা মমীৎ চুম্ব্রেমুক চাউনা পানবা হূই অমমুক উপু মথক্তা লৈরমগনি। মদুদসু ঙসাই তৌখিবা অদুম্মাইনা হূইদু থাংথরগা উপু মনুংদগী অপাম্বা লুপাশিংদু পুরো। অদুদগী অমুক মাঙলোমদা চৎলগা ঙসাইগীগুম হূই অমা মমিৎনা কমলামুক চাউরদুনা উপু মথক্তা লেপ্তুনা লৈরম্বা থেংনগনি। মদু উবদা করিসু কিরুনু মমাঙদা তৌখিবগুম তৌ। নহাক্লা লৌনীংবা পোৎতু লৌরগা হল্লকপদা নহাক্লা হৈনৌ পাম্বী মনাক্তা মৈখেৎ উপু অমা থেংনগনি। মৈখেৎতু পুরগা লাকউ অদুগা ঐঙোন্দা পীয়ু। নহাক্লা লম্বেল থোকফম খঙদদুনা ককঙাওনগনি অদুনা থৌরীসিনা নখ্বাংদা কিশিল্লু। নহাক্লা থোরক্ত্রিফাও ঐহাক ঙাইদুনা লৈগনি।

লাম্মী অদুনা ব্রারী অদু য়াম্না চেকশিন্না তারম্মী। মহাক্লা মখ্বাংদা থৌরীদু কিশিল্লগা থৌরীগী মচীন অমা নুপীদুদা পীরম্মী। মহাক্লা অহোবা মখুলদুদা চঙদুনা কোনুংদু থেংনরম্মী। নুপীদুনা হায়রকপদু চপচানা চুন্নম্মী। হূইদু উপু মথক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক্লা মমায়দা ফিদুনা কুপশিল্লম্মী অদুগা উপুদু হাংদোক্লুনা কোরিগী শেলয়েক ময়ামদু লৌরম্মী। মথংগী অনীশুবা হূইদুগী উপুদুদসু লুপাগী শেলয়েক পীকথন্না য়াওরম্মী। অদুগা অহুমশুবা হূইদুগী উপুদনা সনাগী শেলয়েক ঙাক্তা পীকথন্না য়াওরম্মী। মহাক্লা অপাম্বা সনামখৈ মাগী বেগতু পীকথন্না পুরম্মী। অদুগা ঙসাই মানা থোক্লকপা লম্বেদুদা হল্লক্লম্মী। নুপীদুনা মঙোন্দা মৈখেৎতুগী মরমদা হংলম্মী। অদুবু নুপাদুদি কাউদুনা মৈখেৎতু পুরক্লে। অদুনা অমুক্তা হন্না মৈখেৎ লৌরুগে হায়দুনা চৎলম্মী। মৈখেৎতু পুরক্লবা মতমদা নুপীদুনা মঙোন্দা পীয়ু হায়রম্মী অদু নুপাদুনদি পীনিংলমদে। নুপাদুনা মৈখেৎতুগী কান্নবদু হায়য়ু হায়রম্মী। অদুবু নুপীদুনা মৈখেৎ পীদ্রবদি তাকলোই হায়দুনা য়ারমদে। নুপাদুনা শাউনিংলদুনা নুপী অদুগী মথনাওদু থাঙনা ককথৎলম্মী। অদুগা শাউনা চৎখিরম্মী।

নুপাদু য়াম্না নুংঙাইনা মানা পুরকপা লল-থুম অদুনা লেল্লম্মী।

নোংমা নুমিদাং অমদি চাক য়াম্না লাল্লম্মী। মহাক্না ইমুংদুদা চান্নবা করি লৈরিবগে হায়দুনা কোইথি থিবদা চান্নবা পোৎ অমত্তা ফংলমদে। মহাক্না পুরকখিবা শীজিন্নফম খঙদ্রিবা মৈখেৎ উপুদু থেঙনরম্মী। মহাক্না মৈখেৎতু মকোক্তা তক্লম্মী। খঙহৌদনা মৈখেৎ মচৈদু মৈ হৌরম্মী অদুগা থুনমক চম্প্রামুক চাউনা মমিৎ পানবা হূইদু মমাঙদা থোরক্লুনা খুরু খুদক কূল্লদুনা হায়রম্মী, "ইবুংঙো করি তাকপীগদবা ?" হূইদু উবদা লান্মীদু হরাওরম্মী। মহাক্না মাগী অরাম-খৌরাংবদু কোক্লবা চাননবা খরা পুরকউ হায়রম্মী। হূইদু ঙাইহাক্কী মনুংদা মাঙখিরম্মী অদুগা কোরীগী শেনয়েক (চান্দি) খাউ অমা পুরক্লম্মী।

নুপাদুনা কোরীগী চান্দি ময়ামদু উবদা সনাগী ওইনা পুরকউ হায়রম্মী। হূইদুনা হায়রম্মী, "ঐহাক্তি কোরীখক্তগী মপুনি অদুনা অদোম্না লুপাগী অমদি সনাগী শেলয়েক পাম্বিরগদি মৈখেৎ মচৈদু লুপাগী ওইরগনা অনী অদুগা সনাগী ওইরগনা মচৈ অহুম তকপিয়ু। পাম্বীরিবশিংদু শোয়দনা ফংগনি।"

নুপাদুনা হূইদু চৎহনখিরম্মী। নুমিৎ কয়ানিরোম হৌখিরম্মী। মহাক্না মশক মতৌ ফজরবী নিংথৌ মচানুপী অমা পাঞ্জিনা লান্মীদা লুহোংগনি হায়না ফাওবদগী তোঙান্না মনাইশিং শঙলগা থম্নি হায়বগী পাউ তারম্মী। মহাক্না নিংথৌ মচানুপীদুবু উন্নবা পাল্লম্মী অদুনা নোংমা নুমিদাং অমা মহাক্না মৈখেৎ মচৈ অহুম তক্লম্মী। থুনমক কমলাগুম্না চাউবা মমীৎ পানবা হূইদুনা মমাঙদা কূন্থরদুনা য়াথং ঙাইরম্মী। নুপাদুনা হায়রম্মী, "ঐহাক্না পাল্লিবা মশক-মতৌ ফজরবী নিংথৌ মচানুপীদু পুরকউ। হূইদু থুনমক চৎখিরম্মী অদুগা ফমুংদা তূল্লিবী নিংথৌ মচানুপীদু পুরক্লম্মী।"

লান্মীদুনা তূল্লিবা নুপীদুবু উরম্মী অমসুং কোনুংদা অমুক হন্না থিল্লুনবা হায়রম্মী। হূইদুনা হায়রিবা খূদিংমক্তু পাঙথোক্লম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা নিংথৌ মচানুপীদুনা, ঙরাং অহিংদা থোকখিবা থৌদোক খূদিংমক মমাদা তম্লম্মী। মমানদি মদু মঙ ওইরমগনি হায়রম্মী অদুমকপু মহাক্না মীনাইশিংদুদা অহিংদা কূপ্না শেম্নবা হায়রম্মী।

মথংগী অহিংদসু লান্মীদুনা য়াথংদুমক তৌরম্মী। হূইদুনা নিংথৌ মচানুপীদু পুরক্লম্মী। মীনাই অমনা নিংথৌমচানুপী পুখিবদু উরম্মী। মহাক্না হূইদুগী মতুং ইন্নরম্মী। মহাক্না নিংথৌ মচানুপী পুশিনখিবা য়ূমদু খঙহৌরদুনা খঙননবা খূদম অমা থন্নম্মী। হূইদুনা মদু খঙলদুনা য়ূম খুদিংমক্তা মদুগা চপ মান্নবা খূদম থন্নম্মী।

মথংগী অয়ুক্তুদা মীনাইদুনা পাউ পূম্নমক নিংথৌদুদা তন্নম্মী। মীনাইদুনা নিংথৌগা লোয়নননা লাক্লম্মী অদুবু মফমদু য়ৌরগদি য়ূম খূদিংমক চপ মান্নবা খূদম লৈরম্বনা খন্দোকফম খঙদ্রে।

অহুমশুবা নুমিৎ অদুদদি নিংথৌ মচানুপীগী মমাদুনা মখ্বাংদা মখুল হোবা য়ামগী বেগ অমা কিশিল্লম্মী। হূইদুনা মমাঙগী মতৌগুম নিংথৌমচানুপীদু পুরম্মী। হূইদুনা সড়ক্তা তারিবা য়ামদুদি মমসু মম্বনীনা উরমদে। তারিবা য়ামগী খোঙ্গুল লীদুনা নিংথৌনা নুপাদুবু ফারম্মী অমসুং শিবগী দন্দি পীরম্মী।

নিংথৌগী মনাইশিং অদুনা নুপাদু থৌরী কোঙ্গোয় হুকচিল্লগা হাৎনবা হোৎনরম্মী। মদু উবদা লান্মীদুনা খঙহৌদনা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ, ঐবু হাৎপিদ্রিঙৈগী মমাঙদা ঐনা হায়জবা অমত্তা য়াবিয়ু। ঐহাক্তি চূরুট থকপগী হৈনবী লৈবা মীনি। ঙসি অয়ুক্তগী করিমত্তা থক্ত্রি অদুনা ঐবু চানবিদুনা চূরুট অমত্তা থকহনবিয়ু।"

নুপাদুনা হায়রিবদু নিংথৌ য়ারম্মী। নুপাদুনা থুনমক মৈখেৎ মচৈ অহুম লৌথোক্তুনা অমমতা ওইনা তক্লম্মী। থুনমক হূই অহুম থোরক্তুনা মাবু থৌরী য়ালহনলবা শেম-শারিবা নুপাশিং অদুদা লাক্লা লাক্লা খোংলদুনা চীক্লম্মী। মদু উবদা নিংথৌদু কিরদুনা নুপাদুদা খান্নবা হায়রম্মী। হূই অহুমদু নিংথৌরোমদা অমুক ওনশিল্লক্তুনা চীক্লবা হোৎনরম্মী। হূইশিংদুনা নিংথৌবু হাৎকে তৌরক্লবদা মচানুপী লুহোংদুনা পীগে, হূইশিংদু খামজিল্লু হায়না নিংথৌনা হায়রক্লবদা লান্মীদুনা হরাওনা মাগী ফিদুনা হূইশিংদুগী মমায়দা কূপশিল্লম্মী। মীৎনা কূপ্পদা হূইশিং অদু মাঙখিরম্মী। নিংথৌনা মচানুপীবু লান্মীদুদা থাজদুনা চাউনা লুহোংলম্মী। মখোয় নুংঙাইনা পানখিরম্মী।

# মীকপ থোক্লকপা

*টামিলনাদুগী ফুঙ্গারারী*

য়াম্না পীকখ্রবা খুঙ্গং অমদা মপুকচেল য়াম্না পীকপী, ফত্ত-লৌশিং হৈবী নুপী অমগা মাগী য়াম্না চমজবা মপুরোইবগা লৈমিন্নরম্মী। মতম অয়াম্বদা নুপীদুনা মাগী অপাম্বা খুদিংমক্তা মপুরোইববু চুমদবা থবকপু ওইরবসু তৌহনবা পান্নরম্মী, তৌসু তৌরম্মী নুপীদুগী মমাসু মচানুপীগী ময়ুমদা লৈরম্মী। মনেমবোক্তুসু নুপীদুগী মমাগা চহী লেঙ্গা ওইরম্মী। অনীমক অহল ওইরে।

মমৌনুপীনা ইমুংগী থবক অয়াম্বা মনোমবোক্তা তৌহল্লম্মী। অহল ওইরবা মনেমবোক্তা তৌহল্লিবা থবক ময়ামদু মতীক মপা চান্নরমদে। মনেমবোক্না থবকশিংদু নিংথিনা তৌদ্রবদি চাক ফাওবা নীংথি-নুংঙাইনা পীজরমদে।

নোংমা নোংমগী শোঞ্জিল্লকপনা মনেম অদু থবক তৌবা ঙন্নক্তরে। অদুনা মমৌনুপীদুনা মনেমবোক্তু তাম্থোক্লবা থৌরাং অমা তৌরম্মী। মাগী থৌরাংদুদি মনেমবোক্তু মপুরোইবনা উমংদা পুরগা লোন্না হুন্দোক্লম্বনি।

মমাবু উমংদা হুন্দোক্লুবা হায়বসি য়াম্না নুংঙাইতবা অমা ওইরবসু মাগী নুপীনদি অহল অদু থাদোকখ্রগা য়াম্না শান্তি ওইনা লৈরগনি হায়না তাকপদগী য়ারম্মী।

মথংগী নুমিত্তা মমামচা থবক অমগীনি হায়দুনা উমংদা চৎলম্মী। মমৌনুপীদুদি মনেমবোক চৎখিবদুদা য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না খোঙচৎ অদুদা চারুনবা মনেমবোক অমদি মপুরোইবগীদমক চাকয়োম অনী য়োন্নরম্মী। মপুরোইবগীদি চেঙ অমদি শঙ্গোম অফম্বগা তোৎনরগা থোংবা

থাকপদুনি। (মসি সাউথকী লমদদি য়াম্না পাম্না চানৈ) অদুগা মনেমবোক্কীনা ইচম চম্বা শঙ্গোম য়াওদবনি।

মমামচানা, মখোয়না লৈরিবা খুঙ্গং মুয়াটাপোয়ায়ি লাম্থোরক্তুনা অশূকপা উমং য়ৌরম্মী। মখোয়না উমংদুগী মনাক্তা অপীকপা খোং (ষ্ট্রিম) মচা অমা থেংনরম্মী। মদুগী মপান্দা মমা মচাদু ব্রারদুনা ঙাইহাক পোত্থারম্মী। মমাদুদি অহলগা ওইরে লমশাং লাকপগী চোকথমনখিবনা তূমথখিরম্মী। মমানা তূমথখিবদু উরদুনা মচানুপাদুনা মাগী চানবদু পুরদুনা থুনমক ময়ূমতান্না চৎখিরম্মী।

ঙাইহাক তুম্লুরগা মমাদুনা হৌগৎলকপা মতমদদি মচানুপাদু লৈরমদরে। নুংশা থিবগা লোয়ননা মচাদু কৌরম্মী অদুবু পাউখুম অমত্তা ফংলমদে। নুমিৎতি অসুম অসুম থেংজিল্লক্লম্মী মহাক নুংশাথীবগা লোয়ননা কপ্লম্মী।

মতম অদুদা উমংগী লাইরেম্বী অদু ঈশিংগী ঈচেলদুদা শান্নবগীদমক লাক্লম্মী। নুপীদুনা মচাবু কৌরদুনা তেংথারিবদু উরম্মী। মহাক্না নুপীদুগী মনাক্তা লাক্তুনা হায়রম্মী, ‘‘ইমা, নহাক্না করিগী কপ্লিবনো ?’’ নুপীদুনা থোকখিবা ব্রারীদু অমত্তা চীথদনা লীরম্মী। অদুগা অমুক হন্না কপ্লদুনা হায়রম্মী, ‘‘ঐনা মীকপ থোক্লকপদা ইচানুপা লৈরমদরে। মহাকপু কদায়দা লৈরমগদগে ?’’

লাইরেম্বী অদুনা নুপীদুবু থেমজিনবীরদুনা হায়রম্মী, ‘‘মদুগীদমক করিমত্তা ব্রাকুনু। ঐনা শোয়দনা মতেং পাংগনি। অদুগা নঙনা পুরক্লিবা ময়োম অসিদি করিনো ?’’

নুপীদুনা খুম্লম্মী, ‘‘মসি ইচম চম্বা চেঙ অমসুং শঙ্গোম অফম্বগা তোৎখায়নরগা থোংবনি।’’

‘‘অদু ওইরবদি চামিন্নরসি’’ হায়দুনা চাকয়োমদু লাইরেম্বীদুনা হাংদোক্লম্মী।

তশেংনমক্তি চাকয়োম অদু মপুরোইবগীদমক্কি হায়দুনা

মমৌনুপীনা য়োন্বীরকখিবনি। মচানুপানা ওন্নরা পুখিবনি। লাইরেন্বী অদুনা অহল অদুগী ৱারীপূন্বা হংলম্মী। অহল অদুনসু মমৌনুপীগী লমচৎশিং অদু হায়রম্মী। মাগী ৱারীদু তারবদা লাইরেন্বীদুনা নুপীদুবু নুংশিবা পোক্লদুনা হায়রম্মী, "ঐনা নঙবু নহা ওইরীবা অমদি মপাঙ্গল কল্লবা নুপী অমা ওইহল্লগনি। নহাক নয়ূমদা চৎলো। নহাক্কী নচানা নঙবু শোয়দনা নুংশিগনি। নহাক্কী নমৌনুপীনসু নহাকপু উবদা মহাক্কী ফত্তবা ৱাখল অদু হোংগনি অমসুং নহাকপু ইকায়খুম্নরক্লগনি।" অসি হায়রদুনা লাইরেন্বীদুনা নুপীদুবু য়াম্না মশা-মউ ফরবা মৌ নহা অমা ওইহল্লম্মী। মঙোন্দা শেৎন-ইন্নবা ফিরোল অমদি শিননবা ফজরবা লীক, খূজি, খুদোপ অমদি নাদা য়াননবা ফজরবা দাইমন্দগী সনানচিংবা পীরম্মী।

মহাক্না লাইরেন্বীনা পীবা ফজরবা সিঙ্ককী শারিদু শেৎচিল্লদুনা অমদি লৈতেং ময়ামদু শিজিন্দুনা লাইরেন্বীদু খুরুম্নরম্মী অমসুং মফমদু থাদোক্তুনা ময়ুম মায়কৈ পাংলম্মী।

মহাক্না ময়ুম য়ৌরকপা মতমদা মচানুপাদু য়াম্না হরাওরম্মী অদুগা মাগী নহা ওইরকপগী ৱারী ময়ামদু লীরম্মী। অদুবু মমৌনুপীদুদি মনেমগী অহোংবা শক্তমদুদা কল্লক্লম্মী মরমদি মহাক্কী মমাদি য়াম্না অহল ওইরে। মহাক্না মাগী মমাবুসু মনেমদৌনা নহা ওইহন্নিংলম্মী।

নুমিৎ খরা হৌখিরম্মী। মহাক্না মাগী মপুরোইবদা মাগী অনীংবা অপাম্বদু হায়রম্মী। মহাক্না মাগী মমাবুসু উমং অদুদা পুবিদুনা মনেমদা তৌখিবশিং অদুগা চপ মান্নরা উমংদুদা হুন্দোক্লম্লগা মহাক্না মমাবু উরোইদবা জগা অমদা লোত্তুনা লৈবিয়ু অদুগা তৌরিবা পূম্নমক্তু তূমিন্না য়েংদুনা লৈবিয়ু। লাইরেন্বীদুনা বর পীরবা মতুংদা মমাবু পুদুনা হল্লকপিয়ু হায়রম্মী।

মপুরোইবনা ৱাফমদু য়ারম্মী। মথংগী নুমিত্তা মনেমবোক্তু পুরদুনা উমং তান্না চৎলম্মী । নুপীদুনা মপুরোইবগী চেং অমসুং শঙ্গোম

অফম্বনা শেন্বা চানবা ময়োমদু পীরম্মী অদুগা মমাদনা মনেমদা পীখিবা অদুগা চপ মান্নবা ইচম চম্বদু পীরম্মী।

মখোয়না উমংদু য়ৌরম্মী অমসুং হান্না পোথাখিবা মফমদুমক্তদা পোথারম্মী। লমশাং লাকপগী চোকথরদুনা অহলদুদি ইশি-শিনা তুমথখিরম্মী। মদুগী খুদোংচাবদু লৌরদুনা ময়ানুপাদুনা অচৌবা উগী মরুম অমদা লোত্তুনা লৈরম্মী। মনেমদুনা মীকপ থোক্লকপদা ময়ানুপাদু লৈরমদবদগী কোইথি-থিদুনা কৌরম্মী। থিবা ফংদ্রবদা হৌনা কপ্লম্মী। মহাক্না কপ্পগী মখোল তাবদা উমংগী লাইরেম্বীদুনা মমাঙদা লাক্লম্মী অদুগা করিগী কপ্লিবনো হংলম্মী। অহলদুনা ময়ানুপাগা লাকমিন্নবা অমদি ব্রারদুনা ঙাইহাক পোথারিঙৈগা ময়ানুপা লৈরমদবদুগী ব্রারীদু লীরম্মী।

লাইরেম্বীদুনা, "নহাক করিসু ব্রারুনু নয়ানুপাদু শোয়দনা উনগনি। অদুবু নহাক্না পুরক্লিবা ময়োম অসিদি করি করি য়াওবগে ?"

নুপীদুনা মসি চেং অমসুং শঙ্গোমগা থোঙবা (মওংদি ক্ষিরগুম্না তৌই অদুগা মসিনা চিনিগী মহুত্তা থুম ওইনা থাকই) চাকনি হায়রম্মী। অদু ওইরবদি ঐখোয় অনী চামিন্নরসি হায়দুনা লাইরেম্বী অদুনা ময়োমদু হাংদোক্লবদা শঙ্গোম য়াওদবা ইচম চম্বা ওইরম্মী। মদু উবদা অহলদুনা মীনম্বা ঙাংবগীদমক লাইরেম্বীদু য়াম্না শাওরম্মী। মহাক্না মঙোন্দা নমথাক তৌই হায়না মরাল শীরদুনা মহাক্না ময়ূম য়ৌবা মতমদা গথা ওল্লগনি হায়রম্লগা লাইরেম্বীদু মাঙখিরম্মী।

নুপী অদু মহাক্না ওইদবা ঙাংখিবগীদমক্তা নুংঙাইরমদে। মহাক্না মথ্বায় নুংঙাইতনা মফম অদুদগী হৌগৎলম্মী অদুগা য়াম্না হৈনিংদনা ময়ূম মায়কৈ পাংলম্মী। মাগী মখোঙ অদুনা গথাগী মমাঙথংবা খোঙ ওইরম্মী অদুগা মমায় অদুনা গথাগী মমায় ওন্থোরক্লম্মী। তপ্না তপ্না মমৈসু পাল্লক্লম্মী। মনাসু চোংখৎলক্লম্মী। তপ্না তপ্না গথা ওল্লক্লিবা মহাকপু মীশিংনা কোয়েং য়েংলম্মী। গথা অদুনসু মীয়াম হুপ্না মঙোন্দা

য়েংলক্লিবদু উরম্মী অমসুং ৱা ঙাংবগী মওংদা থোংবা হৌরম্মী।

ময়ূম য়ৌরবা মতমদা মচানুপীনা থোঙদু হাংদোক্লম্মী। মহাক্না মপুরোইবা মথন্তা গথা অমগা লাকমিন্নবদু উরম্মী। মহাক্না মপুরোইবদা মাগী মমাদু কদায়দা লৈহৌরবগে অদুগা গথা অসিনা কনাগীনো হায়না হংলম্মী।

মপুরোইবদুনা ৱাহংদুগী পাউখুম পাক পীবা ঙম্লমদে অদুগা করি হায়সিগে হায়ফম খঙলমদে। মপুরোইবগী তূমিন লৈবা মতৌদুদা নুংশা থীরদুনা কৈদৌরবগে হায়না হঞ্জিন হঞ্জিন হংলক্লবদা থোকখিবা থৌদোক পূম্নমক অমত্তা চীথদনা লীরম্মী। ৱারীদু লীরকপদা গথা অদুনা মচানুপীদা ৱা ঙাংবগুম খোঙলম্মী। মচানুপীদুনা মমাদুবু অমুক মী ওলহনবদি ঙমদবনিনা উপায় লৈতনা গথা ওল্লবা মমাদুগা লৈমিন্নরম্মী। থৌদোক অসিগী মতুংদগী মাগী ৱাখলদা অহোংবা লাক্লম্মী। মহাক্না লাঞ্জদবী মনেমবোকপু নুংশিরম্মী অমসুং মাগী সেবা নীংথিনা তৌরম্মী। মতম খরগী মতুংদদি লাইরেম্বীনা মপুকচেল ওল্লবী নুপীদুবু মীনুংশি পোক্লম্মী অমসুং গথা ওল্লবা মমা অদু হান্নগী মীদু ওম্থোকহল্লম্মী।

## ডাইমণ্ড

*নাগালেণ্ডগী ফুঙ্গারারী*

**রোকেপু য়াম্না হোৎনবা কনবা লুখ্রাবী অমগী মচানি। মমামচামক মতম অয়াম্বা থবক শুদুনতা লৈরম্মী। মহাক্না মতম চূপ্পা কমদৌরগা ইনাকখুনবা মী অমা ওইবা ঙমগদগে হায়না খন্দুনতা লৈরম্মী।**

নোংমা রোকেপুনা লল্লোনবা নুপা অনীখক্না ব্রারী শানবা তারম্মী। লল্লোনবা অমনা হায়রম্মী, "ঐখোয়না চৎলুবা খুলদুগী মীশিংনা শাগী মচী য়াম্না পাম্নহৌই। মখোয়না ফংবু ফংলবদি শাগী মচীদুনা ঈশৈ শরুবগী পাইপ (যন্ত্র) শানবগী হেক্তা লৈগনি।"

মসি তাবদগী রোকেপুনা মাগী ইমুংদা লৈরিবা শাগী মচীদু য়োল্লবদি মাগী নীংবদু থুংলবা য়াই খল্লম্মী। মমানদি ষনগী মচী অদু মমাগী থৱায়নি হায়দুনা য়োলহন্নীংলমদে অদুবু রোকেপুনা মমানা হায়বদু তাদনা চৎখিরম্মী।

মহাক্না অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা ষন মচীদু য়োন্নবা চৎলম্মী। ইনাকখুনবা নুপা অমনা মমল য়াম্না পীদুনা ষন মচীদু লৈরম্মী। পৈশা ময়ামদু পুরদুনা মহাক্না হরাওনা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী। মপুন্সিদা অসুক শাংবা খোঙচৎ হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। হল্লকপগী লম্বী খঙদদুনা অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা থুংলম্মী। খুঙ্গংদুগী মীশিংনা মখূৎতা খুজু খুৎলায় পায়দুনা হৌদোং অমা হাৎননবা কোয়তান তান্নরম্মী। মহাক্না করি মরমগী হৌদোং অদুবু হাৎপীগদৌরিবনো হায়না হংলম্মী।

মখোয়না খুন্নক্লম্মী, "ঐখোয়গী খুলসিদদি ঙা-চাক য়াম্না তাঙই। ঐখোয়না থবক ব্রানা শূরুরগা হল্লকপদা হৌদোংসিনা পোৎ-চৈ লোইনা হেক্তা চাথোক্লম্মী।"

**মহাক্না হায়রম্মী, "নখোয়না হৌদোংসি য়ূমদা থম্বিদুনা ফজনা**

লুনা তৌবিরবদি ঙা-চাক হুরান্দুনা চাথোক্লোইদবনি। হৌজিক্তি নখোয়না হাৎপীবগী মহুৎতা ঐঙোন্দা পীবিরো। মমল ওইনা লুপাগী চান্দি অমা পীরগে।”

হায়রিবদু য়ারদুনা হৌদোংদু পুরদুনা লাক্লম্মী। মহাক্না অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা থুংলম্মী। মফম অদুদসু উচিনা ফৌ-চেং চাথোকই হায়দুনা উচিদুবু ময়াম চঙদুনা হাৎননবা কোয়তান তান্নরম্মী। মহাক্না চান্দি অমা পীদুনা উচিদুবুসু লৈরম্মী।

নুমিৎ খরনিগী তুংদা মহাক্না অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা অমুক থুংলম্মী। মফম অদুদসু মী খরনা হূই অমা হাৎননবা কোয়তান তান্নরম্মী। মহাক্না হূইদুসু লৈরম্মী অদুগা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী।

রোকেপুনা ময়ূমদা হল্লক্লে হায়বগী পাউ খুলগী মীশিংনা তারদুনা করি করি অনৌবা পোৎ লৈরকপগে হায়দুনা য়েংবা লাক্লম্মী। মখোয়না লৈরক্লিবশিংদু উবদা নোক্লরম্মী। মখোয়না রোকেপুবু উচি, হৌদোং, হূই লল্লোনবা নুপানি হায়না করেম্নরম্মী। অদুবু মহাক্তি ময়াম্না হায়রিবদু করিমত্তা তাশিন্নদনা তূমিন লৈরম্মী।

মথংগী নুমিৎতা রোকেপুনা মমাদা শাশিং অদু পীজ পীথক তৌবীরম্নবা শিন্নরম্লগা ষনলাবা অমা লৈবা চৎলম্মী। মহাক্না খুঙ্গং লান্না লাক্লম্মী। লম্বীদা মহাক্না খুলগী মীশিংনা লিন অমা হাৎননবা কোয়তান তান্নবদু উরম্মী। মহাক্না ময়ামদা লুপাগী চান্দি অমা পীদুনা লিনদু হাৎপীদনবা হায়জরম্মী।

পৈশাদু ফংলবদা লিনদু থাদোকপীরম্মী। তশেংনমক্তি লিনদু লিন লিদেমীনি। নোংমা মাগা চান্নজবা লিন লাবদুনা শান্নবদগী ৱারদুনা পোৎথারিঙৈদা ষন ইরোইনচিংবা শাশিংনা চেল্লকপদগী নেৎখায়দুনা লিন লাবদু শিরম্মী। মসিদগী মহাক্না শড়ক মপান্দা হৌরিবা উশিংগী মনুংদা নত্তুগা মোংশোং মরক্তা লুম্লগা অরাক-অরাকপা শা-ষন হাৎলম্মী। মসিদগী মীশিংনা মহাকপু হাৎননবা হোৎনরম্লিবনি। হৌজিক্তি রোকেপুনা মহাকপু কনবীবসিদা পেল্লম্মী। মহাক্না রোকেপুগী

মমাংদা মশক-মতৌ ফজবী নৈশাবী অমা ওনথোরক্লম্মী। মহাক্না রোকেপুগী য়েৎথংবা মখূৎ তিংথোরক্লবা হায়রম্মী।

রোকেপুনা কিনা কিনা য়েৎথংবা খূৎতু তিংথোরক্লম্মী। মহাক্না ফি মনুংদগী ডাইমণ্ড অমা পুথোরক্লুনা খূৎতুদা হাপ্লগা হায়রম্মী, ''ঐনা পীরিবা পোৎসি নমাগী মঙকশমদা শিজিল্লু। নহাক্না ঐবু করিগুম্বদা মতেংগীদমক দরকার ওইরবদি ঐবু কৌরকউ, শোয়দনা লাক্কনি। অসি হায়রম্লগা মাঙখিরম্মী।

রোকেপুনা ডাইমণ্ডদু ফি মচেৎ অমদা কিশিন্দুনা ময়ূম তান্না লাক্লম্মী।

নুমিৎ অদুদগী হৌনা মহাক্কী ইমুং অদু য়াম্না ইনাকখুনবা ইমুং অমা ওইরম্মী। নিংথৌ অমসুং নিংথৌরেলগী কোনুং ফাওবনা মহাক্কী ময়ূমদুগা লাম্বা পাবা য়ারমদে। মহাক য়াম্না থুনা ইনাক খুনগৎলক্লবসু মহাক্না হৌজিক ফাওবা শা-ষনবু নুংশিবা, লাইরববু মতেং পাঙবা, মীনুংশি উৎপা অদুদি তোক্লমদে।

রোকেপুগী মীংচৎ অসি অরাপ-অরাপ্পা মফমশিংদা শন্দোক্লম্মী। হুরান চীন্থি তৌবা কাঙবুনা, মহাক্কী ইনাকখুনবগী পাউদু তারম্মী। মখোয়না কমদৌনা মঙোন্দগী পোৎ হূরানগদগে হায়না খল্লম্মী। মখোয়গী অপাম্বা অদু নোংম-নোংমগী হেনগৎলম্মী।

রোকেপুনা মমাগী মঙকশমদা মুক্তা অমা শিরিবা মদুগী মপান্না ইনাকখুল্লিবনি হায়বসি নুপীমচা অমনা তম্বদগী হূরানবশিংদুনা খঙলম্মী। হূরানবশিং অদুনা নুপী অদুগী মঙকশমদগী মুক্তা অদু করম্না ফংগদগে হায়না খন্দুনা তাঞ্জা য়েংনা-য়েংনা লৈরম্মী।

নোংমদি হূরানবা অহুম অদুনা সনা লুপা য়োনবা মী শাদুনা রোকেপুগী য়ূমদা লাক্লম্মী। রোকেপুগী মমানা সনা লুপা মণি-মুক্তাশিং অদু উবদা অপাম্বা সনা য়াওদুনা লৈনিংলম্মী অদুবু সনা য়োনবশিং অদুনদি মখোয়গী পোৎতু পৈশানা লৈবগী মহুত্তা নুপীদুনা শিরিবা মুক্তা মচেৎতুগা ওন্নসি হায়রম্মী। লুপা লাক্ষ কয়ামরুমগী পোৎতু সুপ্নগী ডাইমণ্ড

মচেৎতুগা ওন্নসি হায়রকপদুদা হরাওনা য়ারম্মী। মহাক্কা মুক্তাদু লৌথোক্লুনা পীরম্মী। অদুগা সনাগী নেকলেস অমা শিজিল্লম্মী। সনা য়োনবশিং অদু হরাওনা চৎখিরম্মী। হৌদোংদুমদি মখোয়না তৌরিবশিং অদু য়েংদুনা লৈরম্মী।

মুক্তাদু হেক চৎখিবদগী রোকেপুগী নুংঙাই-য়াইফরম্বা, ইনাকখুল্লম্বদু মাঙখিরম্মী। মখোয় অসুম অসুম নংথরক্লম্মী। মমৈথংদদি উচি, হৌদোং, হূই ফাওবা চানিংঙাই লৈশিল্লক্লে।

নোংমা নুংথিল অমা উচিনা হৌদোংদা হায়রম্মী, ''ঐখোয়না নহানমখৈদি অহাও-অথুম চান-থক্লবা চীঞ্জাক মরাংকাইনা লেম-পানা চারম্মী অদুগা হৌজিক্তি পোৎ অমত্তা পূক থন্না চাবা ফংদ্রে।'' হৌদোংনা খুন্নম্মী, ''নোংমা সনা-লুপা য়োনবা নুপা অহুমখক লাক্লম্মী। মখোয়না ইমাগী মঙকশমদা শিবা মুক্তাদু পুদুনা চৎখ্রে। নুমিৎ অদুদগী ইমুং অসি অসুম নংথরক্লে। ঐনা খল্লি, মুক্তা অসিনা নংথরকপগী মরম শোয়দনা ওইগনি।

উচিনা ৱারীসি তাবদগী হূইদু কৌরম্মী। মখোয়না উপাম্বী অমগী মখাদা ফম্নদুনা ৱাতান্নরম্মী। মখোয়না হূরানবশিং অদুদা পারা অমা তম্বিরসি হায়না লেপ্পম্মী।

হূইদুনা হায়রম্মী, ''হূরানবশিংদুনা ফনা য়াম্না লাপ্না চৎখ্রবসু ঐনা মখোয়গী খোঙ্গুল অদু ফাবা ঙমগনি।''

হৌদোংনা পোঙলদুনা খুন্নম্মী, ''হূরানবদুদি ঐনা মশক ইরায়-লায়না খঙবা ঙমগনি অদুবু ঐনা খনবদা ডাইমণ্ডদু উগী বাক্সি অমদা হাপ্তুনা শোয়দনা থন্নমগনি।

মদু তাবদা উচিনা থুনমক খুন্নম্মী, ''উগী বাক্সি চীকথৎতুনা খূদোপ পুথোকপদি ঐগী দায় ওইজগে।''

অসুম্না মখোয় অহুম খন্না নৈনরবা মতুংদা হূইনা মাঙ-থাদুনা উচিগা হৌদোংগনা মতুং ইন্নরদুনা য়ুমদু থাদোক্লুনা চৎলম্মী।

নুমিৎ খরনি করিমত্তা চাদ থক্তনা চৎলবা মতুংদা মখোয় মপুক য়াম্না লাল্লম্মী। মখোয়না চাননবা চীঞ্জাক কদায়দগী ফংগদগে হায়না খল্লম্মী।

নোংমদি ঊচিদুনা য়ূম অমদা চঙদুনা চেঙ হূরান্নবা হোৎনরিঙৈদা য়ূম্বুদুনা মাগী নুপীদা হায়বদু তারম্মী, ‘‘তুরেল অসি লাম্থোক্লগা লৈবা লল্লোনবা নুপাদু ইনাকখুনবা মী অমদগী মুক্তা অমা লৈরক্তুনা খঙনুং-নুংঙাইখ্রে। ইনাকখুনবগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না খুনখ্রে। লাইরবদা লাইজংবা ইনাকখুনবদা লৈথোনবা হায়বসি চুমখ্রবা ব্রানি।’’

ব্রাসি তাবদগী ঊচিদুনা থুনমক য়ূমদুদগী থোরক্তুনা হূই অমসুং হৌদোংদা তন্নম্মী। মখোয়না থুনমক তুরেলগী তোর্ব্বান্দা লাক্লম্মী। ঈচেল কল্লবা তুরেল ঈশিংগী মথক্তা ঊচি অমসুং হৌদোংদুদি লানবা ঙম্লোইদৌবনিনা হূইদুগী মথক্তা হৌদোংদু তোংলগা হৌদোংদুগী মথক্তা ঊচিদু অমুক তোংলগা তুরেলদু লাম্থোক্লবা হোৎনরম্মী। তোর্ব্বান য়ৌরবদা মখোয়না হূরানবদুগী ময়ূমদু তান্না চৎলম্মী।

নুমিদাং ওইরক্লম্মী। লল্লোনবা নুপা অমসুং মাগী নুপীদু তূম্বা চঙলক্লম্মী। ঊচিদুনা ফমুংদা মখোয়না করি ব্রারী শান্নবগে হায়বদু তানবা লোৎতুনা লৈরম্মী। হৌদোংদুনা কাদুগী অকোয়বদা কোয়চৎ-চৎতুনা খোঙলম্মী।

হৌদোংনা খোংবগী মখোল তারদুনা লল্লোনবগী নুপীদুনা হায়রম্মী, ‘‘ঐখোয়গী য়ূমসিদদি, হৌদোং ফনা য়াম্না লাক্লবসু করিমত্তা চিংননিংঙাই লৈতে। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা থৌজালবীরবনি। ঊচি ফনা লাক্লবসু হৌদোংনা শোয়দনা ঙাকথোক্লগনি। হৌদোংনদি কৈদৌঙৈদসু ঊগী বাক্সিদু চীকথৎতুনা মুক্তাদু হুরানবা ঙমলোই।

ঊচিনা মদু তাবদা হরাওরম্মী। হৌজিক্তি মহাক্লা মুক্তা অদু কদায়দা থম্বগে হায়বদু খঙলম্মী। মহাক্লা ঊগী বাক্সি অদুগী মনাক্তা চঙদুনা চীকথৎপা হৌরম্মী। নোংঙান্দ্রিঙৈদা চীকথৎপা লোইদুনা মুক্তাদু পুথোরক্লম্মী।

মখোয় অহুমক তুরেল তোর্ব্বান তম্না লাক্লম্মী। ৱারদুনা ঙাইহাক পোৎথারবা মতুংদা তুরেলদু লাম্থোক্লবা শেম-শারম্মী। মুক্তা অদুদি উচি অদুনা ময়াদা উমশিল্লম্মী। অদুগা হাম্না লাল্লকপা অদুগুম্না লাল্লম্মী। তুরেল তোর্ব্বান য়ৌরমদাইদা ঙা শঙ্গু অমা চাদুনা লাক্লগা উচিদুবু চোংখৎলক্তুনা য়োৎলম্মী। হূইগা হৌদোংগদি তোর্ব্বান্দা ফমদুনা কমদৌনা উচি অদু ফংগদগে হায়না খল্লম্মী। অসুম্না ৱাখল খন্দুনা লৈরিঙৈদা শনম্বনা মখোয়না লৈরিবা মফমদু ফাওদুনা লাকপদা মাগী মরুপ হূইদুবু উবদা হংলকই, “নুংশিরবা মরূপ, করি ৱাখল খনবিরিবগে, করম পানবীরিবগে ? মায়থোংদু য়াম্না নুংঙাইতনা উইদা।”

হূইনা শনম্বদা থোকখিবা থৌদোক পূম্নমক মরীকচূম্না তল্লম্মী।

ৱারীদু তারবা মতুংদা শনম্বনা হায়রম্মী, “অদুগী ওইরবদি করিমত্তা ৱাবিরুগনু, ঐনা মরুপকী নতেং পাংগনি।” অসি হায়রদুনা শনম্বদু ঈশিংদা চোংথখিরম্মী। অদুগা ঙাশিংদু ফার-ফারগা চারম্মী। মমৈথঙদা মহাক্না উচি য়োৎখিবা ঙাদু ফারম্মী। মহাক্না উচিদু মুক্তাগা লোয়ননা থাদোকপিরম্মী।

মখোয় অহুম অমুক উন্নবদা য়াম্না হরাওরম্মী। মখোয়না মুক্তাদু নূং অমগী মথক্তা থল্লদুনা ঙাইহাক পোৎথারম্মী। অদুম ওইনমক উচি অদুদি অতোপ্পা কনাগুম্বশিংনা মুক্তা অদু পুখিদ্রা হায়না নুংশা থীদুনা তূল্লমদে। মহাক্না অপীকপা নূং অমগী মনাক্তা লৈরম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা উমাইবী অমা পাইথরক্তুনা মুক্তা অদু পুরগা উপাম্বী অমগী মথক্তা পাইখৎখিরম্মী। উচি অদুনা উমাইবীনা তৌরিবদু য়াম্না মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক্না হূইগা হৌদোংগদু হৌদোক্তুনা থোকখিবশিংদু হায়রম্মী।

হূইদুনা হৌদোংদুদা হায়রম্মী, “নহাক উপাম্বী অসিগী মখাদা লৈয়ু ঐহাক উমাইবী অসি তাম্থরক্কে, মহাক্না শোয়দনা মুক্তা অদু মখাদা থাদরক্কনি।”

হৌদোংদুনা মখাদা মুক্তাদুনা থাদরকপা য়েংদুনা লৈরম্মী।

উমাইবীনা মচীন্দা অরংবা পোৎ অমা চীক্তুনা লৈবদুদা অতোপ্পা উচেকশিংনা মনাক্তুদা ইকোয় কোয়শিন্দুনা পাইরম্মী। মহাক্না মুক্তাদু ফংবদুদা চাউথোকচবা অমা পোকচরম্মী। মহাক্না চাউথোকপগা লোয়ননা খোঙলকপদা মচীন্দা মুক্তা চীকই হায়বদু কাউথোকখিদুনা লৈবাক্তা তাখিরম্মী।

মুক্তাদুনা তারকপদু মীৎকুপ্তুনা য়েংলিবা হৌদোং অদুনা চেনশিল্লক্তুনা খূল্লম্মী। উমাইবীদুসু মুক্তাদু খূন্নবা পাইথরম্মী, অদুবু হৌদোংনা খোৎলকপদগী লৈমায়দা ওল্লম্মী। হূইদুনা উমাইবীদুবু লাক্লম্মী। মখোয় অহুমগী চীঞ্জাক উমাইবীদুগী শদোংনা ওইরম্মী। অদুগী মতুংদা মখোয় অহুম্না মুক্তাদু পুদুনা ময়ূম তান্না লাক্লম্মী। মখোয়না মুক্তাদু রোকেপুদা পীরম্মী। রোকেপুনা মাঙখ্রবা মুক্তাদু অমুকহন্না ফংবদুদা হরাওরম্মী। নুমিৎতুদগী ইমুংদু নুংঙাই-য়াইফনা পান্দুনা হরাও তয়াম্না লৈরম্মী।

# সোমদুন অমসুং হঙোই

নাগালেগুগী ফুঙ্গাৱারী

থায়না মমাংঙৈদা লুখ্রাবী অমগী সোমদুন কৌবা মচানুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না মতম অয়াম্বদা চোকথবা নাইদবা, থবক মরাং-কাইনা লৈবা মতম খূদিংমক্তা নুংঙায়বা অমসুং অঙ্গৈংবা খৎন-চৈনবা য়াওদনা লৈবা মফম অমা শোয়দনা লৈরমগনি হায়না খল্লম্মী। অদুগুম্বা মফম অমদা চৎলুনবগীদমক মমাদা কেক অমা শাবিয়ু হায়রম্মী। মচাগী ৱাদু তাবদা মমানা মচানুপাবু খোঙদগী কোক ফাওবা য়েংলগা হায়রম্মী, ‘‘ইমাগী ইবুংঙো অদুগুম্বা মফম অদুদি পৃথিবীদা লৈবা হৌনদে।’’

ৱাদু তাবদা সোমদুনদু নীংবা কায়রম্মী। পৃথিবীদা অসিগুম্বা মফম অসি ফংলরোইদ্রা হায়দুনা অয়ুক নুংথিলচূপ্পা খন্দুনতা লৈরম্মী। মমানা ফনা হায়রবসু অসিগুম্বা মফম অমদি শোয়দনা লৈরমগনি হায়না থাজরম্মী। মহাক্না অদুগুম্বা মফম অদু থিরুরগে হায়দুনা মপূক্লিংদা চপয়ুংনা খল্লম্মী। মহাক্না মমা উহন্দনা কেক খরা শারম্মী।কেকতু মহাক্না চৎকদবা লম্বীদা লোৎশিন্দুনা থম্লম্মী।

নোংঙাল্লমদাইদা মহাক্না ময়ূম থাদোক্তুনা লাক্লম্মী। মহাক্না ষনলোইবা য়ূম্বু অমগী ইমুংদা থুংলম্মী। য়ূম্বুদুনা মঙোন্দা কেক য়াওরক্লবদি খরা পীয়ু মঙোন্দা ষনলাবা অচৌবা অমা পীগে হায়রম্মী। মহাক্না পাউখুম অমত্তা পীরমদনা য়ূমদু থাদোক্তুনা লাক্লম্মী।

মহাক্না অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা অমুক থুংলম্মী। মফম অদুদা শগোল মপু অমনা মঙোন্দা কেক পীয়ু হায়বদা য়াদদুনা চৎলম্মী। মহাক্না মথং মথং অসুম চৎলকপদা চৎলুবা খূদিংমক অৱা-অনা নংবা, লৈত-লাইরঙাক্তা থেংনরম্মী। মহাক্না থোং লান্দুনা খুঙ্গং অমদা লাক্লম্মী। মফমদুদা নুপা অমা ফমদুনা লৈবা উরম্মী। নুপাদুনা মাবু কৌরদুনা

হায়রম্মী, ‘‘নঙগী থাঙগা শীংজংগা লৈরবদি পুরকউ, থাঙ ফেঙনবা নুংসিদা নঙগী থাঙদু ফেঙবিগে।’’

মফম অদুগী মীশিংদু থাঙ-তা, শীংজংনচিংবা ফেঙবগী থবক তৌরম্মী। মদুদগী ফংলকপা খুৎশূমল অদুনা মখোয়গী চরা-নোংখন্নরম্মী। মফম অসিদা লৈবা অয়াম্বা মীশিংদি থবক কন্না শূনরম্মী।

মহাক্না নুংদু য়েংলগা খল্লম্মী, ‘‘নুং অসি ঐগী ওইবা ফংজরবদি নুমিৎচুপ্পা মীগী থাঙ, শীংজংনচিংবা ফেঙদুনা পৈশা তানবা য়াগনি।’’ অসি খল্লদুনা মহাক্না মাগী কেকতু নুপাদুদা পীদুনা নুংদুগা ওন্নরম্মী।

সোমদুননা ময়ূম থাদোক্লুনা চৎখিবা নুমিৎতুদগী মমাদুদি ব্রাখল নুংঙাইতবগা চরা হেনবগা মশাদু নারম্মী। মাগী সেবা তৌবিনিংঙাই কনামত্তা লৈরমদে। হৈনিংবা পূন্নমক মাঙখিরম্মী। হকচাংদা অশোক-অপন নংবদগীদি ব্রাখল নুংঙাইতবসিনা হেন্না পাঙ্গল শোন্থহল্লম্মী।

নোংমা মহাক্না ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরিঙৈদা মচানুপা সোমদুন লাক্লম্মী। মচানুপা হল্লকপদা মাংঙুরবা মণি অমুক হন্না ফংবগুম অসুক্কী মতীক হরাওরম্মী। মহাক্না মচাদা স্বর ফাওবা হোন্দবমখৈ ব্রাহং কয়ামরুম হংলম্মী।

মচানুপানা নুংদু মমাদা উৎলদুনা মসি থিবা চৎলুরিবনি হায়না খুন্নম্মী।

নুংদু উবদা মমাদু শাউরম্মী। মহাক্না নুংদু মচানুপাদা লংশিল্লম্মী। নুংদুনা মচানুপাগী মখুউদা পাল্লম্মী। মখুউদুদগী হণ্ডোই অমা থোরক্লম্মী। মমাদুনা কিরদুনা ভুত ভুত হাৎলো হাৎলো হায়না লাউরম্মী।

সোমদুননা হণ্ডোইদু হাৎলগে হায়দুনা নুংদু পায়খৎলকপদা হণ্ডোইদুনা হায়রম্মী, ‘‘ঐবু হাৎকনু, ঐবু হাৎকনু, ঐবু হাৎলবদি নহাক অব্রাবা নঙগনি। ঐদি মফমসিদা নহাক্কী নতেং পাংবা লাকপনি।’’ হণ্ডোইনা ব্রাদু হায়রকপদগী হাৎকে হায়না থাঙ্গৎলুবা নুংদু পায়দুনা চমম্মনা লৈরম্মী। মমাদুসু হণ্ডোইনা ব্রা ঙাংলকপদুদা চিংনবা অমা

পোক্লম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, মসি অশেংবা হঙোই ওইরমলোই। লাই অমনা হঙোইগী মওং লৌবা নত্তগা করিগুম্বা লাই ওইরমদ্রগনা ফত্তবা লাই শোয়দনা ওইরমগনি। মসি খনবদগী মহাক্না মচানুপাদা হঙোইদু হাৎতনবা হায়রম্মী। হঙোইদুনদি চৎখিদ্রবনিনা মখোয়গা লৈমিন্নবা তারম্মী।

নোংমা হঙোইদুনা সোমদুনগী মমাদা হায়রম্মী, "নুমিৎ নিনিদং ঐখোয় অতোপ্পা মফম অমদা নচানুপাগা লোয়ননা চৎলুখিগে। নচাগীদমক্তদি করিমত্তা নুংশা থীবিগনু, ঐহাক্না ফননবা শীঞ্জগনি।

অহল ওইরবী, মমাদুগী মফমদদি নুমিৎ নিনিদং মচা উনরোইদৌবদু অৱাবা অমা ওইরম্মী। হঙোইদুগী ৱাদু তাবদা সোমদুনদি চঙক্লরম্মী অদুবু নুমিৎতুদগী হৌনা মহাক্না হঙোইবু খঙনুং নুংশিবা অমা পোক্লম্মী।

নুমিৎ খরা মহাক্না হঙোইদুগা নুংঙাইনা লৈমিন্নরবদুদদি মহাক্না মমা ফাওবা কাউরম্মী। হঙোইদুনা মাগী শক্তি অমগা লোয়ননা য়াম্না হৈশিংনা চাক থোংবদু উবদা মহাক ঙক্রম্মী। হঙোই অদুনা শুপ্নগী ঈশিং দ্রোপ অমনা য়েরুম মকুদা চাক থোংলম্মী। য়েরুম মকুদা থোংবা চাক অদু মহাক্না চাবা হেন্দোক্না কোন্নরম্মী। মসিগীদমক্তা হঙোইদুনা সোমদুনদা মীঙোন্দা নাপল তৌদনবা হায়রম্মী।

নোংমা হঙোইদুনা সোমদুনদা হায়রম্মী, "নঙনা খুঙ্গংগী অহল লমনশিংদা হয়েং চাক্লেন অমা ময়ামগীদমক্তা শীঞ্জরি। মসিদা য়ূমগী নুপী-অঙাংসু য়াওনা লোইনা লাকপিয়ু হায়দুনা বার্ত্তন তৌরু। ঐনা চাননবা শা, ঙা, মনা-মশীং লোইনমক শীন লাঙগনি।

সোমদুননা হংলম্মী, "করিগীদমক্তা মখোয় ময়ামবু পীজনবা চাকলেন অসি শীল্লিবগে হংলক্লবদি ঐনা করি খুমগনি। চাকলেনসি ঐনা মখোয়দা পীজরবদি মখোয়না ঐবু কল্লকপা য়াই।"

"মদুগীদমক্তা করিমত্তা নুংশা থীরুগনু। খূদিংমক ঐগা

মায়োক্লগনি।" হঙোইনা চীংলেম্না খুন্নম্মী।

সোমদুননা মখা তানা অমুক য়েৎপা তৌরমদে। মহাক্না য়ূম খূদিংমক্তা চৎলম্মী অদুগা হয়েংগী নুমিৎতা চাকলেন অমা চাবা লাকপিয়ু হায়রম্মী।

মহাক্না হায়রিবদু খুঙ্গংগী মীশিংনদি ফাগী ওইরমগনি হায়না খল্লম্মী।

মী খরনা হায়রম্মী, "নুপামচাসিনা চাক পীজগদৌরিবসি মহাক্কী চাননবা চীঞ্জাক ফাওবা লৈজদে অদুগা অসুক য়াম্বা মীশিংসিবু কমদৌনা চাক পীজগদৌরিবনো ?"

খরনা খুন্নম্মী, "মহাক্না কমদৌনা পীজবগে হায়বদু চৎলগা য়েংলুবা হায়বদুনি।"

অদুবু কনামত্তনা মহাক্না চাক পীজবগী মরমদুদি খঙলমদে। মথংগী নুমিৎতা হায়নখিবা মতমদুদা খুঙ্গংগী মী পূম্নমক কমুনিতি হোলদা লাক্লম্মী।

হঙোইদুনা সোমদুনদা য়েরুম মকুগী পাত্র মরীদা চাক, ঙা, শা অমদি মনামশিং থোংবা হাপ্তুনা পীরম্মী অদুগা চাক য়েনশাংশিং য়েল্লুনবা হায়রম্মী। অপীকপা য়েরুম মকুগী পাত্রশিংদু উবদা মী পূম্নমক ঙক্লম্মী। খরনা নোক্লম্মী খরনা মমীৎ লাওথোক্লুনা তৌরিবা মতৌদু অঙকপগা লোয়ননা য়েংলম্মী।

সোমদুননা মী খূদিংমক্কী চাকলূক লা থাদুনা য়েরুম মকুগী পাত্রশিংদুদগী চাক য়েনশাংদু য়েনবা হৌরম্মী। লাক্লিবা খূদিংমক্লা তৌরিবা মতৌদু উবদা ইঙক-ঙক্লা য়েংলম্মী।

সোমদুননা য়েনবা লোইরবা মতুংদা হায়রম্মী, "ঐগী নুংশিরবা মরূপ মপাংশিং, অহল-লমন, লাইগুরু, ইচল-ইচে পূম্নমক্তা ঙসি ঐহাক্না চাকলেন অমা শীঞ্জ লাঙজরিবসি খুঙ্গং অসিদা লৈবা মীশিং অসি পূম্না উম্নদুনা খৎন-চৈনবা য়াওদনা নুংশিননা লৈমিন্ননবগীদমক্তনি। ঐগী খুদোংচাদবা খরা লৈবনা ময়ামদা থোইদোক-হেন্দোকপা মথেল

পীজবা ঙমদবগীদমক ময়াম্না ঐবু ঙাকপীগনি।”

ময়ামদু চাবদা পূক্লিং থিংজিল্লম্মী। মাগী ব্রাদু মখাতানা তাবগী মতম লৈরমদে। ময়াম য়েনবা লোইখ্রবা ফাওবদা য়েরুমদা য়াওরিবা চাক-য়েনশাংশিংদু ময়েং তাদনা লৈবদুদা ময়ামদু ঙক্লম্মী।

চাকলেন চাবা লোইরবা মতুংদা খুঙ্গংগী অহল অমনা অঙকপা থৌদৌদু সোমদুনদা হংলম্মী, “নহাকপু কনানো ঈশ্বরগী শায়োন অমরা ? সংসারসিদা লৈরিবা অহিংবা মীনদি অসিগুম্বা অঙকপা থৌদৌ অসি তৌবা ঙমলোই।”

সোমদুননা খুন্নম্মী, “ঐ লাই নত্তে, নখোয়গুম্না তাইবং মীনি। ঐনা লাই ওইরবদি অসিগুম্বা সংসারগী অব্রা-অনা মরকসিদা লৈবগী মথৌ তারোই। ঐ লাইসু নত্তে অদুগা লাইগী শক্তি চেনবা নুপাদুসু নত্তে।”

অদুবু মীশিং অদুনদি মহাক্লা হায়রিবদু থাজরমদে মহাক শোয়দনা লাই ওইরমগনি হায়না থাজরম্মী।

সোমদুননা পাখং ফারক্লবদা হঙোইদুনা মহাকপু লুহোংবিরগে হায়না খল্লম্মী। হৌজিক্তি সোমদুন ইনাকখুনবা মী ওইরে। মহাক্কী যন, শগোল অমদি মরন-মথুম কয়ামরুম লৈরম্মী।

হঙোইদুনা সোমদুনদা নুমিৎ কৌবা লাইগী তরেৎশুবা মচানুপী য়ংমুলাইজমগা লুহোংনবা হায়রম্মী। সোমদুননদি লাইরেম্বী অদুবু করম্না মাগী নুপী ওইগদগে অদুনা লুহোংবদু ঙম্লোই হায়রম্মী। হঙোইনা হায়রম্মী, “নুংঙাইনা হিংবা পান্নবদি ঐহাক্লা হায়রিবসি য়াগদবনি নত্ত্রবদি নপুন্সিচূপ্পা অব্রাবা খুদোংথীবা নংগনি।”

সোমদুননা মাগী তুংগী পুন্সিদা খুদোংথীবা নংগনি হায়বদুদা কিরদুনা হঙোইদুনা হায়রিবদু য়ারম্মী।

হঙোইনা সোমদুনগা লোয়ননা নুমিৎকী কোনুংদা চৎলম্মী। সোমদুনবু মফম অমদা থনম্লগা নুংশা মঙালগী দোলাই অমা তোংদুনা

হঙোইনা নুমিৎকী কোনুং তান্না চৎলম্মী। মহাক্না কোনুংগী শিড়ি থাক অমগী মখাদা মশাদু লোৎশিল্লদুনা 'য়ংমুলাইজম ' হায়না অহুন্নক কৌরম্মী।

মপান্দগী মী অমনা কৌরকপগী মখোল তাবদা নুমিৎনা মচানুপী অহলদা কৌরিবদু কনানো য়েংলুনবা হায়রম্মী। মচানুপীদুনা মপালদা কনা লৈবগে হায়না য়েংবদা কনামত্তা উদ্রবদুদা ইমুংদা চঙলক্লম্মী। মহাক্না চঙখিবা ঙহাক লৈরগা হান্নগী খোঞ্জেলদুদা অমুক কৌরক্লম্মী। মথংদা অনীশুবা মচানুপীদু অমুক থারম্মী অদুবু মহাকসু মপান্দা কনাসু লৈতে হায়দুনা চঙলক্লম্মী। অসুম্না মথং মথং য়েংহল্লবা মতুংদা ইতোন-তোনবী মচানুপী য়ংমুলাইজমদু মপান থোরক্লম্মী। মহাক থোরকপদা হঙোইদুনা মঙোন তম্না চোংশিল্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "নঙ ঐগা লোয়ননা পৃথিবীদা চৎসি, নহাক ঐগী ইমৌনুপী ওইজরগে।"

মদু তাবদা য়ংমুলাইজমনা শাউরংননা খুন্নম্মী, "ঐবু নহাক্কী নচানুপা হঙোইগা লুহোংবা। ওইথোক্তবনি। নখোয়গী হঙোইগী কাঙবুদা নমৌনুপী অমত্তা থিবা ফংদ্রবরা ? নহাক্না ঐবু ইকায়বা পীরিবা করিগীনো ?"

য়ংমুলাইজমনা লুহোংবদু য়াদবদগী হঙোইদু কপ্পম্মী অদুগা মাগী পিদুনা নোং ওইনা চুথরম্মী। নোংদু অসুক্কী মতীক কন্না চুমনখিবনা পৃথিবীদা ঈশিং ঈচাও থোক্লম্মী। পৃথিবীদা লৈরিবা জীব পানবা পূম্নমক ঈচাওদুনা অব্রাবা নংলম্মী। মদু উবদা য়ংমুলাইজমদু অকিবা অমা ফাওরম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, করিগুম্বা হঙোইনা হায়রিবদু য়াদদুনা চৎত্রবদি মীশিংসি অব্রাবা শোয়দনা নংলগনি, মদুগী পাপ্তু মহাক্না পুরগনি। মসি খনবদগী হঙোইনা হায়রিবদু য়ারে হায়রম্মী। হঙোইদু কপ্পা তোক্লম্মী। কপ্পা হেক তোকপগা নোংদু লেপখিরম্মী। মহৌশাগী হান্নগী ফিভমদু হঞ্জিল্লক্লম্মী, ঈশিং-ঈচাউসু লেপখিরম্মী। মদু উবদা য়ংমলাইজমদু মপূক্লিং অমুক হোংলদুনা চৎলরোই হায়রম্মী। হঙোইদু খোঙলম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা মায়কৈ পূম্নমক্তা অকিবা ফংলবা নুংশিৎ

শীৎলম্মী। নুংশিৎ অদু অসুক্কী মতীক শিৎমনখিবনা নুমিৎ ফাওবা পোথাফম খঙলমদে। কোনুং অদুফাওবা নোংলৈ-নুংশিৎ অদুনা নীকহল্লম্মী। পৃথিবীদা অচৌবা খুদোংথীবা অমা মমাঙগী অদুগুম্না থোক্লম্মী। মদু উবদা য়ংমুলাইজমদু অমুক্কা হেন্না অকিবা অমা ফাওরম্মী। মহাক্না মপূক্নিং হোংলদুনা হঙোইনা হায়রিবদু য়ারে চৎলসি হায়রম্মী। নোংলৈ-নুংশিৎতু লেপখিরম্মী। মহৌশাগী ফিভম হান্নগীগা চপমাননা হঞ্জিল্লম্মী।

য়ংমুলাইজমনা হঙোইদুগা লোয়ননা মপাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। নুমিৎনা হঙোইবু উরদুনা মাগী সিংহাসন্দগী কূমথরম্মী, অদুগা হায়রম্মী, "ঐখোয়দা লাকই হায়বা করিমত্তা খঙহল্লক্ত্রিবা করিগীনো ? ঙসিগী অকনবা নোং, নোংলৈ-নুংশিৎতু নহাক্না তৌহনবনি হায়বা ঐ খঙই। হৌজিক্তি হায়বিরো ঐগী নাক্তা লেঙবিরকপগী মরমদু।"

হঙোইনা খুন্নম্মী, "নহাক্কী নচানুপী য়ংমুলাইজমসি পৃথিবীদা পুরগা মশাফবা নহা অমদা লুহোংগে। মহাক মশাসু য়ারবনি।"

নুমিৎনা হঙোইবু মুন্না খঙই মরমদি মহাক মশামক হঙোই অসিনা শেম্বীরকপনি। মহাক্না পৃথিবীদা নক্তুগা স্বর্গগী লমদমদা করিগুম্বা অমা তৌগে হায়না নীংখিবদা তৌদবা ঙমলোই। অদুনা মহাক্না ফনা য়াদে হায়রবসু করিমত্তা কান্নরোই।

হঙোইনা সোমদুনবু ঙাইদুনা লৈরম্মু হায়না থাদোক্লম্বদুদা সোমদুনদু মপূক্নিংদা অকিবা অমা ফাওরম্মী। মথৎগী নুমিৎতা মহাক্না তূম্মুরগা হৌগৎলকপদা মহাক্না তূন্নন্নি-বা ফমুং অদু সনাগী ফমুং অহাইবী ওইরম্মী। মাগী মনাক্তা ফিজোল ফজনা শেৎলবা নহা-পাখং অমদি নুপীশিংনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈরম্মী। সোমদুননা তৌরিবা পুম্নমক অসি হঙোইদুগী শক্তিদুনা তৌরিবনি হায়বা খঙলমদে।

মহাক্না হৌগৎলকপা মতমদা অসুক্কী মতীক ঙক্লম্মী মদুদি মাগী হকচাংদু হান্নগীগা য়াম্না খেন্নরম্মী। মহাক মশক-মতৌ ফজবা নহা-পাখং অমা ওইরম্মী।

হঙোইদু সোমদুনগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না নুমিৎকী মচানুপীদু মশক তাক্লম্মী। লাইরেম্বী অদু সোমদুনগী মশাফবা, মশক-মতৌ ফজবা অদুদা শুমহৎলম্মী। নুপীদুগী মোমোন নোকপা মীনোক্কু উরুবদা সোমদুন্নসু নুংশিরম্মী। মখোয় অনীমক অহানবা উন্নবমক্তদা অমনা অমবু কাউনবা য়ারমদে।

মখোয় অনী লুহোংলবা মতুং নুমিৎ খরনিগী মনুংদা হঙোইদুনা মখোয়বু কৌরদুনা হায়রম্মী, "ঐনা অসুক কুইবসি নখোয় অনীগী লৈপুল ওইনবগীদমক হঙোইগী শক্তম লৌদুনা হিংলক্লিবনি। য়ংমুলাইজমগী মপাইবুংঙো নুমিৎ নিংথৌ ঐগী ইচানুপানি। য়ংমুলাইজম ঐগী ইশুনুপীনি। অরানবা-অশোয়বা অমদগী সোমদুন লাইরবা ইমুং অমদা পোক্লুবনি। ঐনা মাগী মমাবু শিগদবা মতমদগী চহী মরি শাংদোকহল্লবনি। মহাক্কী মমানা মচাগী মখুউদা নুংদুনা থোন্নমদ্রবদি ঐ পৃথিবীসিদা লাকপা ঙম্লমলোই। হৌজিক্তি ঐনা নীংবা পূন্নমক থুংলে। নখোয়বু থাদোক্কুনা চৎলগনি। নখোয় পুন্সি নুংশানা নুংঙাইনা পাল্লু ? করিগুম্বা অৱাবা নঙলক্লবদা ঐবু নীংশিংলকউ।

ৱাহৈসি হায়বগা লোয়ননা হঙোইদু মশক-মতৌ ফজবা মী অমা ওন্থোরক্লম্মী অদুগা মাঙখিরম্মী। নহা ওইরিবা মতৈ-মনাও অনীদুনা ঙক্লা য়েংলম্মী। সোমদুননা খঙলম্মী, জগৎপু শেম্বীবা মপুনা পাঙথোক্লীংবা থবক পাঙথোক্লনবগীদমক ওইনিংবা মওং ওই। মহাক্লা মীওইবশিংগী মরক্তদা নত্তনা শাশিংগী মরক্তসু মহাকপু ফংবা য়াই। ■

# মচিন মনাও অনী

*নাগালেগুগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা অসা অমসুং মনসেরুং কৌবা মচীল-মনাও অনীখক লৈরম্মী। অসাগী মনাও মনসেরুংদি য়াম্না পঙলম্মী।

মখোয়না হোটেল মচা অমা ফমদুনা শেল তাল্লম্মী। মদুদগী ফংলকপা পৈশাদুনা মচীল-মনাওগীদমক্তদি ইকোম কোম্না হিংবা ঙম্লম্মী।

নোংমা অসানা মনাও মনসেরুংদা হোটেলদু শিন্নরম্নগা ঙা ফাবা চৎলম্মী।

খুলগী খুল্লাকপনা মনাইশিংগা লোয়ননা মনসেরুংনা ফন্নিবা হোটেলদুদা লাক্লম্মী অদুগা চাননবা চাক পীয়ু হায়রম্মী। মনসেরুংনা পৈশা হান্না পীদ্রবদি চাক পীরোই হায়রম্মী। খুল্লাকপনা মনসেরুংদা চাক চাথোক্লগা পৈশা পীদে হায়বরা, চারবা মতুংদা কোন্না পীগদবনি হায়রম্মী। মনসেরুংদি পৈশা হান্না পীদ্রবদি শুকপী-পীরোই হায়দুনা খুল্লাকপগা ঙংখৎনরম্মী। ব্রাঙাং-শঙাং ফজদবা থকসি-খাসি খঙদবা নুপামচাসি ফাও হায়দুনা মনাইশিংদা খুল্লাকপনা য়াথং তৌরম্মী। মনাইশিংদুনা মনসেরুংবু ফাদুনা চিংলগা পুরম্মী। খুল্লাকপবু মশক খঙদবা অপঙবা নুপামচাদু কিরদুনা ময়াম্ববু কৌদুনা কপ্লম্মী।

অসানা ঙা ফাবা হল্লকপদা মনাওনা কৌদুনা কপ্লকপদু তারম্মী। মহাক্না অরাপ্পদা মী খরনা মনাওবু চিংদুনা পুবদু উরম্মী। মহাক্না অশম্বা লম্বীদা ফাওজিল্লগা লাক্লম্মী অদুগা উপাম্বী অমগী মথক্তা কাখৎতুনা মানা ফারকপা ঙাদু য়ানশিল্লম্মী। মহাক্না উদগী কূমথরক্লগা মনাওবু ফাদুনা পুরিবা কাঙবু অদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না খুল্লাকপা অদুদা মনাও অপঙবদু থাদোকপীরম্মু, মাদি করিসু খঙজদবনি মাগী মরাল ঙাকপীয়ু হায়জরম্মী।

খুল্লাকপনা মাগী মনাওদু হৌন-লোনচৎ খঙদবা নুপানি থাদোকপা য়াদে হায়দুনা মনাওবু পুরগা চৎখিরম্মী। ময়াম্বনা মাবুতদি কনবিয়ু হায়না হন্না হন্না হায়জরবদা থাদোকপিরম্মী। তৌবতদি মনাও নুপাদু থাদোকপগী পৈশা নত্রগা অচাপোৎ কোংগদবনি হায়রম্মী।

অসানা পৈশাগী মহুৎতা মাগী উপাম্বী অমা লৈ মদুদা উহৈগুম্না ঙা পাল্লি। উপাম্বীদু খুল্লাকপদা কৎচরগে হায়রম্মী।

খুল্লাকপদু য়ারদুনা উপাম্বীদুগী মনাক তান্না লাক্লম্মী। উদা তদেক-তদেকপা ঙা পানবদু উবদা খুল্লাকপদু হরাওরম্মী। মানা মনাইশিংদা ঙাদু হেক্লবা হায়রম্মী। মনাইশিংনা ৱাদু তাবদা উপাম্বীদু কাদুনা ঙাদু হেকপদা ঙাদুদি পানবা ওইরমদ্রে। ময়াম্বনা মনাওনুপাবু কন্নবা য়ানশিনবা ওইরমলে।

খুল্লাকপগী মনাইশিংদুনা মখোয়গী লুচিংবদা ময়াম্বদুনা নমথাক তৌরে অদুনা মখোয়বু ফারুসি হায়বদা খুল্লাকপনা চৎখ্রসনু অশিংবা ময়াম্বনা মনাওবু কনখিবনি হায়দুনা য়াখিদ্রে। ঙাদু পুরদুনা খুল্লাকপা মরম পাংনা হল্লক্লে। ৫।

# পৃথিবীগী হৌরকফম

*সনতালগী ফুঙ্গাৱারী*

পৃথিবী অসি অহানবদা ঈশিং ঙাক্তা ঙাইরম্মী, নুপা-নুপী, শা-উচেক, উপাম্বী অমদি চীংজাওনচিংবা অমত্তা লৈরমদে। মফম খরদদি পাক্লবা ঈশিংগী ঈপাক অসি নিম মচুগী ফিদা থাবগুম্লম্মী অদুগা ঈথক-ঈপোমগী খোঞ্জেলসু অসুক্কী মতীক হৌরম্মী। ঈশিংগী ঈপাক নত্তনা অহিংবা জীব অমত্তা লৈরমদে।

ঠাকুর জিউ নত্রগা ঠাকুর বাবা (লাইশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা) না চাউরবা পৃথিবী অসিদা অহিংবা জীব অমত্তা লৈতবসি উবদা অহিংবা জীব খরা পুথোক্লগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্লা ঈশিংদা লৈবা শা খরা মরুওইনা গুম্ভীর, ব্রাইখু অমদি থেঙ্গুনচিংবা পুথোক্লম্মী। অদুগী মতুংদা মহাক্লা মীওইবা (নুপা অমসুং নুপী) শেমগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্লা ঈশিং মনুংদগী লৈপাক খরা পুখৎলক্লম্মী অদুগা মী অনীখক্কী মূর্ত্তি শারম্মী। মহাক্লা মীদুগী থব্রায় হাপ্লগে হায়না তৌরিঙৈদা নুমিৎতগী চাউরবা শগোল অমখক কূমথরক্লম্মী অদুগা খিন্দুনা থল্লিবা মূর্ত্তি অদুদা কাওথৎতুনা মচেৎ মচেৎ থুগাইরম্মী। মপাঙ্গল কল্লবা শগোল অদু সনগোদনা থারকপনি। মহাক্লা মীওইবা অমত্তা পৃথিবীসিদা লৈহনবা পামদে।

ঠাকুর জিউনা খল্লম্মী, ''মীওইবা শেমদ্রিঙৈদা উচেক হান্না শেমগে অদুবু মখোয়না পাইনবা, তোংনবা, মহুম শানবা উ-ব্রাশিং অমদি কংফালগী লমদম হান্না শেমদ্রবদি কদায়দা লৈগনি।''

মসিদগী মহাক্লা গুম্ভীরবু কৌরদুনা ঈশিং মনুংদগী লৈবাক পুখৎলক্তুনা কংফাল শেম্লনবা য়াথং তৌরম্মী। থুনমক গুম্ভীরশিং অদুনা লৈবাকশিংদু পুখৎলম্মী অদুবু ঈশিংনা হেক্তা থুমজিনখিবনা থৌরাং অদু ফেল ওইরম্মী।

অদুগী মতুংদা ঠাকুর জিউনা তিম্থোক্তা লৈবাক পুরক্লবা অদুগা অমুক থেঙ্গুগী মনঙ্গনদা থোনগৎতুনা ঈশিংদা ঈরোইদুনা পুরক্লবা হায়রম্মী। তিম্থোক্লা লৈবাক্কী লৈহাওদু চাথোক্লগা অকনবা লৈবাক্তু থেঙ্গুগী মনঙ্গনদা হাপকৎলম্মী। অসুম্না মখোয় অনীনা চোকথবা নাইদনা অহিং নুংথিল খাক্তনা লৈবাক হোন্দুনা কংফালগী শরুক্তু শেন্লম্মী। অদুদগী ঠাকুর জিউনা অব্রাংবা উপাম্বীশিং অমদি মোংশোং কয়ামরুমসু লৈহনবগা লোয়ননা অচৌবা উচেক অনীখক পুথোক্লম্মী।

ঠাকুর জিউনা উচেকশিংদুদা মকোল শান্নবা হায়রম্মী। উচেকশিংদুনা হায়রিবদুমক ইল্লম্মী। মখোয়না মকোল শাদুনা ফজরবা লংলবা ঙৌরবা মরুম অনী কোক্লম্মী। মরুমশিং অদুদগী মচা ওল্লকপা মতমদদি ফজরবা নুপামচা অমসুং নুপীমচা ওইনা থোরক্লম্মী। মদু উবদা উচেকশিংদু কিরম্মী। মখোয়না ঠাকুর জিউগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা মখোয়গী মরুমশিং অদু উচেক ওল্লকপগী মহুত্তা তাইবঙ মী ওইনা ওল্লক্লে হায়রম্মী। মদু তাবদা ঠাকুর জিউনা মোমোন নোক্লদুনা হায়রম্মী, ''ঐ খঙই, অঙাং অনীদুনা চাউরক্লগা নুপা অমসুং নুপী ওইগদৌরিবনি।''

অঙাং অনীদুনা চাউখৎলকপগা লোয়ননা মখোয় অনীবু পিলচুহরাম অমসুং পিলচুবুরহি হায়না খঙনরম্মী। মখোয়গী শেৎন-ইন্নবা ফিরোল অমত্তা লৈরমদে। ঠাকুর জিউনা, মখোয়না থক্ল বা মহি খরা শেন্লম্মী। মদু থকপদগী মশাদা ইকায়বা ফাওরম্মী। মখোয়না মশাবু ইকায়বদগী কন্নবা উকুনচিংবা শেৎলম্মী। মখোয় অনী লৌন-লৈনরম্মী।

মখোয়না মচা মথং মথং পোক্লম্মী। মচাশিংদুনা অমুক মচা মশু কয়া পোকলক্তুনা ইমুং কয়ামরুম লৈরক্লম্মী। মখোয়বু সনতাল হায়না খঙনরম্মী। মখোয়গী মশীং অসুম অসুম হেনগৎলকপনা থেঙ্গু অমসুং তিম্থোক্লা লৈবাক থোনগৎতুনা শেমখিবা কংফালগী শরুক্তা মী লৈবা চল্লক্লমদে। অদুদগী সনতালশিংনা কংফালগী শরুক অদু

পাকথোক-চাউথোক্লবা হোৎনরম্মী।

অঙাংশিং হেন্না হেন্না পোক্লকপা অমদি মীশিং য়ামখৎলকপনা হারাতাদা মখোয় পূন্না চহী খরা লৈরবা মতুংদা মখোয়না তুরেলগী মপান্দা লৈবা সাসন-বেদা হায়না খঙনবা মফমদুদা খুন্দারম্মী। মফমসিদা লৈরিবা সনতালশিং অসি শরুক অনীথোক্লা খায়দোক্তুনা শরুক খরনা লৈহৌরগা শরুক খরনা মাঙলোমদ চঙশিন্দুনা লাক্লম্মী। মখোয়না অসুম অসুম লাকপদা অৱাংবা চীং অমা থেংনরম্মী। মখোয়না অৱাংবা চীংদু কারকপদা নুমিৎপু উরম্মী। মখোয়না খুদোংথীবা কয়া লাম্হোক্তুনা লাক্লবা অৱাংবা চীং মরং বুরুবু (অচৌবা চীং) খুরুন্নম্মী। মখোয়না অসুম অসুম লাকপনা চাহ লৈবাক য়ৌরম্মী, অদুদগী চম্পা তম্না খোঙশাল্লম্মী।

চম্পা সনতালশিংগী মখাদা লৈরম্মী। মখোয়না রামগী মতেং পাংদুনা রাবণগী মায়োক্তা লৈখিবগুম হিন্দুশিংগা লোয়ননা য়াম্না শান্তি লৈনা লৈমিন্নরম্মী। অদুবু মমৈথঙদদি হিন্দুশিংগা খৎনবতা নত্তনা মখোয় মশেলসু খৎনবা হৌরক্লম্মী। মখোয় মশেলগী মরক্তসু খুন্দাস, বিরহোর্সনচিংবা ট্রাইব কয়ারুম থোক্লা খায়দোক্লম্মী। মখোয় খরনা বিহারগী ছোতা নাগপুরদা লৈরম্মী। অদুদগী মীশিং অসুম অসুম হেনগৎলক্তুনা মফম অসিবু সনতাল পরগনাম হায়না খঙনরম্মী। মফমদুদগী অমুক বেঙ্গলগী বীরভূম, সিংভূম অমদি বিহারগী পালমাউ দিষ্ট্রিক্টতা শন্দোক্লম্মী।

সনতালশিংনা ঠাকুর বাবাবু পূজা তৌরম্মী। মমাংঙৈগী মতমদদি ফৌগী মহুত্তা চেঙ ওইনা পাল্লম্মী, লশিংগী লৈ অদুসু শেৎপা য়াবা ওইনা পাল্লম্মী।

সনতালশিং অসিদি কোক ফনা হাক্কজ রবসু কোক্তা লৈবা হীক ফানরমদে। চম্পা নিংথৌগী থবক তৌবা সনতাল লৈশাবী অমদি য়াম্না মোৎলম্মী। মহাক্না ষনগী শঙ্গোল শেংলুরগা মখূৎতু মানা শেৎলিবা ইল্লিবা ফিশিংদুদা তৈশিল্লম্মী। চাক-ঈশিং চাবা থকপদসু মখূৎ হামদনা

চারম্মী। ঠাকুর বাবাদি অসিগুম্বা অমোৎপগী থবক অসি উবদা য়াম্না শাউরম্মী। মহাক্না চেঙ ওইনা পানবগী মহুত্তা ফৌ ওইনা পান্নবা অমদি লশিংগী পাম্বীদা লশিং মরু ওইনা পান্নবা য়াথং তৌরম্মী।

মমাংঙৈগী মতমদদি অতিয়াগা মালেমগা য়াম্না নক্না লৈরম্মী। ঠাকুর বাবানা ইমুং খূদিংমক্কী য়ুমশিংদা মরক মরক্তা হেক হেক লাকই। মহাক্না মীশিংদা চাবা-থকপগী কোল লুখাকশিংদু মমাঙদা নত্তুগা মনীংথোঙদা ফেঙদোক্তুনা নুমিদাংদা থমলোইদবনি হায়রম্মী। অদুবু নোংমদি ঠাকুর বাবানা মানা হায়রিবশিংদুদগী ওন্ন-তৈননা লৈরম্বদু উবদা য়াম্না শাউরম্মী অমসুং য়ূমদুদা অমুক হন্না চঙলকখিদ্রে। ঠাকুর বাবানা হায়রিবা ব্রাশিংদু নুপাদুনা ইল্লমদে। মহাক্না হান্না হৈনরক্লবা অমোৎপা লমচৎতু অদুমক তৌরম্মী।

ঠাকুর বাবাগী লোয়নবী থানি। থব্রানমিচাক্না মখোয়গী মচাশিংনি। ঠাকুর বাবা অসি মৈশা পুবা নুমিৎনি নত্তুগা শিং চন্দোননি। মহাক্না মীশিং অদুবু চাকথেকহল্লগে হায়দুনা মৈশা থাদোরক্লম্মী। থানদি মদু তৌবিদনবা হায়জরম্মী অদুবু শীং চন্দোনদি মীশিংদুবু মাঙতাকহন্নবগীদমক অকনবা ফিরেপ লৌরে হায়রম্মী। মহাক্না মহাওইরিবা নুপা নুপী অনীখক চীংগী নাকন্দা লৈরিবা শুরুংদা লৈনবা হায়রম্মী। মখোয় চঙখ্রবা মতুংদা শুরুংগী থোঙদু থিংজিল্লম্মী। মখোয় অনী নত্তনা অতৈদি নুমিৎ মঙানিরোম মৈ চাক্তুনা মী পূম্নমক তুম্না শিরম্মী।

শুরুংদা লৈরিবী অনীদু লৌন-লৈনরম্মী। মখোয়গী অহানবা পোকপা মচা অদু, থৌজাল হৈবা থানা অচৌবা বাসকেট অমদা অঙাংদু হাপচিল্লগা মখুম অদু লৈখোম্না খুমজিন্দুনা লোৎলম্মী। মতুংদা মখোয়না মচা-মশু পোক্লক্তুনা ধারা-নালা মথং মথং শন্দোক্লম্মী। ঙসি ফাওবদা সনতালশিংনা প্রকৃতি অমদি থাগা লৈনরিবা নুংশিরবা লমচৎ অসিবু ঙাক্তুনা থমলি।

# শওমগা হায়নখিবা

*পঙ্গাবকী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা ইনাকখুনবা নুপা অমগী হৈ-রা য়াম্না হৌবা হৈকোল অমগী মনাক্তা শীংচনবা নুপা অমা মাগী নুপীগা অপীকপা খাঙপোকশঙ অমদা লৈরম্মী। লাইরবা নুপাদুগী মাঙ্গোনদা ইনাকখুনবা নুপা অদুগী মরীকচুম্না পাল্লবা নাসপাতিগী মশা খরা য়াম্থরম্মী।

ইনাকখুনবা নুপাদুনা লাইরবা মতৈ-মনাওদুদা হায়রম্মী. "করিগুম্বা হৈশিং অদুনা কেল্লক্লবদি অকেনবশিং অদু নখোয়গী ওইগদবনি।"

অহল অনীদুনা খল্লম্মী, "করিগুম্বা নোংলৈ-নুংশিৎ শীৎলক্লবদি হৈশিং অদু লৈমায়দা কেল্লক্কনি অদুনা অমুক্তং অকনবা নুংশিৎ শীৎলক্লবদি নুংঙাইখ্রগনিদা হায়না খন্দুনা ঈশ্বরবু খুরুমজরম্মী। অদুনা নোংলৈ-নুংশিত্তি লাক্লমদে। হনুবীদুনা মুরুম মুরুম শোল্লম্মী, ঈশ্বরনা মখোয়বু (হৈশিং অদুবু) কনবিনীংমাল্লে। মহাক্না মপুরোইবদা তনগা অমা পীরম্মী। মহাক্না মতম অয়াম্বদা মাগী নুপীদগী হেন্না থবক য়াম্না শূরম্মী অদুনা মহাক থবক শূমন্দুনা ময়াং কংলম্মী।

নোংমা শীংজনবা নুপাদুনা মাগী নুপীদা খেচরি খরা হৌদুনা পীজদ্রগদি মহাক থবক শূবা চৎপা ঙমলরোই হায়রম্মী। নুপীদুনসু করিগুম্বা পীজদ্রবদি শিখিবসু য়াই হায়না খল্লম্মী। অদুনা মহাক্না খেচরি হৌনবা শেম-শারম্মী অদুগা মহাক্না মপুরোইবদা শীং মপুল অমা পুবিরক্লবা হায়রম্মী।

নুপাদুনা শীংদু লৌবা চৎলম্মী। মহাক্না চৎনা চৎনা খেচরি চাবগী ব্রাখল খন্দুনা চৎলম্মী।

মহাক্না শীংদু পুরগা হল্লকপদা শওম অমা থেংনরম্মী। শওমদুনা

নুপাদুদা শীং পুরিবদু কৈদৌনবনো হংলম্মী।

"ঐগী নুপীনা ঐগীদমক হাওরবা খেচরি হৌবীরি অদুবু মহাক্না শীং মপুলসি পুরক্কবদি খেচরি পীজরোইদৌরি। নহাকসু খেচরিগী নুংশিবা মনমদু তাবদদা চানীংবনা ঙাওগনি।"

মদু তাবদা শওমদু চানীংবনা মতীল য়োৎলম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "ঐসু শীং মপুল অমা পুরক্লগদি নহাক্কী নুপীনা খেচরি পীজগদ্রা ?"

শীংজনবদুনা হায়রম্মী, "করিগুম্বা শীং মপুলদুনা য়াম্না য়ান্নবদি..." অদুবু মাগী নুপীনা করি হায়রক্কদগে হায়বদি খঙলমদে।

"ফরেনে, ঐনা শীংদু মপুল মরি পুরক্লবদি য়ারবা নত্রা ?"

মাগী নুপীনা শওমদুদা কৈদৌঙৈদসু খেচরিদু পীজরক্লোই হায়না খল্লদুনা শীংজনবদুনা হায়রম্মী, "মদুনদি য়ারোই মরমদি খেচরি হৌবদা চঙলিবসি অফবা চেং, ঘি অমদি অতৈ মচাক-মথুম কয়ানি অদুনা ঐগী নুপীনা মমল খরা য়াম্না পামগনি।"

"ফরেনে, অদু ওইরবদি মপুল নিপাল পুরক্লগে।"

"নত্তে, তরা ওইনা পুরকউ।"

মপুল তরা হায়রকপদা শওমদু মমীৎ লংখৎলম্মী, অদুবু হায়রম্মী, "ফরেনে, ঐহাক পুরক্লগে নহাক চৎলো অদুগা নহাক্কী নুপীদা ফোঙ ফোঙ শাবা খেচরি খাক্লম্মু হায়য়ু। ঐহাক থুনা শীংদু পুরগা লাক্লগে।"

শীংজনবা নুপাদু জ্ঞান-মেন অমত্তা তাদনা চৎলম্মী অদুগা শওমদুনা হায়রকপা ময়ামদু মাগী নুপীদা তন্নম্মী।

য়ানরক্লিবা ব্রাফম অদুবুদি ফৈ হায়না মাগী নুপীনা হায়রম্মী। অদুবু মহাক্না মপুরোইবদা মহাক্কী শরুক্তগী শওমগী শরুক্তু খায়দোকপা পামব্রা হায়না হংলম্মী। তশেংবদি নুপীদুনা খেচরিগী চফু অদু মাংদা থন্নগা লোইদ্রিফাওবা লৌদুনা চাবা পান্নম্মী।

শীংজনবা নুপাদু অদুক হাক্লা শিংবদি ওইরমদে। মহাক্লা মাগী

নুপীনা হায়রিবদু চুন্মী হায়না খল্লম্মী অদুবু মাগী শরুক্তগী শওমগী শরুক খাকপদি পূক থনগদবা মাল্লমদে।

শওম লাক্লিঙৈদা চাবা হৌরসি হায়দুনা মখোয়না হেক ঙম্বমখে থুনা চারম্মী। নুপাদুনা হায়রম্মী, "শওমগী খেচরি খরদি খাকসি।"

চানা চানা নুপীদুনসু খুন্নম্মী, "খাকসি।"

নুপাদুসু মপুক থনদ্রিফাও কিৎ-কিৎ নমদুনা চারম্মী। অদুগা শওমগী খরদি খাক্তবা য়াদে হায়রম্মী।

হায়না হায়না চফুদদি খেচিরি অমত্তা য়াওদ্রে। মদু উবদা নুপাদুনা হায়রম্মী, "কমদৌনি, শওমগী খেচরি অমত্তসু য়াওদ্রে।"

নুপীদুনা হায়রম্মী, "নহাক্না করিগী অদুক য়াম্না হেঞ্জিন্ন চারিবনো ?"

"ঐদি অসুক্কী মতীক লাগ্নে অদুগা নহাক্না চফু অসিগী তঙ্খা হেন্না চাথোকখ্রে।"

"ঐদি চাদে। মী খূদিংমক্না খঙলিবনি নুপীদগী নুপানা হেন্ন চায়।"

নুপাদুনা হায়রম্মী, "নুপী খরদি অদুক য়াম্না তমথিনদু তৌদে অদুবু ফরে ঐখোয় হৌজিক খৎনরুদুনা করি কান্নগনি। খেচরি লোইনা চাথোকখ্রে। শওম অদুসু লাক্লনি য়াম্না তমথিবা শানি।"

"শাথিরবসু করিসু কিনিংঙাই ওইদে" নুপীদুনা হায়রম্মী, "মহাক্না পুরকপা শীংদুসু লৌগনি অদুবু... ঙাইহাক খল্লগা হায়রম্মী, "হৌজিক ঐখোয়না করি তৌগদগে হায়বদু খন্নরসি। ঐখোয়না মপান্দগী শো লোনশিল্লসি অদুগা খেচরিগী অহাঙবা চফুসি মৈনাক্তা থল্লগা ঐখোয়না লোৎতুনা লৈরসি। শওম অদু লাক্লগা খেচরিগী অহাঙবা পাত্রসি উরগনি অদুগা ঐখোয় লোইনা চৎখ্রে হায়না খঞ্জগনি।

শওমদুনা মাঙ্গোনদা হুন্দোক্লন্নিবা অহাঙবা পাত্রসি উবদা

মখোয়দৌ শাউগৎকনি অদুবু ঐখোয় কনামত্তা উদ্রবনিনা কৈসু তৌররোই। মহাক্না ব্রানা পুরকপা শীংদু অমুক পুরগদি চৎলোই হায়না থাজৈ।

অহল ওইরবা নুপাদুনা মাগী হৈশিংলবী নুপীদুনা তৌরিবা প্লানদু য়ানিংলম্মী। মখোয়না থোঙদু লোনশিন্দুনা শওমনা উরোইদবা মফম অমদা লোৎতুনা লৈরম্মী।

শওমদুনা য়াম্না ব্রানা উদু খোমজিল্লম্মী। মপুল তারা শাবা হায়বসি অরায়বা থবক অমা ওইরমদে অদুবু মহাক্না মপুলশিংদু মনঙ্গনদা থোনগৎতুনা শীংজনবা নুপাদুগী ময়ূম তান্না লাক্রম্মী। মহাক্না চাকথোংফম ময়াদা খেচিরি হৌবগী পাত্রদু উরম্মী। মহাক্না মনঙ্গনদগী শীংদু থারদুনা পাত্রদুগী মনাক তম্না চঙশিল্লম্মী অদুবু খেচরিদি অমত্তসু য়াওরমদ্রে। মাগী মায়থোঙদু শাউনিংবনা ঙাংশং ঙাংলম্মী। মমীৎ অনীদু মৈ হৌনা লংখৎলম্মী। মনাতোন মখুল অনীদা স্বর চাউনা চাউনা হোন্দোক্রম্মী। পাত্রদুদা চেঙ মরু অমত্তসু য়াওদে, হৱাই মরু অমত্তসু তাদে, ঘী মরীক অমত্তসু পক্তে অদুগা সুপ্নগী খেচরিগী মনমদি য়াওরি। মহাক শাউনিংবনা মথোঙদু খোৎলম্মী, অশাউবদু লাকশিনবা ঙম্লমদে। মহাক্না শীং মপুলশিংদু লংখায়দুনা লাউরম্মী।

শিংলবী, ফত্ত-লৌশিং লৈবী নুপীদুনা খল্লম্মী, শওম অসি য়াম্না চোকথরে অদুনা শীং মপুলশিং অসি পুদুনা চৎপা ঙম্লরোই।

শওমদুনা ঙংলদুনা হায়রম্মী, "হনুবা মতৈ-মনাও অসি ঐনা শোয়দনা লমন খুমগনি। ঐনা খেচরি চাবা ফংদ্রবসু চফুসিদি পুরগনি।"

চফুদু পায়দুনা খাঙপোকশঙদুদগী থোরকপদা মাঙ্গোনদা অমুন-অমুনবা নাসপাতি ময়াম পাল্লিবদু উরম্মী। মহাক চানিংবনা মতিল য়োৎলম্মী অদুগা য়াম্নসু লাম্নম্মী। মহাক্না চোংখৎতুনা অচৌবা মশা অমা লামথরম্মী অদুগা অমুনবশিংদু হেক্রম্মী। হেক্না হেক্না খল্লম্মী, অমুনবা নাসপাতিশিং অসি য়ূমদা পুদনা অতোপ্পা শওমশিংদা য়োনবা য়াগনি। মসিদগী মহাক্না অমুনবা নাসপাতিশিং অদু চফুদুদা হাপচিল্লম্মী অদুগা

মুন্দবশিং অদুনা মহাক্না চারম্মী।

থোঙগী অহোবদা হনুবা মতৈ-মনাওনা শওমনা তৌরিবদু তূমিন্না য়েংলম্মী। মখোয়না শওম তাখিনি হায়দুনা তপ্না-তপ্না স্বর হোল্লম্মী। হনুবীদু ঈংশিল্লক্লম্মী অমসুং মহাক্না স্বর হোনবদু লাকশিন্নবা হোৎনবদা অরুবা অমা ওইরম্মী।

শওমদুগী মখুত্তা অমুনবা নাসপাতি পীকথন্না যাওরি, চফুদ্সু পায়রি। মহাক্না শি শি চিংখৎপগী মখোল অমা তাবদ্দা তুংহন্না য়েংলম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, কনাগুম্বা অমনা মঙোনতম্না নোংমৈ কাপকে হায়দুনা হোৎনরমাল্লে। মসি খল্লুবদগী খেচরিগী পাত্রদ্ থমদুনা ঙম্বমখৈ যাঙনা চৎখিরম্মী।

হনুবা মতৈ-মনাওদুনা খেচরি চফুদুসু লোইনা চাথোক্লম্মী অদুগা শীং কোকথোং অমসু ফংবগী মথক্তা অমুন-অমুনবা নাসপাতি চফু অমসু ফংলম্মী। মখোয় য়াম্না হরাওরম্মী অদুগা উপায লৈত্রবা শওম অদুদি অশিনবা নাসপতি খরা চারগা চৎখিরম্মী।

# নিংথৌ অমসুং তেনৱা

*পঙ্গাবকী ফুঙ্গাৱারী*

মমাংঙৈগী মতমদদি শা-উচেকশিং অসি মীওইবগুম ৱা ঙাংই অমদি মীগুম্না য়াম্না শিংই হায়নৈ।

নিংথৌনা উচেক ময়ামগী মনুংদা তেনৱা অমা পোন্দা য়োক্কুনা থারম্মী। মহাক্না তেনৱাদুবু য়াম্না নুংশিনা তৌরম্মী। নুংতিগী অয়ুক অমসুং নুংদাং খূদিংগী তেনৱাগা ৱারী শারম্মী। নিংথৌনা তেনৱাদুবু মাগী খুমাংদা তোংহল্লদুনা মাগী অঙাঙবা মচীন অদুনা নিংথৌগী খল্লাইদা চীথি চীক্কনা তক্কনা লান্দুনা শান্নরম্মী অদুগা নিংথৌদা য়াম্না নুংশিনা তেনবা-নৌনা ৱা ঙাংলম্মী।

বসন্তগী মতমনি। পাঙ্গী তয়াম্বা য়েনিং হুল্লম্মী। মালেমসি অশংবা ফিজোল শোনবগুম নীংথিরম্মী। অসিগুম্বা বসন্তগী নীংথিরবা অয়ুক তমদা তেনৱানা নিংথৌবু য়েংলদুনা হায়রম্মী– "ইনিংথৌ ইবুংঙো, ঐনা মতম য়াম্না কুইনা ঐগী নৈফম য়ুমদু থাদোক্কনা লাক্লে। অদুনা ঐবু মতম খরা থাদোকপিয়ুবা, য়ুমদা চৎচক্লগে।"

নিংথৌনা হায়রিবদু য়ানিংলমদে মরমদি মানা মাগী নুংশিরবা তেনবা অদুবু কোনুংদগী হেন্না অতোপ্পা মফম কদায়দসু চৎহনবা পাম্লমদে। অদুবু তেনৱা অদুনদি নুংতিগী চৎপগী ৱাফমদুমক হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়রম্মী। তেনৱাদুনা নুংতিগী তকশিল্লকপা অদুদা নিংথৌদু হোয় হায়দুনা য়ারম্মী। তৌবতদি থা তরুক্কী মতুংদদি হল্লক্কদবনি লোয়ননা মহাক্না হল্লকপা মতমদা নিংথৌবু নীংশিংই হায়বগী নীংশিং খূদোল অমা পুরক্কদবনি মরমদি মদুনা মহাকপু (নিংথৌবু) নীংশিংই হায়বগী সাক্ষি ওইনবনি।

তেনৱানা হায়রম্মী, "ঐহাক্না ইবুংঙোবু য়াম্না নুংশিজৈ, মতম

খূদিংমক্তসু নুংশিদুনা লৈগনি। ঐহাক্না ইবুংঙোগীদমক খুদোলপোৎ অমদি শোয়দনা পুজরক্কনি।”

নিংথৌনা তেনৱাদুবু নুংশিনা চূপ্পীরম্মী অদুগা তেনৱাদুনসু নিংথৌগী খজাইদা মাগী অঙাঙবা মনাতোন্দুনা নাল্লম্মী। অদুদগী শঙবান্নরবা অতিয়াদা অশংবা মচুগী মশাশিং অদু খপ্ন-খপ্নদুনা পাইখিরম্মী।

মহাক্না উপাম্বী অমদগী উপাম্বী অমদা চীং অমদগী চীং অমদা, তম্পাক অমদগী তম্পাক অমদা য়াম্না হরাওনা অতিয়া মথক্তুদা কোয়পাই পাইরম্মী।

নিংথৌনা তেনৱাদুনা পাইরিবদু কদায় তান্না পাইরিবনো হায়বদু খঙনিংলম্মী। অদুনা মাগী মনাইশিংদা তেনৱাদুনা পাইরিবদু কয়াম লাপ্না পাইরিবনো হায়বদু খঙদোক্লুনবা থারম্মী।

মনাইশিংদুনা শগোল থৌদুনা তেনৱাদুনা পাইরিবদু তান্ন-তান্নদুনা মাইল কয়া লাপ্না চৎলম্মী। মখোয়না উ-ৱা কয়া হৌদবা অহাঙবা লমহাং অমা য়ৌরম্মী। মফমদু নাপীসু হৌদে। চাউরবা তুরেল অমদি মখোয়গী মীৎমাঙদা লৈরম্মী অদুনা মখোয় তুরেলদু লান্থোকপা ঙম্লোইদবনিনা ময়ূমদা হন্নবা শেম-শারম্মী। মখোয়না অতিয়াদা তেনৱাদুসু পাইবা উরমদে অমসুং কদায় তান্না পাইখ্রবনো হায়বসু খঙহৌদরে। মখোয়না হল্লগে হায়না তৌরকপা মীকুপ অদুদা নিংথৌগী মনাই অমনা চাউরবা তুরেলগী মপান্দা হৌবা উপাম্বী অমগী উশাদা উচেক্কী মকোন অমা শাবা উরম্মী। তাঞ্জাদুদা অকনবা নোংলৈ- নুংশিৎ শীৎলক্তুনা উশাদা য়ান্থরিবা মকোন্দু ঈশিংদা তারম্মী। মকোন্দুদা মখোয়না তেনৱাদু উরম্মী ।

নিংথৌগী মনাইশিংদুনা তেনৱাদু মখোয়গা লোয়ননা হনখিনবা হায়রম্মী অদুবু তেনৱাদুদি পাউখুম অমত্তা পীদনা তূমিন্না লৈরম্মী।

তেনৱানা য়াদ্রবদা নিংথৌগী মনাইশিংদুনা মখোয়না উরকপশিংদ

নিংথৌদা তল্লম্মী। পাউদু তাবদা নিংথৌদু য়াম্না ঙক্লম্মী মরমদি মাগী অদুক শিংখ্রবা তেনব্রা অদুনা ফজরবা কোনুংগী পোন অদু থাদোক্তুনা লাপখ্রবা লমহাং অমদা উপাম্বী অমগী মথক্তা মহুম শাদুনা লৈবদুনা হেন্না নুংঙাইরে হায়বদু খল্লুবদনি।

মতমদি লেপ্পা লৈতনা অসুম চৎখি। তেনব্রা অদুসু মকুম-মথা শুরদুনা মরূম কোক্তুনা মচা কোল্লম্মী। মচাশিং অদু নোংমা নোংমগী চাউরক্লদুনা পাইবা ঙম্লম্মী। মচাশিং অদুনা পুরা পায়বা ঙম্লক্লবদা মমাবু থাদোক্তুনা পাইখিরম্মী। তেনব্রাদুনা নিংথৌগী মফমদা মাবু নীংশিংই হায়বগী নীংশিং খুদোল অমা শোয়দনা পুরক্কনি হায়না ব্রাশক্লম্বদুসু নীংশিংলক্লম্মী।

তেনব্রানা হেল্লোইশিংগী ফজরবা লৈকোলদা চৎলম্মী। লৈকোলসিদগী অতরগুলাপকুম্না ঙাংনা ফজরবা সেম অনীখক হেক্তুনা পুরক্লম্মী। মহাক্না কোনুংগী গেট লানশিল্লক্তুনা হেক পাইশিল্লকপগা নিংথৌগী মনাইশিংনা তেনব্রা লাক্লে হায়বগী পাউ নিংথৌদা পীরম্মী।

নিংথৌ থোরক্লবদা তেনব্রানা নিংথৌগী খুদাংদা তোংলদুনা যাম্না হরাওনা সেম অনীদু পীরদুনা হায়রম্মী, "ঐহাক্না ইনিংথৌ নুংঙোবু মতম খুদিংমক্তা কাউজদে।" নিংথৌদু চিংনবা পোক্লম্মী মরমদি তেনব্রাদু মতম খরা শাংনা মহাক্কী মনাক্তগী লাপথোক্তুনা লৈরুরে অদুনা মহাক্না পুরক্লিবা সেম অনীদু হু য়াওরম্লবদি হায়দুনা খল্লম্মী অদুনা সেমদু মহাক্না চাবগী মহুত্তা মাগী হূইদুদা পীজনবা লংশিল্লম্মী।

লাম্লবা হূইদুনা সেমদু য়াম্না হাওনা চারম্মী অদুবু ঙাইহাক লৈরগদি হূইদু ওন থোইদুনা চৈনা খাঙলম্লগা শিরম্মী।

তেনব্রানা তৌরিবা লৌনম অদুদা নিংথৌদু শাউরম্মী। মহাক্না খূদক্তা তেনব্রাদুবু মখূৎনা পায়শিল্লগা মঙক লৈথৎতুনা হাত্তোক্লম্মী। অদুদগী নিংথৌনা অনীশুবা সেমদু লংথোকখিনবা মনাইদা য়াথং তৌরম্মী। অদুবু অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লম্মী মদুদি হুন্দোকখিবা

সেম অদু নিংথৌগী লৈকোলদা তারম্মী অদুগা থুনমক চাউরবা সেম পাম্বী ওইনা হৌরক্তুনা উহে কয়ামক্রম পাল্লম্মী।

মদু উবদা নিংথৌনা হায়রম্মী, ‘‘মসিদা হৌরিবা সেম পাম্বী অসি অশিবগী (মী শিবগী) পাম্বীনি অদুনা পাল্লিবা হু চেনবা উহে অসি কনামত্তনা হেক্তুনা চারোইদবনি, করিগুম্বা চারুরবদি শোয়দনা শিগনি অদুনা মফম অসিদা নখোয় কনামত্তা চঙবা য়াদে।’’

নিংথৌগী লৈকোল অসিগী ব্রাংমদা ব্রাইশিৎপা মতৈ-মনাও লৈরম্মী। মখোয়গী মথৌদি শগোলশঙ অদুবু তরু তনান্না লৈহনবনি অদুবু মখোয়গী তলবতি খজিক্তং পীবনা য়াম্না ব্রানা লেলম্মী। কনামত্তনা মখোয়বু থৌশাবীরমদে অদুগীসু মথক্তা অনেম্বা শাগেগী মীনি হায়দুনা শোক্ল-শম্লবসু তৌরমদে। নোংমা নুমিদাং অমা ব্রাইশিৎপা নুপাদুনা মাগী নুপীদা, মখোয়সি য়াম্না ব্রানা লেল্লক্লে, অহলস্ ওইরক্লে, শগোলগী সেবাদদা পুন্সি কেন্নক্লে অদুনা অশিবগী পাম্বীদা পাল্লিনা উহেসি চারগা শিমিন্নরসি হায়রম্মী।

ব্রাইশিৎপগী নুপীদুসু মপুরোইবনা হায়রিবদ য়ারদনা লৈকোলদ তম্না চঙলক্লম্মী অদুগা উহেদু অমমম হেক্তুনা মসিনা পুন্সিগী অরোইব চীঞ্জাক ওইরগনি হায়না খন্দুনা চারম্মী অদুবু অঙকপদি মখোয় অনী শিবগী মহুত্তা চহী কুনগী নহা ওম্থোরক্লম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা নিংথৌগী শাগোলশঙগী মপু (মাষ্টর) অমদুনা শকখঙদবা নহা অনীদু উরম্মী অমসুং মখোয়বু কনা কনানো, কমদৌনা মফম অসিদা চঙলক্লিবনো হংলম্মী।

নুপাদুনা খুল্লম্মী, ‘‘ঐখোয় অনী চহী কয়াদগী মফম অসিদা লৈরক্লিবা ব্রাইশিৎপা মতৈ-মনাওদুনি। ঐখোয় অনীগী পুন্সি অসি ব্রামল্লে অদুনা শিমিন্নরুরসি হায়দুনা নিংথৌনা চাবা য়াদে হায়দুনা থিংলিবা সেম হেক্তুনা চারুবদগী শিবগী মহুত্তা নহা ওম্থোরক্লিবনি।’’

মদু তাবদা নুপাদু য়াম্না ঙক্লম্মী। মহাক্না মখোয় অনীদু নিংথৌগী মমাঙদা পুরম্মী অদুগা ব্রারী পূম্নমক্তু নিংথৌগী মফমদা লীরম্মী।

নিংথৌদু হায়রিবা ৱারীদুদা থাজরমদে অদুনা হৈ হেক্তুনা চাবা য়াদে হায়দুনা থিংদুনা থন্নিবা নিয়ম অদু থুগাইবগীদমক হাৎকনি হায়না য়াথং লাউথোক্লম্মী।

শগোল শেন্নবা নুপাদুনা ৱাইশিংৎপনা হায়রিবা ৱাদু চুম্বরা চুমদবরা চাং য়েংবিয়ু অদুগা দন্দি পীবিয়ু হায়রম্মী।

মাগী ৱাদু তাবদা নিংথৌনা মাগী অহল ওইরবা মনাই অমবু কৌরম্মী অদুগা অঙকপা উহৈ অদু হেক্লুনবা হায়রম্মী।

অহলদুনা উহৈদু চৈনা হেক্তুনা থুমোক মচা অমা থন্না পুরক্লম্মী।

নিংথৌনা ময়ামদুগী মরক্তগী অপাম্বা অমা চান্নবা হায়রম্মী। অহল ওইবা নুপাদু নীংজিং মাঙজিননা কিনা কিনা উহৈদু চারম্মী। থুনমক নিংথৌগী মমাঙমক্তদা নুপাদুগী অখুইবা উনশা ময়ামদু তদেক-তদেকলক্তুনা চহী কুনগী নহামচা অমা ওইরক্লম্মী।

মদু উবদা নিংথৌদু মাগী ফমফমদগী ফুক হৌগৎলক্তুনা অমা চারম্মী অমসুং থুনমক নহা ওন্থোরক্লম্মী। নিংথৌগী অঙম-অথৌ অহন ওইরবশিংদু উহৈদু চারম্মী অমসুং মখোয় লোয়না নহা ওইরম্মী।

নিংথৌনা মাগী মমিং চৎলবা ডাক্তরশিং অমদি অখঙ অহৈ পুম্নমক কৌরুনবগী মী থাখিরম্মী। মহাক্না মখোয়দা অঙকপা উপাম্বীদুগী মরমদা খঙহন্নবা হায়রম্মী।

ডাক্তরনা কূপ্না উহৈদুগী মরমদা থিজিল্লবা মতুংদা নিংথৌদা হায়রম্মী, ‘‘অহানবা হূইবু শিহনখিবা সেম অদুদি লিম্না লেক্লুরবা উহৈনি। হায়রিবা উহৈ অসি হেলোইগী লৈকোলদা হৌই। লিননা লেকপদা লিনগী মতিল হু ওইবদু উহৈদুদা পকহৌবনি অদুনা হূইদুনা চারুবদা খুদক্তা শিখিবনি। উহৈ অনিমক উপাল অমত্তদগী হেক্লকপনি। তেনৱাদা মরাল পীরুবা অসিমক্তি চুমদবনি।’’

নিংথৌনা অয়ুক নুমিদাং খূদিংগী উপাম্বী অদুদা লৈ কৎলম্মী। মতম খরগী মতুংদদি উপাম্বীদু তীর্থ চৎপা কয়াগী মফম ওইরক্লম্মী। ❧

# মেজিক্কী বোল

*গুজরাতকী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী মহারাণী অনী লৈরম্মী। নিংথৌনা রাণী অতোনবী অদুবু খোইদোক-হেন্দোক্লা লুনা তৌরম্মী। অদুবু মহাক্তি মচা অমত্তা পোক্লমদে। রাণী অহল অদুদি মচা পোক্কদৌরম্মী অদুনা নিংথৌনা কদায়দা করি শোয়খিদগে হায়দুনা কৃপ্পা য়েংশিল্লম্মী। নিংথৌনা মহারানী অহল অদুবু লুনা, চান্না তৌরকপদু উবদা অতোনবীদু কল্লক্লম্মী। অদুনা মহাক্লা পোক্লক্কদৌরিবা অঙাং অদু হাৎনবা থৌরাং তৌবা হৌরম্মী। মহারানী অহল অদু অঙাং নুপা অমগা নুপী অমগা ফাইবোক পোক্লম্মী। অহন্না অঙাং উনবগী চৈনা খাঙদুনা ব্রারিঙৈগী তাঞ্জা অদুদা রানী অতোনবী অদুনা অঙাং অদু মী ওইনা পোকপগী মহুত্তা নাপীগী খূদোপ অমসুং শুমজিৎখোক ওইনা পোক্লে হায়দুনা লাউথোক্লম্মী। মহাক্লা মায়োক্লবী মাইবী অদদা সনাগী লীক অমা পীরম্মী অদুগা অঙাং অনীদু হাৎতোক্লবা য়াথং তৌরম্মী। নিংথৌনা মচা ফংলগনি হায়না হরাওজরম্বদু পাউদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাক্লা মহারাণী অহলদুবু পামদবা নুংশিদবা হেল্লম্মী।

পোকপদা ঙাইরিবা মশক মতৌ ফজরবা অঙাং অনী অদুবু মায়োক্লবী মাইবী অদুনা হাত্তোকপা পাল্লমদে। অদুনা মহাক্লা অঙাং অনীদু উগী বোক্স অমদা হাপচিল্লগা সমুদ্রদা তাউদুনা চৎহনখিরম্মী। উপু অদুনা অসুম তাউদুনা লাকপনা দ্বীপ (আইজলেন্দ) অমদা য়ৌরম্মী। ঈশিংদা উপু অমা অসুম তাউদুনা লাকপদু চাকনিবা মতৈ-মনাওনা উরম্মী। মখোয় অনীগী মচা-মশু অমত্তা লৈজরমদে। উপুদুনা মখোয়গী মনাক তম্না নক্লা তাউথরকপদু উবদা নুপীদুনা মাগী মপুরোইবদা উপুদু খূন্নবা হায়রম্মী। নুপাদুনা উপুদু খূন্দুনা হাংদোক্লগা য়েংবদা লৈগুম্না ফজরবা অঙাং অনী য়াওরম্মী। মতৈ- মনাওদুনা অঙাংদু য়োক্লবা ময়ূম তান্না পুরম্মী।

চহী তরানিথোই হৌখিরম্মী। চাকনিবা নুপাদু য়াম্না কন্না নারম্মী। মহাক্না মচাশিংদু কৌশিল্লদুনা হায়রম্মী, "ঐগী নুংশিরবা ইচাশা, ঐহাক্কী অরোইবা মতম নকশিল্লক্লে অদুবু ঐনা নখোয়দা করি পীরমগনি!"

অঙাং অনীদুনা হায়রম্মী, "বাবা নহাক্না ঐখোয়বু য়োকপিদুনা অনৌবা পুন্সি অমা ফংবা ঙমজরে। ঐখোয়গীদমক্তদি মসিখক্তনা য়ারে।"

"অদুবু ঐনা নখোয়গীদমক্তা করিগুম্বা খরদি পীরম্বা পাম্মী" অসি হায়রদুনা মহাক্না ফিজেৎ-ফিগায়না শাবা শেঙ্গাও অমগা মেজিক্কী বোল অমগা পীরম্মী। অদুগা হায়রম্মী, "নখোয়না শেঙ্গাওগী মচীন্দু উপথদুনা নীকপদা সনাগী শেনয়েক তারক্কনি অদুগা বোল অদুনা য়েক্লববু ফংবা ঙমগনি। নখোয়না কৈদৌঙৈদসু দ্বীপ অদুদা তাউদুনা লাকপা উপ্‌ অদুগী মায়কৈরোমদদি চৎলুগনু হায়না খঙহলম্মী।"

ৱাহৈ খরসি হায়রম্লগা চাকনিবদু শিখিরম্মী। মহাক্কী পুন্সিদু য়াম্না ঈংনা শান্তি লৈনা লোইশিনখিরম্মী।

নুমিৎ খরগী তুংদা চাকনিবগী নুপী অদুসু য়াম্না কন্না নারম্মী। মহাক্না মচাশিং অদুবু মনাক্তা কৌশিল্লদুনা মখোয়না করি পাম্বগে হংলম্মী। অদুগা মহাক্তি মচাশিংবু কুইনা কোন্দুনা পুন্সিগনি হায়বা থাজদ্রে হায়রম্মী।

মখোয়বু য়োকপী-থাকপীদুনা অনৌবা পুন্সি অমা ফংহনবীরিবা অসিদগী হেনবা অপাম্বা অমত্তা লৈত্রে হায়দুনা মচীল-মনাও অনীদুনা হায়রম্মী। অদুবু মমাদুনদি মখোয় অনীগীদমক মতম পূম্নমক্তা থন্দুনতা লৈবা পাত্র (ভেসেল) অমগা মেজিক্কী সেন্দল অমগা পীরগা হায়রম্মী, "নখোয়না করিগুম্বা খরা চানীং-থক্লীংলবদি পাত্র অসিদগী চানীংবা খূদিংমক চাবা ফংগনি। অদুগা মেজিক্কী সেন্দল অসিনা নখোয়না পাম্বা মফম খূদিংমক পাইদুনা চৎপা ঙমগনি। অদুবু নখোয়না কৈদৌঙৈদসু উপুনা তাউরকইবা মায়কৈ অদোমদদি খক চৎলুগনু হায়রম্লগা অরোইবা স্বর হোনখিরম্মী।

অঙাং অনীদুনা মমা মপানা চৎলুগনু হায়না থিংলম্লিবা মায়কৈ অদোমদা চৎপা পান্নম্মী। অদুনা মখোয়না সেন্দলদুগী মতেংনা মখোয়না লৈরিবা খুঙ্গংদু থাদোক্তুনা লাক্লম্মী।

নোংমা অয়ুক অমা নুপামচাদুনা মেজিক্কী বোলদু শান্নদুনা লৈরম্মী। মহাক্না বোলদুদা মহাক্কী য়েক্লববু ফুরুচো হায়রম্মী। বোল অদুনা নিংথৌনা লুনা তৌজবী রাণী অতোনবী অদুগী থবাক্তা শাফূ কন্না থোন্নুরগা নুপামচাদুগী মনাক্তা হল্লক্লম্মী।

অঙাং অনীদুনা মখোয়গী অয়োকপা মপানা পীরম্বা শেঙ্গাও অদু উপথবদা সনাগী শেনয়েক ময়াম তারক্লম্মী। মদুনা মখোয়না ফজরবা কোনুংগুম্বা য়ূম অমা শারম্মী।

নুপামচা অদুনা নুমিৎ খুদিংগী বোলদুগা শান্নরম্মী অদুগা নিংথৌগী রাণী অতোনবী অদুগী থবাক্তা হেক্তা থোন্নম্মী। রাণীনা শাউরদুনা নিংথৌগী মফমদা ব্রাকৎলম্মী অদুবু নিংথৌনদি রাণীগী ব্রাকৎতু য়াম্না হকচিন্না লৌরমদে।

রাণী অতোনবী অদুনা মীনাই থাদুনা নুপামচা অদুগী মচননুপীদা মবুংদু লুহোংনবা হায়হল্লম্মী। করিগুম্বা মহাক্না লুহোংখ্রবদি বোল শান্নবগী মহুত্তা মাগী নুপীগা লোয়ননা লৈমিন্নখ্রগনি হায়না খল্লম্মী। লুহোংবগী ব্রাফমদু মীনাইদুনা মচননুপীদুদা হায়রম্মী। মচননুপীদুনা মবুংদা মনম্মা অমা পুশিল্লক্তুনা লুহোংনবগী ব্রাফমদু হৌদোক্লম্মী। মচনগী ব্রাফমদু মবুংদুনা য়ারদুনা নুপী থিননবগীদমক অতোপ্পা লৈবাক অমদা লাক্লম্মী। মহাক্না মাগী মেজিক্কী বোল অদুগা শান্নরিঙৈদা নাগকন্যা (লিন নিংথৌগী মচানুপী) অমা থোরক্লম্মী। মহাক্না নুপাদুদা করি পাম্বগে হায়না হংলম্মী।

নুপাদুনা হায়রম্মী, "ঐ নহাক্তা লোয়ননা লুহোংবা পাম্মী।"

নাগকন্যাদু নুপাদুগী ফজবা মওং-মতৌদুদা শুক্কৎলম্মী অমসুং মহাক্না হায়রিবদু য়ারম্মী।

লুহোংবদু লোইরবা মতুংদা নুপাদু ময়ূমদা হল্লক্লম্মী। মহাক্না মচননুপীদা মনম্মা পুরক্লে হায়রম্মী। অদুদগী মহৌশা শান্নবগুম্মা মাগী বোলদু শান্নরম্মী। বোলদুনা রাণীগী থবাক্তা মহৌশাগুম থোন্নম্মী।

মহারাণী অতোনবীদু বোলদুনা থোম্বদুদা য়াম্না শাউরম্মী। মহাক্না নিংথৌদা ব্রাকৎলম্মী। মহাক্না নিংথৌগা ফম্মীন্নদুনা লৈবা পান্নম্মী অমসুং বোলদুনা মঙোন্দা কমদৌনা থোম্বগে হায়বদু য়েংবিয়ু হায়জরম্মী।

নিংথৌনা মাগী রাণীনা হায়রিবদু য়ারম্মী অমসুং মখোয় অনী ফম্মিন্নরিঙৈদা বোলদুনা মল ওনবগুম ওন্ন-ওন্না লাক্লগা রাণীগী থবাক্তা থোন্নম্মী। মদু উবদা নিংথৌদু য়াম্না শাউরম্মী। মহাক্না মাগী লান্মীশিংদা নুপামচাদু মখূৎ পুন্দুনা পুরক্লবা য়াথং তৌরম্মী।

লান্মীশিংদুনা নুপামচাদুগী ময়ূমদা লাক্লুনা নিংথৌগী য়াথংদু তম্লম্মী। অদুবু নুপামচাদুদি মখোয়গা লোয়ননা চৎলোই, মখোয়গী নিংথৌনা মাবু উনবা পান্নবদি মাবু ওইনা থারকউ হায়রম্মী। লান্মীশিংদুনা নিংথৌদা নুপাদুনা হায়রকপা ব্রাফমশিংদু তম্লম্মী।

নিংথৌনা পাউখুমদু তাবদা ঙক্লম্মী অমসুং মঙোন্দা অসিগুম্বা পাউখুম পীরক্লিবা নুপামচাদু কনানো হায়না খল্লম্মী, চিংনবা অমসু ফাওরম্মী।

নিংথৌনা ব্রাখল মুন্না খল্লগা মথংগী নুমিত্তা নুপামচাদুগী মনাক্তা চৎলম্মী। নুপামচাদুনা নিংথৌবু তরাম্না ওক্লম্মী। নিংথৌনা মহাকপু কনানো হায়না হংলকপদা মাগী ব্রারীদু লীরম্মী। "তাবিয়ু হে নিংথৌ। মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মহাক্কী রাণী অনী লৈরম্মী।"

নিংথৌনা মরক থৎলদুনা হংলম্মী, "অদুদগী রাণী অনীদু কৈদৌথ্রবা ?"

নুপামচাদুনা হায়রম্মী, "ব্রারী লীরিঙৈদা মরক থৎলক্লবদি ব্রারী মখা চথবা য়াররোই অদুনা মখাদি হয়েং ওইনা লীবা তারে।"

উপায় লৈতবনা নিংথৌদু মাগী কোনুংদা হল্লক্লম্মী। নুপাদুনা মাগী বোলদু মহৌশাগুম শান্নরম্মী। অদুগা বোলদুনা রাণী অতোনবীদুগী থবাক্তা থোন্নরম্মী। রাণীনা ৱাকৎপদগী নুপাদুগী ৱারীদু হেন্না তানিংবা ফাওরম্মী অদুনা মথংগী নুমিত্তু নিংথৌনা ৱানা ঙাইরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌদু অয়ুক ঙন্তানা নুপামচাদুগী ময়ূমদা লাক্লম্মী। নুপামচাদুনা ৱারী মখা লীরম্মী, "মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মাগী রাণী অনী লৈরম্মী। রাণী অতোনবীদা নিংথৌনা য়াম্না লুনা তৌরম্মী অমসুং মতম অয়াম্বদা মাগদা লৈমিন্নরম্মী। নিংথৌনা থৌশাবীদবা রাণীদু মচানুপা অমগা নুপী অমগা ফাইবোক পোক্লম্মী। অদুবু নিংথৌগী মফমদদি নাপীগী খূদোপ অমসুং শুমজিৎখোক ওইনা পোক্লে হায়রম্মী। মদু তাবদা নিংথৌদু খাঙবা ঙন্নমদে। মহাক্না নুপামচাদুদা ঙাইঙমদনা হংলম্মী, "নুপাদুগা নুপীদুগা কদায়দা চৎখ্রে, কমদৌখ্রে?"

নিংথৌনা মরক থৎলকপদগী ৱারীদু লেপ্লম্মী। মখাদি মথংগী নুমিত্তা তারম্মী। নিংথৌদু নিংঙমদনা লাংতক্লনা হনখিরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌদু নুপামচাদুগী ময়ূমদা লাক্লম্মী। নুপামচাদুনা ৱারীদু শমজীন্না লীরম্মী। অঙাং পোক্লিবী মায়োক্লবী নুপী অদুনা অঙাং অনীদু উপু অমদা হাপচিল্লগা সমুদ্রদা তাউথহল্লকপনি। তাউদুনা লাকপা উপু অদু দ্বীপ অমদা থুংলম্মী। চাক্লিবা, মচা অমত্তা লৈজদবা মতৈ-মনাওনা উপুদু খূনগত্তুনা য়েংবদা অঙাং ওইরম্বদগী ময়ূমদা পুদুনা য়োকখি।

ৱারীদু তাবদা নিংথৌদু মাগী চিংনবদু অসুম হেনগৎলম্মী অদুনা খঙনিংবনা লাঙতক্লদুনা অঙাং অনীদু কদায়দা লৈবগে হংলম্মী। নিংথৌনা মরক থৎলকপদগী নুপামচাদুনা ৱারীদু মখা চথৌ হায়বা য়ারমদে। নীংবা কায়না নিংথৌদু কোনুংদা হনখিরম্মী। নুংঙাইতবা চৈনা কয়া মাগী থম্মোয়দা ফাওরক্লম্মী।

মথংগী নুমিত্তা নুপাদুনা মাগী ৱারীদু মখা চত্থরম্মী। চাকনিবা নুপাদু শিরমদাই য়ৌরক্লম্মী, মহাক্না য়োকচরিবা মচাশিং অদু কৌরদুনা

হায়রম্মী, ‘‘ঐগী নুংশিরবা ইচাশা, ঐনা নখোয়গীদমক করি পীরমগনি!’’

মদু তাবদা নিংথৌদু খাঙবা ঙমদনা কপ্লম্মী। মহাক্না নুপামচাদুগা নুপীমচাদুগা মাগী মচানি হায়না খল্লম্মী।

মহাক্না মাগী রাণী অনীদু কৌরম্মী। মহাক্না মায়োক্নবী মাইবী অদুবুসু পুরক্নবা য়াথং তৌরম্মী। মাইবীদুদা হৌখিবা থৌদোক্কী ব্রারীদু লীনবা হায়রম্মী অদুগা করিগুম্বা লান্না হায়জিল্লবদি মঙক কক্নুনা হাৎকনি হায়রম্মী।

মাইবীদুনা ব্রারীদু লীরম্মী অমসুং মরালদু য়াজরম্মী। রাণী অতোনবীদুসু মাগী মরালদু ঙাকপিয়ু হায়দুনা নিজরম্মী। নিংথৌনা হৌজিক্তি, নুপামচাদুনা মশাগী থোকখিবা ব্রারীদু লীরিবনি হায়বা খঙলম্মী। মহাক্না অঙাং অনীদুবু কোন্দুনা কপ্লম্মী অমসুং মহাক্কী লৈবাক অদু মচানুপাদুদা শিন্নরম্মী। মহাক্না মাগী রাণীনা মচা অনী অদুবু হাৎননবা শরৌ শীল্লম্বদু লৈবাক মমাঙদা লাউথোক্লম্মী অমসুং শিবগী দণ্ডি পীরম্মী।

চহী কয়া কায়নরুরবা মতুংদা মমামচা অমুক হন্না উনরম্মী। মমাগী থম্মোয়দু নুংঙাইবনা থল্লম্মী।

# নীংববু কল্লবদি থোক্লবা অমদি লাকই

*গুজরাটকী ফুঙ্গারারী*

খুঙ্গং অমদা হরিচান্দ কৌবা শীংজনবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না য়াম্লুবা উশিং অদু মনাক নকপা সহরদা য়োল্লম্মী অদুবু শিনফম অসিনা মহাকপু নুংঙাইবা ব্রাত্ত-পাদবা হায়বদুদি ওইরমদে। থোইদোক্লদুম অব্রাৎ-অপানা পীক থল্লম্মী।

অসিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লম্মী মদুদি নোংমা কালেন্থাগী য়াম্না য়াক্না শাবা নুমিৎ অমদা হরিচান্দনা নুমিৎ চুপ্পা উ য়াল্লুরগা উশিংদু মকোক্তা পুদুনা য়ুম খুদিংগী য়োনবা চৎলম্মী অদুবু কনামত্তনা লৈবিরমদে। অদুবু মমৈথঙদদি মমলদু হোঙনা থাদোক্লনা য়োনখিরম্মী। মহাক্না অশাংবা স্বর মপী অমা হোন্দুনা ব্রাজরুবগী মতীক-চাবা শেল ফংদবদুদা মথ্বায় নুংঙাইতনা হল্লক্লম্মী। মহাক্না মপাদা হায়রম্মী, "ঐনা থবক য়াম্না কন্না শূরবসু পৈশাদি মতীকচানা ফংবা ঙমদ্রে। মসি ঐগী ফত্তবা লাইবক্লরা নত্ত্রগা মমাঙগী মপোক্তা পাপ তৌরকপনরা ?"

মচাগী ব্রাদুদা মপাদুনা হায়রকই, "নহাক্না খুঙ্গংগী মহাজন দুকান্দার অসিগা নোংমত্তদা পুংফম অমত্তদা পোকমীন্নবনি। খাঙববু কল্লবদি পুম্নমক মতমগী মতুংইন্না অফবা ওইরক্কনি।"

মপাগী ব্রাদু তাবদগী হরিচান্দদু শাউনিংবা পোক্লম্মী। মহাক্না শীংজং অমা মরেংজুমদা থোঙ্গৎলদুনা মহাজন্দুগী দুকান তম্না চুমদ্রিং লাক্লম্মী অদুগা ফমদুনা লৈরিবা দুকান মপুদুদা মহাক্কী ফমফমদু মঙোন্দা পীনবা হায়রম্মী।

দুকান মপুদু নুপাদুদা ঙক্লা য়েংলম্মী। ফিভমদুদা মহাক্কা মুক্লরুবদি খুদোং চারোইদবদু খঙলদুনা করিমত্তা শাউগৎপা ফিঙ্গৎপা য়াওদনা মাগী

ফমফমদু পীরদুনা তপ্পা হায়রকই, "ঐঙোন্দা হায়বিয়ু, নঙোন্দা করি থৌদোক থোক্লবগে ?" "ঐগী ইপানা হায়, নহাক্কা ঐহাক্কসে নোংমত্তদা চপমান্নবা পূংফম অমত্তদা পোকপনি। অদুবু নঙদি লাইবক য়াম্না ফৈ অদুগা ঐদি ফত্তে। ঐনা নুমিৎচূপ্পা থবক শূরুরবসু ব্রানা লেল্লি অদুগা নহাক্না নুংঙাইনা হিংইবসি কমদৌননো অদুনা ঐহাক্না নহাক্কী ফমফম অদুদা ফমগদৌরিবনি।"

"নহাক্না হায়রিবদু চুম্মী।" তপ্প-ঈংনা নুপাদুনা হায়রকই অদুগা মখা তারকই, "নহাক্না খল্লিবদুমক ঐহাকসু খল্লি মরমদি ঐখোয়গী নিংথৌ অসি ঐহাক্না পোক্লিবা নুমিৎ, পূংফম চপ মান্ননা পোক্লিবনি। ঐহাক্না ঐগী কারবারসি চাওখৎনবা অসুক্কী মতীক থবক কন্না শূরিবনি। অদুবু ঐ কনাদসু ব্রাকৎপদি তৌদে।"

শীংজনবা নুপাদুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ঐখোয় নিংথৌগী মনাক্তা চৎসি।"

নুপা অনীদু নিংথৌগী মনাক্তা চৎলম্মী। মখোয়গা নিংথৌগা উনবগী য়াথং লৌরম্মী। নিংথৌনা মখোয় অনীবু তরাম্না কৌশিল্লম্মী। অদুগা মখোয়না লাকপগী মরম অদু করিগুম্বা অকিবা হঙ্গোইবা অমত্তা য়াওদনা হায়রম্মী।

দুকান মপু সেঠনা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ ইবুংঙো, শীংজনবা নুপাসিনা য়াম্না মরুওইবা ব্রা খরা হায়রি।"

নিংথৌনা শীংজনবা নুপাদুদা মানা হায়নিংলিবা ব্রাফমদু হায়নবা খঙহল্লম্মী।

শিংজনবনা হায়রম্মী "ইনিংথৌ ইবুংঙো, খঙদনা করিগুম্বা ঐনা ইরাল লঙজরবসু ঙাকপীগনি। ঐহাকনে, সেঠনে অদুগা ইনিংথৌনে ঐখোয় অহুম নোংমত্তদা পূংফম অমত্তদা চপমান্নবা ষ্টার অমগী মখাদা পোকপনি অদুবু ঐনা য়াম্না কন্না থবক শূদুনসু নুংঙাইবা ঙমদে ; সেঠতি মানা দরকার ওইবা পূম্নমক ফংদুনা নুংঙাইনা লেল্লি অদুগা ইনিংথৌসু অব্রাৎপা অমত্তা লৈতনা লন-থুম কয়াগা য়াওন্নদুনা

লৈরি। মসি কমদৌননো, করিননো ?”

“নঙনা হায়রিবদু অচুম্বনি” নিংথৌনা হায়রম্মী। “অদুবু নহাক্না করি পাম্বগে ? লাইরবা অসিদগী কোকহনবীয়ু অসিরা ?”

“নত্তে, মদুদি ঐগী অপাম্বা নত্তে” হরিচান্দনা হায়রম্মী। “ঐহাক য়ূমদগী বিদায় লৌরগা লাক্লবনি। সেঠসু মহাক্কী কারবার থাদোক্লে অদুগা ইনিংথৌসু লৈবাক থাদোক্তুনা ঐখোয়গা লোয়ননা চৎলসি। ঐনা অসিগুম্বা মান্নদবা অঙকপা মতৌশিং অসি কমদৌনা ওইরিবনো হায়বদু থিবা পাম্মী।”

“নঙগী অপাম্বদু ঐনা শোয়দনা থুংহনগনি। নঙনা খল্লিবদুমক ঐগী অপাম্বনি। ঐসু মসি কমদৌনা ওইরিবনো হায়বদু খঙবা পাম্মী।”

অসি হায়রদুনা নিংথৌনা মশাবু শক্লোৎফি শেৎচিল্লদুনা মখোয় অনীগা লোয়ননা তম্বা ঙমদবা লাইবক্কীদমক খোঙশাল্লম্মী। মখোয়না লাইশঙ অমদা অহিং লেল্লম্মী।

নোংঙাল্লক্লবদা শীংজনবা হরিচান্দনা হায়রম্মী, ঙসিদি ঐহাক্না শেল তান্দুনা ঐখোয় অহুম চামিন-থকমিন্নগনি অদুগা হয়েংনা সেঠনা ঐখোয়বু পীজগনি ; হংচিংনা ইনিংথৌগী পালি ওইনা ঐখোয়বু চাক থাক্কনি।

শীংজনবা নুপাদুনা য়াম্না ফজবা ব্রাখল্লোন অমা পুথোক্তুনা হায়রিবা ব্রাফম অদু নিংথৌ অমসুং সেঠনা হরাওনা য়ারম্মী। শীংজনবা নুপাদুনা মরেংবান্দা শীংজংদু থোঙ্গৎলদুনা শেল তানবা চৎখিরম্মী। লম্বীদা অহল ওইরবী নুপী অমনা লিরবা উপাম্বী অমা য়ানবিনবা নেক্লম্মী অদুগা মদুগী মমল ওইনা লুপা খরা পীরম্মী। মদুনা চান-থক্লবা পোৎ-চৈ খরা লৈদুনা লাইশঙ তম্না হল্লক্লম্মী। মখোয় অহুম চাক থোংদুনা চামিন্নরম্মী।

নুমিদাং ওইরম্মী। তূম্লনবগীদমক মখোয় শেম-শারম্মী। নিংথৌ অমসুং হরিচান্দদি ইশি-শিনা তূল্লম্মী অদুগা দুকান মপু সেঠতুদি হয়েং মাগী পালিনিনা কমদৌনা শেল তানদগে হায়বসিদা মথ্বায় ব্রারম্মী। তূম্বা

য়ারমদে।

মথংগী অয়ুক্তা তূম্বা য়াদ্রবা সেঠ ঙন্তা হৌগৎলম্মী অদুগা খুঙ্গংগী অকোয়বদুদা কোয়চৎ-চৎতুনা য়েংলম্মী। মহাক্না লল্লোনবা কাঙবু অমনা ষনগাড়ীদা মাল পীকথন্না হাপ্লগা পুরিবদু উরম্মী। ষনগাড়ীদুদা পুরিবদু চান-থক্লবা মরূ-মরাং ঙাক্তুনি হায়বা খঙলম্মী। মহাক্না মনাক্তা চঙশিন্দুনা পোৎতুগী মমলদু হুন্নরম্মী। ললোনবা নুপাদুনা হায়রম্মী, "অয়ুক ঙন্তা অসিদা নহাক্না ইহান হান্না থেংনবা মীনি, খুলামখা কৌদ্রি অদুনা নহাক নরায়বক য়াম্না ফরবনি।"

সেঠনা পোৎতু ফবনিনা য়োল্লবসু শেন্দোং ফংগনি খন্দুনা পোৎতু লোইনা লৌরম্মী।

সহরগী ময়া নক্লা নিংথৌগী কেম্প অমা শান্নবগীদমক ক্রপ অমা থুংলম্মী অদুনা খুঙ্গংগী মীশিংনা মদুগীদমক থবক শূবা হৌরম্মী। নিংথৌনা মখোয়শিংদুগী চান-থক্লবা কৈথেলদগী লৈরুনবা নুপা অমা থারম্মী। নুপাদুনা লল্লোনবা কাঙবুদুগা উন্নরম্মী অমসুং পোৎকী মমল হংলম্মী।

লল্লোনবা নুপাদুনা মাগী পোৎশিংদু লোইনা য়োম্থোক্লম্লে হায়না খুন্নরম্মী।

"অদুক য়াম্বা পোৎশিং অদু লৌরিবা নুপাদু কনানো হায়না ঙক্লা হংলম্মী। অদুগা ঐখোয়গী খুঙ্গং অসিদদি অদুক য়াম্বা পোৎতু লৌবিনবা মী অমত্তসু লৈতে" হায়রম্মী।

লল্লোনবা নুপাদুনা পোৎ লৌহৌরিবা, লেপ্তুনা লৈরিবা নুপাদু তাক্লম্মী। মহাক্না নুপাদুবু কদায়দগী লাকপনো হংলম্মী।

"ঐ অরাপ্পা মফমদগীনি। পোৎশিং অসি ঐহাক লৈগে হায়দুনা মফমসিদা লাক্লিবনি।"

"অসুক য়াম্বা মরূ-মরাং অসি য়োম্নবগীদমক লৈবা নত্রা ?"

"ঐনা পোৎশিং অসি য়ুমদা থাবা পাম্মী।" সেঠনা চীংলেম্না খুমলম্মী।

"অদুবু পোৎশিং অসিদি য়ুমদা পুরবসু অতোপ্পদদি শোয়দনা

য়োনগনি। অদুবু মফমসিদসু শেন্দোংবু ফংলবদি পোৎশিং অসি লোইনা থাদোকপদা করি অকায়বা লৈবগে?"

সেঠনা মাগী পোৎশিং অদুগী শেন্দোংদু কয়াম ফংবা হায়বদু মাগী খূৎশাশিং অদুনা পারম্মী। অদুগা মমৈথঙদা পোৎশিং অদু য়োল্লম্মী। ললোনবা কাঙবুদু হাঙলবা ষনগাড়ীদুগা লোয়ননা মরমদা চৎখিরম্মী অদুগা সেঠসু লাইশঙদু তম্না লাক্লম্মী।

নিংথৌ অমসুং শীংজনবা নুপাদুনা সেঠবু ঙাইরম্মী। মহাক লাক্কবদুদা নুংশা থীরম্মী। অদুবু কোন্নথংদা সেঠতু মফমদুদা থুংলম্মী অদুগা হায়রম্মী, "ঐনা নখোয়বু থাদোক্কুনা কদায়দসু ইথন্তা চৎলোই", "ফরে ঙসিদি নহাক্কী পালিনি। কমদৌরে" মখোয় অনীনা হায়রম্মী।

"মানি, ঙসি ঐগী পালিনি। সিদা লৈরে ঙসিগী ঐনা তাল্লক্লিবা পৈশা" হায়দুনা পৈশা চবুলদু পুথোরক্লম্মী। অদুগা মখা তারম্মী, "ঙসিগীদি পৈশাশিং অসিনা চানীংবা চারসি।"

নিংথৌ অমসুং শীংজনবা নুপাদু পৈশা ময়ামদু উবদা কমদৌনা অসুক য়াম্বা পৈশাসি তাল্লিবনো হায়না ঙক্কুনা পৈশাশিং অদুদা য়েংলম্মী। সেঠনা মখোয় অনীগী অঙকপা মতৌদু থুগাইদুনা হায়রকই, "হৌজিক মখা তানা ঐনা করি করি তৌখিগদগে?"

"ঙসিগীদি নহাক্কী থবক লোইরে" শিংজনবা নুপাদুনা হায়রকই।

নুমিৎতু মখোয় অহুম য়াম্না হরাওনা চাক্লেন চারম্মী। অদুগা নুমিৎচুপ্পা নুংঙাইনা লেল্লম্মী। নুমিদাংদু শীংজনবা নুপাদুগা সেঠকা য়াম্না নুংঙাইনা তূন্নম্মী অদুবু নিংথৌদুদি তূম্বা য়ারমদে। মহাক্না মথন্তা খঞ্জরম্মী, শীংজনবা হরিচান্দনা নুমিৎচুপ্পা থবক ৱানা শূই অদুগা ফংলকপা পৈশাদি খজিক্কনি। সেঠনা ললোন ইতিক্তা হৈশিংনা মশাবু ইৱা ৱাদনা শেল তাল্লি। শেন্দোংসু য়াম্না ফংই। হয়েংদি ঐগী পালিনি। ঐনা কমদৌনা শেল তানগনি। অদুবু মসি করিসু লৈবা ৱাফম নত্তে।

ঐসু য়েংবা তাই। ঐখোয়না তৌগদৌরিবা থবক্তুগী মরুমদা করি করি থোক্লবা হায়বদুগী পান্দমদা ঐখোয় অহুম খোঙশাল্লকপনি।" ফল তাদবা ব্রাখল ময়ামসি খন্না-খন্না নিংথৌদু তূমথখিরম্মী।

নিংথৌদু ঙন্তানা ফমুংদগী হৌগৎলম্মী অদুগা সহরতম্না লাক্লম্মী। নিংথৌনা লাক্লিবদু য়াম্না ঙনমনখিবনা সহরগী গেটশিং অদু লোইনা লোল্লম্মী অদুনা শড়ক্কী নাকন্দা লৈবা উগী প্লেটফোর্ম অমদা ফমদুনা লৈরম্মী।

অসিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লম্মী মদুদি সহর অদুগী নিংথৌদু ঙরাং নুমিদাং খঙহৌদনা শিরম্মী। নিংথৌদু মচাসু অমত্তা লৈরমদে। অদুগা সিংহাসনসি ফংবা য়াবা মরী-মতা কনাসু লৈরমদে অদুনা মহারানী, মিনিষ্টর অমদি ষ্টেট ওফিসিয়েলশিং কনাবু নিংথৌ ওইহনগদগে হায়না খন্নরম্মী। মখোয়না শকখঙদবা কনাগুম্বা অমবু নিংথৌ হাপ্নবা লেপ্নরম্মী।

লমদমসিগী চৎনবী অমসু লৈরম্মী মদুদি নিংথৌগী সিংহাসন অসি হাঙদুনা থম্বা য়াদে অদুনা অনৌবা নিংথৌ অদু অয়ুক্তা হাপকদবনি। পাঞ্জিনসু হায়রম্মী, "অয়ুক ঙন্তোদা গেটসি হেক হাংদোকপদা চঙলকপা ইহান হানবা মীদুদা নিংথৌগী লূহুপ অসি উপকনি।"

অয়ুক অঙনবদুদা গেটতু হেক হাংদোকপগা নিংথৌদু তপ্না তপ্না চঙলক্লম্মী অদুবু অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লম্মী মদুদি মহাক্লা গেটতু হেক লানশিল্লকপগা লৈপরেং হুক্তুনা ওক্লম্মী। অদুগা লাইবক্তা তিলক নম্নম্মী। বঝাই বেঙ্গুল খোংলম্মী।

নিংথৌনা ঙক্তুনা হায়রম্মী, "করিনো ময়াম্না ঐঙোন্দা তৌবীরিবসিবো ?"

"নহাক নিংথৌ ওইরবনি। নহাক চহী চাম্মা (১০০) পুন্সিসনু।" মিনিষ্টরনা হায়রম্মী।

নিংথৌ হাপ্লগী থৌরম অদু চাউনা পাঙথোক্লম্মী। নিংথৌনা

লৈবাক্তুগী শাসনদু পুবগা লোয়ননা প্রাইজ কয়া, খুদোল পোৎ কয়া পীদুনা নিংথৌ হাপ্পগী থৌদোক্কা মরী লৈননা পাঙথোক্লম্মী।

শীংজনবা নুপাদুগা সেঠকসু নিংথৌগী অফবা লাইবক্তু তারদুনা লাক্লম্মী। নিংথৌনা মখোয় অনীদু হাউরবা চাক্লেন অমা চাননবগীদমক বার্তন তৌরম্মী।

চাক্লেনদু চাবা লোয়রবা মতুংদা নিংথৌনা শীংজনবা নুপাদুদা হায়রম্মী, ‘‘হৌজিক্তি নহাক খঙলবরা ?’’

‘‘হোয় ’’, শীংজনবা নুপাদুনা হায়রম্মী।

‘‘করিবু ?’’

‘‘করিগুম্বা লাইবক্লা তম্লকপদু’’

নিংথৌনা শীংজনবা নুপাদু থবক হাপ্পীরম্মী। অদুগা মাগী লৈনবা য়ূম অমদি লৌনচিংবসু পীরম্মী।

# সনাগী শেলয়েক পীবা নুঙ

*উত্তর প্রদেশকী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা হরিদ্বার সহরদা ভোলু কৌবা লাইরবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না লাইরবা মরম্না লৈত-লাইর কোয়থি-থিবা চৎপদগী মাগী নুপী বীণাগা লোয়নবা ইফং-ফংলমদে। নোংমদি মুণি অমনা লাইরবশিংবু মতেং পাংই হায়বগী পাউ বীণানা তারম্মী। হায়রিবা মুনি অসি হিমালয় চীংশাং নাপোমগী অৱাংবা মতোন্দা লৈ। মহাক্না করিগুম্বা ওইহন্নীংবা অমা হেক্তা ওইহনবা ঙম্বগী শক্তি লৈ হায়না তারম্মী। অদুনা মাগী মনাক্তা চত্তুনা মতেং খরদং নিরুনবা মপুরোইবদা হায়রম্মী। মপুরোইবা ভোলুনদি অঈংবা হিমালয়গী উন মরক অদুদা করম্না চৎকদৌরিবনো, চীং অদুদি য়াম্নসু ৱাংই অদুগা কাবদসু অরুবা অমনি হায়না খুন্নম্মী। অদুবু মাগী নুপীনদি চৎত-চৎপিরু, মুনি অদু উনবিরু মহাক্না শোয়দনা মতেং পাংগনি হায়রম্মী। মমৈথংদদি ভোলুসু য়ারদুনা হিমালয় তম্না মুনিদুবু উন্নবা লাক্লম্মী।

মহাক্না নুমিৎ কয়ানিরোম মখোঙনা চৎলম্মী। মহাক্না হিমালয় চীংখোঙ ময়াদা লৈবা খুঙ্গং অমদা থুংলম্মী। মহাক্না খুলদুগী মচীন চৎপা অমদা মুনিদুগী লৈফমদু হংলম্মী। মহাক্না মুণিদুগী লৈফমদু খঙলম্মী অমসুং লম্বীদু তাক্লম্মী। ভোলুনা নুপাদুবু তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী অদুগা হিমালয় চীংজাও তম্না কাবা হৌরম্মী। মহাক্না অসুম ৱাংনা কারক্লিবমখৈ ঈংবসু অসুম অসুম হেঙ্গৎলম্মী। ভোলুদু য়াম্না চোকথরম্মী অদুবু মুণিদুতদি উনরগে হায়না মপূক্লিংদা চপয়ুংনা লেপ্লম্মী। অদুনা ৱারবসু ৱানা মথং মথং কারক্লম্মী। নুমিৎ কয়ানিরোম কারবা মতুংদা উনগী চীংদোলদু য়ৌরম্মী। মহাক্না ঈংবনা থক থক নীক্লম্মী। মহাক্না মফম অমদা লেপ্লদুনা মুনিদুগী লৈফম অদু কদোমদনো হায়না য়েংলম্মী। ইকান-কান্নদনা মহাক্না কনাগুম্বা অমনা ভজন শক্লকপগী

খোঞ্জেল তারম্মী। মহাক্না কোয়লৈ-লৈদুনা য়েংবদা মুনি অদুনা মাগী মনাক্তগী ইরাপ-লাপ্তুনা লৈবদু উরম্মী। ভোলুনা মুনিদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মখোঙ শোক্লা খুরুম্নম্মী। মুনিনা মঙোন্দা আশীর্ব্বাদ পীরদুনা মফম অসিদা করিগী লাক্লিবনো হায়না হংলম্মী। ভোলুনা য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা হায়রম্মী। "ঐহাক য়াম্না লাইরবা মীনি অদুনা ইবুংঙোদগী থৌজাল নিবা লাকচবনি। ইবুংঙোনা লাইরববু থৌজানবী, মতেংপীবী হায়না তাজে অদুনা ঐহাকসু মতেং লৌবা লাকচবনি।" মদু তাবদা মুনিদুনা মীকুপ খরা ধ্যান তৌরম্মী অদুগা বেদ মন্ত্র থীরম্মী। মহাক্না অহাঙবদা মখূৎ তিংথোক্লম্মী অদুগা মচেক নাইবা নুঙ অমা মাগী খূত্তা তারক্লম্মী। মহাক্না নুঙদু ভোলুদা পীরদুনা হায়রম্মী, "নুঙসি নঙগী য়ূমদা থম্মু অদুগা নুংতিগী অয়ুক খুদিংগী গঙ্গাগী ঈশিংনা চান্নগা সনাগী শেলয়েক অমমম পীগনি। মসিগী মপান্না নহাক্কী পুন্সিদু নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লগনি।

মদু তাবদা ভোলুদু য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না নুঙদু লৌরদুনা মুনিদু খুরুম্নম্নগা ময়ূমদা হন্নবা থৌরাং তৌরম্মী। হল্লকপগী খোঙচত্তা মহাক্না খুঙ্গং অমদা থুংলম্মী। মহাক্না অহিং অমা লেক্লনবা মীথুংশঙ অমদা লৈরম্মী। মীথুংশঙ অদুগী মপুদু য়াম্না মপূকচেল শেংদবা অমসুং ফত্তবা মী ওইরম্মী। মহাক্না ভোলুবু কদায়দগী লাকপনো হংলম্মী। ভোলুদি য়াম্না চম্বা অমসুং মপূকচেল শেংবা মীনিনা মানা চৎলুবা খোঙচত্তুগী ৱারীদু লীরম্মী অদুগা মানা পুরকপা তরু-তরুবা মচেক নাইবা নুঙদু উৎলম্মী। নুঙদু উরুবদা নুপাদুনা পান্নম্মী অমসুং নুঙদু লৌগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না অহিংদা ভোলুগী মনাক্তা তুমিন্না লাক্তুনা মেজিক্কী নুঙদু লৌথোক্লম্মী অদুগা ইচমচম্বা নুঙ অমা মহুৎ শিনজিন্দুনা থন্নম্মী। মথংগী অয়ুক্তা ভোলুনা মাগী নুঙদু পুরদুনা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী। মীথুংশঙগী মপু অদুনা ভোলুদগী হূরালহৌবা নুঙদু গঙ্গাগী ঈশিংনা চামথোক্লম্মী অদুগা সনাগী শেলয়েক অমা পীবিয়ু হায়জরম্মী। থীন্দনা সনাগী শেলয়েক অমা থোরক্লম্মী। মহাক য়াম্না হরাওরম্মী।

চয়োল অমগী মতুংদা ভোলুদু মাগী ময়ূম হরিদ্বারদা থুংলম্মী। মহাক্কী নুপীনা মপুরোইবা হল্লকপদুদা য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না মাগী নুপীদা মেজিক্কী নুঙদু উৎলম্মী অমসুং মদুগী শক্তিদুগী মরমদা হায়রম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা ভোলুনা গঙ্গাগী ঈশিংনা নুঙদু চান্নম্মী অদুগা সনাগী শেলয়েক অমা পীবীয়ু হায়জরম্মী। অদুবু সনাগী শেলয়েক অমত্তা থোক্লক্লমদে। মদু উবদা মতৈ- মনাওদু নীংবা কায়রম্মী। ভোলুনা মুনিদু নমথাক তৌবা মীনি হায়না শাউরম্মী। অদুবু মাগী নুপী বীণানদি মুনিদুনা নমথাক তৌবা ওইরম্লোই মরকসিদা করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লমগনি হায়রম্মী। ভোলুদু ঙাইহাক ব্রাখল খন্দুনা লৈরম্মী। মহাক্না থৌদোক পূম্নমক মীথুংশঙগী মপু অদুদা লীথোক্লুবদু নীংশিলক্লম্মী। ব্রাফমদুমক মহাক্না মহাক্কী নুপী বীণাদা তন্নম্মী। বীণা য়াম্না শিংবী নুপীনি। মহাক্না নুঙ অদু মীথুংশঙগী মপু অদুনা শোয়দনা লৌরমগনি হায়না খল্লম্মী। অদুনা মেজিক্কী নুঙ অদু লৌননবা থৌরাং তৌরম্মী। মহাক্না মাগী থৌরাংদু মপুরোইবা ভোলুদা তাক্লম্মী। মথংগী নুমিত্তা ভোলুনা ময়ুমদু থাদোক্লুনা খুঙ্গংদু তান্না চৎলম্মী। মহাক্না নুমিদাংদা মাগী হান্নগী মীথুংশঙ অদুদা থুংলম্মী। মহাক্না মফম অদুদা অমুক লাকপদুদা মীথুংশঙগী মপুদু য়াম্না ঙক্লম্মী অমসুং মফম অসিদা করি অমুক পুরগা হল্লক্লিবনো হংলম্মী। ভোলুনা মঙোন্দা, মুনিনা পীবা নুঙ অদুদি সনাগী শেলয়েক অমত্তা থোক্লে হায়দুনা মুনিগী মনাক্তা অমুক হন্না চৎপদা মুনিনা মঙোন্দা অতোপ্পা নুঙ অমমুক পীরক্লে। হায়রিবা নুঙ অসিনা সনাগী শেলয়েক অনী নুংতিগী পীগনি। অদুগা ঐনা হন্দক্তি নুঙসি চাংয়েং তৌদুনা য়েংলে। মুনিনা হায়রিবদুমক অচুম্বা ঙাক্তা ওইরে। মদু তাবদা মীথুংশঙগী মপু অদুনা অনীশুবা নুঙ অদুবুসু য়াম্না পান্নম্মী। অদুনা মহাক্না নুমিদাংদা ভোলুনা তূমখ্রবা মতুংদা মহাক্না হান্নগী নুঙ অদুগা অকোনবগী নুঙদুগা শিন্দোক্লরম্মী। মহাক্না নুঙদু বোক্স অমগী মনুংদা হাপচিল্লম্মী অদুগা তূম্বা চঙলম্মী। মথংগী অয়ুক্তা ভোলুনা ঙন্তা হৌগৎতুনা অশেংবা নুঙদু পুরদুনা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী।

মীথুংশঙগী মপু অদুনা ভোলুদগী হূরালহৌবা নুঙ অদু গঙ্গাগী ঈশিংনা শেংনা চামথোক্লম্মী অদুগা সনাগী শেয়েক অনী পীয়ু হায়জরম্মী। অদুবু পৈশাদি অমত্তা থোরক্লমদে। মানা নুঙদু চিংনরদুনা থাঙ্গৎ-থাঙ্গৎতুনা মুন্না য়েংলম্মী। কোন্নথংদা মহাক্না অহানবদা ওন্নখিবা ইচমচম্বা নুঙদুমক্তি হায়বা খঙলম্মী। তাল্লক অসিদা ভোলুদি খুঙ্গংদু থাদোক্কুনা অশোয়-অঙাম য়াওদনা চৎখ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মনুংদা ভোলুদু ময়ূম য়ৌরম্মী। মহাক্না গঙ্গাগী ঈশিংনা নুঙদুবু চামথোক্লম্মী অদুগা সনাগী শেলয়েক অমা পীবিয়ু হায়জরম্মী। থুনমক সনাগী শেলয়েক অমা থোলকক্লম্মী। ভোলু মতৈমনাওদু য়াম্না হরাওরম্মী। মখোয়না নুংতিগী সনাগী শেলয়েক অমমম ফংদুনা য়াম্না নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লম্মী।

# নিংথৌ বিক্রমাদিত্য অমসুং তেনব্রা

*উজ্জয়নগী ফুঙ্গারারী*

নোংমা উজ্জয়নগী নিংথৌ বিক্রমাদিত্যনা মাগী মশক নাইবা অঙম্বা রাজগা লোয়নননা উমংদা চৎলম্মী। মখোয়না উমংগী ফজবশিং অদু উবদা নুংঙাইবা পোক্লম্মী। নিংথৌনা অতিয়াদা পাইরিবা তেনব্রা অনীদুদা মীৎয়েং থল্লম্মী। উচেক অনীদু পূক্লিং মকালাম্না হরাওনা পাইরম্মী। নিংথৌনা মদুবু থব্রায় তানা য়েংলম্মী। খঙহৌদনা তেন অমা পাইশিল্লক্তুনা তেনব্রা লাবদুদা পাল্লম্মী। তেনব্রাদু লৈমায়দা তারক্তুনা শিরম্মী। মদু উবদা তেনব্রা অমোমদু মথব্রায় নুংঙাইরমদে। মহাক্না অশিবা তেনব্রাদুগী মনাক্তা কোয়পায় পাইরদুনা কপ্লম্মী। মদু উবদা নিংথৌগী থম্মোয়দু নুংঙাইতবা ফাওরম্মী। মহাক্না তেনব্রা অমোমদুবু নুংঙাইহনবা পান্নম্মী অদুনা তেনব্রা লাবদুবু মীকুপ খরতা ওইরবসু হিংহনগে খল্লম্মী। মহাক্কী অপাম্বদুমক রাজদা ফোঙদোক্লম্মী। রাজনা নিংথৌগী অপাম্বদু পাঙথোক্লবা হায়রম্মী। অদুগা মখা তারক্লম্মী, "ইনিংথৌনা অতোপ্পা কনাগুম্বগী হকচাংদা চঙবা ঙম্বগী থোইদোকপা শক্তি লৈ অদুনা পন্থবিবা তৌদনা মতম ঙাইহাক্তং ওইরবসু অশিবা তেনব্রা অসিদা চঙবিদুনা হিঙ্গৎহনবিয়ু।" রাজনা হায়রিবা ব্রাফমদুমক নিংথৌনা য়ানিংলম্মী অদুনা থুনমক মহাক্না মাগী হকচাংদু থাদোক্তুনা অশিবা তেনব্রাদুগী হকচাংদুদা চঙলম্মী। তেনব্রা অমোমদু লাবদুনা হিঙ্গৎলকপদুদা য়াম্না হরাওরম্মী।

নিংথৌগুম রাজসু অতোপ্পগী হকচাংদা চঙবগী শক্তিদু লৈরম্মী অদুনা নিংথৌগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংদু উবদা মাগী মথ্বায়দু চঙবা পান্নম্মী। মানা মাগী হকচাংদু থাদোক্তুনা নিংথৌগী হকচাংদা চংলম্মী। অদুগা মহাক্কী লেমহৌরিবা পুন্সিদু নিংথৌ বিক্রমাদিত্য ওইনা লেল্লগে

হায়না খল্লম্মী। মদুমক্তা লমজিং ওইদুনা মাগী হকচাংদু মৈ থাদোক্লন্নগা কোনুংদা হল্লক্লম্মী।

নিংথৌনা মথন্তা হল্লকপা উবদা চিফ মিনিষ্টরনা ঙক্লদুনা রাজবু কদায়দা লৈহৌরগে হংলম্মী। নিংথৌ শারিবা রাজনা মহাক্তি উমংদা কৈনা হাৎতুনা শিরে হায়রম্মী।

রাজ শিরে হায়বদু তাবদা চিফ মিনিষ্টরদু মথ্বায় নুংঙাইরমদে। অদুম ওইনমক নিংথৌনা মাগী শাজৎতদি খেন্নবা খরা লৈবদুদদি চিংনরম্মী। মহাক্না নিংথৌবু কৃপ্না য়েংশিল্লম্মী অমসুং মহারাণীগী মনাক্তা চৎতুনা মাগী চিংনবদু তম্লম্মী। অদুবু মহারানীদুনদি নিংথৌনা উমংদগী হল্লকখ্রবা মতুংদগী অমুক্তা উনদ্রি হায়রম্মী। চিফ মিনিষ্টরনা মহাকপু নিংথৌদগী লাপ্তক্না লৈরগা কৃপশেন শেন্ননবা হায়রম্মী। মখোয় অনীনা নিংথৌবু কৃপ্না য়েংশিল্লম্মী। মহারানীগী পূক্নিংদসু চিংনবা ফাওরম্মী।

তেনৱা ওল্লুরবা নিংথৌনা মাগী হকচাংদা অমুকহন্না চঙবা পান্নক্লদুনা রাজ অমসুং মাগী হকচাং লৈহৌরিবা অদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুবু মাগী হকচাং অমদি রাজবু উবা ফংলমদে। মহাক্না কোয়পাই-পাইদুনা থিরম্মী। মহাক্না রাজগী হকচাং মৈ থাদোক্লুনা লৈবদু থেংনরম্মী। রাজনা মঙোন্দা নমথাক তৌরে হায়বদু খঙলম্মী। মহাক্না মাগী পুন্সিদু তেনৱা ওইনা লেল্লগদ্রা হায়না মথ্বায় ৱারম্মী।

চয়োল খরগীতুংদা শাদানবা অমনা তেনৱাদুবু ফারম্মী অদুগা লৌউবা নুপা অমদা য়োল্লম্মী। লৌমীদুনা তেনৱা অদুনা মীরোল ঙাংবদুদা য়াম্না হরাওরম্মী। তেনৱাদুবু মাগী মরূপতৌনা লোয়নরম্মী। অদুগা মাগী থবক-থৌরম কয়াদা তেনৱাদুনা পাউতাক পীরম্মী।

নোংমা হূরানবা লৌমী অহুমখক নুপাদুগী ময়ূমদা লাক্লম্মী। মখোয়না মঙোন্দা মখুম চেৎনা খুমজিল্লবা চফু অহুমখক থম্বীনবা পীরম্মী। অদুগা মখোয় অহুম পূন্না অমুক লাক্লগা লৌরগে হায়রম্মী। হূরানবা নুপা অহুম অদুনা হূরাল্লুবা পোৎমখৈ চফু মনুং অদুদা হাপচিল্লম্মী। মখোয় মশেল অমনা অমবু থাজনদবদগী লৌউবা নুপাদুগী

ময়ূমদা থল্লিবনি। মখোয় অহুমগী মনুংদা খ্বাইদগী নহা ওইরিবা হূরানবা অদুদি য়াম্না শিংলম্মী অদুগা ফত্ত-লৌশিংসু হৈরম্মী। মহাক্না চফুদু লৌবা য়ানবা থৌরাং অমা তৌরম্মী। মহাক্না মফমদুদগী খরা চৎলুরগা হল্লক্নুনা হায়রম্মী, "শঙ্গোম অফম্বা য়োনবা নুপাসিদগী শঙ্গোম লৈদুনা চপাতিগা চারুসি লাও।" মখোয় অনীসু য়ারদুনা চৎলম্মী। মখোয় অনীনা নহা ওইরিবা নুপাদুদা অহাঙবা চফু অমা লৌউবা নুপাদুদগী লৌরুনবা হায়রম্মী। মহাক্না লৌমীদুগী মনাক্তা লাক্নুনা মখোয়না থল্লম্বা চফুদু অমা পীরো হায়রম্মী। লৌমীদুনা য়ারমদে অদুবু নুপাদুনা তকশিল্লদুনা পীননবা হায়রম্মী অদুগা মখোয় অনী লাকপদসু চফু অমা পুখ্রে হায়বদু খঙহল্লু হায়রম্মী। লৌমীদুনা য়ানিংদ-য়ানিংদা চফুদু পীরম্মী। চফুদু হেক ফংবগা নুপাদু য়ূমদুদগী থুনা-য়াঙনা চৎখিরম্মী।

হূরানবা অনীদুদি অহাঙবা চফু লৌবা চৎখিবা নুপাদুবু ঙাইরম্মী। অদুবু লাকপা কৌবা লৈরমদে। চিংনবা পোক্লদুনা মখোয় অনী লৌমীগী য়ূমদা লাক্লম্মী অদুগা নুপাদু লাকপ্রা হংলম্মী। লৌমীদুনা নুপাদু লাক্লন্নগা চফু অমা পুখ্রে পীদনবা য়াম্না কন্না হোৎনবনি অদুবু নখোয় অনীদসু খঙহল্লু হায়রগা পুখিবনি। মহাক ইকুই কুইখিদ্রি হায়রম্মী।

হূরানবা অনীদুনা নুপাদুগী থোক্কু খঙলম্মী। মখোয় অনীনা লৌমীদুদা শাউনা লাউরদুনা "করিগীদমক্তা সনানা পীকথন্না য়াওরবা চফু অদু মথন্তা লাক্লগা করিগী পীখ্রিবনো ঐখোয় অহুম লাক্লগা লৌরগে হায়রম্লগা" হায়দুনা শাউরম্মী.

লৌমীদুনা হায়বা ব্রা অমত্তা মখোয় অনীনা তারমদে। শাউমনখিবনা মখোয় অনী কোর্টতা চৎলগা বিচার তৌহনগনি হায়দুনা চৎখিরম্মী। বিচার অদুদা জর্জ্জনা হূরানবা অনীদুগী মীচংদা লেপ্তুনা সনানা পীকথনবা চফু অদু লৌমীদুনা শিংগদবনি হায়না রাই তারম্মী। রাইদু তাবদা লৌমীদু মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাক্না মহাজন অমদগী পৈশা পুরুদুনা সনা লেপশিল্লম্মী অদুগা সনানা পীকথল্লবা চফু অদু পুদুনা মাগী তেনব্রাদুগা লোয়ননা কোর্টতা অমুক হন্না লাক্লম্মী। সনানা পীকথনবা

চফু অদু উবদা হূরানবা অনী অদু য়াম্না হরাওরম্মী। সনাগী চফু অদু মখোয় অনীনা লৌননবা তৌরকপদা তেনৱাদুনা হায়রম্মী, "নখোয় অহুম্না লৌমী অদুদা থন্নৱা চফু অদু নখোয় অহুমমক লাক্লগা লৌরগে হায়খিবনি। হায়খিদ্রনে ?" হূরানবা অনীদুনা চপমান্ননা খুন্নকখি, "হায়খি।"

"অদু ওইরবদি নখোয়গী অহুমশুবা মরূপ্তু থিরুরো অদুগা চফু অহুম অসি লৌরো নত্তুবদি চফু অমত্তা লৌবা য়াদে।"

তেনৱাগী ৱাদু জর্জ্জ অদুনা য়ারম্মী অদুনা মখোয়গী অহুমশুবা মরূপ্তু পুরক্লবা য়াথং তৌরম্মী।

হূরানবা অনীদুনা মখোয়গী অহুমশুবা মরূপ্তু থিবা কোয়চৎ-চৎলম্মী অদুবু মফম কদায়দসু থিবা ফংলমদে। অদুনা কেস অদু ৱিথদ্রো তৌরম্মী।

অশিংবা তেনৱাদুনা মাগী মপু লৌমীদুবু কনখিবগী ৱারীদু লৈবাক পূম্নমক শিন্নুংনা তারম্মী। মসিগী পাউসি নিংথৌ বিক্রমাদিত্যগী চিফ মিনিষ্টরগী মনাকোং য়ৌরম্মী। মহাক্না হৈ-শিংলবা পাইরক লৌশিং-লৈবা তেনৱাদুবু য়েংবা পান্নম্মী অদুনা তেনৱাদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। তেনৱাদুনা মাগী চিফ মিনিষ্টরদুবু মশক খঙলদুনা তরাম্না কৌরম্মী। তেনৱাদুগী খোঞ্জেলদু তাবদা নিংথৌ বিক্রমাদিত্যনি হায়বা চিফ মিনিষ্টরদুনা খঙলম্মী। তেনৱাদুনা মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক পূম্নমক তম্নম্মী। মহাক্না তেনৱাদুবু ময়ূমদা পুরম্মী অদুগা নিংথৌ শারিবা রাজবু দণ্ডি পীনবা থৌরাং তৌবা হৌরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা চিফ মিনিষ্টরনা নিংথৌ শারিবা রাজগী মনাক্তা চৎলম্মী। মহাক্না মহারানীদু মাগী য়ূমদা লোইবা তেনৱাদু শিবদগী মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইতনা লৈরে হায়দুনা তম্নম্মী। মদু তাবদা রাজনা মীকুপমুক্তং খল্লগা হায়রম্মী, "মাগী তেনৱাদু ঐনা শোয়দনা হিঙ্গৎহনগনি অদু ওইরবদি মাগী নুংঙাইতবা পূম্নমক কোক্কুনা হরাওরগনি।"

চিফ মিনিষ্টরদু ব্রাফমদু তাবদা নুংঙাইরম্মী। মহাক্না মহারানীগী মনাক্তা চৎলম্মী অদুগা ব্রারম পূন্নমক খঙহল্লম্মী।

নুমিদংব্রাইরমদা মহারানীনা নিংথৌবু মাগী কাদা কৌরম্মী। তেনব্রাদুসু মফমদুদা লৈরম্মী। রাজনা চঙলকপদা তেনব্রাদু শিবা মান্না তৌশিন্নরম্মী। রাজনা মাগী হকচাংদু থাদোক্তুনা তেনব্রাগী হকচাংদা চঙলম্মী। থুনমক বিক্রমাদিত্যনা তেনব্রাদুদগী থোরক্তুনা মাগী অশেংবা হকচাংদুদা চঙলম্মী। নিংথৌনা তেনব্রা ওল্লবা রাজদা হায়রম্মী, "তৌবিমল খঙদবা শা, হৌজিক্তি নঙগী পুন্সি অদু তেনব্রা ওইনা লেনবা তারে অদুনা নহাকপু থাদোক্লবনি জঙ্গলদা লৈরুরো।"

অচুম্বা চৎপা নিংথৌ বিক্রমাদিত্যনা মাগী হকচাংদা অমুক হল্লক্তুনা চহী কয়া নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী।

# ফমুংনা নিংথৌগী পুন্সিবু কনখিবা

*বেঙ্গালগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা মচীল-মনাও অহুম সহর অমদা পুন্না লৈমিন্নরম্মী। ময়াম্বা অহলগা য়াইমগদি থবক য়াম্না কন্না শূরম্মী অদুগা অতোনবা মোহনদি য়াম্না তল্লম্মী। মহাক্না অয়াম্বা মতমদা চাবা তূম্বা অমদি ব্রারেম ঙাংদুনা লৈরম্মী। ময়াম্বশিংনা মঙোন্দা থবক কন্না শূনবা অমদি হিংননবগীদমক পৈশা তান্নবা হায়রম্মী, অদুবু মহাক্তি ময়াম্বনা হায়রিবশিংদু মনাদা হাপ্লমদে।

হায়বা ইন্দবা, থবক শূনিংদবা মনাওনুপা অসিবু ময়াম্বনা শূনিংনবগী পাড়া অমা তম্বিবা পাগ্লম্মী। অদুনা মতৈমদা মহাক্না থবক শূদুনা পৈশা তান্দ্রবদি চাক পীজদনবা হায়রম্মী। মোহনবু ইমুং মনুংনা চাক পীজদ্রবদা মহাক য়ূমদু থাদোক্লগা চৎলগে খল্লম্মী। অদুনা মথংগী অয়ুক্তা য়ূমদু থাদোক্নুনা লাক্লম্মী। অয়ুক্কগী লেপ্তুনা নূমিৎতাবা ফাওবা মখোঙনা খুঙ্গং য়ৌনা চৎলকপদুদদি মহাক য়াম্না চোকথরম্মী। মহাক্না দুকান্দার অমদা মহাক্না খুঙ্গংসিদা ভৌবা য়াবা থবক করি করি লৈবগে হায়দুনা হংলম্মী। দুকান্দার অদুনা মখোয়গী খুঙ্গংসিদা উ শূবা নুপা অমা লৈ মহাক্না মাগী মতেং পাংবা ঙমগদবা মী অমা থিরিবনি হায়রম্মী। মোহন্না নুপাদুগা লোয়ননা উ শূবা নুপাদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা মাগী থবক্তুদা য়াওজগে হায়রম্মী। মোহনদি থবক অমত্তা শুরকপা মী নত্তে অদুনা হৈত্রবসু কন্না হোৎনদুনা হৈনবা হোৎনজগে হায়রম্মী। উ শূবদুনা মোহন্না হায়রিবদু য়ারম্মী।

মোহন্না নুংতিগী থবক কন্না শূরম্মী অমসুং উ শূবগী থবক্তু য়াম্না থুনা হৈরম্মী। উ শূবা নুপাদু মোহনগী হৈশিংবদু উবদা য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না মাগী থবক্তু অসুক্কী মতীক পূক্নিং চঙলম্মী। মদুমক্না মহাক থা অমগী মনুংদা য়াম্না হৈ-শিংলবা উ শূবা অমা ওইরম্মী ।

মহাক্না শাবা উগী পোৎলমশিং অদু য়াম্না মমিং চৎলম্মী অমসুং অরাপ-অরাপ্পা খুঙ্গংগী মফম কয়াদগী পোৎ লৈবা লাক্লম্মী। উ শূবদুনা মোহনগী হৈথোই-শিংথোইবদুদা পেঞ্জরম্মী অমসুং মচানুপীদু মঙোন্দা থাজরম্মী। মচানুপী লৌরবা মতুংদগীদি মোহনগী অৱাৎ-অপা থোইদোক্লা লৈত্রবনিনা মাগী অতনবদু অমুক হৌরক্লম্মী। মহাক থবক শূফমদা চৎলু হায়বা য়ারমদে। মকুবোক্লা অমদি মাগী নুপীনা থবক্তা পূক্নিং চঙনা থবক শূনবা হায়রম্মী, অদুবু মহাক্না হায়রিবদু অমত্তা তৌরমদে। হৌজিক উ শূবদুগী থবক্লা পৈদুনা লৈরম্মী। অদুনা পোৎকী ওর্দর তৌরম্বা কাঙবুনা পোৎতু মতম চানা পীদবগী ৱাকৎ কয়া লাক্লম্মী। থবক অমত্তা শূ হায়বা য়াদ্রবদা মকুবোক্লা মোহনবু মচানুপীগা লোয়ননা তোঙান্না লৈননবা হায়রম্মী। উপায় লৈতবদগী মোহন মাগী নুপীদু পুরদুনা অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা লাক্লম্মী। মখোয়না অপীকপা খাংপোকশঙ অমদা লৈরম্মী। মখূত্তা পৈশা অমত্তা পায়দ্রবনিনা মোহনগী নুপীদু য়াম্না নুংঙাইরমদে অদুনা মপুরোইবনা থবক শূদ্রবদি মখোয় চরা হেনবা তারে হায়রম্মী। মোহন হৌজিক্তি তঙাইফদনা থবক শূবা তারম্মী। মহাক্কী নুপীনা হায়বগী মতুংইন্না জঙ্গলদা চত্তুনা উ য়াল্লম্মী অদুগা উপূ কাংথোল চল্লম্মী। মোহন্না থবক কন্না শূরকপদু উবদা হরাওরম্মী। হৌজিক্তদা মোহন্না থবক্কী মহৈদু খঙলক্লম্মী। মহাক্না শাবা পোৎ-চৈশিংদু মীনা য়াম্না পাম্না লৈনরম্মী।

নোংমা মহাক্না জঙ্গলদা উ য়ানবদা অঙকপা মখোল অমা তারম্মী অদুবু মফমদুদা কনামত্তা লৈবা উরমদে। মহাক্না থোইদোক্লা খল্লুবা তৌদনা উদু অদুম য়াল্লম্মী অদুগা ফজরবা ফমুং অমা চল্লম্মী। মহাক্না ফমুং অদু কৈথেলদা য়োন্নবা পুরম্মী। নিংথৌনা কৈথেলদু ফাওদুনা লাকপদা ফজরবা ফমুংদু উরম্মী অমসুং পান্নদুনা লৈরম্মী। নুমিদাংদা নিংথৌনা অহনবা ফমুংদুদা তূন্নম্মী। মহাক্না তূন্নিঙৈদা খোঞ্জেল খরা তারম্মী। মহাক্না কাদু কোয়লৈ-লৈদুনা য়েংলম্মী অদুবু কনামত্তা উরমদে। খোঞ্জেলদুনা হায়রম্মী, "ঐ কোনুংসি অমুক্তং য়েংবা পাম্মী অদুনা ঙাইহাক্তং চৎলুখিগে। ঐহাক হল্লক্লিবফাও নখোয় অহুম ফমুংসি ঙাক্লুনা লৈমিন্নরম্মু।"

মসি তাবদা নিংথৌদু য়াম্না ঙক্লম্মী। মহাক্না ফমুংদগী কৃমথদুনা খোঞ্জেল লাকইবা মায়কৈ-কাঙখদুদা য়েংলম্মী। ফমুংদগী মখোঙ মরিগী মনুংদা অমনা থোঙ তম্না তপ্ন তপ্না চৎখিবদু উরম্মী। মহাক্না কাংথোল মখোঙদুনা চৎখিবদু ঙাইরগে হায়না খল্লম্মী। ঙাইহাক্কী মতুংদা মখোঙদু হল্লক্লম্মী অদুগা মশাগী হান্নগী মফমদুদা চঙখিরম্মী।

"কোনুংদু কমদৌবগে ?" কাংথোল মখোঙ অহুমদুনা হংলম্মী।

"কোনুংদি য়াম্না ফজে অদুবু মসিদা লৈরিবা মীশিং অসিদি য়াম্না পূকচেল শেংদে অদুগা লৈবাকমচা তাদে।"

"নঙনা করম্না খঙলিবনো ?" মখোঙ অহুমদুনা চপমান্ননা হংলম্মী।

অহানবা মখোঙদুনা খুন্নম্মী, "চিফ মিনিষ্টরনা পৈশা অমসুং সনাগী লৈতেং কয়া লৌথোকপদু ঐ ইমীৎমক্না উরক্লবনি। মহাক পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না থাজনিংঙাই ওইদবা মীশক্নি।"

নিংথৌনা হায়রিবদু তারম্মী। মহাক্না মপূক শেংদবা মিনিষ্টরদু দণ্ডি পীগে হায়না লেপ্লম্মী। মহাক্না ফমুংদা হীপ্না-হিপ্না অনীশুবা মখোঙ অদুনা হায়বদু তারম্মী মহাকসু কোনুংগী ফজবদু য়েংলুখিগে হায়দুনা থোঙদু লাম্থোক্লুনা চৎখিরম্মী। ঙাইহাক্কী মতুংদা হল্লক্লগা মহাকসু মাগী থেঙনরকপশিংদু হায়রম্মী। কোনুংসি থাজনিংঙাই ওইদবা মীশিংনা পীকথন্না লৈরে। মহাক মমীৎনা চাকশঙ পান্নরিবা নুপীদুনা সনাগী পৃথম তেংকোৎ হূরান্দুনা ময়ূমদা থমজিনখিবদু উরক্লে।

মদু তাবদা নিংথৌনা মীনাই অদুবুসু দণ্ডি পীগে হায়না খল্লম্মী। অদুদগী অহুমশুবা মখোঙদুসু কোনুং য়েংলুখিগে হায়দুনা চৎখিরম্মী। ঙাইহাক্কী মতুংদা মহাকসু হল্লক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "ঐহাক্তি ওম্থোক্না তুকৎচনিংঙাই ওইরবা থৌদোক অমা উরক্লে। মহারানীনা নিংথৌদা চাউরবা নমথাক অমা তৌরে। মহারানীনা মাগী অরোনবা নুংশিনবা নুপাদুগা চেকপল ময়াদা লেপমিন্নরদুনা নিংথৌবু হাৎননবা

থৌরাং তৌই। মহাক্কী অরোনবা নুপাদুনা মহারানীদা হয়েংগী নুমিত্তা নিংথৌনা থক্কদবা শঙ্গোমদা হু হাপচিন্দুনা হাৎননবা হায়রম্মী অদুগা নিংথৌ শিরবদি মহাকপু নিংথৌগী ফম থিন্দোক্লগনি। মহাক্না মহারানীদা অঙাঙবা আতর গুলাপ অমগা চিঠি অমগসু পীরম্মী। ঙাইহাক ব্রারী শানরবা মতুংদা মহারানীদু মাগী কাদা চঙখিরম্মী।"

নিংথৌনা মদু তাবদা মথ্বায় নুংঙাইরমদে। মহাক্কী নুপীমক্লা মহাকপু হাৎনবা খূজিল-থৌরাং তৌবদুদা। মহাক্না ফমুংদগী হৌগত্তুনা মহারানীগী কাদা চঙলম্মী। মহারানীনা ফমুংদা ফন্নদুনা নুপাদুনা পীরকপা অরোনবা চিঠিদু পাদুনা লৈরম্মী অদুগা অঙাঙবা গুলাপ্পু মখূৎনা পায়রম্মী। নিংথৌনা মহাক্না পারিবা চিঠিদু কনাগীনো অদুগা লৈদুনা কনানা পীরকপনো হংলম্মী।

মহারানীদু নিংথৌগী মতৌদু উবদা পাখৎপা অমা ফাওরম্মী। মহাক্না চিঠিদু লোৎশিন্নবা হোৎনরম্মী অদুগা চিঠিদুদি মবুংনা মঙোন্দা থারকপনি, অঙাঙবা গুলাপ্পুনা লৈকোলদগী হেক্লকপনি হায়রম্মী।

নিংথৌনা মহাক্কী রানীনা ওইদবা ঙাংলকপদুদা মথ্বায় শোক্লম্মী। মহাক্না লান্মীশিং কৌরগা চিফ মিনিষ্টর, পূজারী অমসুং কোর্টকী কবিদু (মহারানীগী অরোনবা নুংশিনবা নুপা) কৌরক্লবা য়াথং তৌরম্মী। নিংথৌনা চিফ মিনিষ্টরদু থবক্তগী থদৎলম্মী অদুগা চাকশঙ পান্নরিব নুপী, মহারানী অমসু কবিদুবুনা জেলদা থন্নম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা নিংথৌনা মোহনবু কোনুংদা লাক্লবা কৌরম্মী। নিংথৌনা মোহন্দা মাগী ফমুং অদুনা খুদোংথীবা নংলগদবা মাগী পুন্সিবু কল্লকপগী ব্রারীদু লীরম্মী অমসুং মঙোন্দা লুপা খাউজাউ অমা পীরম্মী। মহাক্না মোহনবু কোনুংগী উ শূবা ওইনা লৈননবা হায়রম্মী। নিংথৌগী ব্রাদু তাবদা মোহন য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না পৈশাশিং অদু পুরদুনা ময়ূমদা হনখিরম্মী। মাগী নুপীনা পাউদু তাবদা য়াম্না হরাওরম্মী অদুগা ওইরিবা পূম্নমকসি মহাক্না থবক শূবগী মপাম্ননি হায়রম্মী।

মোহন্না মাগী মকুবোক অমসুং ময়াম্বশিংদু কৌরম্মী। মহাক্না অসিগুম্বা ফিভম অসিদা লৈরম্বসিদা মখোয় য়াম্না হরাওরম্মী। মখোয়না মঙোন্দা হেন্না নুংঙাই-য়াইফনা পানবা বর পীরম্মী। মোহন্না মাগী অতনবা পূম্নমক থাদোক্নুনা থবক শূরগে হায়না লেপ্লম্মী। মহাক মাগী নূপীগা লোয়ননা নুংঙাইনা পানখিরম্মী।

# নরহরিগী থোইদোকপা শক্তি

*বেঙ্গলগী ফুঙ্গাৱারী*

মমাংঙৈদা খুঙ্গং অমদা লুখ্রাবী অমা লৈরম্মী। মহাক্কী নরহরি কৌবা মচানুপা অমা লৈরম্মী। মহাকনা মচাদুবু অসুক্কী মতীক নুংশিরম্মী। মহাক্না থবক কন্না শূদুনা য়োক-থাক্লম্মী অমসুং মহাক্কী নুংঙাইনবতা হোৎনরম্মী। নরহরি নোংমা-নোংমগী চাউখৎলক্লম্মী। মহাক্না চাউখৎলকপগা লোয়ন-লোয়ননা য়াম্না তনবা, থবক অমত্তা শূনিংদবা নুপামচা অমা ওইরম্মী। মহাক্না মতম অয়াম্বা খুঙ্গংদা কোয়চৎ-চত্তুনা মতম লেল্লম্মী।

ঙাইবা য়াদবা মতম্না অসুম অসুম হৌখিবনা নরহরিগী মমাদু অহল ওইশিল্লক্লম্মী। নোংমা মহাক্না মচানুপাবু কৌশিল্লদুনা হায়রম্মী, "ঐহাক অহল ওইরে, পাঙ্গলসু শোল্লে অদুনা থবক তৌবা ঙমদ্রে। নহাক্না থবক শূদুনা শেল তান্নবা হোৎনদ্রবদি চরা হেনবা তারে।"

মমাগী ৱাদু তাবদা নরহরি ঙাইহাক্তি চমম্নরম্মী। অদুবু মমাদা থবক অমদি থিনবা তৌরগে হায়রম্মী। মথংগী নুমিত্তগী মহাক্না মহাক্কী চানবা থবক থিবা হৌরম্মী। মহাক্না লল্লোনবা নুপা অমদা মহাক্না তৌবা য়াবা থবক লৈরবদি তৌজগে হায়রম্মী অদুবু ফংলমদে। লৌমী কয়াগসু উনরম্মী, মখল মখলগী মী কয়াসু তান্নরম্মী। অদুবু থবক্তি ফংবা কৌবা লৈরমদে। মহাক নীংবা কায়না হল্লক্লম্মী। মহাক্না মাগী ফমুংদা হীপ্না হীপ্না কমদৌনা থবক ফংগদগে হায়না খল্লম্মী। মহাক ৱাখল খন্ন-খন্না তূমখিরম্মী। মহাক্কী মমানা মচানুপাসি খুঙ্গংদা থবক থিবা কোয়চৎ-চৎপদা য়াম্না ৱারন্নগনি অদুনা মানা য়াম্না পাম্বা জেলিবীসি হৌবিগে হায়দুনা শেম শারম্মী। জেলিবী হৌবগী মনমদু মচানুপাগী নাতোন্দা ফাওরক্লম্মী। মহাক্না ফমুংদগী হৌগত্তুনা খুনীং কাঙনা কাঙনা চাকশং তান্না লাক্লম্মী অদুগা মমানা তৌরিবদু য়েংলম্মী। মহাক্না জেলিবীদু

মশিং থিরম্মী, পুন্না তরামঙা শুরম্মী। মহাক চানীংবনা মতিল য়োৎলম্মী অদুগা মথন্তা হায়জরম্মী, হৌরিবা জেলিবী তরামঙা অসি লোইনা চাগনি।

মমানা ইংখোলদা মনা-মশীং খরা হেকপা চৎলম্মী। নরহরিনা য়ূমদুদগী থোরক্তুনা মমাবু কৌরম্মী। মচানা কৌরকপদুদা মমাদু হাথু হাথু লাক্লম্মী। মহাক্না মচানুপাদু থবক ফংলবরা হংলম্মী। মচানুপাদুনা থবক্তু য়াম্না কন্না থিবনি অদুবু হৌজিক ফাওবা ফংদ্রি হায়রকপদা মমাদু নীংবা কায়রম্মী। মমাগী মায়থোংদা তারিবা মমিদু উহন্দনা মচাবু থৌনা হাপ্পিরদুনা হায়রম্মী, ‘‘নীংবা কায়গনু নুমিৎ খরনিগী তুংদা নহাক শোয়দনা থবক অমা ফংলগনি। নখূৎ-নশা হামদোক্লুরো, করিগুম্বা খরা চানবা তৌরসি।’’

নরহরি চানীংবনা মশাবু লাকশিঞ্জবা ঙম্নমদে। অদুনা জেলিবীদু হান্না চারগে হায়রম্মী। ৱাদু তাবদা মমাদু ঙক্লম্মী। মহাক্না কমদৌনা জেলিবী হৌই হায়বসি খঙলিবনো ?

মচানুপানা খুম্নকই, ‘‘ঐহাক খঙই, নহাক্না জেলীবি তরামঙা হৌই।’’

মমানা মশীং থীদুনা য়েংবদা নরহরিনা হায়রিবদু চপচানা চুন্নম্বদুদা ঙক্লম্মী। মহাক্না মচানুপাসি থোইদোকপা শক্তি খরা লৈ হায়না খল্লম্মী। নত্তবদি মহাক্না কমদৌনা চপচাবা মশীং অসি হায়বা ঙমগদৌরিবনো ? মহাক্না মচাগী থোইদোকপা শক্তি অদুগীদমক চাউথোকচরম্মী অমসুং য়ূমলোন্নবশিংদা ৱাফমদু হায়রম্মী। থুনমক মসিগী পাউসি মৈচাক ফাবা মৈরীগুম্না শন্দোক্লম্মী।

নুমিৎ খরনিগী তুংদা ফিশুবা নুপা অমগী শগোল অমা মঙখিরম্মী। মহাক্না মাগী শগোলদু কোয়থি-থিরম্মী অদুবু ফংবা কৌবা লৈরমদে। উপায় লৈত্রদুনা মহাক্না নরহরিগী মনাক্তা লাক্লম্মী অমসুং মহাক্কী মাঙখিবা শগোলদু ফংনবা থিবদা মতেং পাংবিয়ু হায়জরম্মী।

নরহরিদি মঙোন্দা ময়াম্না হায়নরিবা থোইদোকপা শক্তিসি লৈতে হায়বা খঙই অদুবু মদুদি করিমত্তা ফোঙদোক্তুনা শগোল অদু

ফিশুবা নুপাদুগী য়ূমগী মনাক নকপা মোংশোং অমদা ফংগনি হায়রম্মী। ফিশুবা নুপাদু হরাওরদুনা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী।

নরহরিনা শগোল অদু কোয়থি-থিবা চৎলম্মী। অদুবু মফম কদায়দসু থিবা ফংলমদে। মহাক্না উপাম্বী অমগী মখাদা ফম্লম্মী। করিগুম্বা শাগোলদু ফংদ্রবদি মহাক্না হায়রিবদু মীনম্বনি, নমথাক্লি হায়না মহাকপু ফাদুনা পুলিসতা শিন্নরবদি কমদৌবা হায়না ৱাখল খল্লিদৈদা মহাক্কী মনাক য়াম্না নক্না মখোল অমা তারম্মী। মহাক্না লৈথোক্তুনা কোয়েং-য়েংলুবদা ফিশুবা নুপাদুগী শগোলদু অশঙবা নাপী মথক্তুদা উরম্মী। মহাক্না শগোলদু ফারম্মী অদুগা নুপাদুগী ময়ূম মনাক্কী মোংশোংদুদা থন্নম্মী।

নুমিদাংৱাইরমদা নুপাদুনা মাগী শগোলদু উরম্মী অমসুং মহাক য়াম্না হরাওরম্মী। মানা থৌদোক্তু মী পূম্নমক্তা তম্লম্মী। মখোয়না নরহরিসি থোইদোকপা শক্তি লৈ হায়না থাজরম্মী। নুমিৎ খরগী তুংদা চিফ মিনিষ্টরগী মনাই অমা নরহরিগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না মাগী মবুংঙোগী মমল য়ান্নবা খূদোপ অমা মাঙখ্রে। মফম কদায়দসু থিবা ফংদ্রে। খূদোপ অসি মগুণ লৈবা খূদোপনি। মসি মহাক্কী মবুংঙোগী মখৌনা পীরম্বনি। অদুনা নরহরিগী থোইদোকপা শক্তি অদুগীদমক মবুংঙোনা মহাকপু কৌরুচো হায়না থারকপনি।

নরহরিনা নুপাদুগা লোয়ননা চিফ মিনিষ্টরগী মনাক্তা লাক্লম্মী। নুপাদুনা নরহরিবু তরাম্না ওক্লদুনা হায়রম্মী, "ঐগী ৱাফম পূম্নমক নহাক তারনল্লগনি। করিগুম্বা নহাক্না খূদোপ্তু ফংবা ঙম্নবদি নহাক্কী থবক অমা শোয়দনা পীগনি অদুগা করিগুম্বা ঙমদ্রবদি পুলিসতা শিন্নগনি।"

ৱাদু তাবদা নরহরি পাখৎলম্মী অদুবু মপাম্ভোংদদি উখোক্লমদে। মহাক্না য়াম্না নোল্লুক্লা হায়রম্মী, "অহানবদা ঐহাক্না লোর্দ বিষ্ণুদা হায়জগনি। মহাক্না শোয়দনা লমজিংবীগনি অদুবু খূদোপ অসি ফংনবা হোৎনবদা চয়োল অমগী মতমদি পীবিয়ু।"

চিফ মিনিষ্টরনা ৱাফমদু য়ারম্মী অদুবু নরহরিদি থৱায় ৱারম্মী। অসুক্কী মতীক খল্লগা অসুক্কী মতীক থৱায় ৱাবসু হেল্লম্মী। খূদোপ ফংবগী

খুদোংচাবদি অমত্তসু লৈরমদে অদুনা মহাক চাবা থকপা য়ারমদে।

চয়োল অমা ফাগদৌবা নুমিৎ নিনিখক্তা ঙাইশিল্লক্লম্মী। মহাক্না খুঙ্গংদুগী গুহা অমগী মনাক্তা লৈবা উপাম্বী অমগী মখোঙদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা নুপী অনীখক্না ৱারী শাবগী খোঞ্জেল তারম্মী। অহানবদদি মহাক্না ৱারী শারিবদু খোইজঙনা তারমদে অদুবু খূদোপকী মতাং পল্লকপদদি না থাঙ্গত্তুনা তারম্মী। নুপীদুনা হায়রম্মী, "খূদোপসি কদায়দা লোৎকদগে ?" অতোপ্পা নুপীদুনা পাউখুম পীরম্মী," চিফ মিনিষ্টরগী য়ুমগী মমাঙদা হৌরিবা উপাম্বী অদুগী অহোবা মখুলদুদা লোৎসি। চয়োল অমগী মতুংদা খূদোপসি লৌথোকসি অদুগা মদু য়োনবগী পৈশাদুনা ঐখোয়না অনী য়েন্নসি।"

নরহরিনা ৱাফম পুম্নমক্তু তারম্মী। মহাক্না চিফ মিনিষ্টরগী মনাক্তা লাক্তুনা খূদোপ ফংগদবা মফম অদ্ তাক্লম্মী। চিফ মিনিষ্টরনা নরহরিনা তাকপা মফমদুদগী খূদোপ অদু ফংলম্মী অমসুং হুরানবা অদুসু নরহরিনা তাকপদগী মশক খঙলম্মী।

থুনমক নরহরিবু নিংথৌগী কোর্টতা থবক খল্লম্মী। চিফ মিনিষ্টরনা মচানুপী পীদুনা লুহোংলম্মী। নরহরিগী মমাদু য়াম্না হরাওরম্মী। অদুবু নরহরিদি নুংঙাইবা ঙম্লমদে। মহাক্না মাগী খুদোংচাবসি থৌদোক খূদিংমক্তা ফংবা ঙম্লোই হায়বা খঙলম্মী। অদুনা মমাদা হায়রম্মী, "মহাক্কী শক্তি অদু নোংমা মমঙদা লোর্দ বিষ্ণুনা লাক্তুনা লৌথোখ্রে।"

ৱাফম অসি মমানা মীপুম খূদিংদা হায়দুনা খঙহল্লম্মী। নুমিৎ খরগী তুংদা নরহরিগী ৱাফম অসি মী খুদিংমক্না তারম্মী অমসুং মহাক্কী মনাক্তা মহাক্কী থোইদোকপা শক্তি অদুনা লৈত্রবদা মতেং পাংননবগী কনামত্তা লাক্লমদে। নরহরি মতুংসিদদি মাগী নুপী অমদি মমাগা লোয়ননা য়াম্না নুংঙাইনা পানখিরম্মী।

# লেপচাশিংনা হৌরকপগী ৱারী

*সিক্কিমগী ফুঙ্গারারী*

লেপচাগী ঈশ্বর রোমনা মালেম শেম্নবগীদমক চীং, পাৎ, তুরেল, শা-ঙা, উচেক-ৱায়া অমদি পাম্বী কয়া পুথোক্লম্মী । চীংশিং অদুগী মনুংদা উন্না কুপ্লবা ৱাংলবা কাঞ্চনজংঘ চীংজাওসু য়াওরম্মী । চীংজাওসিগী মতোন্দগী ঈশ্বর রোমনা মখুৎ য়েৎ অমসুং ওইনা উন খুবাম অমমম লৌরম্মী । য়েৎথংবদা পায়রিবা উনদুদগী নুপা অমা অমসুং ওইথংবদগী নুপী অমা পুথোক্লম্মী । নুপাদুগী মমিং ফাদোংথিং কৌরম্মী । মসিগী অর্থদি য়াম্না কনথৌবা হায়বনি । অদুগা নুপীদুগী মমিংনা নাজয়োনগুয়ু কৌরম্মী । মসিগী অর্থনা লাইবক ফবি হায়বনি ।

লেপচাশিংনা মখোয়গী ইহান হানবা মমা মপাদি উনদগী ওল্লকখিবা মখোয় অনী অসিনি হায়না থাজনরম্মী । ঈশ্বর রোম্না মখোয় অনীবু মচিন মপ্বা ওইনা পুথোকখিবনি। মখোয় অনীনা চাউরক্লবদা রোম্না মখোয় অনীবু কৌরদুনা হায়রম্মী ।

"ইচাশা নখোয় নচিন নপ্বা য়াম্না নুংশিননা লৈগদবনি । নখোয়না কৈদৌঙৈদসু হৌনদবা নাতৈচাদবা থবক তৌরোইদবনি । করিগুম্বা নখোয়না ঐগী য়াথং অসি ইন্দ্রবদি নখোয় অনীমক অৱা-অনানা থল্লবা পৃথিবীদা লৈহনগনি ।"

রোম্না নুপাদুবু তাংশেন-নরিমচ্যা কৌবা চীংদুগী মতোলদা লৈহল্লম্মী অদুগা নুপীদুনা নগোনা থারম কৌবা চীংদুদা লৈহল্লম্মী । মতমগী মতুংইন্না নাজয়োনগুয়ু নোংমা নোংমগী চাউশিল্লক্তুনা মশক মতৌ ফজরবী মপুং মরৈ ফারবী লৈশাবী অমা ওইরক্লম্মী । মহাক্না কনাগুম্বা

অমগা নুংশিননা লৈমিন্নবা পান্নম্মী । অদুবু মহাক্কী মশক মতৌ ফজরবা কল্লবা মবুংদু নত্তনা নুপা অমত্তা থেংনরমদে, লৈসু লৈরমদে । মরম অদুনা মানা মাগী মবুং অদুবু মাগী নুংশিনবা নুপা ওইবা পান্নম্মী । মহাক্না ঈশ্বর রোমগী য়াথং অদু নিংশিংলম্মী অদুবু মহাক্কী অপাম্বা অনীংবা অদুবুদি লাকশিনবা ঙম্লমদে । মহাক্না ফাদোং-থিংবু অসুক্কী মতিক নুংশিরম্মী । মহাক য়াওদ্রবদি মাগী পুন্সিসি হিংবা ঙমলোই হায়না খল্লম্মী ।

নাজয়োনগুম্বনা মানা লৈরিবা চীংদুদগী মবুংদুনা লৈরিবা চীংদুফাওবা চৎথোক চৎশিন য়াবা অরোনবা লম্বী অমা শেমগে খল্লম্মী । মহাক্না ঈশ্বর রোমগী অয়াবা য়াওদনা নিংলিবা থবক্তু পাঙথোক্লম্মী অমসুং মবুংদুগা উনরম্মী । অসুম্না চৎথোক চৎশিন তৌদুনা মখোয় মশেল উন্নবা অদু ঈশ্বর রোমনা খঙলম্মী । মহাক্না শাউরদুনা মখোয় অনীবু কৌরম্মী অদুগা হায়রম্মী,

"নখোয় অনীনা, ঐগী য়াথং হিক্তোকপগীদমক মফম অসিদা লৈবা য়াররোই । অদুনা চীংসিদগী কুমথখিদুনা আ মখাদা লৈক্লরো । নখোয়না তৌখিবা পাপতুগী মহৈনা (ফলনা) অৱা-অনা কয়া নংলগনি ।"

মখোয় অনী চীংদুদগী কুমথরম্মী অমসুং মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নরম্মী । অহানবা চহীদুদা মচানুপা অমা পোক্লম্মী অদুবু মপাদুনদি ঈশ্বর রোমগী শাপ্তু নিংশিংলক্তুনা মহাক্না অঙাং-অদুবু অফবা অঙাং ওইরোই খল্লম্মী অদুনা মহাকপু য়োক থাকপগী মহুৎতা জঙ্গলদা হুন্দোক্লম্মী । চহী খুদিংগী মচানুপা অমমম পোক্লম্মী অদুবু পোক্লকপা অঙাং খুদিংমক জঙ্গলদা হুনদোক্লম্মী । চহী তরেৎ অসিগী মনুংদা অঙাং তরেৎ হুন্দোকখ্রে ।

নিপালশুবা অঙাং অমমুক পোক্লম্মী । মপানা অঙাংদু মহৌশাগুম জঙ্গলদা হুন্দোকপা পান্নম্মী । অদুবু মমানদি নুংশিরবা অঙাংদু হুন্দোকপা

পান্নমদে । মহাক্না হায়রম্মী, "ঐখোয় ঈশ্বরগী শাপ্তুদগী কোকপা ঙন্নরোই । অদুনা অসিগুম্বা অৱাবসি খাংদুনা হিংলি । পোক্লিবা অঙাং অসিগীদি মরাল অমত্তা লৈতে, মহাক্না অরানবা তৌরুবসু নত্তে । অদুগা কৈদৌবগী মরাল লৈতবা অঙাংসিদা তায়নদুনা হুন্দোক্কদৌরিবনো ?

নাজয়োনগুয়ুনা মপুরোইবদা কন্না হায়জবদগী অঙাংদু হুন্দোক্রে । মসিগী মতুংদা পোক্লকপা অঙাংশিংসু অমত্তা হুন্দোক্রে । মখোয় অনীগী মচানুপা অমসুং মচানুপী কুনগী মথক্তা লৈরম্মী ।

মতম্না হৌখিবগা লোয়ননা মখোয়গী মচানুপা মচানুপীশিং অদু লুহোংলম্মী । মখোয়গী মচাশিং লৈরম্মী । মতমগী মতুংইন্না মীশিং হেনগৎলকপগা লোয়ননা কাঞ্চনজংঘগী খা থংবা শরুক অদু ফাওবা খুন্দাদুনা লৈরম্মী ।মখোয়গী মচা মশুশিং অদুবু লেপচা হায়না খঙনরম্মী ।

জঙ্গলদা হুন্দোকখিবা অঙাং তরেৎ অদু শক্তি লৈরবা, মপাঙ্গল কনবা হিংচাবা (ডেমোন) ওইনা চাউরক্লম্মী । মখোয় তরেৎকী খ্বাইগী অহল অদুগী মমিং লাসো মুঙ-পোনু কৌরম্মী । মহাক্না হিংচাবশিংগী নিংথৌ ওইরম্মী । মহাক্না লেপচাশিংগী মথক্তা লমন খুম্বা পান্নম্মী । মখোয়বু হেক পোকপগা য়াম্না মীনুংশি, য়াওদনা তমথিনা জঙ্গলদা হুন্দোকপা অসি মখোয়গী মমা মপা নত্তে হায়না খল্লম্মী । অদুনা মখোয়গী মথক্তা লান হৌদুনা তান্থোকপা পান্নম্মী ।

লাসো-মুঙ-পোনুনা লেপচাশিংগী লৈফমদা লাক্কুনা লাউরম্মী, "পাংদবশা নখোয় লোয়না থোরকউ, ঐগা লান্থেংনসি, নখোয়বু মাংহল্লগা ঐহাক্না ডেনজোংদা নিংথৌ ওইদুনা পানগনি ।"

অদুবু কনামত্তনা মাগা মায়োক য়াবিনবা থোরক্লমদে । মহাক্না হঞ্জিল হঞ্জিল করিগী লোৎতুনা লৈরি থোরকউ হায়দুনা লাওরকপা অদুদদি লেপচাশিংদু খাংবা ঙমদদুনা মহাক্না লান্থেংননবা থোরক্লম্মী । লেপচাশিংনা য়াম্না থৌনা ফনা হিংচাবশিংগা তেনগী লান শোক্লম্মী ।

লান্দুদা মায়কৈ অনীমক্কী মী শিরম্মী । অশোক অপন কয়াসু নংলম্মী। শক্তি লৈরবা লেপচাগী তেন্না থাদুনা হিংচাবা কয়া শিরম্মী । মদু উবদা লাসো মুঙ পোনুনা শাউরদুনা মাগী হিংচাবগী শক্তি শিজিন্নরম্মী। লেপচাশিং অদু কিদুনা চেল্লম্মী।মখোয়না জঙ্গলদা শুরুংদা চংজফম লৌরম্মী ।

লেপচাশিংনা চহী কয়া জঙ্গলদা অৱাবা খাংদুনা লৈরম্মী । মখোয়বু হেক উবগা হিংচাবশিংনা হাৎলম্মী । মখোয় অসুক্কী মতিক কিনা মপাল থোকপা ঙমদনা ৱানা লেল্লম্মী । মমৈথংদদি মখোয় লোয়না পুনশিল্লম্মী অমসুং হিংচাবশিংগী মখুৎতগী কন্ননবা ঈশ্বরগী মতেং নিনবা খন্নরম্মী ।

লেপচাশিংনা ঈশ্বর রোমবু কৌরদুনা খুরুম্নম্মী, “হে ঈশ্বর নহাক নত্তনা ঐখোয়গী উপায় অমত্তা লৈজদ্রে । চহি কয়ামরুম্ হিংচাবশিং অসিনা ওৎ-নৈবদগী অৱাবা কয়া খাঙলক্লে । মখোয়বু কিবদগী ঐখোয়না শুরুং অমদগী শুরুং অমদা লোত্তুনা লৈরে। মপান ফাওবা থোকপা ঙমদ্রে । ঐখোয় য়ুম লৈতবা মীগা চপ মান্নরে । ঐখোয়বু অমুক্তা থৌজালবিদুনা ফৎত্রবশিং অসিদগী কনবিয়ু ।”

ঈশ্বর রোম্না গতি লৈত্রবশিং অসিনা খুরুমজবা অসি তারম্মী। নোংমা অহিং অমা মহাক্না অহল ওইরবা লেপচা অমগী শক্তম লৌরদুনা মখোয়বু মতেং পাঙলগনি হায়রম্মী । মহাক্না কাঞ্চনজংঘ চীংগী মনাক্তা লৈবা পানদিন চীংদোলদগী ঊন খুবাম অমা পায়রদুনা য়াম্না কনবা নুপা অমা পুথোক্লম্মী । নুপাদুগী মমিং তমশাঙ থিং কৌরম্মী । মসিগী অর্থদি “কনবিবা” হায়বনি ।

ঈশ্বর রোম্না তমশাঙ থিংদা হায়রম্মী, “ঐনা নঙোন্দা থোইদোক হেন্দোকপা শক্তি পীরবনি । নহাক্না পৃথিবীদা চৎলগা হিংচাবশিং অদু হাৎতোক্লগা লেপচাশিংগী মপুন্সি অসি কনবিরু ।”

অদুদগী তমশাঙ থিংনা অহানবদা থারুকোল-থান-ই-থান

হায়না কৌবা মফমদুদা লাক্লম্মী । হায়রিবা মফম অসিগী অর্থদি লেপচাশিংনা নীংখা তন্বা মফম হায়বনি । মফমদুদা মহাক্না য়াম্না হৌনা নোক্লম্মী । মহাক্না নোক্লিবদু অসুক্কী মতিক হৌখ্রে মদুদি চীংজাউ ফাওবা থক থক নিক্লম্মী । মহাক্না নোকপগী মখোলদুদা লাসো-মুঙ-পোনু ফাওবা তুম্বদগী হৌগৎলম্মী ।

লাসো-মুঙ-পোনুনা মহাক্না তুম্বদা অকাইবা পীরিবা মীদু কনানো য়েংলুচো হায়না হিংচাবশিংদু থারম্মী । হিংচাবশিংনা তমশাঙ থিংবু উরম্মী । মখোয়না চেন্দুনা মখোয়গী নিংথৌ লাসো-মুঙদা হায়রম্মী । "হে লুচিংবা ঐখোয়না নুপাদুবু উরক্লে । মহাক য়াম্না শক্তি লৈবা মীনি । মহাক্না নোকপদা পৃথিবীগী লৈমায় অসি নিকই । ঐখোয়না মাগী মনাক ফাওবা চঙশিনবা কি।"

মদু তাবদা লাসো-মুঙনা শাউরদুনা লাওরম্মী, "চৎথোকখ্রো চৎলু পাঙদবশা! অদুক থৌনা লৈতবা।" অদুদগী মহাক্না মাগী মিনিষ্টরদা অচুম্বদু খঙননবা অমুক থারম্মী । অহল ওইরবা মিনিষ্টর অদুনা নুপাদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী, অদুগা মহাকপু কনানো মফমসিদা কৈদৌবা লাকপনো হংলম্মী । মহাক্না মখা তানা হায়রম্মী, "ঐহাক্তি ডেনজোংগী নিংথৌনা অদোমগী মরমদা খঙলুনবা থারকপনি ।

তমশাঙ থিঙনা হায়রম্মী, "হে মিনিষ্টর, ঐহাক্তি ঈশ্বর রোম্না শেন্নকপা, মহাক্কী খ্বাইদগী অচানবা মনাইনি । মহাক্না ঐহাকপু ডেমোনশিংগী লুচিংবা নিংথৌবু হাৎলগা লেপচাশিংবু কন্ননবা থারকপনি অদুবু করিগুম্বা নখোয়গী নিংথৌনা হিংবা পান্নবদি লেপচাশিংবু তমথিনা তৌরোইদবনি । ঐনবু নিংলবদি নহাক ফাওবা উৎ ওলহনবা য়াই অদুবু নহাক্তি অহল ওইরবনিনা মদুমক্তি তৌররোই অদুনা থুনমক নখোয়গী নিংথৌদা ৱাফমসিমক হায়রুচো।"

মন্ত্রিদু হনখিরম্মী । মহাক্না লাসো-মুঙ-পোনুদা থৌনাফবা নুপাদুনা হায়রকপশিংদু মরিক চুম্না তন্নম্মী । মদু তাবদা ডেমোন নিংথৌদু

মমিৎ কোরিমুক ঙাংলম্মী। মহাক অসি ডেনজোং অপুনবগী নিংথৌনি হায়বা খঙদ্রমাল্লে। কনামত্তনা ঐগী মায়োক্তা লৈবা ঙম্লোই অদুনা মহাক্না পান্নিবসি লাননি। অদুনা লান শোক্নবা তাই হায়দুনা লাসো-মুঙ-পোনুনা ডেমোন ময়ামদু পুনশিল্লদুনা তমশাঙ থিংগা লাম্থেংনবা চৎলম্মী।

ডেমোনশিংনা চঙশিল্লকপদু উবদা তমশাঙ থিংনা য়াম্না হৌনা নোক্লম্মী। মহাক্না নোকপদা লৈবাক থক থক নিক্লকপদুদা ডেমোনশিংদু কিরম্মী অদুবু লাসো-মুঙদি অতৈনা কিরবসু মাদি তু ফাওবা নিক্লমদে। মহাক্না লাওরদুনা হায়রম্মী, "নহাক্না নোকপদা ঐনা কিগনি হায়না খনবরা? পাঙদবা কয়াদা ঙকচাও থেক্লবসু হৌজিক্তি ঐনা নঙবু হাৎলগনি।"

অসি হায়রদুনা মহাক্না তমশাং-থিং তম্না তেন মথং মথং কাপ্লম্মী অদুগা শক্তি লৈরবা তেন লিশিং লিশিং কাপশিল্লম্মী। ডেমোন কয়ামরুম তেন্না পান্দুনা শিরম্মী অমসুং মখোয়গী থৌনা পুম্বা মাঙলম্মী। মখোয়না লানফমদু থাদোক্তুনা চেনবা নত্তনা উপায় অমত্তা লৈরমদে। মদু উবদা লাসো মুঙ থৱায় শোক্লম্মী। মহাক্না ইচম চম্না লান শোক্নবনদি কান্নররোই খল্লদুনা তমশাংবু মচেৎ মচেৎ শেৎলগা হাৎলগে খন্দুনা কৈ ওম্থোক্তুনা চোংশিল্লক্লম্মী। তমশাঙদি অসুম্না তৌরক্কনি হায়বা খঙলমদে, থাসু থাজরমদে। অদুমকপু মহাকপু হাৎলগে হায়না চোংশিল্লক্লিবা কৈদু থাংদুনা ঙাকথোক্লম্মী। কৈদু শোক্তুনা তারম্মী। অদুদগী অমুক শগোল ওম্থোরক্তুনা মমৈদু ৱাংনা থাঙ্গৎলদুনা তমশাঙদা লৈজবী থাদুনা কাওরম্মী। তমশাঙনা অকিবা অমত্তা য়াওদনা শগোলদুদা তানা থিলম্মী অমসুং শোক্তুনা ঈ থোক্লম্মী। তমশাঙনা লিরুং তেন পায়খৎলদুনা হায়রম্মী, "ফত্তবা ডেমোন, হৌজিক্তি ঐনা নঙবু সুপ্নগী তেন অমখক্তনা নপুক্সি লোইশিল্লগনি।"

মদু তাবদা ডেমোন নিংথৌদু কিরম্মী। মহাক্না ইগল ওম্থোরক্তুনা

অতিয়াদা পায়খিরম্মী। ডেমোনশিংগী লুচিংবনা চৎখ্রবদা মখোয়গী ডেমোন কাংবুদু হৌদুনা চেনখিরম্মী । লেপচাশিংনা তমশাঙবু তৌবিমল খঙবা উত্তুনা থাগৎলম্মী । মখোয়না লাসো মুঙ হিংদুনা লৈবা ঙন্নরোই হায়রম্মী অদুবু নাম্থোক্তুনা চৎখ্রবা ইগল অদু মারোলি চীংজাউদা লৈরে তাবদগী তমশাঙ থিংগী লুচিং মখাদা মখোয় চঙশিল্লম্মী। মফমদুদা অৱাংবা উ অমগী মতোন্দা ডেমোন নিংথৌনা ইগল ওন্দুনা তোংলিবদু উরম্মী । তমশাঙনা নিংথিনা নিশান তৌদুনা কাপ্পা তেন্না পান্দুনা লৈমায়দা জ্ঞান তাদনা তারম্মী অদুবু থুনমক জ্ঞান লাকপদগী অমুক পায়খৎলম্মী । ইগলদু মশা শোকমনখিবনা য়াম্না ৱাংনা পাইখৎপদি ঙন্নমদে । অতোপ্পা তেন অমসু মাগী থম্মোয় তম্না কাপ্লম্মী । হন্দক্তি ডেমোন নিংথৌ অদু পুন্সিগী অরোইবা শ্বর হোল্লম্মী । লেপচাশিংনা মখোয়গী মপুন্সিবু কন্ননবগীদমক থারক্লিবা ঈশ্বরবু থাগৎলম্মী ।

তমশাঙ-থিং অমসুং লাসো-মুঙ-পোনুনা লানশোক্লদুনা তমশাঙগী মখুত্তা ডেমোন নিংথৌনা মায়থিবদু লেপচা পুম্নমক্না উরম্মী অদুবু মখোয়না ডেমোনদুবু কিবদগী লেপচা অমত্তনা মাগী মনাক্তা চংলমদে মরমদি মহাক হন্না হৌগৎলক্কদ্রা হায়না খল্লম্মী । অদুবু থৌনা ফরবা লেপচা অমদি মখুত্তা থাংশাং অমা পায়রদুনা তাদুনা লৈরিবা হকচাংদুগী মনাক্তা চংশিলম্মী । মহাক্না শ্বর হোনবগী খুদম অমত্তা উবা ফংলমদে অদুবু মখুৎ অমদি লুম্বু লুম্বু শারম্মী । মহাক্না মাগী মখুৎ অদুনা ডেমোন অদুগী থবাক্তা থম্বদা মীহুন হুনবা থেঙনবদগী কিমনখিবনা চেম্থোরক্লম্মী ।

পাউ অসি লেপচা খুদিংমক্কী মনাকোং য়ৌরম্মী । মখোয়না ডেমোন অদু শিদে হায়না লৌরম্মী অমসুং মহাক্না জ্ঞান লাক্লগা মখোয়গা অমুক লান্থেংনগনি হায়না খল্লম্মী অদুবু ফনা কুইরফাও হৌগৎলক্তবা অদুদদি অঙকপা অমা ওইরম্মী ।

ডেমোন্দুনা মীহুন হুল্লগসু হৌগৎলক্তবা অদুদদি থৌনাফবা

লেপচা অমনা ডেমোন্দু মকক মকক ককথৎলম্মী। অককপা মককশিং অদুদগী ঈসু লেপ্তুনা থোরক্লম্মী। ডেমোন অদুগী মেজিক্কী শক্তিনা অককপা শরুকশিং অদু অমুক শমজিন্নদুনা হিংগৎলক্কদ্রা খল্লম্মী।

ডেমোন নিংথৌদু শিরে অদুবু মাগী আত্মা অদুনদি লমন খুন্নগে হায়না লেপ্লে। মাগী অককপা মশাশিং অদুদগী কাং, হয়িং (হকচাংদা চিকপা য়াবা তিন কাং) মা-নচিংবা থোরক্লম্মী। মহাক্কী ঈদগীসু কাকফে, তিনফা অমদি শরুদগী লিন, চুম, নুমিৎয়ুংবী অমদি মীওইবদা চিক্তুনা শিবা য়াবা তমথিরবা তিন্নচিংবা মশিং খণ্ডদনা থোরক্লম্মী।

তমশাঙ-থিং অমসুং লেপচাশিংনা মখোয়না জয় ওইবগী হরাওদুনা নুমিৎ তরেৎনিরোম পালন তৌরম্মী। তরেৎনি শুবগী কুন্দে লোইশিল্লকপা নুমিত্তুদা তমশাঙথিংনা ডেমোন হাৎপদা মতে পাংখিবশিং অদু থাগৎতুনা ইকাই খুম্নবা উৎলম্মী। লৈমায়দা তাদুন লৈরবা ডেমোনবু শিরবরা হায়না চেনশিনদুনা য়েংবা অমদি মকক মকক ককথৎপা থৌনাফবশিংবু ''লুট-শং-মুন'' হায়বা মিংথোল পীরম্মী। অতোপ্পা থৌনাফবশিং অদুদসু তোঙান তোঙানবা মীংথোল পীরম্মী। মখোয়শিং অদুগী মচা-মনাওশিং অদুগী তোঙানবা শাগে শেন্নম্মী।

অসিদসু নত্তনা থাং তা অমদি খুজু খুলায় কয়া শিজিন্নবদা থৌনা ফবশিং অদুদসু কার-বো-মুন, তেন কাপ্পদা হৈথোই শিংথোইবশিংদনা ''ফুয়েংতলি-মুন'' হায়বা মীংথোল পীখি। চান-থক্লবা পোৎলমশিং ব্রাৎহনদনবগী ঙমজবা মওংদা অমনা অমগী মতেং পাঙনদুনা ডেমোনশিংবু মায়থিবা পীদুনা মায়পাকপগী লম্বেলদা পুন্না চংশিনমিন্নরকখিবা পুম্নমকপু অমনা অমদা ইকাইখুম্নবা উৎনদুনা লেপচাশিংগী তোঙান তোঙানবা শাগে কয়া থোক্লবসু নুংশিননা হিংমিন্নবগী লম্বীদা চংশিনমিন্নখি।

লাসো-মুঙ-পোনুনা তমশাঙ থিংগী মখুত্তা মায়থিপ্লবা মতুংদা

ফত্তববু মাঙহন্দুনা অফবনা জয় ওইদুনা নীংতম্বা পুরকপগী পালন তৌরম্মী। লেপচাশিংগী মফমদদি অনৌবা চহি হায়বসিগী নীংতম্বগী অনৌবা পুন্সি পুরকপবুনি।

নুমিৎ অসিদা লেপচাশিংনা ডেমোন নিংথৌগী শক্তম (ইফিজি)শাদুনা পালন পাঙথোক্কদৌরিবা অদুগী চানবা মফম য়েংলগা থল্লম্মী। অদুগা ইফিজিদুদা ময়াম চঙদুনা চৈনা থিল্লম্মী, তানা লেংলম্মী, মতিন শিৎচিল্লম্মী অদুগা অচুম্বনা জয় ওইরে, ফত্তববু মায়থিবা পীরে হায়না স্লোগান কয়া লাওর লাওরদুনা চৎলম্মী।

ইফিজি অদু পুরদুনা প্রোসেসন চৎলম্মী অদুগা লংখায়দুনা মৈ থাদোক্লম্মী। ময়াম্না ফত্তবশিং লাপ্না চৎখ্রো হায়না হন্না হন্না লাওরম্মী। মীশিং অদুনা চোকথদ্রি ফাওবা হরাওনা নুংঙাইনা থকমিন্নরম্মী, চামিন্নরম্মী।

লেপচাশিং অসি ঈশৈ অমসুং জগোই য়াম্না পাল্লম্মী। মখোয়না ঈশৈ অমসুং জগোই অসি স্বর্গ অমসুং পৃথিবীগী মরক্তা লৈবা থোঙনি হায়না থাজরম্মী। অসুম্নসু হায়নৈ মদুদি ঈশৈ অমসুং জগোইগী লাই নারোক-রোমনা লেপচাশিংগী জগোই ঈশৈগী থৌরমদা মহাক মশামকসু পৃথিবীদা কুমথরক্কুনা মখোয়গা লোয়ননা জগোই শাই অমসুং ঈশৈ শকই।

লেপচাশিংনা মখোয়গী ঈশৈ যন্ত্র (খুলায়) শিং অসি নারোক-রোমনা খুদোল ওইনা পীরম্বনি হায়না থাজনৈ। নারোক-রোমনা জগোইগী ফিজোল শেত্তুনা জগোই শাবদা লেপচাশিংনা মাবু খঙদবা য়াওদে। লেপচাশিংনা মহৌশাগুম হৌজিকসু প্রোসেসনদা জগোই ঈশৈ পাঙথোক্লি। চৎলিবা প্রোসেসন অদু হিমালয় তম্না লাক্লম্মী। মখোয়না অসুম লাকপদা য়াম্না তরক্না লৈবা লেপচাগী খুঙ্গং অমা থেঙনরম্মী। মখোয়সু প্রোসেসন অদুদা শরুক য়ারদুনা লাক্লম্মী। অদুদগী মখোয়না জগোই শাদুনা ঈশৈ শক্কুনা য়াম্না নুংশিনা অমত্তা

ওইবগী মতৌদুদা নারোক - রোমদু য়াম্না হরাওরম্মী । জগোই শাবা লোয়রবা মতুংদা খুদিংমক্লা জগোইগী লুচিংদুদা মীৎয়েং থল্লম্মী । নারোক রোম্না জগোই শাবা লুচিংবা অদুবু মরেংবান্দা থাঙ্গৎলদুনা মহাক্কী জগোই অদু অসুক্কী মতিক ফজে হায়না থাগৎলম্মী অদুগা লুচিংবা অদুগী মকোক্তা মাগী লুহুপ অদু মনা ওইনা পীদুনা উপ্পিরম্মী ।অদুগুম্বা লুহুপ অদু ঙসি ফাওবা লেপচাশিংনা জগোইগীদমক শেম শারকপা মতমদা লুহুপ অদুবু খুরুমদুনা পুজা তৌই । করিগুম্বা লুহুপ অদুনা লৈমায়দা তারবদি ফত্তবগী খুদম্নি হায়না থাজনৈ ।

নারোক-রোমনা ঈশৈগী যন্ত্র(ইন্সট্রুমেন্ট) তরা মথং মথং লৌথোরক্তুনা লেপচাশিংদা খুদোলপোৎ ওইনা পীরম্মী ।

লেপচাশিংনা মখোয়গী মমা-মপাশিং অসি কাঞ্চনজংঘ চীংদোলদা খনজিন্দুনা লৈরিবা ময়েল খুন্দা লৈ হায়না থাজনরম্মী। অদুব় মখোয় কনামত্তনা মফম অদুদা চৎলুদে মরমদি ময়েলগী লম্বেল অসিদা ডেমোন কয়ানা ঙাক্তুনা লৈ অদুগা লম্বী অদুদা নুংদুম কয়ামরুমসু পৈশিন্দুনা লৈবনা চংলুবা ঙমদে ।

মমাংঙৈগী মতমদদি ময়েলশিংনা লেপচাশিংগী মনাক্তা লাক্লম্মা অমসুং মখোয়গা অমত্তা ওইরম্মী । অদুবু মখোয় অদুক হাক্লা ফবা অমসুং ধর্ম্ম লৈবা ওইরমদে । চহি খুদিংগী মখোয়না লেপচাশিংনা মহৈ মরোং হুল্লিবা মফমসিদা উচেকশিং থারক্লম্মী অমসুং হুল্লিবা মরু-মরাংশিং অদু চাথোক্লম্মী ।

চহি কয়ামুক্কী মমাংদা থৌনা ফবা নুপা অমা উমং ফাওরগা লাকপদা খোং অমা থেঙনরম্মী । ঈশিংগী ঈচেলদা মহাক্লা উগী উশা অমা উরম্মী । খুদক্তা মহাক্লা করিগুম্বা খরা খঙলম্মী মদুদি অসিগুম্বা উপাম্বী অসিদি ময়েলদা হৌবা ঙমগনি । মসিগী অর্থদি ময়েলনা খোং অসিগা শাগোম্বনা লৈগনি । মহাক্লা খুঙ্গং অদু ফাওরম্মী । নুমিৎ কয়ানিরোম চৎলবা মতুংদা মহাক্লা উচেক মতু ময়াম্না পুমচাই চাইবা

মফম অমা য়ৌরম্মী। মহাক্না উচেক মতুশিং অদু খোমজিন্দুনা অমদি পায়দুনা মুম্না য়েংলবা মতুংদা খুঙ্গং অসিদা খৃতুগী মতুংইন্না উচেকশিং চহি অমগী মতুংদা অমুক অমুক পায়রকই হায়বা খণ্ডলম্মী । মখোয়না মতু শিল্লবা মতুংদা অমুক পায়খি ।

মহাক্না অসুম চৎপদা লেপচাশিংগী মপা মপুশিংনা লৈরম্বগী য়ুম অমা থেঙনরম্মী । মহাক্না খুঙ্গংদুগী অহানবা য়ুমদা য়ৌরকপদা নুমিৎ তারম্মী । য়ুমদুদা লৈরম্বা হনুবা হনুবী অনিনা মহাকপু তরাম্না তৌরম্মী লোয়ননা মাগী চান-থক্লবসু পীরম্মী ।

শাদানবা নুপাদুনা অঙাং অমত্তা লৈতবা উবদুদা হায়রম্মী, "নখোয়গী নচা অমত্তা লৈতবরা ?"

"লৈতে" মখোয় অনিমক্না চপ মাননা খুম্নম্মী । অদুম ওইনমক মথংগী অয়ুক্তদি মহাক্না অঙাং অনী (নুপীমচা অমসুং নুপামচা) খক য়ুমদুদা শান্নবা উরম্মী । মহাক্না খল্লম্মী মদুদি অহল ওইরবা মতে মনাও অনিদু লবুক্তা থবক শুবা চৎথ্রমাল্লে ।

মাগী চিংনবা মতৌদুদা অঙাং অনিদুনা হায়রম্মী, "ঐখোয় ঙরাংগী অহল অনিদুনি । অয়ুক্তদি ঐখোয় অঙাং ওই, নুংথিলদনা পাখঙ লৈশাবী ওইগনি অদুগা নুমিদাংৱাইরমদা অহল ওইগনি । নোংঙাল্লগা ঐখোয় অঙাং অমুক ওইগনি । ঐখোয় অসুম্না চহি কয়ামরুম লৈরক্লবনি ।"

শাদানবা নুপাদুনা খুঙ্গংদুদা লৈবা মচিন মনাও তরেৎকী য়ুম তরেৎ লৈবদুদা নোংমা নোংমগী হোং হোংদুনা লেক্লম্মী । অরোইবা তরেৎশুবা য়ুম অদুদা লেক্লবা মতুংদা মহাক ময়ুমদা হন্নবা লেপ্লম্মী । মখোয় খুদিংমক্না মঙোন্দা হন্নবা মরু তরেৎ পীরম্মী অদুগা ময়ুমদা মহৈ মরোংশিং অদু থারবদি মরাং কায়না পান্দুনা মহাক্কী মীশিং পুম্নমক চাবা কোম্নগনি হায়রম্মী ।

লেপচাশিংনা থাজরম্মী মদুদি মরু মরাং হুনবা মতম অসিদা

মখোয় মচিন মনাও ভরেৎ অসি শোয়দনা লাকই অমসুং মহে মরোং য়াম্না লোক্লবগীদমক মরু মরাংগী লাইবু খুরুম্লম্মী।

তিসতা অমসুং রনগীত সিক্কিমদা চেনবা অচৌবা তুরেলশিংনি। তুরেল অনি অসিগী নুংশিরবা ৱারী অমসু লৈ। রনগীতনা লাইরেম্বা অমসুং তিসতানা লাইরেম্বীনি। মখোয় য়াম্না নুংঙাইনা হিমালয়গী তম্পাক্তা শাম্নদুনা লৈরম্মী। মখোয় অনিগী ঈচেলসি তম্পাক্কী তোঙান তোঙানবা মফমদা চেন্থসি হায়রম্মী। মখোয় মখোয়গী পম্বুং য়ৌনা চেননবা লম্বীদুসু মশা মশানা লেপ্লম্মী। তিসতা য়াম্না শিংবা নুপীনি। মহাক্না মাগী লমজিংগদবদু লিলগী নিংথৌ অমবু নেক্লম্মী অদুগা রনগীতকীনা উচেক্কী নিংথৌ অমবু লমজিংহল্লম্মী। মহাক্না লিলদগী উচেক্না হেন্না য়াংগনি খল্লম্মী।

নোংমা মখোয় অনিগী ঈচেলদু চেন্থবা হৌরম্মী। তিসতাদি য়েৎ-ওই অমত্তা য়েংদনা লিলদুনা চৎলিবা মায়কৈদুদা চৎলম্মী। অদুগা রনগীতকী লমজিংলিবা উচেক্কুদি করিগুম্বা মরু মরাং অমবু উরবা, উথক্তা উহৈ অমুনববু পাল্লবা চাননবগীদমক হেক্তা পাইখি। উচেক্না লাপ্না পায়খিবা মতাংদুদদি রনগীতনা চৎফম খঙদনা চপ লেপ্তুনা লৈরম্মী। মখোয় অনি পুন্না চেন্থমিন্নরম্বদগী রনগীতনা মাগী চান্নরবী তিসতানা লাপ্না চেন্থখিবদু উরম্মী অদুগা তিসতানা য়াম্না থৌরাংনা মহাক্না পুনজনবা ঙাইদুনা লৈরম্মী। রনগীতনা খল্লম্মী, নুপীমচা অমনা ঐঙোন্দগী হেনগৎখ্রবদা ঐগী মায়থোং অসে মীয়ামদা করম্না উৎলুগনি। মসিদগী মহাক্না শাউরদুনা উ-ৱা, য়ুম কৈ করিমত্তা য়েংদনা চেন্থবা হৌরম্মী।

রনগীতনা অশাউবগা লোয়নননা ঈশিং ঈচাউগুম চেন্থরকপা উবদা তিসতানা কিরদুনা লেপ্লবা হায়রম্মী, "নুংশিরবা রনগীত, নহাক্না উপায় লৈত্রবা অপিকপা জীব ময়াম অসিবু নুংশিবিয়ু। ঐহাক খঙই নহাক্কী নরাল অমত্তা লৈতে, মরাল লৈরিবদি মশাগীতা খনবা উচেক নিংথৌ অসিনি।"

তিসতানা হায়জরিবদু রনগীতনা য়ারম্মী । মখোয় অমনা অমবু লেঙ্গোল্লদুনা পুল্লা চেনমিল্লরম্মী । অসুম্না শাংনা চেনমিল্লরবা মতুংদা ডাঞ্জলিং-কালিম-পোঙগী লম্বীদগীদি মখোয় অনিনা নাকল নাকল অমুক হল্লা উল্লররোইদবগুম খায়দোক্লদুনা চেল্লম্মী ।

মখোয় অনিগী ইতিনফম "কনফ্লুয়েন্স" অদু লেপচাশিংনা অশেংবা মফমনি (হোলি প্লেস) হায়না লৌনৈ । চহি খুদিংগী ডিসেম্বর জানুৱারীগী অদুৱাইদা তুরেল অনি (লাইরেম্বা, লাইরেম্বী) অসিবু নীংসিংদুনা পালন তৌই । অরাপ অরাপ্পা লম লমদগী লাক্কুনা লেপচাশিংনা নুপী অঙাংশিং পুল্লা তুরেলদুদা ঈরুপ্তুনা ঈশৈ শক্কুনা, জগোই শাদুনা অথেংবা ফাওবা লৈ। মখোয়না তিসতা অমসুং রনগীতকী নুংশি ঈশৈ কয়াসু শক্লম্মী ।

# নিংথৌমচানুপী বেলবতী

*বিহারগী ফুঙ্গারারী*

মমাংঙৈদা মচিন-মনাও নুপা ঙাক্তা তরেৎখক লৈরম্মী । মচিন মনাও তরেৎকী মনুংদা খ্বাইগী ইতোন তোনবা মনাওনুপা অদুগী মমিং লিতা কৌরম্মী । ময়াম্বা তরুক অদুদি লোয়না লুহোঙখরে অদুবু লিতাদি লুহোংসি হায়বা শুকয়া য়ারমদে । মহাক্না লুহোংলোই হায়বগী মরম তকখৎলকপদা লিতানা মহাক্তি নিংথৌমচানুপী বেলবতী নত্তনা অতৈ অতোপ্পা অমত্তগা লুহোংবা ঙম্মোয় হায়রম্মী। মাগী ব্রাদু তাবদা মতৈমনদি করেম্নরম্মী ।

নোংমদি লিতানা নিংথৌমচানুপী থিননবগীদমক ময়ুমদগী খোঙশাল্লম্মী । মহাক্না মুণি লৈবা জঙ্গল অমদা লাক্লম্মী । মহাক্না মুণিদুদা নিংথৌমচানুপী বেলবতীবু খঙব্রা হংলম্মী । মুণিদুনা খঙদে হায়রম্মী অদুবু মফমসিদগী নোংমগী লম্বী চৎলগা মুণি অমা লৈবনি মহাক্তি খঙলম্বা য়াই মঙোন্দা হংউ হায়রম্মী । মহাক্না মফম অদু তান্না চৎলম্মী অমসুং মুণিদু উন্নরম্মী । মহাক্না মুণিদুদা মাগী ব্রারীশিং অদু লিরম্মী অদুবু মুণিদুদি নিংথৌ মচানুপী অদুগী লৈফম খঙলমদে । অদুম ওইনমক মফম অসিদগী নুমিৎ হুমনিগী খোঙচৎ চৎলবা মতুংদা অতোপ্পা মুণি অমা থেংনগনি । মহাক্না শোয়দনা নহাক্কী মতেং পাঙবা ঙমগনি হায়রম্মী । লিতানা মফমদুদা চৎলম্মী অমসুং অহুমশুবা মুণিদু উন্নরম্মী । মুণিদুনা মঙোন্দা নিংথৌ মচানুপী বেলবতীদি অচৌবা উহৈ অমগী মনুংদা ফাজিন্দুনা থম্লী । হায়রিবা উহৈ অসি পানবা উদু হিংচাবা ময়াম্না ঙাক শেন্দুনা লৈ। নহাক্না মফম অদুদা চৎতুনা উহৈদু হেক্রক্রবদি নহাক্না নিংথৌমচানুপীদুবু ফংলগনি । অদুবু থবক্তু পাঙথোক্লবা

হোৎনবদা খুদোংথিবা কয়া নংগনি ।

লিতানা মুণিনা হায়রিবদু মুন্না তারম্মী অদুগা থবক্তু চেকশিন্না তৌগে হায়রম্মী । মুণিনা মহাকপু অপিকপা উচেক অমা ওল্লহল্লম্মী অদুগা মাইকৈদু তাক্লম্মী । লিতানা মফমদুদা উচেক ওল্লদুনা পায়রম্মী অমসুং উহৈ ময়াম পাল্লিবদু উরম্মী । উপাম্বীদুগী মখোঙদা লৈরিবা হিংচাবশিংদু উবদা অকিবা ফাওরম্মী । অদুনা কিথি-কিরুম তৌনা অচৌবা উহৈদু হেকপগী মহুৎতা অফংবা অমা হেক্তা হেক্লম্মী । হিংচাবদুনা মঙোন তম্না চোংশিল্লক্লম্মী অমসুং চাথোক্লম্মী ।

লিতানা হল্লক্তবা অদুদা মুণিদুনা খুদোংথিবা অমা শোয়দনা থোক্লন্নগনি খন্দুনা ক্কাক অমা থারম্মী । ক্কাক্তুনা মফম অদুদা চৎলুরবা মতুংদা লিতাদি মফম কদাইদসু লৈবা উদে অদুগা অহেকপা উহৈ অমদি লৈবাক্তা তাবগুম লৈহৌই হায়দুনা মুণিদুদা তন্নম্মী । মুণিদুনা ক্কাক্তু মফমদুদা অমুক্কা হন্না থারম্মী অদুগা হিংচাবদুনা চাখিবা অদুদগী মরিক অমত্তং পুরকউ হায়রম্মী । ক্কাক্তুনা মদু পুরক্লম্মী অমসুং মুণিনা লিতাগী পুন্সিদু হিঙ্গৎহল্লম্মী ।

মুণিনা লিতাদা মাগী হাথু হাথুনা থবক তৌবা অমদি পাংদবা অদুগীদমক চৈরম্মী । অদুগা করিগুম্বা মফম অদুদা অমুক্কা হন্না চৎপা পান্নবদি খ্বাইদগী চাউবা উহৈ অদু হেক্লক্কদবনি হায়রম্মী । লিতানা হন্দকমুক্তি থবক্তু অকিবা য়াওদনা পাঙথোক্লগে খল্লম্মী । মুনিনা লিতাবু তেনৱা ওল্লহল্লম্মী অদুগা মফমদুদগী খ্বাইদগী চাউবা উহৈ খল্লম্মী অদুগা মদু হেক্লম্মী । হিংচাবদুনা মদু উরম্মী অমসুং তেনৱাদুবু কোইতান তান্নরম্মী । মুণিনা তেনৱাদু অপিকপা হয়িং অমা ওল্লহল্লম্মী । হিংচাবদুনা তেনৱাদু উবা ফংদ্রবদুদা তান্নবদু তোক্লম্মী ।

হিংচাবদুনা হনখ্রবা মতুংদা মুণিদুনা লিতাবু মী ওন্থোকহল্লবা মতুংদা মানা হেক্লক্লিবা উহৈদুগী মনুংদা নিংথৌ মচানুপীদু য়াওই অদুনা উহৈদু গুহা অমগী মনাক্তা য়াম্না চেকশিন্না তংখায় তানা খায়দোক্লবা

হায়রম্মী । লিতানা উহৈদু গুহাদুগী মনাক্তা পুরম্মী অমসুং মখুৎনা য়াম্না কন্না মুক্তুগী তংখায় তারম্মী। নিংথৌ মচানুপীদু উহৈদুগী মনুংদগী অরংবা মঙালগা লোয়নননা থোরক্লম্মী । মাগী মঙালদুনা য়ৈবদা লিতাদু শিরম্মী । নিংথৌ মচানুপীদুনা মাগী মশাদু পায়রম্মী অমসুং শিরে হায়বা খঙলম্মী । তাঞ্জাদুদা কমর (ব্লেকস্মিথ) লৈশাবী অমা লাক্লম্মী অদুগা করি থৌদোক থোক্লবগে হংলম্মী ।

নিংথৌমচানুপীদুনা নুপাসি শিরে অদুনা গুহাসিদগী ঈশিংসি খজিক্তুং পীথক্লবদি শোয়দনা হিংগৎলক্কনি হায়রম্মী ।

মদু তাবদা লৈশাবীদুনা নুপাদু মাগী ওইবা পান্নম্মী অদুনা গুহাগী ঈশিংদু মহাক্তি শোকপা ঙমগদবা মান্দে অদুনা লিতাবু ওইনা শোক্লনবা হায়রম্মী । নিংথৌমচানুপীদুনা ঈশিংদু শোকপা চৎলম্মী । লৈশাবীদুনা মাবু তুংলোমদগী লাক্তুনা গুহা মনুংদুদা ইনথুরম্মী অমসুং মখাদা তারম্মী । লৈশাবীদুনা নিংথৌ মচানুপীগী মফি মরোল অমসুং সনা লুপাগী লৈতেংশিং অদু লোইনা শেৎচিন ইনশিল্লম্মী অদুগা লিতাদা গুহাদুদগী ঈশিংদু লৌরগা পীথক্লম্মী । লিতাদু হিঙ্গৎলম্মী । মহাক্না নিংথৌমচানুপীদুনি খন্দুনা লৈশাবীদু ময়ুম তান্না পুরম্মী অমসুং লুহোঙলম্মী ।

মতম খরগী মতুংদা লিতানা মহাক্কী ময়াম্বশিংগা লোয়নননা জঙ্গলদা শা তানবা চৎলম্মী । মহাক্না নিংথৌমচানুপীদুবু উহৈগী মনুংদগী খায়দোক্তুনা লৌথোকখিবা মফম গুহাদুদা ফজশ্লবা লৈ অমা তাউবা উরম্মী । মহাক্না লৈদু লৌখৎলম্মী । অদুগা মাগী নুপীদা পীরম্মী । মহাক্কী নুপীনা লৈদু উবদা নুংঙাইতবা খোইশাউনবা ফাওরম্মী অদুনা লৈদু মচেৎ মচেৎ শেগাইদুনা মপান্দা হুন্দোক্লম্মী । শেগাইদুনা হুন্দোকখিবা লৈশিংদু মফমদুদা অপিকপা উপাম্বী (নিংথৌমচানুপী য়াওবা উহৈ পানবা উপাম্বী অদুগা চপ মান্নবা) অমা হৌরক্লম্মী। লিতানা মদু চেকশিন্না মাগী লৈকোলদা থারম্মী । উপাম্বীদু য়াম্না থুনা চাউরক্তুনা উহৈ পাল্লম্মী ।

নোংমা লিতানা মাগী শগোলদু পুরক্কবা হায়রম্মী । অদুবু শগোলদু নাম্থোক্কুনা লৈকোললোমদা চেনশিল্লম্মী । শগোলদুনা উপাম্বীদুগী মখাদা চেনবদা উহৈ অমা শগোলগী শাবল মথক্তা তারম্মী । শগোল শেন্নবা নুপাদুনা শগোলদু ফাবদা উহৈদু উরম্মী অমসুং ময়ুমদা পুরম্মী । মহাক্না উহৈদু চাগে হায়দুনা খায়দোক্লুবদা মশক ফজরবী নুপী অমা উহৈদুগী মনুংদা য়াওরম্মী । মহাক্না নুপীদু মাগী য়ুমদা থন্নম্মী ।

শোমদা লিতাগী নুপীদু খঙহৌদনা য়াম্না কন্না নারম্মী । লিতাদি মাগী নুপীনা নারকপদুদা মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইরমদে । অনাবদু ফগৎপা কৌবা লৈরমদে । মমৈথংদা লিতাগী নুপীনা হায়রম্মী, "শগোলশেন্নবগী ময়ুমদা লৈরিবা নুপীদুনা মরম ওইরগা ঐহাক নাবনি অদুনা মহাক হিংবা নত্রগা ঐহাক শিবা অমদি শোয়দ্রে ।"

লিতানা মাগী নুপীগী ব্রাদু তাবদগী শগোল শেন্নবগী ময়ুমদা লৈরিবা নুপীদু হাৎতোক্লম্মী । নুপীদু শিখ্রবা মতুংদগীদি লিতাগী নুপীদু নাবা ফরম্মী ।

লিতানা নোংমা শাতানবা চৎপদা নুম্বিৎ তাশিনখিরম্মী । মহাক্না নুপীদু হাৎতোক্কুনা ফুমখিবা মফমদুদা অপিকপা, ফজরবা কোনুং অমা উরম্মী । মহাক্না কোনুং মনুংদুদা চংলকপদা উচেক অনীখক নত্তনা মীদি অমত্তা উরমদে । মহাক্না লৈরম্বা ফমুংদা হিপথরম্মী অমসুং তুমথখিরম্মী। মহাক্না তুম্লিংঙৈদা উচেক অনীদুনা মাগী মনাক্তা তোংলদুনা ব্রা ঙাংবা হৌরম্মী। উচেক অমনা অতোপ্পা উচেক অমদুদা নিংথৌ মচানুপী বেলবতীবু কমদৌনা থিরুবা, করম্না থেংনবা, নিংথৌ মচানুপীবু গুহাদা ইনথুদুনা হাৎলগা লৈশাবীদু নুপাদুনা ময়ুমদা পুরগা লুহোংদুনা লৌখিবগী ব্রারীদু লিরম্মী। ব্রারীদু লিতানা লোয়না তারম্মী। মহাক্না মীকপ থোক্লকপদা অসুক্কী মতিক নুংঙাইরমদে ।

উচেক অনীদুনা লিতাদা হায়রম্মী, বেলবতীগী নিংথৌ মচানুপীদুনা মফম অসিদা চহী অমগী মনুংদা অমুক অমুক লাকই ।

মহাক হন্দক্কী থা তরুকসিগী মনুংদা শোয়দনা লাক্কনি ।

লিতানা থা তরুক শুগদৌরবা মতম অদুদা মফমদুদা লাক্লম্মী । নিংথৌ মচানুপীদু মফমদুদা লাকপদা লিতাগা উনরম্মী । মখোয় অসুক্কী মতিক অমনা অমবু শক উবদা নুংঙায়বা পোক্লম্মী । লিতানা মাগী ময়ুমদা লৈরিবা শাশিন্নবা নুপীদু মহাক্কী মরালদুগীদমক হাংলম্মী অমসুং মখোয় অনী য়াম্না নুংঙাইনা লৈমিন্নরম্মী।



**Kshetrimayum Subadani** is one of the important female writers of Manipur at present. She was born on 23 September 1957 as the fourth daughter of Ksh. Yaima Singh and Ksh. Ongbi Thambal Devi, both of whom are no more. She graduated in 1978 and completed both LLB and MA in 1983. She started working as a substitute assistant teacher while doing her MA. In the meanwhile she joined hands in social issues also. She was the first female representative in the LMS Law College, Imphal. She actively took part in the strike demanding conversion of this college from private to government, during which course she had to spend forty-five days in the state prison. She is now senior supervisor of the ICDs project, Imphal West-I, Lamshang under the Social Welfare Department, Government of Manipur. She is married to **Shri Khomdram Dorendra Singh** and has a son and a daughter. She lives at **Kwakeithel Moirangpural Leikai, Imphal** with her family.

**Subadani** started writing very early. At the tender age of thirteen she composed her first poem. She published her first work in 1975. So, far there are nine books to her credit, ***Mangkhraba Esheigee Sur*** *(Poetry, 1975)*, ***Nahakpu Eigi Kanano*** *(Short story, 1978)*, ***Laibak*** *(novel, 1982)*, ***Nungee Chinbal*** *(Short story, 1987)* ***Prithibigee Phunga Wari Khara*** *(Folk tales, 1994)*, ***Pigee Wari*** *(Poetry, 1995)*, ***Yeningthana Lakpada*** *(Short Story, 2000)*, ***Prajatentra Chatpa Leibak Amagi.Wari*** *(Children's short story, 2001)* and ***Awang Nongpokki Phunga Wari Khara*** *(folktales, 2002)*. She contributes articles regularly in the local dailies as well as journals. Moreover, she is also a playwright of the AIR, Imphal, **Subadani** had participated many national level **Writers Meet** and **Kavi Sammelan** in the past. She is at present secretary, LEIKOL. Other closely associated organisations are **cultural forum**, Manipur, Imphal, **Writers' Forum**, Imphal, **Macha Leima**, Imphal, **Manipur State Kala Akademi**, Imphal and a few organisation concerned with the upliftment of women. She had been honoured with two awards **Dr. Ambedkar fellowship award 2005** and **Virangana Shavitri Phule Sanman award-2006** in recognition of her rendering commendable literary, social and cultural services for the people of the country.

Her poems and short stories had already appeared in Hindi, English and Bangla. She is a committed writer with multifarious interest.